# বসুমতী

সোনামনি এলাংবম

বসুমতী






২ শুবা থুংনম—১৯৯৬ ইং

কমলাস্না রাজকুমারীনা মঞ্জিৎ পব্লিকেসন মোইরাংখোম লোক্লাওবুং ইম্ফালগীদমক ইং ১৯৯৬ তা অনিশুবা থুংনম ওইনা কোপী ৫০০ দং সুচেতা প্রিন্টিং রাক্স লোক্লাওবুং ইম্ফাল প্রেসতা নম্লগা থোঙবা।

মমল—লুপা য়াংখৈ

Basumati, a novel by E. Sonamani Singh, Second *impression published in 1996* by Kamalasana Rajkumari for Manjit Publications, Moirangkhom Loklaobung Imphal and printed at Sucheta Ptg Works, Moirangkhom Imphal—500 copies.

Rupees Fifty only.

## কথোকচবা

মপোক কয়া কয়াদা
খোম্লীকমৈই লমন শিংঙমত্রবী—
ইমা নঙগী থুয়া থাদা
ঙমজয়ী থুদোল নচাগী
"বসুমতী"
লমথঙত্রবা মালঙ লাম্থোক্তুনা
লৌবীয়ুকো থুংথেংননা ।

নচা
সোনামনি

# অনিশুবা খুৎনম

চহি ১২ গী মমাঙদা কোঙখিবা বসুমতী কোপী মংখিত্রে। পাখিবসিংনা হায়বীরকপদগী অনিশুবা খুৎনম পুথোকচবগী খুদোংচাবা মংহনবীবগীদমক মণিপুরী সাহিত্যবু মুংশিবীবা পুম্নবু থাগৎচরি।

কোংদোকপা
জুলাই ১৯৯৬ ইং

সোনামনি এলাংবম

# য়াহৈ খরদং

চহি কয়াগী মমাঙ ঐহাক্না কলেজগী ছাত্র ওইরিঙৈদা য়ারী অশাংবা নভেল অমত্তং ইগে নীংহুনা বস্তুমতী ইবা হৌখি— বস্তুমতীগী অহানবা চেপ্টর ৩ ফাওবা ইং শোক ১৯৪৮ দা ইখি— অহুদগী অহুম থমগ্রে— ঐগী থুংই ( মনুস্ক্রীপ ) লাইব্রিক খাটা অহু কদাইদা থমগ্রবনো হায়বা ফাওবা খঙখিদ্রে। চহি নিপানমুক্তী তুংদা নোংমা অমনবা খাটা খর ফাক্লুবদা বস্তুমতীগী থুংই (মনুস্ক্রীপ) অহু থেংনরুরে অহুদগী অমুক ইনিংলকুনা বস্তুমতীগী পন্দুপ ৪ অমস্তুং ৫গী আনগুবা শরুক ফাওবা ইংশোক ১৯৫৬ তা ইখি—অহুদগী অহুম কাওখ্রে ; ইখিদ্রে, হন্না ফাওবা য়েংলুদ্রে। চহি কয়া পুংকাউ কাউরুরবগী তুংদা - লোইশিন্দবা বস্তুমতীগী মনুস্ক্রীপ্ত অহু ইং ১৯৮১ দা অমুক থেংনরুরে—মহুদা লোইশিন্নীংবগী ঈহুল অমা লাক্লুনা মখা অমুক ইথখি। হন্দক্তি উচিন নাচিন্না অরোইবা অমা তাঙ্গরে! য়ারীগী মরুওইবা মওং ঐনা ছাত্র ওইরিঙৈদা খনখিবা অহু নীংশিংহুনা কায়দনা হোংদোক্তনা ইনবা হোৎনজৈ।

হৌজিক ফাওবস্তু উপন্যাস করিনো করি করি য়াওকম থোকই— করম্না ইগদগে খঙজদে। অনীংবা ঈহুল অমদা বস্তুমতী ইবা লোইজরে। খরাইগী মাঙদা ছাপা তৌহুনা পুথোকচরে। য়ারী অসি পাবিরিবশিংনা বস্তুমতীবু য়েংবদা সংসারগী অন্না অনা অতৈ সমস্যা পুম্বা মিকুপমুক্তং কাউথোক্তুনা লাইব্রিক অসিদা পুক্নিং লুপ্নীবা সুমিত্তা হোৎনজমন মহৈ য়াগ্লে খঙ্গগনি।

মোইরাংথোম লোক্লাউবুং　　　　　　সোনামনি এলাংবম

( ১ )

# মজাইবেম্মা বসুমতী

ফজববু পাম্বা, কল্লকপা, ফজবা উরগা থম্মোয়দা মুঙাইবা পোকপা অমসুং ফজবা পোৎশক অত্তগী মনাক্তা লৈনিংবা অত্তগা পোৎশক অত্তবু ঐগী ওইহনিংবা হায়বা অসে লৈয়শেমঙৈদগী লৈব্রকলবা মীওইবা জাতিগী লেঙফম্বা ব্রাথলনি। ফজরবা পোৎ অত্তু উরগা পেনবন মীওইবগী ব্রাথলগী লৈতেংনি। কনানা প্রকৃতিগী ফজবা উরগা পেল্লী; কনানা তনৌরবী মায়থোংগী মোমোন নোকপা শকওং উরগা, কল্লকই, পামই, মিহোৎই—থম্মোয়দা পেনবা ফংই।

ফজবা হায়বত্তু কদাযব কৌবগে হায়বা চীন্না ফোংদোকপা ওমদে—অদুব প্রকৃতি দেবীগী বসন্ত ঋতুদা ওইবা ফজবা শকওং উরগা মত্তু ইরায় লায়না থওবা ওন্মী।

ঋতু পুম্বদগী তাথোইবা বসন্ত ঋতুনি। নিংথমথাগী অন্নাবা কয়া থাওল্লরগা বসন্ত ঋতু লাকপদা উ-রা পুম্বা ঈশং-শংবা অনৌবা ফজবা যেন্নীং হুনবনা মীওইবগী থম্মোয়সু অনৌবা যেন্নীং হুন্দুনা পুক্নীং মকারামহ।

অসিগুম্বা ফজরবা ঋতুগী নাংথিন্নবা অয়ুক অমদা মথোক কারক্লবী মৌশাবী থর শিব-মন্দির তান্না চৎলম্মী। নাকল অনীমক্তা

নীংথিনা ককলবা চাংমান্নবা অশংবা নাপীনা ফীবান চন্না লৈতেংবা চেক্লা থাবা অঙাওবা লম্বী অহু চুমদ্রীং চুন্না লাইগী মন্দির তান্না চঙলক্নী। অশংবা মরক্তা অঙাওবা লদীং হুৎলবা লম্বীগী মথক্তা চৎলিবশিংগী মরক্তা অমা খ্বাইদগী মানা হেন্তক তৌবী; মরেপকা মঙালগা মরেপ্না ওম্বী, বিধি কৌবা লাইচনা রাথসন' য়েকপা প্রতিমা মানবী; শাথেক শাওং কন্নাদা পাথঙ কয়াগী থম্মোয় লাঙছনবী—অয়ুক অঙনবগী মালঙবনা থৌগনবদা থোইনা মথোই কাহনা মকারাম্বা মান্নথোং অঙকপনি মহাক অদো।

কুচুনা শারদ পূর্ণিমা থাবলবু ঙমজবী, অশংবা ফীগেনা লৈতেংবী মহাকপু উবদা কনাগী পুক্নীং শুম্মাত্তবা য়াওবগে? মাগী মিৎচি হাইনোক্নী মিংলৈ অমত্তং উরুবদা ব্রহ্মচারী কয়ানা পুনসি থৌদাং কাউরোই য়াদবনি। অহল ওইবা কনানা মাগী শকফম উরগা—"নহা ওইরমলবদিকো" হায়না তকশি শোল্লিবী মাগী শকফমনি। পলেম কয়ানা মচা ওইজনীংবী, মুজা কয়ানা মতা ওইজনীংবী; লাইদগী মী অমদি জিব পুম্বনা কন্নকুবী-পান্নবী লোয়নজনীংবী মাগী শকফমনি।

বসন্তগী ফজরবা অয়ুক অহুদা হৈনম লৈনম পুন্নবা লিন্নিবা মালঙবনা থৌগনবী শংবানবা কুঞ্জবনগী ময়ায়দা ঙাওনবা লম্বেলথক্তা মুজা মানা কাইদ-কাইদ লাকপা—কনাগী পুক্নীং শুম্মাত্তবা য়াওবগে? প্রকৃতিগী ফজবা উবদা তনৌরবী মাগী থম্মোয়দমু মুঙাইবমা মথুম-মরাঙ হৌরম্মী। অনৌবা য়েন্নীংনা নৌনা চোংখৎলকলিবা হৈকোন লৈকোন, বন-জঙ্গল য়েংথি

য়েংখিবা মায়কৈদা শংবাম্নবা শকলোন—চীংথ্রাও পাম্বীগী তগুপ তরেংবা মপাল, কুম্রাও পাম্বীগী অঙাঙবা নাচোম অমদি নৌরিবা অশংবা য়েন্নীং পুম্বনা মুজা মাবু বসন্ত লাইরেম্বী হায়বত্থু অসিরনে—হায়তুনা মু-ন মু-ন য়েংজরি। মাগী ফজবা প্রকৃতিগী ফজবা মহৈ-মহৈ থাগৎনরী।

মতাশিংগা লোয়ননা মুজা মানা লাকপনা উনা পুংলবা কুঞ্জবন অমা য়ৌরে। কুঞ্জবন্দুদা ফমতুনা মথোয় পূম্বা হারিনা মালঙগী তাম্বাদা শকপা ঈশৈ তাতুনা ঙাইহাক্তং ফমলম্মী। প্রকৃতিগী ফজবা উবদা মথোয় পূম্বা থম্মোই মথুম মরাঙ হৌরম্মী। বসন্তগী মতমদা থম্মোয় য়েন্নীং হুনবসে সংসারগী মীওইবা পুম্বগী নিয়মনি।

"মশুংলাংগীদমক্তনি" হায়না মপুক্কুংদা খল্লহুনা গৌরীউত্থান লৈকোন্দগী মথুংমদা হেক্লম্মী লৈরাং কৎননবা দেবতাগী চরণদা।

( ২ )

# শিব মন্দিরদা

পুনসিগী লৈপুন বসুমতী ! কয়াদা নুংশিত্ত্রবনো ? মমিংতা তাবদা থম্মোয়সি মফম মরাঙ খঙদবা নুঙাইবা নুংশিবনা থল্লি—মাগী মনাক্তা লৈবোই নীংই । তাম্না মানবী মপাঙখোল তা-শুম খল্লী অঙকপনি প্রেম সাম্রাজ্যগী মবেম্মা !

নুংশিবা হায়বী পৌনম চাউরবী মাগী লাংদা কয়া থুনা তারবনো ? জগতকী মনুংদা মপা লৈতনা ফজরবী নহাকপু অমুক্তসু উদ্রি—অত্তুবু পুক্নীংনা হায়রী নহাক্তনা পুক্নীংগী লোয়নবীনি, পুনসিগী লৈপুম্নি । থম্মোয়দা পোখাবা পীত্রবা নুংশিবা হায়বী মহাক্না—ফুরা-দলান নুঙাই-য়াইফবগী হৈকোন-লৈকোন থা-তুনা অরা-তানা লৈতঙ্গায় মরক্তা অথিংবগী অকিবা লৈতনা চংচবি মহাকপু থিবা ।

শগোল তোংবা নুপা অহুমথক শিব-মন্দিরগী লম্বীদা কাইদ-কাইদ চঙশিল্লকলি । নুমিংসু রাংনা কাশিল্লকলে—নুমিং য়ুংলমদাই মতম নকশিল্লকলে । অংক্কী মালঙবসু লেপখ্রে, থবক্কী লমদা লাক্লিবা কোরৌহনবনা পোখাবা লৈতনা মথৌ তৌশিনখ্রে । নুমিং হুম্নি চুপ্পা পোথাদনা শগোল থোৌরকপনা চোকথরবা মখোয় অহুমদা -নুংশানা শাগৎলকপগা, তুম্রক্তবগা; চারক্তবগী রাবগা ইপৎ-পথরক্লে—অমুনবা হৈগুম কেনগদবা ঙাইতুনা তনিক তনিক য়ান্দুনা লৈবগুম্না মশা তনিক তনিকলে ।

*শিব-মন্দিরগী আরতি তৌবগী পুং-শেল খোঞেল্‌, মুপীমচা-*শিংগী রাংখৎলকপ। ঈশেগী খোম্বাং, কুঞ্জবনগী মালঙবনা পুরকপা খঙহৌদনা মখোয় অহুমগী নাপ্লদা থুংলবদা ইথঙ খঙহৌদনা মশা অহু অমৃত থক্লবা লাইগুম্না ইতেক তেকখৎনৈ। লোনম তাবদা ঙাওরবা খোইমুগুম অমুন-অমুম লাকপনা মন্দির ময়াগী পুখ্রি অহু য়ৌরকলে। পুখ্রিনাক্ত উংখাঙদা মখোয় অহুমক পোত্থাদুনা প্রকৃতিনা লৈতেংবা কুঞ্জবন শিব-মন্দিরগী দৃশ্য তুমিন্না য়েংদুনা লৈরম্মী! চেক্লাগী গুরগা তিম্মরবা মুক্তাশিংগী মেঙলবা খোঞ্জেল তাবদা শুম্মৎলবা কাঙবুদো চেকমোক লাউদনা রা ঙাওবা খোক্তনা তুমিন্না লৈরম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা পুজা লোইরদুনা মুজা শকহেনবী মতাংশিংগা লোয়ননা থোরকলে। মুজা শকলোন উবদা পুখ্রি মপালগী উখক্তগী চেক্লা অমনা শক্তচরকই মুজাগী মতৌক মগুণ! পুখ্রি ময়ায়দা শাংপী থম্বালদা তোংলম্বা খোইমু অমনা হেন্না ফজবী থম্বাল লৈরাংনি খন্দুনা মুজা নাক্ত। পাইশিনখ্রে; মায়থোং তম্না পাইশিল্লকলিবা খোইমুদো কদায়দগী লাকপগে খঙনীংদুনা য়েংলকপা মিংয়েংগা, ময়ায় কারবা মুংশিবনা শুম্মৎলবা চেক্লাগী খোঞ্জেল তাবদা মিহৌরবা খোইমু থম্বালগী দৃশ্য য়েংলম্বা মানা কদায়দা পাইখ্রিবনে হায়না খোজুল লীরকপা মিংয়েংগা অনি অত্ত লমথাঙদা থেঙ্গাইনরে। কম্ব থেংনখ্রমাল্লে অনি অহু ঙাইহাক্তং মুম্না চাগদগুম য়েংনরম্লগা হন্দোক্লদুনা মইহ-মইহ মক্ত লুকথনৈ। অহুবু ক্লীংগী থৌইনশিম্না মিংশিনা হূরান্দুনা

*য়েংনহল্লি। অচানবা উনবা নৈপুনশী খুদমনি। অঙকপা ফংলব*

*ফজরবা দৃশ্যনি—করম্বু শাংথাসিবা! দৃশ্যহ ঐবদা চঙাইরমাগে,*

*কোরৌহনবস্থু চপ লেপ্তুনা য়েংলি, চেক্লাশিংস্থু নাপচীক্লা*

পাওদম্নরি—মহ' মালঙবস্থু 'তুমিন্না তারি। থঙহৌদনা নিংদোন চোংই: খল্লি পূক্লৈংনা "সিবু থবায়গী মবুংঙোহ্নবা' ? নক্রগা তপথবা নাইত্রবী মুপীমচা অমগী ঙয়াং ঙশোইবা বাখলবু চাং য়েংবা অতোপ্পা শকও' অমরা ?"

মেঙনা শুম্নাংপা ঈংনা ঈংনা লম লোশিনবা মুংশি মিৎচি উরুবদা মাঙ মতৌ য়েংলুবদা থম্মোইগী বাখল হায়কম থঙদে, কৈনোমা তৌই! মাগা নকুবা পোৎ পুম্নমক মুংশিবা ফজবতা মঙাইখ্রে। মতাশিংনা কোয়শিন্দুনা লোৎখিবনা মমল অমুক হেনগৎহনখ্রে। করিনো তৌরিসিবু হায়না খল্লুবদা জ্ঞান মাঙই ঙাইহাক্কুং থঙলেপ লেপ্লগুম তৌরম্নগা মীওইবা সমাজগী মীনোক কিকুবনা মুংশিবগী নাল্লবা লম্বীদা খুদি থীহল্লি, খুরৌ চেলহল্লি। অহুনা তাইবঙগী মীৎয়েংদা পূক্লৈংগী বাখল খুঙহন্দনা চৎখ্রে মরানয়ায়দা! অহুবু থবায়গী মবুঙো ওইরবদি মানা ঐগী পুন্সিগী লোয়নবনি, উরিবা মুত্তি অসিগা পূক্লৈংগী দেবতাগা অনি অসি অমত্তা ওইরম্নবদি ওন্থোক্লা মুঙাইজগনি।" অসিনচিংবা বাখলনা হারহুনা আট্টালিকা মথক্তা পুখ্রি মপান্দা মায় ওন্দুনা অচীকপদা বাখল খঙবা হৌখ্রে।

হৌজিক্তা পূক্লৈং শুম্নাংলম্বী মুত্তি অহুনা উনা উনা মাঙখ্রবদা তৌফম খঙখিদ্রে। চিংন-চিংনা ইকাইববু নমথত্তুনা পূক্লৈংগী

থৌইনশিননা লোম্না য়েংলকপা মপানগী সনথোঙ লানশিনলমদাইগী ইকোন-কোনবা তাম্না য়েংলকপা মিৎয়েং পুম্নমক অসিনা থম্মোয় অতু মথক-মথা ওনখ্রে। চান্নবীগী খোঙথাং, নুংশিবীনা চংখিবা লম্বী—ফজবগী ফজবমক্তা ওায়রবা কুঞ্জবন—লম্বী পুম্নমক নুংশিবগী নুংশিবা ওাক্তা থম্মোয় রাগম্নবগী মচাক—অরাবরা নুঙাইবরা খঙদরে। রাগবম্ন নুঙাইরবম্ন বিথিনা শেম্বা লৈপুন ওংবনা রাবনা মমলবা থম্মোয়নুংদা নুংঙাইবগী পূর্ণিমা থোকলি। ঈশ্বরনা পীরকপা রাখলনা তাকলি থম্মোয়দা—"ওইগনি শোয়দনা নঙগী"।

থিরকপা লৈবাক য়োরে, ফজবা শকম উবদা থম্মোয় পোথাকম খঙদ্রে—রাখলনা তাকলে—শোয়দনা ওইগনি। আশা চার ফুক্রে—থারে থম্মোয় লৈকোন্দা হৌগনি নীংলি রাখলনা অতুবু অংঙইবদি খঙদরি। রাখলগী হার পূর্নীংগী লাইজ—নুংশিবা কৌবী মালীনা মাগী চান্নবী প্রেমগা—মখোয় অনিনা আশা চারদা আশা ভরশা পুম্নমক্তা লোয়ননা লাইজ খীক্লকলি করিগী হৌদনি? করিগী লৈরাং শাৎলোইদগে—হৈরাও মামি তমলোংদগে! ঈশ্বরনা শীনথ্রবা প্রেম্না শেমজবা নাচোম্বু, লৈরাং লৈচন রাংপা হৌনবরা?

মহাক্কীদমক্তা লেপ্লবা মরূপ অনি অতুগা চঙশিল্লকলে মন্দির তম্না। আশ্রম বালিকাশিংগী মচীন্দগী খঙলে-থাঙ্গৈশেংনা থিরকলিবা মহাক অতুনি।

"শোয়দ্রেদনা?"

"শোয়দ্রে।"

"অহুদি করম তৌসি হায়বগে ?"

"আশ্রমসিদা লৈরবদি ?"

"মহুদি য়াম্না ফপোংনি।"

"য়ারক্লদরা ?"

"করিগী য়াদনি।"

"অহুদি হংলুসি।"

মখোয অহুম্মক আশ্রমগী মন্দির মনাক্তা চত্তুনা ঠাকুব অহুদা হংলুরে। য়াগনি হায়রক্লবদ মখোয় অহুম্মক ধর্ম্ম শালাগী কা অমদা চঙহনা লৈখ্রে। মপা দা শগোল অহুম্মক অরা পোখ্বাহন্দুনা অশ্রমগী হাংগৌলক্ত খাদোকখ্রে। মখোয় অহুম ধর্ম্মশালা মনুংদা অরাপা পোখোক্লুনা 'করম তৌসি হায়বগে করি উপায় লৈবগে' —খন্না খন্না পোখ্বারি। মুমিং কয়ানি চা-দ-থক্ত শগোল শয়াঙথক্ত লৈরকপনা রারবা মখোয় অনিদি নাখোক্লুনা অরা পোখাখরে। মহাক্তদি পোখ্বাবা ওম্নমদে।

রাগলনা মন্নহনা তৌকম থঙব্রে। অচীকপদা থর ফবরা য়েঙ্গে খন্দুনা চঙখ্রে আশ্রমগী কুঞ্জবন্দা। মথন্তা নীংথিনা শেমজরবা লতা কুঞ্জ অমদা ফম্নহনা করি তৌসিগে হায়না মণ্ডল-মণ্ডল খল্লি।--

"ঐহাক্তদি অশেংবনি মানবু থাঙ্গৈশেংনা মুংশিরিব্রা ?"

হৌখিবা দৃশ্য য়েংলুরগা শোয়দবনি খল্লি। অহুবু ফোংদোক্তবা রাখল খঙদবন অচুম্বসি ফাওবা চিংনবা পোকহল্লি। অরাবানি মীওইবগী মতৌ।"

*"মানা খল্লিবহ্নু খণ্ডবা ওম্নবদি—"*

*"থাঙ্গৈশেংংনমক উংখিবা মওংহু অওইবরা ? শোয়দবা ওইগদ্রা ? ঐগী ৱাখলনা লানগদ্রা ?"*

"থম্মোয়দি পীখ্রে, অহুবু মতীক চাবা পাউথুম ফংবা ওমগদ্রা ?" অরেম্বা মালঙগী ফুরা ওইদুনা তোক্রগদ্রা ?

তোঙাল-তোঙাল্লবা ৱাখলনা অহাঙবা লৈতনা থনখ্রে, চিংনবম্ব য়াওরে—অঙকপনি যৌবনগী চিন্তা। তৌফম থুঙ্রে—মন্নক মরক্তা মুংশা মপীস্থু হোল্লি—চিক্লবা কুঞ্জবনদুনা ফমলি মথন্তা তুমিন্না।

# গৌরীউদ্যান কুঞ্জবন্দা

নুমিদাংবাইবম ওইরকলে, নুমিৎ চীংয়া থাংলকলে। নুমিৎ তারমদাইগী ওংগানবা মশেক্না শংলবা কুঞ্জবনদদা নীংথিনা লংনা ফজরলে। শাবী-শানৌশিংগী পূক্নিং ওনবা মতম—থোইদোক্না প্রণয়ীশিংগী তপথবা য়াদ্রবা তাঞ্জা,- নুংঙাইরবী ফজরবী বসন্ত ঋতুগী নুমিদাংবাইরমগী ফজবা শকলোন উবদা থম্মোয় লাওলবী কয়াগী পুক্নীং শুগ্দাত্তবা য়াওবগে? মতম অসিদা অঙোবা ফুরা দলান্দগী থোরকপা ফজবা শকফম উরুবদা অনৌবা রাখলনা অয়েংবা মীগী থম্মোয়দা থলহল্লি—নুঙাইহল্লি।

শিব মন্দির মনাক্তা গৌরীউদ্যান কুঞ্জবন্দা শান্নবনা শিগ্নাং ওইরবী নিংথৌগী মচা বসুমতী অমসুং মাগী মত্তাশিংদো য়ৌরকলে ফজরবা কুঞ্জবন্দুদা। আট্টালিকা মথক্তা নুংথিলচুপ্পা রাখলগী ঈরাংদা লুপ্লরে। ধ্যান তৌদুনা য়েংবদা উরি তশেং তশেংনা অয়ুক্কী পুক্নীং চূরবা দৃশ্য,- কাউবা য়াদে থোকথিবা থৌদোক। ফজবা নাংথিবা করম কাউনি?

ঙসিদি করিনো খঙদে- মহৌশাদগী থোইদোক হোন্দাক্না নুংঙাইবগুম তৌই। করম্বা অঙকপা রহস্য অমনা মাগী থম্মোয়দা থনখ্রবনো?

মত্তাশিংনা ইকোয় কোয়শিল্লদুনা শান্নরী হরাও তয়ান্না কনানা ঈশৈ শকলি, কনানা জগোয় শারি, কনানা খুবাক খুরী।

করি হায়না শীংথাগলি—ইন্দ্রগী নন্দন কাননদা উর্ব্বশী, মেনকানা অসিমুক মুগুায়বা ফজবা দৃশ্য লাইয়াম মাগুদা উৎপা ওমলিগদ্রা ?

"ইত্তাশা! হৌভিক্তি মায়থুম্বী শাম্নসি।"

"য়াম্না ফনি—মজাইবেম্মা।"

"অহুদি লভা নঙোন্দা হান্না পুন্নগে ?"

"নত্তে নত্তে, মজাইবেম্মদা হান্না পুনগদবনি"

"মানি মানি মজাইবেম্মদা হান্না পুনগদবনি"

"করেনে অহুদি পুন্নোসে।"

অস্নুম হায়রত্তনা রুমাল অমনা বসুমতীগী মমিৎ খুমজিনবীরে; অহুদগী লভা-পুম্পানা' মাবু অমুক্তং হুক-হুরু লৈরম্লগ চৎখ্রে। মথুং মার-মারহুনা থিরি, মথোয়না পুন্নপ-পুন্নপ মনাক্তা চেল্লি, থিক থিক নোঙ্গী—কনাবুমু ফংনা ঙমদ্রি। "ঐখোয় উ-মরুমদা লোৎশি—করম তৌগে য়েংসি" হায়ত্তুনা মখোয় পুন্নমক লোৎখ্রে। মায়থুম্বী ফজবী মথুং মার-মারহনা থিরক্লি। মত্তাশিংগী খোঞ্জেল তাখিদ্রবদা থর থাপ্পা চংলকলে নাকম অমদা। অস্নুম অস্নুম চত্তশিনখিহনা মহাক্না ফমলিবা লত্তাকুঞ্জ অহু য়োৗরকলে। বাখলনা উৎলবা মহাক্তী উদ্রি। খঙহৌদনা তুমিন্না ফজলিবা মহাক্তী লেংবান পায়রহুনা—

"ফারে—নঙনা কনা চেন্দুনমু কান্নরোইরে............"

খংপ্রেক খংই মোল্ল' খুৎনা থেংবদা তুজুংই—হন্না য়েংখংখিবদা থগোয়গী মবেম্মা ওইরম্লবদা শুদ্ধাত্তুনা চত্তরুনা

লৈরবা মীকুপমুক্তী তুংদা অখিং অকাই—"ঐদি থোইদোকপা চেপ্পদে—মপোকসিগীসু চেপ্পয়োই—ননাক্তগী লেওজরোই মসিডনি পামজরিবা।"

মপুক্ৰুংদা খনখি—"ঈঃ কনাগী খোঞ্জেলনো? মাগী খোঞ্জেলসে ভারগা থম্মোয়দা কৈনোমা ভৌই—লভাগী খোঞ্জেল নত্তে পুক্লীং হুরা খোঞ্জেলনি কনা ওইরিগবা মশক খঙনীংগ্রেদা—।" হায়কম খঙদনা চঙক্ররবী মানা হায়রকই—"ওম্বোক্লা কয়সু পুনগ্রেদা। লভা লভা অমুক্তা লৌথোকউবা।"

"লৌথোকপা য়াবা নত্তে; হেন্না কন্না পুনগদবনি; মপোকসিগী লৌথোক্লরোইদবনি।"

অসি হায়র-হায়রহুনা ইকাই-মুংশি য়ান্ননা লেপ্তুনা লৈরিবী মাগী মায়খুমহু লৌথোক্লম্মী। মতম অহুদা লভানচিংবী মভা মন্নামসু করিনো করিনো মরুম মুরুম শোনখি; য়েংলুসি হায়হুনা লাক্লবনা মথোয় অনিগী মনাক্তা থুংলরে। মথোয়গী মভৌ উবদা অমদি ফজরবা মাগী শক্তম উরুবদা শুম্মতুনা ভাইহাক্লং চপ লেপলম্মী

মায়খুম লৌথোক্লবদা মমান্নবী নত্তে ভশেংনা খঙলে—ইকায়বনা মমায় হাইগৎচবা ঙমদ্রে। করম্বা রহস্যনো খঙদে মনাক্তগীদি শুকচৎ চখোকনীংদে—অমুকসু ইকায়বনা মাগী থম্মোয়বু অভংপা লৈভনা ওৎলি; মুংশামপী হোল্লি—করিনো ভৌরিবসিবু? ইকায় থাঙনা থৌবরা মুংশি উন্নীনা ঊয়বরা? ওম্বোকপনি মুংশিবা! সমাজ অমদি মুপীমচা ওইবগী ইকায়বা

হায়ব. লৈতেংনা চৎনীংব্রবা মনাক্তগী চংথোকহনগদৌরি—মিকুপ অমগী মশুংদা ইকায়বা মুংশিবা নোক্লীংবা রাখল কয়ামুক্লা থনখিত্নুনা মনাক্তগী পশুহৌদনা চেম্ব্লোকখিগে তৌরম্মী। মহাক্লা মতুদা মথুং পায়তুনঃ খাম্লম্মী। মথুক্তা পায়বদা বশ্নমতী থম্মোয় চোংই কৈনোমা তৌই, তু মান চুংই করিনাসিবু; মহাকমু অতু মতায় থম্মোয় চোংই, তু- চুংই মুংশা মপী হোল্লি।

"মানি মানি থম্মোয় হুরানবত্নুনি ; পূম্নমক লোইনা খত্তজারে ইবেম্মা। মজাইবেম্মা! ওম্বোক্লা ঙকপীরম্মাদা

"হেরা ইতা নখোযসিমা!"

ইকাযবনা থনখ্রে, মথুক্তগী নাম্বোক্তুনা চেনখ্রে—মখোয়গী মরক্তা তিনখ্রে। মাদি তিংক মাংত্তক্লতুনা লেপলি; ময়াম্না ত্তাঙশিল্লকপদা মায় ত্তাংক্তক মাগী তৌফম খত্তদবা থেংখ্রে, করিনো তৌরিবসিবু।

"যেংটান লত্তা কয়াদা ইকায়বা খত্তিবা?"

"মীগী থম্মোযবু হুরিবা!"

"থম্মোয়দি হুখ্রে, অতুবু কনানা?"

"হায়য় হায়য় ইবুঙো হুরানবা! নত্তবু কনানো?"

"নীংলিবা অত্নুনি" করি খুমসিগে চম্মর- মানা অফিং অফাই হেক হায়দোকখি।

মখোয় থর পূনখ্রবদা ইকাই-ইকি লৈত্রবী লৈমকোনগী মুপী মচাশিং হায়রকই - 'প্রমাণ্দি?"

"থম্মোয়দা হংই" - খল্লহৈদনা খুমদোকখি।

"মহুনা অচুম্বা ওইবা য়াবরা ?"

"লৈমকোনগী লৈরাংশা ? নাংজবা মুংশিবনা অচুম্বা নত্রবদি তাইবঙপুম্বসি অরানবনা থনখ্রেদনা ?"

"অহুদি হায়বীয়ু ইবুঙো তৌঙম্বা ! মিৎকী অপাম্বদা ? নত্রগা খাঙউথকী হরাওনরবা"

"মহুগী পাউথুমদি থম্মোয়নি। থাঙ্গৈশেংনা মুংশিবা খঙলম। কনাসু তোশিন্নবগীদমক থম্মোয়দা প্রতিমা লাংতে"।

"অহুবু থাজবদি থর মরাংলি। মরমদি মুপা ওইবগী লমচংসে অরেপ্পনি হায়বসে, অসিগুম্বা মফমদা য়াম্না চিংনফমনি"

"মচেংনা মপুম শাহুনা ফত্তবা থরনা তাইবঙগী অচুম্ববু মাঙহনবা য়াবরা ?"

"অহুবু .......... ।"

মতম অসিদা মুপা অনিথক ঈথও খঙহৌদনা মায়কৈ অদোমদা লাক্লম্মী কৌবকই -"যুবরাজ !" শেংলবা আকাশতা থোংলকপা অথাক অরাওগুম ইথও খঙহৌদনা থম্মোয়পুম্বা ইপা পাখংলৈ। পোইদোক্না ইকাইবনা লৈতেং ওইজবী মুপীমচাশিংগী থম্মোয়দা ইকাইবা অকনবা ইথিল্লা য়ৈরকপনা শাঙওদহুনা খোঙবীনা লৈবাক্তা তাইনহুনা খাঙকরি মচিন্দা খঙহৌদনা পল্লকই—"হাইমা মী লাকলে।"

মখোয় পুম্না তাশিন্দুনা লৈ মতা মরামদা চংলসি হায়না ইঙ্গিত তৌরকই।

অতুবু থম্মোয়নদি চৎনীংদ্রি -- খোঙবীনা ভেঙবাঙজরী—কুঞ্জবনগী মালেম্না খোঙবী পায়তুনা থামজরি। ইকাইবগা নুংশিবগা অমিসি হৌজিক কনানবু ঙমদৌরিবা? অঙকপনি য়েংনরিবা অনিসিগী লানফমদা অসিনা মঙমলে হায়নিঙাই লৈজদে—মতম মতমগী মতুং ইঙ্গবতনি। তাংথক নাইদনা লাকলিবা সুপা অনিতু নকশিন্নকলে চংথোকহৌবনা লেমগনি মঙ্গাইবেম্মা নুংশিরবী মত্তা পুস্পলতা য়েংতুনা - নুংশিরবা শুম্ফংপা মিংয়েংনা মাঙ্গদা হাইফেৎ যেংলগা "হয়েংদি লতা রাসমণ্ডলদা থাবল-লক্তা পাইবা নোংইন্দো ফাদবা য়াদেকো মতু ফাননবা হোৎনরুসি"।

নুজা পূম্বা লোইনা চংখ্রে। বা অমত্তং হায়গে নীংলম্বা মাসু হায়বা নংঙৌদ্রে—হাঙলে মফমদো। অতুবু চিংন-য়েংলম্বা মীৎয়েংদি লৈহৌরি।

কৈদোনবনো?

থম্মোই ওৎলবন্না?

মখোয় ময়াম চৎপগী ফনেকী খোঞ্জেল-থুনা চৎপদা মথুং হাইবদা থেংনবা খুজিগী শ্রেং শ্রেং লাউবা মিরবা খোঞ্জেল অমদি শিব-মন্দিরদগী লাকপা সন্ধ্যা আরতিগী কংশি খোঞ্জেলগা লোয়ননা মাগী নুংবঙনবা রাখলসু পাক্লবা আকাশতা তিনখ্রে। উন-থেংনরবা নিংথমথাগী অরাংলোমদগী শাৎলকপা ঈংলবা নুংশিংনা থেংবদা মিৎ-না শিংগুম্না -চিংনবনা অতৈ রাখল ঙাইহাক কাউহন্দুনা লাক্লীবা সুপা অনিতুদা য়েংহল্লম্মী। হৌজিক মাগী চিংনবা কোক্লে -- সুপা অনিতু মাগী মরাপ ওইহমদে। অতুবু মহাকী চংলগ্নলাইগী রাহৈ মিৎয়েং তুংগী আশানি। কয়াদা নুঙাইগ্রবা

( ৩ )

# তরামরিনি পানবা নুমিৎকী মুংদাং

ঙসি পানখৎলকপগী তরামরিনি পানবা মুমিৎনি। মপুং ফাবা পুর্ণিমা ওইগদবা হয়েংনি। মপুং ফাওরগনি থনবা আশানা হেন্না মুংঙাই হল্লবা ফজরবা থাজনা নোংপোক থংবা অতিয়াদা তরং লুনা থোকপদি কবি কয়াগী কল্পনাগী তুংনফমনি। মীওইবস্ন মহৌশা লাইরেম্বীগী মচানি অতোপ্পা মচানা হরাউবদা মাস্ন য়াওদবা নত্তে। থাবল ফরবী অচিংডু উরগা থম্মোয়দা মরম খঙদনা নুঙাইবা অমা পোকই— মতুদি ইমুংদা লৈনীংদে মপান্দা থাবলদা লৈনীংই—হকচাং ঈংই, নুংঙাই থম্মোয় পেল্লী;—করিগুম্বা মরী লৈবরা?

ময়াম মরক্তা থোইনা হেন্না শাবী-শানৌশিংনা থম্মোয় নৌবা হেল্লি। মীওইনা পোকপগী অরম্বা থৌদাং কয়ানা য়েংথ্রিবৈ—নুঙাইবা হরাওবনা থল্লিবা ঈনখৎলক্লিবা কনানা মহৌশা লাইরেম্বীগী অচানবা মচা ওইদবগে? ওন্থোক্না য়াম্লবা রাখলগী মঙদা উগনি—ফংগনি ঐগী ওইগনি—অসিগুম্বা আশাতনা মতম পুম্বদা নুঙাইরবা রাখলগী সংসার অমদা শাল্লহল্লি। মহৌশা লাইরেম্বীনা মতুগী বৃন্দা তুতি ওইজরি।

থাবল্লক্তা কাঙবু কাঙবু চিকপক চিকপক্লা চৎনরি—অনীংবা কুঞ্জবন তম্না তম্না। কুঞ্জগী মালিকা শাৎচরি, থাবল্লৈনা থৌগল্লি

শিঙ্গাবৈনা লৈতেংলি ; কনাগী কুঞ্জদা মাঞ্জ য়ৌরক্লে শানৌ থম্মোয় থোয়রাগুই। কনাগী কুঞ্জদা মশাবী উবদা থোয়রম মোমোন ভৌজরি—মুগাইত্রা? করিগুম্বা হায়গুমদবা মুগাইবা অমা মথোয়গী থম্মোয়দা ফাওনরি। লৈজদবা পামজবা কমানা থম্মোয়দা কল্লকই,—অহুবু গতি লৈতহনা তিল য়োত্তুনা মত্তোকই;—অয়েংবদদি মুগাইবা কুম্মেনি।

অসিগুম্বা কুঞ্জ অমদা মথোক কায়ক্লিবী অমনা মত্তা অনিগা লোয়ননা মাঞ্জ কনাবু গাইজরি। লৈমকোন্দা পোকপী ওইবনা অহিংগী পোযাক্লা য়াম্না ফজনা ফিজেং লৈতেংত্রবম্ব উরুবা কনাম্ব কল্লরুবা য়াওদে—নোংলক্তা লোংপী থাজগুম্বীনি ; "মহাকপু শোয়দনা লাকত্রা? মানা শোয়দনা হায়বীরিত্রা? ঐবু ওম্মোক্লা বাহনখ্রেদা হে মুংশিবা! মহাক লাক্রবদি অমুক য়াম্না লাওজরিবসে ওম্না মাওজবা ভারেদো!—অমুম্না খল্লহনা লাওতরুমা গাইজরি।

অহিং থেওজিল্লকলে থাজম্ব য়াংনা কারকলে লাওতরুবম্ব হেল্লকলে। "লাক্লমোইত্রনে"—"ওম্মোক্লা লাওতরুখ্রেদা"—মহাক্কি লায়রহনা অয়েংবা ঐবু থাওগুমদরে "করি ভৌহনা লৈরি হে খ্বাংজেংবা লৈকা ফম্না শাংকায়রে—লৈনম ফংদ্রিবরা হৌজিক ফাওবা?"

"করিগী ফংদনি।"

থব্রায় হকচাং য়াওনা নীংজরবা,—থম্মোয় শেপ্তনা খঞ্জরবদবু নীংবা থুংদবা করম্বা লৈবগে ভাইবগুদা।—মহু ঈশ্বরগী খুংশেম নত্তে। য়েন্তৈ হৌজিক—মকায়াম্নবা থম্মোয়বু উৎচবা মোমোন

নোকপা মায়থোংদো লোয়নবা অনিগা থুংলরে কুঞ্জহুদা। খঙহৌদনা য়ৌরকপা—লাঙতক্লা ঙাইরম্বা অমত্তস্থু শেম শাবা নংহৌদ্রে। নিংথমথাগী শেংলবা আকাশতা কোয়চেল চেনবা থরাম্মিচাক মচাগুম শুক্ল-মম্লবা নোংলক্ত। কুপ্লকপা নোংথাঙগুম—মখোয় অহুম্মক কোয়রাঙ লাঙই—অহুবু খোঙথাংবদি ইথোক থোক্তে তৌফম খঙখিদ্রে। মোমোন নোকপা মায়থোংশিং অমগা অমগা উনবদা নুংঙাইমনখ্রহনা য়োৎচাবীগী মাম্লবা মতোলশিং থেংনবদা হন্দোক্লবগুম মহৈ মহৈ লুকথনৈ - কুংলবা তাল্লক অসিদা হুরান ম্রিংচি অহু অমুকস্থু লান তৌনরি। অঙকপা য়োৎচাবীনি—করম্বা জাৎনো? অনৌবা নত্তে খঙই—অমুক্তা উনদ্রিবস্থু নত্তে—অহুবু নুংশিবগী মফমদদি অনৌবা ঙাক্তনি বসন্তনি—কনানা নত্তে হায়বা ঙম্বগে?

নুংশিজরবী মহাক্নী খঙশিল্লরমদবা উশিল্লরমদবা নুংশিবা অহু ঙসিদি শারবা নুংশাদা বরফ মতুম্না মাঙখিবগুম মশক উবা ফংখিদ্রে—মাঙখ্রে। মশানা কখোকচরে মশামক নুংশিজরবা অহুগী মফমদা। "হে নুংশিজরবা।" মহাকপু নহাক্লা "ঐগীনি" হায়না লৌশিনখিরোয়দ্রা?

মেরা থাগী অহিংদো কজ্জরবা থাবলনা ঈরং ঈরং লংই। ঙসিদি কুঞ্জবনসে ইনিল নিল্লি। চীক্লা লৈগে খঞ্জবী প্রকৃতিদি শাওনীংদ্রবরা? অহিং শাৎপী লৈরাং পুম্বা মকারাম্না শাৎকায়রি লেম্নজরি। পুখ্রিদা হৌবী থরোনা হরাউ মোমোন নোকচরি—ঐনা হেল্লি তেমশিঙলি। থাবল্লেনা নোক্লা নোক্লা রাকংলি—মাগী করি রাংপগে? শিঙ্গারৈনা নোকমী নোকমী শোঞ্জরি—

মখোয়না করি হেনবগে? পুম্নমক মুংঙাইবগী শক্তম লৌরি। য়েংউ য়েংউ থুদীংদা হরাউবা মুংঙাইবা মুংশিবত্তা ফংলি। ...য়েংলুবা মিৎয়েংনরা নত্রগা মুংশিনবশিংগী থম্মোয়দা করিগুম্বা মতমদা অসিগুম্বসি তত্তনা খোকপরা?

মহৌশা লাইরেম্বীগী কুঞ্জবনদু কৌজেং-হারৌগী মুংশি ঈশৈনসু নিলহল্লি। শাবী শানৌশিংনা খুৎকা খুৎকা পায়নদুনা নাপচীল্লা শাবা ব্রাব্রী, হৌনা নোকপা খোম্লাং, ঐগী মুংশিবনা হেল্লি হায়বগী য়েৎনবা মরৈ, ঙম্নদনা ত্তোল্লবা; মরক মরক্কী ফাগী মতেক—কনানা শীংথাবা ঙম্বগে? কুঞ্জবনদু চীল্লা নিল্লে। মতম অসিদা নিংথেম্নবী অমনা শীল-লাংবা লোইরে হায়না পাউ তাল্লরে; মথোয় তরুক্ত—অহুম্না লমজীংদুনা অহুম্না তুংইপ্পদুনা চণ্ডথ্রে মুংশিজরবীগী মথানথংবা কাদা!

হে নিংথৌরেনগী মচান্নুপী ফজবনা থল্লবী লৈমকোল্লসু অসিগুম্বা মুংশিবী লাইরেম্বীগী শক্তিসে অসুক য়াম্না কনবরা? থিংঙমত্রবা ঈচেল্লসে থিংলুরবশু মপুগী মিৎয়েংদা অপঙবা তাবরা? ওন্থোক্লসু কনখ্রেদা? লৈমিন্নরকপসু নত্তবা—নরৈবাক মচাসু নত্তবা—মাগীদমক্তা স্বর্গবু হেল্লবী পোল্লফম লমদম থাদুনা মাগী থুদুং ইনবা ঙম্নগত্রা? করম্বা গুম্ফৎনবা বিণানা নঙগী থম্মোয়দু গুম্ফৎখ্রবগে? অওইবমকনি মথোক কারকপগী থমথেংনা মুঙাই-রবা মতমদা অসিগুম্বা অসিনা থম্মোয় নিলহনবদি লৈশেমচৈদগী লৈরল্লবা থাদোকপা য়াত্রবা মীওইবগী লীচৎনি।

নহাক্কীদমক্তা মরৈবাক থাদোক্তুনা লাক্লে। নমিংতা ভাবদা শুম্মাত্তুনা নঙগী নমি ওইহৌনা অস্নক কুইনা লৈরক্লে। হৌজিক নহাকস্লু ফজরবী! নীংথিবা মাগী মমি ওইহৌনা মফম খুদোংমক্তা য়ৌগদবনি—চৎকদবনি মাগী লৈফমদা। —অসুম্না ভৌরবতদা মুংশিবী লাইরেম্বীগী নীংবা থুংজরিবনি, মহুগীদমক্তা লৈয়শেম্বা মপুনা শিঞ্জবনি। হে মুংশিবা মুংশিবী. মুংঙাইহল্লু কুম্মে অয়েংবশিংদা

করিবু হায়না শীংথাসিগে? নিংথৌরেনগী মচাম্বুপীগী কানি। দেরানগীরী কয়ানা ঈরং লংনা য়াল্লি। পুম্নমক মোমোন নোকপগী শক্তমনি। পূক্রীংনা মুংঙাইরবদা য়েংলুবা পুম্নমক ফজবা ঙাক্তনি। মুংশিবগী মফমদদি মুংশিজরবীনা ভৌরম্বা পূম্বা অপেনবনি। অরাবা লক্তম্নু মুংঙাইবা মালঙনা থৌগনবনি।

মথল মথা অয়াম্বা মচুনা লৈতেংলবা থোংনা নৌবা খোয়নৌবা লাইগী মুত্তি কয়ানা লৈতেংলি মফম চানা চানা। মহাক মশামক্তা য়েকচবনি—কয়াদা হৈশিংলিবা! য়াম্না লুনা থমজরিবা মাগী থম্মোয়দা খ্বাইদগী হেল্লি থঙজরিবা থরায় য়াঙনা য়েকচখ্রবা শকফম অহু কনাগীনো? চুম্মী লেপ্পমক চেকশিন্না থমগদবনি। খঙহল্লোই হোংনবদো অমেম্বদা ভাগনি। ইংফোং-ফোংনা শোল্লুবগী কন্নি কান্নবা লৈবগে? মুংশিনবশিনো মপুকী রাখল হায়দোকলোই থম্না থম্না হায়দোকখি। মসি হৌনশানি। ইকায় খঙনা খঙনা, অমবু ওইরবস্নু অমবু ওইরবস্নু মাগী রারৈতা শারগ মুংঙাইরৈগে;—মাগী ফিরেপ খুদোং. রাঙাং খুদীং

মী খুদোংমক্তা হায়রপা মহুগী বারী লৌরগা ফুংঙাইকে—কদ্রিনম্নো ? ফৌশিল্লবা ইকাইবনা কম্না হল্লকলিবা বাখলগী ঈহল অদো লাকশিনবা ঙমদে বাহৈ মথৈত্তনি, বাখলদি—বাখলদি মন্তে !

ফজবা লাইগী মূর্ত্তিদা নত্তে—কা অহুদা থেংলিবা অহু মচী মচীদা থাঙ তা লিক্ক তেন, মকম চা-না চা-না থেংলি। অমত্তা পোকপী থাদোয় ওইবনা মপানা শিগ্রগা—লৈবাক্কী রায়েন থৌদারগদবনি : ঈংলিঙৈদা কবোকলৈগুম থোংলবস্থ য়েসমগুম্না মোল্লবস্থ থাবলগুম্না মেঙলবস্থ শাওরক্লবদা য়েক্লবগী মকমদদি তুর্গাগুম্বীনি লাম্বা লৈবা নত্তে। য়েংউ। মতম অহুগী নিংথৌ মচা তুপীশিংনা কয়াদা শিন-শুরম্বা।

লাইরিক হৈবী থৌনা ফবী, ঈশৈ হৈবী জগোয়দা মপা লৈত্তবী থোংপু থোংগবস্থ থোঙগম মেল্লেনা কৈদৌনি। হৌজিক মাগী সুংশিজরবগী মকমদদি কবোকলৈনি থাবলনি য়েসমনি। মাগীদমক্কদি ইকাই-ইঁকি লৈজদে—অহোয়নহুম থম্মোয় পেম্নবা মশকনি। মাগী দমক গোংনজবা-লৈমকোনগী লৈবাং, মাইতোম শাংচবী—অমত্তশু পোকচবী কেবত্তনা মশিল ওইজরিবী মশামক্লা মহাক্কী লেঙত্রব তুংগী আশা ওইজরিবা অহুগীদমক শেমজ-শাজবা কনানা শীংথাবা ঙমগে। মশামক্লা চাক শীল্লে—থারে চাকলুক অহুম কয়াদা কজরিবা ! নীংবা থুংলগনি খজরিবী মহাক্কী থম্মোয়দা কয়াদা হরাওজরিবা ? সুংশিজরবা অহুগী পুক্লীংদদি সুংশিজরবী অহুনা তৌরিবা খুদোংমক ফজবা, সুংশিবা পুক্লীং হবা ভাক্কনি। হৌর চাবা—য়য়ারথংবহু কনানো ?

ওম্বোক্পা ওম্নবা কাওবুনি করিম্ সু ইকায়বা খওদে—হঙ্গোইবা লৈতে লিরী খোইরী করিমত্তা য়াওদে। লৌথুপ লৌকোই লৈতবা ইচম চম্বা রাঙাং থৌরম থৌশিলনি। ফজবী অনি থৌগঞ্জরি— খ্বাইদগী হেনবী মানা শীঞ্জরী। ঈথঙ থওহৌদনা ময়ায় থংবা চাক্লুক্তগী—"য়েন্সাং খিত্তা হাপলোবা!" হায়বা খোঞ্জেল অমা থোরকই। খোঞ্জেলগী মতিকচাবা প্রতিধ্বনী কদোমদগী লাকদৌরি।

শকহেনবী ফজবী কাইদ-কাইদ চঙজখি। মহাক্পা মমিৎ ফম্নপ-ফম্নপ য়েংহুনা ময়ায়থংবা চাকলুক্তা য়েন্সাং হাপ্নদি করিগা পান্দম্মুগনি। খুদাংদা শিরিবা খুজিনা শ্ং শ্ং লাউরবা মিরবা খোঞ্জেলনা মুজাগী মত্তৌহু য়েংহুনা নোকচরি। মুজাগী পুক্লীংদদি মবুংঙোগী থৌগলদা তেঙবাঙবনি থঞ্জরি—অদুবু খুজিনদি— "ইকায়মু ইকায়মু মুম্না য়েংজহৌ মাঞ্জ-মুংশিবদো" হায়রকপগুম অতাবা, অয়েংবা অহাপ্পা চারিবা পূম্নমক্কী থম্মোয়দা ফাওহল্লি। খুজিশিংনা তিম্নবা খোঞ্জেসনা অমুকম্ হায়রকলি—"মাঞ্জ য়েংলিভৈদা তেঙ্গোং তাখিনি।" তাদা তাগ্রদবোই খন্দুনা তেঙ্গোংতুনা খুজিগী খুদাংদা য়াঞ্জেদো। খুজিগা তোঙ্গোংকা অনি চঙহুনা মিরবা শ্ং শ্ং লাউবা খোঞ্জেলনা হায়জরকই— "ইবেম্মা! ঐহাক্কী শরুক থাকহৌখো।"

মহাকপু নহাক্পা কয়ামুক পীজনীংবগে হে শকহেনবী! অদু ওইরবদি লৈজবা খিবিক কথোকলো! থম্মোয়গা থম্মোয়গা শিন্নবো করিগী লেপ্তুনা লৈথোকলিবনো। নহাক্কী নফমদা

মাঙনা তৌরিবা পুম্বা থম্মোই হয়াউনবরা নত্রগা মিৎকী কুম্মৈরা মুম্না থঙহৌরো। অচুবু অমুক থল্ল্হুনা করি কায়খিনি! ঈশ্বরনা শেম্বা লৈপুন—নাচোম লৈরাং চোইনা তাখিবা অরায়বা থবক নত্তে। খল্লবা অকায়বা রাখল—মচানা করি তৌবা ঙমগনি।

অওইবনি মহাক! পেল্লগা নঙগীসু অপেনবনি; নহাক্না মুংঙাইরগা মাগীসু মুংঙাইবনি। অচুদি মহাক্না নহাকসি অমত্তরা! নত্রগা নখোয় অনিনা অমত্তা ওইবরা! উত্রবসু উনীংবনা লাওতক্লবা উনরগতা মুংঙাইবসি নখোয়গী করম্বা নগুম্মো!—করম্বা লমচৎনো! অমুক্তদি য়েংউ লোয়নবা অনি অমসুং শকহেনবীগী মতা অনিগী দৃশ্যসে—অঙকপা নত্রনে! মখোয়না খল্লি—মহাকীনা করি হেনবগে। শকহেনবী ফজবী মাগী ফজবা নীংথিবগীদমক্তি মখোয়দগী হেল্লী থঙরী—অচুবু মুংশিবগীদমক্তি মখোয়গীনা হেল্লি নীংজরি। কনানা অচুম্বনো।

চাব-থকপগী থবক লোইরে—হৌজিক অনৌবা মতাও য়োরে। শকহেনবী ইবেম্মা মবুঙোগী নাক্তা চিন্দে খুদৈ লানশিঞ্জে—পানা খুদপ কৎশিঞ্জে। "লৎনবদি নত্তেকো অচুবু পানদি চাজদে।" অমুক পনবা তৌদনা শীঙেল নাচোম ফজবী মাঙ-খুত্তা হাপচরি।

মুংশিবী ফজবীগী নাপ্পদা মাঙনা লৈখোল্লিঙৈগী তাঙাদা মরূপকী চানবী অমসু-মুঙাইহুনা য়েংলিঙৈদা "খুদৈ লৌশিল্লো"

ইঙ্গিত তৌরকপা উহৌত্রে। মন্নপস্থ তুমিন্না লৈত্তেদো—খুদৈহুমা থাজিমবীরে মমায়দা—। লোম্মা মুংশিনরম্বা মোম্মা শেঙ্গাও লাক্লম্বা—তুমিন হৌদোংনা চফু ওম্নম্বা অণ্ডকপনি। লোৎপা য়াবা নত্তে—লোম্মা ফাগী তৌনজবা উহৌদবা য়াওবরা। —মখোয় পুম্বা রা লাউনা নোকচরি।

মুংঙাইত্রা ?

## (৪)

# পুণিমা নুমিৎ—নুমিদাংবাইরম

"অমুনবা হৈদা চঙবা তীল
লৈখোক্তা য়েৎপা লীনখাক
খুজিন্দা চঙবা তুম
পুন্নমক মুঙাইবগী তুংফমদা
মুংশিবগী চাংয়েংদা
কত্তবনি থাজবা ওন্নবরা ?"

অওইবনি য়েক্লবনা খঙহন্দনা চান্নবা মরূপ ওইবদি অন্নাবগী মশকনি। মীওইবগী লমচৎ অসিনা মরেপলে হায়নিঙাই লৈতে। মতম অমদা খ্বাইদগী হেন্না চান্নবা মরূপ ওইরম্বা ওসিনা খ্বাইদগী হেন্না য়েক্লবা ওইরে—অন্নাবনি। মুপীমচা অমগী ফজবনা চান্নরবা মরূপ অনিবু কায়নহনবা ওন্বরা য়েংবা তারি। লোগদবম্ব অমত্তনি লৈগদবম্ব অমত্তনি। অমনা অমত্তবু পামলি মুংশিরি—ময়াম্বা অমত্তুবু পামলি মুংশিরি—অনিসি করম্বা মখেন্ননো ? চপচানা মুংশি হায়না শেংনা খঙদবা মহাক্না চান্নরবা মরূপ অমবু য়েক্লবনি খনবসিবু অন্নানবরা নত্রগা মুপী অতুগী দোষরা ?

অমরোমদা "মুপীনা পামদবা মীপাওথোক য়েনকাঙক্রম মফোনথোক পুনশঙবায় নাতৎপা' নওস্থ করিগী ফু দিত্তা মাঙজোং চোংলুবগে ? অতুবু ফজববুদি কসক্লবা ওমদে—ঐগী ওইনি হায়বা! রাখল অসিদগী থাপতোকহনবা ওমদে—মরমদি লৈবাক অতুদা মহাক নক্তনা মাগী মতিক চাবা কনাস্থ লৈতে খঙরি।

হৌজিক হায়রবীয়া কনাগী লোয়মো ? নাকাদ অমদা পুকচেল শেংলবা মরূপ অমনা মাগী মরূপপু চিংনবা ওমদে, থাজরবা মরূপ অমগী পাওতাকপু হিগ্নায়রানি খল্লি-থিনা তৌরি —অদুবু থাজরবা মরূপ অদুনদি "মাগী মরাল খঙবদা শোরমদা মাগী থায়াওা তাগনি" খনবনা অমদি মরূপপু, মুংশিবদগী মাকু মাঙগদবদগী কল্লনবা হোৎনরি। করম করম্বা রাখলনো ?

রাখল তিম্নবশিংনা পুন্না অমগী মাঙনবা শীল্লি,—অচুম্বা পাম্বা ঈশ্বরনা অচুম্বা অমবু ওাকশেল্লি—কনানা খুদোংথিবা থোকহনবা ওমগদগে ? অমুকসু কজবনা রাখল মান্নবশিংদুবুসু অমুক য়েক্লহনগ-দৌরি—কনানা চুমলিবগে ? মশা মশাগী মরাল্লা—কজবগী দোষরা ?

"মহাকপু ঐনা মুংশি মসি অচুম্বনি । মহাক্না মাবু মুংশি মসিসু অচুম্বনি । মনা ঐবুদি মুংশিদে—মতুমক্তি খঙবা ওমদ্রি—খঙলবসু থাজবা ওমদে । থোইদোক্না মাগী কজবা; নীংথিবা ঐনা কল্লকবা ওমদে —হে বসুমতী নহাক্না ঐগী থম্মোইবু হুরিবা করিগী-নো ? ওরাংগী কৃষ্ণবনদা নোক্না নোক্না হায়থিবা—'মতম চেমখ্রে ঐগী থম্মোয় সৈহৌদ্রে—মাগী ওইখ্রে।'—মসিবু অওইবরা, হায়-শিল্লবা কাগীরা ? কাউগে হায়বা ময়াদে । করিগুম্বা মহাক সৈরম-দ্রবদি......বসুমতী ঐগী ওইবা য়াই......অদুবু.. অদুগু বসুবু ঐগী ওইনবা ঐগী চান্নবা পিশক পিক্লীদেগী তিম্নরকপা মরূপ, ঐনা করম্না কত্তবা তৌগনি— ।...... মাবু ঐগী চান্নবা মরূপদা ? বসুবু মুংশিজরুবা ঐনা—হেমগী মতেঙদগী উরুবদগী ; খঙলুবদগী ঐহাক্না অমজিংলকপা, ঐগীদমক হোৎনবিনবা মথোহুগী মতেঙ

নিরুবা—অদুগা ইতোপতোপা মহাক্না ঐবু হুন্দোক্লমদুনা মাবু মুংশিরম্বা —মুংশিখিবা .....মাগী ওইখিবা। মহাক্কী মহুৎপু অতোপ্পনা শিমবা ওইখোকপ্রা ? .. ..মহাক্না মাগী ওইগ্রগা ঐনা করম্না য়েংহুনা লৈগনি ? করিগুম্বা মা লৈরমগ্রবদি ? .... মাবু ঐগী মরূপলা ইপাগী য়েরুবগী মচাবু ঐগী চাম্নবা মরূপলা ?” অসিনচিংবা রাথলনা ধরমসিংহগী থম্মোয় থনখিরম্মী।

ফত্তবা মীগী থম্মোয়দি মীগী অশোয়বা থিবতনা মুত্তাইজে। শোয়দবা ওম্বা কনাম্থ লৈতে হায়বসে মাগী থম্মোয়দদি অরানবনি। মীগী মুত্তাইবা উরগা মাগী থম্মোয়দা কল্লকপমা তোকম খত্তদে। পাকচাউরবা তাইবত্ত অসিগী ঈশ্বরগী খুৎশেমদা মথল-মথা অয়াম্বা তোঙ্গান তোঙ্গানবা নাওনা থল্লবা খুদম করা উবা ফংই পীক্লবা মীওইবগী মিংয়েংদা। অপাকপা মিংয়েংদা মাম্নবতনা থনবা তাইবত্ত অসে পীক্লবা মিংয়েদদি তোঙ্গানবতমা থল্লি। অফবা ফত্তবা চাম্নবা য়েংথিবা, ফজবা অথীবা, কল্লকপা মিহৌদবা, মুত্তাইবা মুত্তাইতবা অসিমচিংবা মাম্নবা মারদবা অচুম-অথোয়না জগত্ত অসে থন্দুনা শেমম্নবা মপুনা মথনতগী মিংয়েংদা মুত্তাইবা ফংজরি। মতম মফম অবস্থা থেম্নবগী মতুংইন্না মীওইবা কনাগী লমচৎমু তোঙ্গাল্লি। মফম অমদা করিগুম্বদা ফত্রবা মীহুমু অতোপ্পা মফম মতম অমদা ফক্লবা ওাত্তনি। ফত্রবী মুপী অদু মচাগী মফমদদি মপা লৈত্তনা ফরবী মমামি। ফত্তবা লৈবদা অকবমু য়াওথরে। অদুবু মচি অমদা ফরবমু ফত্তবা মীগীদি ফত্তবগী চাংনা হেনবনি মাগী পুনশিদো। অদুদি য়েংলগি ধরমসিংহগী

পুনসিদা অসিগী শরুক্তা হেল্লবরা ? অহুবু অমুকস্থ অফবা করিনো ফজুবনা করিনো খনবদা লুগ্রবা ব্রাফমনি ; য়ানবা য়ানং দবগী মতুং ইন্না অফবা ফজুবগী রারেপ তাখিবতনি । অহু ওইরবদি য়েংলসি করিগী ফজুবা কৌরিবনো—অমদি ধরমসিংহ অসি কয়ামুক ফজুরবগে ?

ঐখোয়না উখ্রে অমনা অমবু য়াম্না মুংশিজে অহুবু অমনদি অমহুবু ইমুং-মুংশিদে—নত্রগা মুংশিরবস্থ যাম্না হন্থবা চাংদা মুংশি-করি মরম্নো ?

মুংশিববু পাপলা ? বস্থনা মাবু মুংশিদ্রবস্থ ধরমশিংনা মাবু মুংশিবদা করি অকায়বা লৈবগে ? মাগী মুংশিবনা হেনমনখিবনা অমদি পামজবা অহুবু ফংননবা মখোয় অনিগী মুংশিনবা অহুদা য়েংলুবা অমদি জয়সিংহগী অচেংবা য়েংহুনা বস্থবু ফংননবা হোৎনবসে পাপলা ফজুবগী খুদমলা ?

মুঙাইবগা অরাবগনা শিন্ন-শিন্ননা চৎলবা মীওইবগী পুনসি অসিদা মুঙাইবগী মতুংদা অরাবা লাকপা অসি হৌনশানি—নত্রা ? অহুবু অরাবদা মুঙাইবদা থৌনাফরবা কনানা মুংশিবগী চাংয়েংবদা করিগী কিফম লৈবগে ? মুংশিজরবী অহুনা ঐগী ইনাক্তা ঐগীনি হায়না লেপলিঙেদা কিগদবা কনা লৈবগে ? হে মুংশিবা ! ওক্লবা লৌচিং নহাকসি কনানা শীংথাবা ওম্বগে ? নওগী লৌচিংগী শরুক থরদং শীংথাবা মপুং ফাদেকো শাওগম্ন । হৌজিক মুংশিবগী মুঙাইবা থৌদোকলক্তা অরাবগী শৈসিন লাকলে, অহুবু রারবস্থ রানা মুংশি—নত্রা ?

মখোয় অনিতগী মুংশিনজবা মখোয় অনিতগী নংলক্রে। কঙ্গবা লৈরাংবু খোইমু কয়াগী মিহৌনফম ওইবনা লৈরাংনা পামজবা মুংশিজবা অমত্তা ওইরবস্মু লৈরাংবু পামজবদি অমত্তা নত্তে—হেল্লি। লৈরাংনা লেপচবা খোইমুনা লৈরাংগী আশা খঙলবস্মু পামজবা খোইমু কয়াগীদি মিহৌনফম ওইরকলে। খঙলমদবা খঙলকলে; তারমদবা তারকলে। কল্লকপগী শাজংনা লৈতেংবা মী ওইবা কনানা মখোয় অনিগী মুঙাইবতু উরগা মবুক্কুংদা খোয়শাউনবা ওইরি।

মাবু পামদ্রে খঙলবমক্তদা ধরনন বস্মনতীবু কাউবা ওমদ্রি। হৌজিক মাগী থম্মোয়দু কল্লকপা যেংশিবনা থল্লকলে মীওইবগী ফজবা লমচংকী তম্নফম ওইরম্বা মহাক অত্তু হৌজিক্তি ফত্তবা কয়াগী তুংনফম ওইরকলে। মরূপ নীংবা তৌনবা খঙবা ধরমসিংহ কল্লক-চাউবা অতোনবা মী ওইরকলে। জয় বস্মগী মুঙাইবা মুংশিবা উরগা মাগী থম্মোয়দা মুংশিবিবা মহুত্তা অস্সুম অস্সুম খোয়শাওবা হেল্লকলে। মাগী থম্মোয়দু কল্লকপনা অহাঙবা লৈতনা থনখ্রে। "মতাক লৈরমদ্রবদি" হায়বা অসিতনা মতম পুম্নমক্তা মফম পুম্বদা মাগী রাখলবু ওংপা হৌরক্লে। চান্নবা-নুংশিবা মীনুংশি পুম্নমক কল্লকপগী মৈরিনা লোইনা চাকথোকখ্রে। জয়সিংহ অমদি মাগী ফনবা থল্লিবা অভিরাম্ব মাগী য়েক্লবনি থল্লকলে। অঙকপনি শপাম্বা নঙগী থোইনসিন—হৌজিক য়েংলি খুদোংচাবা।

মান্ন-মান্নবা পোৎনা মান্ন-মান্নবা পোৎপু চিংশিনবগুম ধরমগা রাখল মান্নবম্বা হেমস্সু মাগী মীচঙ ওইখ্রে। হেমচন্দ্র মন্ত্রিগী

মচানি । নিংথৌরেলগী মচানুপী বসুমতীবু মাগী ওইগনি নীংলুবা থওহৌদনা মীরৈবাক্কী লাকপা । অমনা মাগী ওইনা লৈথিবা অমদি মুংশিবীগনি খল্লগা বসুমতী মাবু মুংশিরমদবা পুন্নমক অসিনা মাগী থম্মোয়দা ওৎপনা মহাকতু জয়গী য়েরুবা ওইরক্লে । খুদোংচাবা থিরকপদা মাগা মন্ত তিন্নরা থরম ফংলুবদগী মথোয় অনি ইথঙ থঙ হৌদনা চানবা মরূপ ওইখি । মুংশিবনীদবক্তা অমগী মথক্তা রা তান্নবা মরূপ ওইরি । কয়াবু কুইনা তিন্নগদৌরিবা ?

অরাবনি বসুমতী ওসি নঙগী মুংশি চাংয়েং মথও মথও লাকদৌরি মুংশিবা অমত্তগী লেপ্লবা নঙগী থম্মোয়দু অরাবগী ঈরাওখোলদা নাচুংবা পোক্লগনু । য়েরুবগী নাওথেম ঈশৈদা শুম্মাংলুরনু । য়েংউ, সাবিত্রীনা সত্যবানগীদমক কয়া রাখিবা ! অদা মিতম য়েরুবী উমং-দসু হুন্দোকপীরবী সিতানা করম্বা মতমদা মানা মুংশিজরবা মপু-রোইবা রামবু কাউবা ঙমখিবগে ? নুপী ওইবগী অচেৎপা শক-চেলনা নঙগী ওইরিবৈদা কনানা নঙগী থম্মোইবু খুদুম চনবা ঙম -- গদগে ? মীওইবা জাতিগী মমা ওইরিবীশিংগী ফিদমফম ওইরবী নহাক্লা তয়াঃ তংশায়রবা রাখলনা অংরেপ্পবু মাঙহন্দুনা করিগীদমক নুপী ওইবা জাৎপু নোক্লফম ওইহনগদগে ? অওইবনি—মচুতনা মীওইবনা নশুন শোরগদবনি ।

ওসিদি প্রাসমণ্ডলদা নুতিদগী হেল্লা লৈত্ত পুন্নমক শাৎকায়বগুম্না উরি। মুহুলমদাই থাওমবা মুংলমদাইদা থংগান ঙালি । তুংগী অরাবা কয়া খোল্লমদাইদা নুঙাইবী মপৈ অমা য়ৌবসু শৈরি ;

কুগুমপুর কোতুংগী রাসমণ্ডলনি—কজবা থিবিকী তুংমকমনি। মচি মচিদা মথল মথা অয়াথা কুঞ্জবন মচা মচা লৈ। মতুগী মমক মরক্তা থুংনা শেম্বী ঈশিং চাইবী মচা মচা লৈরি। লৈকোনগী ময়ায়দা মরাক ময়ুং মায়বা চাত্তিরবা পুখ্রি অমা লৈরি চাংজো মায়না থম্না লৈরবা লূরবা ঈশিংঅক্তা থরো থম্বাল থারিক-থানা শাংকায়য়ি মতম মতমদা। পুখ্রি মথাক্তা আকন্দা কোয়না হৌরিবা বোকুল পাম্বীনা উনাগী মাশুব শেন্নহনা মীংথিরবা উনাগী কুঞ্জবন ওইরি। পুখ্রীগী মপান্দা চাং মায়না করবা অশংবা নাপীনা করাংজি অশংবা থাবগী মতৌনি। পুখ্রিদা মুংওৌগী ছিরিনি। মুমিদাংরাইরম নোংচুপ অভিয়াকগী লাকপা ওাত্তানবা মশেক্না অশংবা কুঞ্জবন থুদিংদা রৈবদা সনা অহীংবা মায়বা কুচু কয়ামুকী তুংবকম ওইরি। অসিগুম্বা মতমদা নিথৌগী মচানুপী কয়ুমতী চথোক্লম্মী মথন্তা। নহাল মথৌদি মতা ময়ামগা লোয়ননা চংথিন্নরম্মী শান্নথিন্নরম্মী; অতুবু হুন্নক মরক্তী মগাক মথন্তা নাইতোম হেক হেক রাসমণ্ডলদা কোয়-থোকই। মহাক্কী মপুক্লীংদা করি থম্বা করম তৌরিবা, থাইদগী হেন্না চান্নবী মতা কাওবনা থওবা ওঅশিন্নক্রে। পান্মুবগীদমক খনবদা অচীকপা নত্তনা মাগী থম্মোয়দা মুত্তাইকম থওলক্রে।

অসুম অসুম চৎলকপনা গুলাপ কুঞ্জ য়ৌরক্রে। সেন্নবী গুলাপ্না কোয়শিন্নবা কুঞ্জবন—মরক মরক্তা অত্তাওবা অওৌবা অমুবা শাংকায়রবা আত্তরগোলাপনা থেত্তুনা পদ্মরাগ মরকত অমদি হিরানা অশংবা রেসমলক্তা থায়থা—মুমিংকী মেওলবা

মঙালনা মৈবদা তগুপ-তয়েংনা ফজরবা কুঞ্জবননি। নীংথিনা শেম্নবা ময়ায়দা লৈবা গুলাপকী ফম্বাকথক্তা ফমহুনা মওল মওল খল্লি। অমুক হৌগত্তুনা সেরতী গুলাপ অমা হেক্লহুনা য়েংই মুম্না, অমুক মনম নম্মী। অমুক অকোয়বদা লৈরিবা লৈশিংদো য়েংলগা মওল মওল খল্লম্মী! অপোম্বা সেরতী উরগা শাত্তোকহন্নীংই পোমশাৎনবা উরগা নুঙাইজে। শাংকায়রবা লৈহি চেনবী উরুরগা ওইনীংলক্লি। অহুবু লৈমন চনবী উরুবদা হুংশা মপী হোল্লি। অওইবনি সমাজগী মরক্তা লৈহুনম্বু প্রকৃতিগী শাইওন শক্তম উরুবদা শুক্নাত্তবা ঙমদবী মুপী মচানি–থাঙ্গৈশেংনা হায়রবদা সমাজ অমম্বু প্রকৃতিগী খুৎশেমনি।

অস্মুন্না সেরতা কুঞ্জগী ফজবা উবদা শুক্নাংপা—মহুগী মথক্তা পাম্মুবগী রাখলনা হা-রহুনা পায়রিবা আতর-ফাউবা কাওহুনা পাম্মুবগী লাকফম লম্বীদা মায় ওন্দুনা লৈরি নুংবংননা। খঙহৌদনা তুংলোমদগী মুপা অমনা তপনা তপনা চঙশিল্লক্তুনা মখুৎ অনিনা বসু-মতীগী মমিৎ খুমাজনখিরম্মী মপুক্লীংদা "কনানো" হায়হুনা হংনীং-লম্বা রাখলগা হায়গী পাম্মুবগী রাখলগা ঈহুল অনি অহু চয়েংনরম্মী। খুমজিল্লক্লীবা খুত্তু পায়হুনা য়েংবগী রাখলম্বু লৈরুদে—অওইবমকম্বু অত্তোপ্পগী রাখল খল্লুবা লৈতবনা অমদি হায়গী ঈচেলবু অকোন-বগীনা খিংবা ঙমহৌদবনা খঙহৌদনা পুক্লীংগী রাখল ফোংদোক্তুনা হায়রম্মী—

"জয়—জয়সিং খঙলে থাদোকলো।"

"জয়সিংহ" হায়বা কোলোয় অহু তাবদা মপুক্লীংদা মুঙাই—তবগা লোয়ননা মখুৎ অনি অহু থংথা থাদোকখি।

"হেম—হেমচন্দ্র—নহাক ওইরে ।"

"বসু—পুক্নীং লৈকোলগী বসু ।"

"ওস্তোক্না থাপনরেদা ।"

"বসু ! নহাকপু ঐনা য়াম্না নুংশিঃ নঙনা ঐবু নুংশিত্রনে?"

"চুম্মী হেম । য়াম্না নুংশিরিপোংনি—ইবুংবু নুংশিত্রবদি কনাবু নুংশিরুনি ।'

"ওন্নরে বসু ! ঐগী বা তাখো । মহুদা নহাক শাউগদ্রা ?"

"করিগী শাউরুনি ।"

"য়েংঙোই—নহাকপু ঐনা য়াম্না নুংশিজে—পুনসিগী লোয়নবী ওইনিংই—নহাক করি হায়বগে ।"

"হেহে - কদায়দগী চোইরোম্নোনে ? হেম নঙবু ঙাওরবরা ? মবুংনবু মচন্দা মহু হায়বা হৌনবরা ?"

"অহুবু বসু !"

"নত্তে হেমচন্দ্র ! মহুদগী কা পঙহেন হেল্লরুগনু । অঙাং ওইরিঙৈদগী চম্না চান্নবহু— অরেম্বদা.........।"

"বসু ! ঙসিদি অরেপ্পা বা ;.........নত্রবদি"

"নত্রবদি করি ?"

বসুমতী শাউনীংবনা লুত্তোন কারকলে - মী মরক্তগী মীরেম-থাক অহুগী মনাক্তগী থাপ্তোক্না চংকে নীংহুনা মখোঙ থাংদোরক্লে অমরোমদা ;—হায়রুবা বা পুম্বা অরেম্বদা তারবদা হেমচন্দ্র মিকুপ অমগী মতুংদা শাউনীংবা মুঙাইতবা কল্লকপনা মাগী পীরুবা থোপ্তা ঙাইহাক লৈতনা ওংলকলি । শাউনীংবনা ভম্বা মতমদা মীওইবগী

মশাদা লৈবা শাগী রাখল অতুনা হেন্নক্ত্না অফ-ফত্ত পূম্বা থম্লুদনা মাঙদা লৈরিবা ফজরবী অদুবু মীওইনা খন্দনা ঙাইহাকী কম্না নীংলকপা আশাতু থুংনবা পোৎশক অমা ওইনা থম্লক্লে। তাঞ্জা ফংলবদা লেম্না থাবা হৌনদ্রবা মীওইবনি মাসু। মী চীক্লবা মফম অদুদা বসুগী মাঙদা চঙশিল্লক্লুনা মানা চৎকদবা লম্বীতু থৎলম্মী। মহাক্কী মন্ত্রং শাগী রাখল অতু মূম্না খঙলক্লবদা শাউবনা লুত্তোন কাৎবা তুঙ্কচবা মিৎয়েঙনা উশিত্তনা য়েংলবী— মহৌশাগী চান্নবনু করিসু লৈতনা থল্লক্লবী শাউরবী নোংশা অমোম-শুম্লবী বসুনা হেমগী মতা ফরবা নোয়রবা থজাইদা খুবাক্লা ওম্ন-ওম্না হূম্না হূম্না থারক্লে। হেমচন্দ্রনা ফন হোৎনতুনসু মশা কপ্পনবা ঙাক-থোক্লমদা নীংখিনা শরিংশরা হৈরবী বসুগী মশা শোক্লুবা হেমগী পাঙল হৈশিংবা বাংমদনি।

হৌজিক মকান্থনা মরন ফোয়দংলবা, হুমাংনা মশা পূম্বা চোৎলবা, মুংশা মপী ফী ফী কাম্নবা হেমচন্দ্রগী খুংশিবা কল্লকপগী থম্মোয়দা—ইকায়বা অশাওবনা নমহৎখিত্বুনা অফ-ফত্ত জ্ঞান মাঙ-খরে। মনাক্তগী মুঙাইতনবংগী মরম ওইরিবা অদুবু অমুক পৃথিবীদা থম্নরোই খন্দুনা নাকন্দগী থাঙ শংখরে।

"হপাগী লৈকোম্নী—খুদোংথীবা লৈত্তে থল্লম্বনি। অদুবু মন্নংগী য়েক্লবনা ঐগী মাঙনবা শীল্লমলে।" শাউবনা ফী-ফী কাম্নবী—লিমঙম্নবী শিংথোগী মচাম্নুপী—মিৎ চাগদমখৈ য়েংলম্মী শীরেমথাক অদুগী মতুংগী থোঙথাং করি? ফী ফী কাম্নহনা ঙংলত্নুনা হায়রকই—"তাও হেম! ইথুৎচাবা খুৎলাই অমত্তং পায়-রম্নবরি নঙঙ্গবা লমহয়দি করিসু লৈত্তবনি।"

হেমস্থ খণ্ডই—মনূং কনবী থোনা কবীদো খুংলাই পায়রম্নদি মাগা পাক্সবা ওইথোক্লবনি—লিংজেন খারবী, মনূং কনবী নিংথৌ মচা মুপীনি—ছেমগুম্বগী ধমকানা করি তৌবা ঙমগনি। শস্তোক্লবা হেমগী থাঙদো মুন্না য়েংলম্মী খল্লম্মী—খুংলাই অমত্তং য়াওরম্নবদি মুপানা মুপীদগী হেন্দে খণ্ডলমগদবনিকো। অদুম ওইনমক মশাদা অকিবা থুক্কংপা করিমত্তা উংলমদে—হন্দুনা চেনবগী রাখলস্থু লৈরমদে—অহোইনদুম হেমগী থাঙ করম মুনশিগে খল্লম্মী।

শাউবা ইকায়বা অমদি নীংবা কায়বনা লুভোন কারবস্থ মশাদা মুংশিবা কল্লকপা পামশিনবগী শক্লক খর খরস্থ লৈরি মাগী থম্মোয়দুদা। অদুনা চানমক্লা মহাকপু ইকায়বা পীরিবা মহাকুবু মতু নামা ফাওবদি তেকহন্নীংত্রি। অমুক্তস্থ অকিবনা অয়াবা পোকহনবগী রাখলস্থু মাগী থম্মোয়দা তক্তনা ফাওরি। অদুনা তাং তৌদুনা কিহনগে খন্দুনা ঙংলদুনা হায়রককই—"হে মুপী! রাখল থেল্লবী! হৌজিকস্থু মতম লৈরি নথরায় হিংনীং-লবদি।" অদুগা তুম্নবা থাংদোন অদুনা বস্থগী মশা শোক্লীং শোকমাং তৌনা মথবাক ভম্না থিল্লক্লম্মী। লিংজেন খারবী শিবগী অকিবা লৈত্রবী অদুনা মিকুপ্তুমক্তদা মবুক্তা খল্লিবা রাখলদু মচিন্না ফোংদোক্লম্মী—"খুংলায় অমত্তং লৈরবা নত্রগা পাম্মুবা নহাক লাক্লবদি।" তাঞ্জা অসিমক্তদা সেবতী কুঞ্জদা লোন্না য়েংলম্না কনাগুম্বা অমগী থাঙশাঙনা যৈনা হেমগী থাঙদু কম্বখ্রে।

ইথঙ খণ্ডহৌদনা মথুত্তগী থাঙ য়ৈথখ্রবা খুংলায় য়াওত্রবা হেন্ন অদু খুংলায় পায়বা অদুগী মমাঙদা কিবনা মশা থক থক

নীরম্মী। অতুবু পাওত্রবা মহাকন্থু মুপী মাওদা চেনবদি হন্দোইহুবা তিওক মাইওক য়েংহুনা লৈরি চময়না। কিগনবগীদি কমি হায়গনি চুম্না লেপ্পমক্তদা মকলাক থক থক নীকপনি। থিন্দোরম্বা থাও পায়রম্বা মখুত্তু ফাওবা অমুক চিংশিনবা কাউত্রবনি—মনাক্তা তাব্বিবা থাওহ্ লৌখৎপদি হায়রুম্মু। মতৌহ্ উবদা বসু হাইকেৎ নোকখি। ওম্বোকপনি মুপী মাওদা কল্লম্বা মমাল্লবা মাওদা লেপ্পি থক থক নীরা। জয়সিংহগী মুম্লবা খোম্বাং—"থাওহ্ লৌখৎলু মুপা খোদাং য়েংনসি" হায়বহ্ তাবত্তদা অমুক হেম্মা নীকখরে।

অহানবা পাখৎলুবদগী খজিকেৎ হম্মরকপদা কয়ম্না নাম্বোক্ত্‌না চেনশিগে খল্লকই—তাঙ্গা ওাইহুনা মমিৎ কুপ্তনা লৈরম্মী—

"পাম্মুবা ঐদি য়ারুরেদা।"

"মুংশিবী য়ারুরম্নু।"

অসি হায়হুনা জয়সিংহনা বসুগী মায়কৈদা হাইকেত্তা মিৎচিনা লৈশিল্লিওৈদা তাঙ্গা কংলে নীংহুনা হেমচন্দ্র—থাওককা লোইনা হন্দোক্লমহুনা মমায় ওন্দূনা চেনখিরম্মী। জয়সিংহসু খোওকাপ মত্তা তরা তাম্লরম্মী। জয়সিংহগী থাওগী হুইস হুইস লাউবা খোঞ্জেলনা মকোক থক্লা হাইবদা—মরুলুকথ "ইমা শিরে শিরে।" হায়না চেল্লি—থাওপাক্লা নাকন্দা হাইকেত্তা ফুবদা "শিরে শিরে" হায়রহুনা তুরম্মী। অমুক তনহৌ হৌগত্তনা চেনখরে। খর তাম্লনী- ওাই তাম্লগা কুমার জয়সিংহ লৈহৌরে।

হেমচন্দ্র হম্না ফাউবা য়েংলমদনা চেনখিবনা য়াম্না থাপ্না হান্দোক্লমলে—মপোয়বু মবুক্কীংদা খনখি 'ওম্বোক্ত' লাকচনা তৌখ্রেদা।

# মুমিং তারবদা—পুর্ণিমাগী অহিং

মুমিং তাখ্রে, নোংপোক থংবা অতিয়াদা পুর্ণিমা থাজ তরং তরং থোরক্লে। অহিং কৌবী লাইরেম্বী মবুঙো থাব ওকচরি; থাবল্লে নাচোম চিন্দুনা থাদিকথা খুঙ পায়দুনা মবুঙো মায়োক য়াজরি। ফজবগী হায়নিঙাই লৈতরে—প্রকৃতিগী ফজবা শক্লোন উরগা পেনবা ওম্বা কনাগী থম্মোইদা—ঈংলবা থাবল, মতুগী থৌগল্লাই থাবল্লে শিঙ্গারৈ লৈনম্মা হা রবা নামিবা—মসিবু উরুবদা থেংনরুবদা— থম্মোয়দা থাবলগী অমেংবা শরুক্ত চঙখিদুনা অথোৎপা থম্মোয়গা মোল্লবা থাবলগা অমত্তা ওইদবা কনা লৈবগে? অসিগুম্বা তাঙ্গাদা নুংশিজবা মবুঙোবু লুনা তৌজবা মুপী ওইবীশিংগী অথোইবা ধর্ম্মনি—অসিগুম্বী মপুরোইবা নীংবী মুপীশিংবু মোমোন নোক্তুনা লৈহনবনা মুপা ওইবশিংগী গুণনি—তৌগদবা মথৌনি। থাজম্মু মথৌ কায়দনা তৌরি— অহিং লাইরেম্বী মমোন নোকচরি।

কোমুংগী খা থংবা নাকন্দা লৈরিবা থাবলনা থুম্মাৎলবা লুরবা লাইজ ঈথকচানা ইলং লংহল্লবা থাজপাৎকী ঈপাকথক্তা ফজরবা হি মচা অমত্তং তাউজরি।- কনাবু ঙাইরিবনো তোর্ব্বান্দা ঙাথেংদুনা ঙাইরি লাঙতরুনা। অথাপ্পদগী চৈনম লৈনম পুদুনা লাক্লবা নামিবনা থাঙ্গপাৎকী লাইজমুংদা ঈরুজদুনা ঈংহল্লবা হুকচাংনা অঙ্গংবা ঈরিক্কা লোয়ননা মুংশিবা মুংশিবী ঙাইরিবী লাঙজরুবনা হুমাং তপ তপ তারবী হিগী হিমায়দা তপ্পা তপ্পা হুমাই থৌগল তৌরি—থেংবদা থম্মোয় হুনবগী মশল্লী।

অহিংমা ঈচিক হন্নরুবা থাজনা রাংনা কাররুবা মতমনি। মুংশিবা খঙলবা শাবী-শানৌশিংগী থশ্মোয়দা থোইনা হেন্না থশ্মোয় চান্নবা মতমনি। অসিগুম্বা মতম অহুগা অসিগুম্বা মকম থোই-দোক্না মীওইবগী খুৎশেমগা প্রকৃতিগী লাইশেমগা চান্ননা খুক্কং পাংলোইনরিবা নীংথিরবা কুণ্ড অসিদা মুংশিবনা থশ্মোয়দি ওম-চান্নরবা—থৌরাংমা ঙাইনরবা তুংদা তাঙ্গা কংলহুনা অমুক্কং উনবা ফংজরবা শাবী-শানৌ অনিথক কোন্নুংগী থা থংবদা লৈবা রাসমণ্ডলদগী কাইদ কাইদ তুংথ–মাংথ থোরক্কুনা থাঙ্গপাংকী তোর্ব্বান য়োরক্রে। হরাওরবা থাজ অমসুং মোমোন নোকপী অহিং লাইরেম্বীনা অমগা অমগা মিং থংনহুনা য়েংলি অনিহু। শানৌ ইবেম্মা রাকয়ে থোঙনেংনখয়ে—শাবীনা তুংদা ইল্লকলি। মবুঙো মবেম্মা থৌগন ফংজরবদা রানা ভাইজরম্বী হুমাং হঞ্জিনজরে—ঈয়ায় তম্না শানৌগী নৌনা ঈশ্বোরকলে—নীংবা থুংজরবী হাঁয়াংসু হরাও-মোমোন নোক্না লাইজগী ঈথকলক্তা শাম্নজররে।

তপ্না তপ্না কাইদ-কাইদ হোল্লকলি—অনিমক মোমোন মোমোন নোকলি। মখোয়গী থশ্মোয় বিণাশিং অহু খুৎখং তোয়রকলে। মীগী পুক্নীং খঙবা মালঙবনা লোম্না নাপচীক্না তম্লি—পুক্নীংগী রা কোংদোকপা ওম্নমদবশিংদো মালঙবনা রাহৌদোকপীরে। মতম থর চেকমোক লাউদনা হি অহু হোল্লম্মী। প্রকৃতিগী ফজবা উবদা অনিমক মতম থরদং মুঙাইবা, থশ্মোই মথুম মরাং হৌবনা থল্লম্মী। রাখলগী মণ্ডলান্দা মতম থর লৈরুরে—য়াহৌরকপদা থাঙ্গবাংকী হিপক্তা লৈরমলে—ওঃ শাবী শানৌ অনিমক জ্ঞান ভাররূবর; ?

অসুম অসুম হোল্লকপনা থাজবাংকী চিথেক্তা হৈনৌ কুঞ্জগী নাইতোম হৌরিবা হৈনৌ পাম্বৗগী মথোঙ য়োন্নকলে। মতমসিদা মালওসু লিরি হুম্মি; থাজসু লাইজনুংদা চঙহুনা শান্নরী। তগুপ তরেং ঈথকচাশিংহু ঈন্নং ঈন্নং লংনা য়েংবদা শুম্মংলি। হৌজিক শাবী অহু হিংহোনবা তোক্তুনা হিনুংদা নৌহু থম্নগা লুপা মহী মাল্লবা থাবল্লক্তা—শাবল্লনা য়েংবদা লংহল্লবা ঈথকচাগী মঙালনা তগুপ তরেং মিংথকহল্লবী—মুংশিবীগী মেঙনা শুম্মংলবী—থাবলগী কুচুবু ঙম্না ফজরবী মায়থোং অহু মিংকুপ্তনা য়েংহুনা লৈরম্মী। য়েংহুনতা লৈনাংবী শানৌগী থোং-নৌরবী মায়থোংদো য়েংলল, শাবীদো মিংফম হোংখিদ্রে— জ্ঞান মাঙলবা মীগুম্না পুংগুম শুম্মাহুনা মমিং কুপাখদ্রে। তৌরিবা মতোংহু উবদা হাইফেং নোক্লীংলহুনা মোমোন নোকর্পা শানৌনা শান্নরিবা লাইজদো থুজোক অমত্তং লৌহুনা শাবীগী মায়দা চাইশিল্লম্মী। অথাবা হিদাক চাবদা মিং-না তশিং তশিংবগুম মুংশিবীগী খুত্তগী ঈশিং খুজোক অমত্তং ফংবদা শাবী ইবুঙো মিং-না তশিং তশিংলে। শাবী শানৌ অনিমক ঈশিং খুজোক খুজোক চাইনরকলে।

অসুম্না ঈয়ায়দা শাবী-শানৌ অনিমক ঙাইহাক্তং শান্নরুই। মখোয় অনিগী মতৌদো অতিয়াগী থাজনা লুরান্নমা য়েংজরি। মোল্লবা থাবলনা থেংবদা হরাও-মথোই কারবা শাবীদো কবোক-লৈগুম মোল্লবী শানৌনা ঙাথু-থেংথু ফম্বনা থম্মোয় অমুক্তোইনা মথুম মরাঙ হৌখরে। তনৌরবী শানৌগী পুসুম তাবী তেরাগুম মোল্লবী থুং-নাম। পায়হুনা—থুনমথক্তা নাল্ল শান্নহুনা শাবীনা পাঙ-মেঞ্জরক্রই তপ্পা তপ্পা—

"মুশিবী ! নহাকসে করি পোৎনা শাবনো ? নহাকী মায়-থোংসে করম্বা শুদ্ধংনবা শক্তিনা তিনবনো মিংফম হোংবা ভমজদে য়েংহুনতা লৈজনীংই—হায়য়ু নহাক্না ঐগী থম্মোয়তা নত্তনা থরায় হকচাং, ঐগী লৈজবা পুম্ববু করম্না হুবগে ?"

"মুংশিবা ! ঐহাক্কী অতুক য়াম্না থাগৎপদা মতিক চাবী অমদি নত্তে। হায়বীয়ু ঐনতা হুবর ? ঐগীদি হুবিদরনে। হায়বীরো কনানো ঐবু থেঙলবা অহিংসিদা—চীক্লবা মফমসিদা পুবিরকপদো ?"

"পাম্মুবী ! ঐগী থম্মোয়গী শকহেনবী ! নহাকপু উদবদা ঐদি পোথাফম খঙদে ;—হায়য়ু নহাক্না করম্বা শক্তিনা ঐগী ইরৈবাক থাদোকহন্দুনা ননাক্তা লাকহনবগে ? নিংথৌগী মচা ওই-বনরা ? করম্বা খঙতমদ্রবা শক্তি অমা নহাকী লৈবগে ?"

"অতুদি থম্মোয়দা হংবীয়ু।"

"হায়বীয়ু চান্নবী ! কনাননো ঐহাকপু নমিংতা তাবদা মনাক্তা লাকহল্লিবসে ?"

"মতুম্ব থম্মোয়দা হংবীয়ু : অতুগা হায়বীয়ু কনাননো ঐবু অহানবা উবমক্তা ঐগী থরায় হকচাং পুম্বা নহাকী খুয়াথাদা কৎহনখিবদো ?"

"মতুম্ব থম্মোয়দা চংউ।"

"অতুদি থম্মোয় মশেন হুনরেদনা।"

"অশেংবমক্তি পাম্মুবী।"

"অতুদি হায়বিয়ু কৎচখ্রবা থম্মোয়, থরায়-হকচাং অতু থম্মোয়না লৌশিনবীখ্রবরা ? নত্রগা কাওথোক্কে খনবিরবরা ?"

"মুংশিবী থরায়দগী হেল্লবী ! কাওথোকপদি হায়রম্ব, ঐহাক্কী

থরায় হকচাং পুম্বসে নহাকী থম্মোয়গী মঙ্গাই ওইরবনি। হৌজিক কাওবা খণ্ডজিবরা ?"

"অত্থদা''—

"হায়বদি"—

"অথাপ্পদা লৈবা চীং অসে—অশংবা করাংজিনা কুপ্পগুম অথাপ্পদগী যেংবদি ফজরি—মনাক্তা লৈনীংই পামজৈ নত্রা ? অত্থবু মনাক্তা য়ৌরগদি মুঙ্গায় তিংখং তুম্বৌনা খল্লবা শুক্লবা জঙ্গল ওইরম্মী—কিবনা থম্মোয় নীক্লনা হন্না চেনগে খল্লি ; নীংলুই করিমুংগী লাকচরম্লবা ! মসিবু অওইবা নত্রনে ?"

"অত্থবু পাম্মুবী। পামজরুবা কনাগী মফমদদি মত্থুগুম্বা মফম্না হেন্না পাম্মী নীংইদো! নত্রবদবু লাইনীংবা যোগী ঋষি কনানা শুক্লবা চীংগোম্স, শুকলবা উমং শা কৈনা থল্লবা মফমদা কদায়দগী লৈনিংগদগে ? অথাপ্পদা ফজবদো মাগুম্বা কনাগুম্বদদি নক্লগা অমুক হেনবনি। তিংখংনা থল্লবা জঙ্গলদো থোংলবা লৈগী কুঞ্জবননি। হায়বীয়ু অমুঙা !—য়েংবদা পূক্লীং হুরবা থম্বালদো পায়জরগা মনম নমজবদা পূক্লীংতা নত্তনা থম্মোয় থরায়-হকচাং পুম্ববু হুখিদরনে। থম্বালত্থবু য়েংনা য়েংন মুংশি লৈনম নমদনা হুন্দোক্লীংবা য়াওবরনে ?"

"এ যোগী ঋষি ওইত্থনা লাইনীংগে থনবীরিবোইরে ?''

"যোগী ঋষিত্তা নত্তে—নহাকী থম্মোয় কুঞ্জগী লাইনীংবা ওইত্থনা কুঞ্জগী উনা খুদীংনা 'চৎলো চৎলো" হায়না তাল্লবা কাওবদা লেঙলরোইদবনি পুন্সিগী অরোইবা মিকুপ কাওবা—হোংলরোইদবনি নীংশ্রবা অশাদি।"

"হে যোগী ! হায়দোকখিবা ঋাইহেদি মুংশিংকুম্না য়াংবনি। অহুমওইনমক লেঙদবদি থম্মোয়নবনি। নহাকী থম্মোয়বু ঐহাক্না কাউজরোই। থম্মোয় কুঞ্জগী হে যোগী অথোইবা ! ঐগী ঋাথলগী চিংনরিবা মোংশোং পুম্বা শেংদোকপীহুনা নীংথিরবা কুঞ্জবন শেম্বীরো-মহুদা থম্মোয় অনিনা তাইবঙ মপুবু ঈরাংসি।"

তংন-থানবা লেঙনা পুন্সি নৈপুন ওইশি ঋাশরুখ্রে—থাঙগী থাঙদোন চীরুখ্রে স্নরিক মচুম থরুখ্রে। ঋাকয়ে নৌনা শাক্কিনি। মালওবা হৈনৌ পাম্বী অনিনা য়ারে য়ারে হায়না খুবাক প্রোক প্রোক খুরক্লে। অতিয়া থরানথিবক্না মিংথংনৈ মুঙাইববু ফোংদোক্লে।

* * * *

# নুংদাংগী অহানবা মুথক

কোচিন হায়বসে মকম খুদীংদা লৈতবা লৈতে। মীনা শানা থল্লবা মকম কয়াদস্মু ইনক নক্না মীশিং অচুনা য়োঁদবা মকম অমদি মরৈ—মচু কোচিননি। কোন্নুংমক্কী রাসমণ্ডলদা মচুগুম্বা কোচিন্দো লৈতবা নত্তে। অমুকস্মু সিফাইনা থন্না ভাক্লবা লানবন্দস্মু অসিগুম্বা কোচিনসে মরৈ। মীনা থল্লবা সহর অতৈং অথম লৈতনা চৎলিবা লম্বী তোয়না চৎনরিবা য়েংনরিবা মৈদ্যান-লম্বাও মকম পুম্বসিগী কোচিন অমমমদি শোয়দনা মরৈ। কোচিন হায়বসিমক্তবু অরোনবা থবক তৌফম অরোনবা রা তাম্লফম্নি। অফববু ওইরবস্মু ফত্তববু ওইরবস্মু মী খণ্ডহন্নীংদবা রা অচু কোচিনগীদি খণ্ডনরবা রানি থবকনি, অরোনবা রা অরোনবা থবক কোচিন্না খণ্ডদবা লৈতে। অচুদি হে কোচিন! হায়য়ু ওসিদি করম্বা মথেল লাঙদৌরি।

য়েংউ কোচিন! কনানো মুকুম মুকুম শোন্দুনা নওগী ননাক্তা লাকলিবসে? হায়য়ু কনানো অসিনা নওগী নকুমদা লোৎলিবসে? মখোয় অনি কারি তৌগদৌরি:

"ইস ওম্বোক্না লাকচপ্রেদা?"
"করি তৌরবগে মুকুম মুকুম শোল্লিবহুবো?
"হায়দোকপা ইকায়বা রানিদা।"
"করিনোনে অচুবু?"
"মসি হায়দোক্লরোইদা য়াম্না শাওনীংঙ্গ্রপোৎনি।"
"করিনো হায়য়ুদা"
"হায়য়রোইদা।"
"ঐবুদি হায়দ্রবস্মু থণ্ডলে।"

"করিনোনা অদুদে ?"

"ওসাই মুপা অমা শিরে শিরে হায়না চেনবদু কনানো ?"

"আই ! নওবু উহৌখরনে ?"

"উহৌদদে ।"

"ঐদি চেন্দেনা নওদুম ওইরিনি ।"

"ঐবু ওইরমুবদি মুপী মমাওদা অদুক ফল্লগবু ।"

"কাম্নদেদা মদু তোক্লসি ।"

"সে থাওসে প্যায়ম্ন অমুক চংসি ।"

",মদুবু ওম্লবদি নঙোন্দা করিগী অমুক ।"

"চুম্মী মদুবুদি কুমার জয়সিংহগা লানবাগদবদি জগত্তা খন্নদনি । তাও হে মন্ত্রীগী মচা ! পাঙ্গম্না ওমত্রবদি লৌশিংনা, খওলবরা ?"

"করম তৌসি হায়বা ?"

"ওসি মহাক অহিং অথেবওদা শোয়দনা রাস মণ্ডলদা নত্রগা সেরত্তী কুঞ্জদা লৈরমগনি-মদুদমু লৈরমত্রবদি থাঙ্গপাত্তা—হৈনৌগী কুঞ্জদা খওলবরা ?"

"অদুগা করম তৌবা ?"

"ইহে নওসিদি পওবত্তা নত্তনা পংলবরা ? নহাকীদি নয়ুরনি—নরৈবাকনি ; নওগী মী রাৎপরা ? অদু অদা খওদে হোরেন মানা হল্লকপদা হেক্তা ।"

"ফরে অদুদি ।"

অসি হায়রম্নগা হেমচন্দ্র চংখ্রে । থরমনা খনখি—মাবুদি বসুনা শুকপাম পামদে । কুমার জয়সিংহ লৈত্রবদি ঐগী—অভিমু মাগী পুম্পা—অদুগা অপওবা অসিমনা ঐনা পাম্বা মওংদা ।

# লুংদাংগী অনিশুবা মুথক

কুসুমপুর কোম্নুংগী অতোপ্পা কা অমনি । মনাই মশলনা থল্লবা ফজনা লৈতেংলবা মফম অদুদা নিংথেমগী লুক হা-ননবা থদাংচেং লাক্লবা পূজারী কয়ানা মথেল লুকোয় শেমদুনা মথল মথলগী চানবা শুনা নিংথেমগী লুক চল্লম্মী । লুকনমশেলনা কূপশিল্লবা লুক অনিথক থেনগৎলম্মী । খুংহামসেল, ফান-খুজায়, চিনকুপশেল মফম চানা চানা থমলে ; অরাংপা লৈত্তনা শেমগদবা থেনগৎ-কদবা অদু থেনগৎলম্লগা পূজারীশিংদু থংনবা কাদা ঙাইহাক্তং পোথাক্তরি । নুত্তিগী মতম ওইশিল্লকলে; অহিংগী অহানবা প্রহর হৌখ্রে । মহারাজদি লেংশিল্লকলে, অদুবু মজাইবেম্মদি য়ৌরক্তি । কদায়দা লৈরিগদগে ; করি তৌরবগে মওল মওল থল্লম্মী । মতম ফন-কুইনা ঙাইরে । নুংশিজরবা মচা ওইবনা মহাক য়াওত্রিবমথৈ মহারাজদি লুক থক হাদে । অকামচা পাউ চংখিবসু মজাইবেম্মা থেংনদে থোগন পাউ হঙ্গচ্চররে । নিংথেম মওল মওল থল্লকপদগী হেমচন্দ্রগী রা নীংশিংলকলে — অচুম্বা ওইরিত্রা চিংনরকলে । অদুবু সেরতী কুঞ্জদদি মাগা লোয়মনা য়েংলুবদা চিংননিঙাই ওইবা মরম লৈরমদবনা হেমচন্দ্রং বুদ্ধি মত্তিক চানা রারক্তুনা তাম্হোকখ্রে । অদুম ওইনমক মহাক্না হৌজিক ফাওবা লাক্ত্রিবসি করিগীনো ? মশা ঙমদবনরা ? নত্রগা !.......মানা নুংশিজরবী মমা লৈজদবনা মঙোন্দা নাওথী শারিবী অদুগী মরমদা ফত্ত-রা থরদং হায়রকপদা শাউনীংবনা লুঙোন কারবা মহাক্নী ; গত্রুগীসু মথক্তা মচানা নীংবা থুংনবা হোৎনগে খল্লিবা মপানি অদুম অদুম ওইনমক লৈবাক অমগী

মপু ওইনদি লৈবাক্কী চৎনবী থুগাইবদি য়াদবনা মচাগী মরমদা প্রজা অমা ফাওবনা চিংনবা পোকহল্লীংদবনা থোইনা হেন্না য়ারবা নিংথৌনি। মুপী পুন্নমক্কী ফিদম্নফম ওইরিবী ওইহন-গেস্নু নীংলিবী মাগী মহুৎ শিনগদৌরিবী মচাগী মরমদা প্রজা কনানা চিংনবা পোকখ্রগদরা হায়না য়াবনা হুমাং কাংলবা মপা অহু মথন্না অম্নম কম্বা ওয়ক্রুহুনা কা অহুদগী মপান থোকখ্রে।

শঙ্গাই মচাদা চণ্ডলুরে-মচাইবেম্মা অম্নদি অতৈ কনা অমত্তম্নু লৈরমদরে নিংথেমম্নুবীদা হংবদা নুংথিল মতাশিংগা চৎথিবদগী হল্লক্ত্রি থওলে। চিংনবা খংহেন হেঙ্গৎলকই-কদায়দনো চৎকদবা। নিংথৌ-শেনবা পুম্বা চংহনখ্রে লোয়শওদা। নিংথেম মথন্না মথুত্তা থাওশাং পায়হুনা লোম্না মী থওহন্দনা চথোরকলে। সেরতী কুঞ্জদা অমুক......অহুদগী রাসমণ্ডলদা অমুক . . মফমশিং অসিদম্নু কনা অমত্তা থেংনরমদে। অহুদি......কদায়দা চৎখ্রে? মজাইবেম্মনা শান্নফম..... ত্তোয়না লৈফম.......চৎকনবা মফম......কুঞ্জবন... .. মাধবী লতা কুঞ্জ, লৈহাউগী লৈকোন, থম্বালগী পুখ্রি থরোগী কুণ্ড.......থাক্তরে......থিরে অহুবু কদায়? চিংনবগী থাক দিগ্রি ফনা য়াম্না য়োশিল্লকলে। থিনা-থিনা অহিং ঈচিক হুঞ্জিল্ল-কলে। য়াখল খন্না খন্না চৎপনা কদায়দা চংলিবনো কদোমদা থিরিবনো থওলমদে। খোওনা পুবা মায়কৈদা অহুম চৎলম্মী—মুংশিংনা হুম্বা মায়কৈদা ইনবগুমম্নু তৌই। থম্মোয় নিংকোক নিংকোকই.......করি লম য়োরকলে—থাঙ্গবাং—মপান্দা—।

অথাপ্পদা থাবলগী মহী চেন্নবা লুপা মচুনা য়ৈবদা লংলবা ঈথক মচা কয়ানা তপ্পা হুম্বা নাপিবগা লোয়ননা শান্নরিবা

লাইজথক্তা হি অমা ভাউরি—হিথক্তা মূর্ত্তি অনিথক তোংলি—অমনা হোল্লি অমনা কমলি—মন্থ মশেং মন্নাং উন্নি। কনা কনা ওইন্নিগবা ? চিংনবনা খুৎলৈ থুনা চৎখৎহল্লম্মী—অন্থবু হি অন্থসু অস্তুম অস্তুম থাপ্তোকখিরম্মী।

মহাক্কা চণ্ডশিল্লকপগা লোয়ন-লোয়ননা হিস্থ থাপ্তোকখিন্থনা মুন্নানা মুমিদংংরাং ভারমদাই মুমিংনা লাইজমুংদা শান্নজবা অন্থ থন্নায় পেন্না য়েংকম—লানবনগী খা—থংবদা লৈবা নুংঙৌগী ছিড়িনা লেতেংবা—কজরবা কুণ্ড—পাঙ্গপাংতগী অরোনবা খোংলম অমনা হৈনৌবোন ফাওন্থনা চৎখিবা মফমন্থ য়ৌখ্রে। মালঙগা লোয়ননা শান্নরিবা লাইজ ইনোংনা ঙা-থেংন্থনা পোত্থাজরিবা ভপ্না ৱারী শান্নজরিবা ছিড়ি অন্থ য়ৌখ্রে। ছিড়ি থক্তা কা-খংখ্রে। শাবী শানৌ অনিন্থ কাইদ-কাইদ তুংথ-মাঙথ চৎখিন্থনা অনকপদা লৈবা লানবনগী চেকপন অন্থ য়ৌখ্রে। লানবনগী অরোনবা খোঙন্থ হাংলগা মুপী মচা অন্থ চঙখে। চঙলমদাইদা হন্না অমুক্তং লৈয়না চিংন-য়েংলগা মাগী মুংশিজরবা মাঙ অন্থগী নাপ্পদা শীঙেল নাচোম অমা থেংলম্নগা চঙখ্রে। লানবনগী খোঙসু লোনখ্রে। নিপা অন্থ হল্লকলে নাচোমন্থ পায়না পায়না ৱাথল তৌর-তৌরন্থনা।

মহাক্কা মুপীমচা অন্থবু থিনখ্রিঙৈদা কনা কনানো খরনা মাগী হি অমসুং নৌ লৌথোকখিবা অন্থগা মনাক্তা লৈবা ভোর্ব্বান্দা হৌরিবা হৈনৌপাম্বী মরুমদা মুপা খর লোংখিবন্থসু উরম্মী। খুদোংখিবা থোকপা য়াই থন্দুনা অমদি করি তৌরকদবনো

খঙনবা য়েংলিবা নায়ম্ভোম চৎলিবা অছুনা বোকুল পাম্বী অমগী মক্সমদা লোতুনা লোয়া য়েংলি ।

মুঙাইরবা রাখলনা মথুম মরাং হৌররা পাখঙ অছু তোর্বানদি য়ৌরকলে । অছুবু কদায় মাগী হিদি ? করি খুদোং থীবনা মাবু ঙাইরি ? ওম্বোকপনি মাদি নিঙায়বা লৈত্তনা তোর্বান্দা ক্ষগা লানবন্দা মমায় ওন্দুনা নুরা মানা চঙখিবা থোঙছু য়েং-লুরগা অমুক; মানা থেৎলম্বা নাচোমছুদা য়েংলি—নাচোমছু নোক্লকলে—মহাকসু নোকলি ।

ওম্বোক্লা ক্ষজবা শক্তমনি—উবমক্তদা মমাঙৈদা মানা অঙাং ওইরিঙৈদা লুনা তিঙ্গখিবা চামিন—থকমিন্নছুনা লৌথুপ-লৌকোয় লৈত্তনা কোয়মিন্নছুনা গুরু শ্রীভৃগুগী মকমদা মহৈ তম্মিন্নখিবা নিংথৌমচা মরূপ অমবু নীংশীংলকই —ওইবু, ওইরিগত্রা ? পাখঙ অসে নহানি মরেপকা মঙালগা মরেপ্পা ওম্বা কুচুনা লুপা অহীং-বনা তাংজকম ওইবা থাবলনা য়ৈবদা অমুক্না হেন্না নান্না ক্ষজনা উরবা—চেংলবা খ্বাঙ কল্লবা থা ; চরান্নরবা নোংশানা ইকায়নিঙাই ওইরবা ক্ষজরবা শাবান শক্তম—কনাগুম্বী মুপী অমত্তনা মাবু উবদা মাগী মূর্তি থম্মোয়দা ঈরাত্তনিঙাই লৈত্রবা —কাম কৌবা লাইমক্লা মঙোন্দগী হেন্না ক্ষজব'মা লৈরে থন্দুনা ইকায়নিঙাই ওইরবা শককমনি । মথোৎ কারকপী কনাগী মকমদদি অথোৎপা অমেঙবত্তনা থনবা শকলোন্নী । চুম্মী ! মাবু মচানা পামদবা মুংশিদবা ঙমলোই । অমুকসু অমেঙবা শক্তদত্তনা মাগী ওইবা নত্তে । মেঙলবা শক্তম মতুগী মমুঙদা

অকনবা, হৈশিংবা, থৌনা ফবগী শক্তম অমস্তু লোৎলি—অচম্বা শাগৈদা পোকপস্তু মান্দে -মগুণস্তু য়াত্তে। মহাক্না শাউরক্লবদা জগত্তা লৈবা কনানা মাগা লানবা ওইগদবা অতাওবনি। অকনবা থৌনা ফবা, হৈশিংবা—মথুৎচাবা খুৎলাই অমত্তং ফংবদা জগতনা নাম ওইথ্রবস্তু নীংঙ্গয়রোইদবা মপানি। পাথঙ ওইবা কাণ্ডবুগী ফিদমকম ওইবা মহাক্নি। মাবু উক্রদা মাবু শাউগে নীংলঙ্হ তোকথিহনা মুংশিদবা ওমদ্রে - করম্বা মগুণ ওইরিগবা?

অমরোমদা—লানবনমুংদা চঙখ্রিবী মুপীমচা অহু পাথঙ অহুগী ফজবনা করিস্তু হেন্দে। অহোয়নহুম মাগীনা অমুক হেন্না নীংথিজৈ। মচানি হায়হনা মানা মুংশিবনরা? মহু নত্তে, শম্না হায়রবদা মাগুম্বী মুপীদি জগত্তা অনিশুনা লৈরম-লোই থল্লি। মাগী মুংশিনা য়েংবা মিৎয়েং—স্বর্গগী লাইরেম্বী, জগোইশাবী, উর্ব্বসি, মেনকা, রম্ভানা ইকায়নবা মশক্নী—তিলোত্তমানা কৈদৌনি। শাওং-শাদা শাজং-লাকচৎ য়াঙাং-শাঙাং মিৎয়েং—নায়েং পুন্নমক্তা, পৃথিবীদা- লৈরম্বা লৈরিবা লৈরক-দবা ফজবী পুন্নদগী ফজবমখৈ পুনশিল্লগা শেমখ্রবী মহাক্নী। মীওইবগী ইতিহাসতা ফাওখ্রবা হেলেন পদ্মিনি ফাওবা মাগী মশক উরুবদা ইকাইরোইদবা লৈবরা। হেয়া, ভেনসমকস্তু মামুক ফজরোই। শাওদোরক্লবস্তু দুর্গাগুম্বী, মেঙনা থোৎলবস্তু শকুন্তলাগুম্বী—য়াশক চেৎপদা সিতাগুম্বীনি, মহাক্না মচা ওইহনা পঙমুং—মুংশিহনা তৌবরা? মহু নত্তে; পাথঙ ওইবা কনানা মাবু থম্মোয় কুপ্পগী চেক্না ওইকম্নীংদবা য়াওব্রবী

বসুমতীনি। অনি অঁসি ওস্থোক্লা লাম্বা চা-খ্রেদা—। অদুবু লৈবাক অমগী মপুগী মচানুপী—লৈবাকী মবেম্মা ওইরকদবা মাগী লমচত্তা করিগুম্বা প্রজানা চিংনবা পোক্লবদি—পোকখ্রবদি ওস্থোক্লা অরাবগী মশক্তি। নিংথৌ ওইবা—সুংডাইবা মত্তেক্কো হে সমাজ, চৎনবী নঙসিস্‌ু ওস্থোক্লা কনখ্রেদা—নিংথৌমক্লস্‌ু নঙবু থুগাইবা ঙমদ্রেদা। অমরোমদা মচানা নীংবস্‌ু থুংহল্লোংই।

অস্থুম্মা তোঙান তোঙানবা বাখলনা মতম খরদংদুগী মমুংদা মাগী থম্মোইদা থন্দুনা চপ লেপ্তুনা লৈরম্মী। চয়েৎনবা বাখল অদু কনানা ঙমখ্রবগে খঙদ্রিদৈগী তাপ্রাদা অনৌবা থৌদোক অমস্‌ু অমুক থোক্লরে। খোঞ্জেল অমা তারে—য়েংথোকখিবদা—!

জ্ঞান তারকপদা হিদি কদায়! নুংশিৎনা হুমদোকখ্রবরা নত্রগা করি? থাঙ্গপাৎনা কোয়বা লমনি; করম্না লাম্থোকনি? নোঙানবনা হানখ্রে নিংথৌ মনাই মথুক্তা—অদুদগী করি?—রায়েন চৈথা—! ঈরোইদুনা লানখ্রসিরা?

"কাম্নররোই থিরুরম্নু নুপা!"

অসি হায়দুনা কাওবু অমনা পল্লোন নাইনা কোয়খ্রে—কদায়দা লিংকনি। নুপামচানি খুত্তা খুৎলাই, কনাবু কিক্ননি। অদুবু শংত্তোক্লবা থাওগী পল্লোন অদুম—ময়ায়দা মহাক—মগী থাওদি থাওথুমদা, করম তৌনি? শংকেদা তৌবদা থাওদোম্না নমদা—করম তৌনি? গত্তি মচীন ত্তেকখ্রে। মায়োক য়াবা ওইরম্নবা নত্রগা থাওতা শত্তোকপা ঙম্নবা—ওঃ করিমত্তা কাম্নখিত্রে—মপাম্বোম নামা নামা ফাখ্রে, মথুত্তগী থাও মুনখ্রে।

"ঐহাকী য়েরুবা, নহাকপু অমুক তাইবঙদা থম্মরোই।"

অসি হায়দুনা খুংলায় য়াওদ্রবা, মপাম্বোম অনি কাথ্রবা পাখঙ অচুদা থিনগে হায়না থাও অচু থাওথুমদগী শত্তোরকপা মতম অচুদা-

"কনা কনানো ?"

অখঙবা খোঞ্জেলনি—থিনগে তৌরম্লবা থাও লেপখ্রে, থুম্মকই—

"য়েরুবনি মহারাজ"

"কৈগুম শঙদা।"

মহারাজ লেঙখ্রে, খন্না খন্না করম্বা উপাইনো লিনসু শিবা চৈশুসু তেক্তবা।

অথৌবচুনা—খনখি "মশুং লাংগীনি শিরবসু অচু মঙাই"।

অমনা খনখি—' লমন থুম্মগনি, কল্লক পেম্মগনি চাউথোক্লবী। হৌজিক কদায়দা লিংকনি।" অনিলোঙবা রাখলনা খনবা মওং অচুমগী শাজং চংপা অচুনা খন্না খন্না থোরকলি—

"অমদি মাঙহল্লবগুম্বনি— অতোপ্পা অমসিনা করম্না মাঙহনসিগে ? অচুগা লাকমিল্লবা মরূপচনা করি তম্বা ?"



# নুংদাংগী অহুমশুবা য়ুথক

চঙখ্রে মহারাজ শঙ্গায়নুংদা—চেপত্রিঙৈদা লেঙশিন্দুনা য়েংলম্মী মজাইবেম্মগী শঙ্গায়দা। মজাইবেম্মা, নিঙায়বা লৈত্তনা তুম্লম্মী। নুঙাইরবা মঙলান চান্দা মোমোন নোক্লা তূম্লীবী নীংথিরবী মচাবু চীংনা য়েংলম্লগ: নিংথেম সনা শঙ্গায়দা লেঙশিন্দুনা চেপখ্রে—পোত্থাখ্রে।

ফজবনা তৌথোরকপা পুন্না ফজবগী ফজবা ঙাক্তনি, নুংশিবনা তৌথোরকপা পুন্না নুংশিবগী নুংশিবা ঙাক্তনি। নোক্লবস্থু শাউরবস্থু কপ্লবস্থু, চুম্লতা লৈরবস্থু ফজনা নুংশিবা অত্থদি অত্থম ফজ্জে, অত্থম্মক নুংশি। য়াহিপ ফজবী, নীংথিবী, থম্মোয় শুম্মাংনা নুংশিবী মজাইবেম্মা বস্থমতী শাংনা চেপনা য়াত্তারী;—নিংথিরবা কাত্থদা কাংথোনথক্তা মোন্দুম—মোনচেপ’ লক্তা—ত্তেরা মোম্পাক থক্তা নুঙাইরবা মংলান্দা ঙাউরী। অয়েঙবা মীনা উরি—মজাইবেম্মা তূম্না তূম্না মোমোন মোমোন নোকলি

“সে হোল্লো হিসে”

“ঙাইখোবা।”

“অহিং তাংলৌসে থেঙলকলে, পাবুংনা ঙাইরমনিসে সজায়দা সে—হোল্লোমি।”

“ঙাইখোনে চান্নবী! তাখোনে নুংশিত্রা যন্ত্রগী শুরসে ঙাইহাক্তস্থু তাথিসি।”

“ইস: ওহ্নোক্লা নুংশিখ্রে—কদোমদগীনো ঐদি ঙসাই মথৈ ভারমদে।”

"অথাপ্পদগী মালঙবনা পুরকলি থম্মোয়সে—পেৎথরকলে মহী চেল্লকলে।"

"আঃ বাঃ বাঃ, কয়াদা ফজরিবা! তাল—লয় চানা; থম্মোই—গুন্ধাৎন' শুরনি থম্মোইগী রাবু করম খঙবা কনা ওইরিগবা!—অশুক লুংশিনা খোংলিবা!"

"নঙ ঐ অসিদা লৈ
নঙগা ঐগা হিসিদা
থাবল ফরবা ঈচিক হুল্লবা অহিংসিদা
থম্মোই থম্মোই শিয়্রনা
লৈজবা থিবিক পীনবা
পুম্নমক খঙবী কনানো
নীংথিবা শুর পুরকলিবা!"

"রাহৈনা ফোংদোকপা গুমত্রবা থম্মোইগী রা মহাক্লা ফোংদোকলিবা শুরগী মপু পুম্নমক খঙবীদো—কনানো?"

"হায়য়ুনে চান্নবী! অসিবু তাদনা হল্লগত্রা?"

"চান্নবা!
য়েংউ হিসে মথল্তা চৎলকলে
হোনবা নাইদনা চৎলকলে
খোঞ্জেন অসিনা চিংলকলে
শুর অসিনা তোল্লকলে।"

"অওইবনি লুংশিবী; চান্নবী
ঐখোইগী হিসে—মথক্রাই পাল্লকলে

চম্নাং চান্না চানম্ন চংলকলে।
অঙকপা খোঙ্জেলনি,—
ওয়াম্না নৌ ওইরে
খোঙ্জেলনা ফিনাও শারে
পুন্সিদা অমুক থোক্লয়োইদবনি।"
"হোয়, অঙকপনি!
থবায়গী থবায়!
য়েংউ হিসে কম্না চেল্লকলে
তোর্ব্বান তম্না মথম্নতা
অথুবা তালদা যন্ত্রগী ওয়না চিংলি,
তালদা নেৎনা হিনা চেল্লি।
য়োম্ননি তোর্ব্বান থুনমক।"
"চাম্নরী ইবেম্মা!
য়েংউ কম্নাদা ওকথ্রবা।
খোঙ্জেলগী মশক ওইরবা, নাম ত্রম্ননা
থবায় হাপ্লবা হিসে
কম্নাদা মথবায় হম্নাওনা চেল্লিবা।"
"ইবুঙো চাম্নথোইবা
ওয়গী নীংথিবা তালদা পুম্নমক কাউহনখ্রে
য়াথল থবায় থম্মোই পুম্বা ওয়ম্না তিনখ্রে
পাইরে য়াংনা থাম্না
ওয়গী মপু বৈকুন্ঠ-পতি নাক্না"।

"মজাইবেম্মা ! নিংথৌরেনগী মখোঅলোই
য়েংউ—কয়াদা লাপ্পা চেল্লরুবা হিসে ।"
"নিংথৌগী মজাইবুঙো—ৱাঙোন নিংথৌ !
কদায় ভোর্ববান !
মপান নাইত্রবা ঈপাক য়োরে
য়েংউ মপান নাইত্রবা গুরগী ঈপাক্তা—
নাইতোম চেল্লকপা হিসে
লম খঙদ্রে—কদোমদনো ?"
"ইবেম্মা ! সনা তম্ফা
য়েংউ হৌজিক—
অমেওবা তাল-লয়না
ঝ্নুর রুণ্ খোঙ্গলনা
তপ্পা তপ্পা চিংলকলে হিসে—
কদায়দনো ?"
"ইবুঙো ৱাঙোন্ নিংথৌ
য়েংবীয়্ —
পাক্লবা ঈপাক্তা হুরু হুরু লৈইরকলে
খঙহৌদনা অয়াকপা অকিবা গুরনা থল্লক্লে
লোয়ননা নোংলৈ নুংশিৎ হৌরকলে
ঈথক চাওনা কারকলে ;
হৌজিক্তা অমেওবা থাবলনা
অভিয়া মালেম শেৎকায়না
পূক্নীং হকচাং শুঙ্কৎলম্বা

মিকুপ্তা ওন্না মাণ্ডশ্রে
শুন্না-মন্না ওংনা কিহন্নে—
অহুবু শুরদি লেপত্রি
খোঙ্জেলদি মাণ্ডত্রি
শুম্মাংপদি তোকত্রি
হিন্নু লৈইনা লৈইনা তুংইল্লি।"
"ইবেম্মা সনা ওম্ফা!
নওগা ঐগা পূল্লি
ঈশ্বরগী নোংদমনি
করি রানিঙাই লৈগনি
পাক্লবা সমুদ্রগী ঈয়ায়দস্থু
অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ-লক্তস্থু
ঐখোয়নিগীদি স্বর্গনি।"
চান্নবা চান্নবী অনি থুংকা থুংকা পায়ননা
মোমোন নোক্না চিংন-য়েংনা
অওকপা খোয়থম্নবা শুরদো ওারি
মবুক্তা থন্নে—শিরবস্থু শিমিন্ননি।
শিগনি হায়বগী করিস্থু কিরুদে;
অকিবা শুরদো কিরবস্থু অতুম
খোয়থম্নবা শুম্মাংলি।
হৌজিক অকনবা অচোবা ঈথক্লা য়ৈবদা
হিন্থু—কেং কেং হাইরে

ঈথক্কী ঈশিংনা হিবান-লায়া হাইজিল্লকলে
হিন্নুংতম্না ; শাবী শানৌ অনি—
ঈশিংগী ঈরিক্কা —মমাঙ্গ মমিং পুমচোং চোংলে ।
হিস্নু লৈইনা লৈইনা হোংচিল্লকলি শুরগী তুংইল্লা·
কদায়দনো ?

থিন্দনা য়ৌরক্লে- খঙহৌদনা থেংনরে মাঙদা ফজরবা ঈথং অমা হৈ লৈনা থম্না শাংলবা। মুংশিরবা হৈনম লেনমতনা থল্লবা ঈথংতু হেক য়ৌরকপদা নোংলে মুংশিং লেপখ্রে । অতুবু যন্ত্রগী শুরদি লেপত্রি । অতপ্পা তালদা অমেঙবা শুরনি— ঝন্ ঝন্ ওপ্পোকনমক খোয়থ্নবৈ !

"চান্নবী ! য়েংউ কয়াদা ফজরিবা !
মিংফম হোংবা শুকয়া যাদে ;
লাও কাখৎলকউ তোর্বান্দা
সে—ঐগী খুৎসি পায়য়ু।
"চান্নবা !
করি লমদমনো ওপ্পোক্না মুংশিখ্রেদা ।
করম্বা হৈ-লৈগী মনম্মো থম্মোইসি মুঙোল্লি ।
এঃ লুপাগী মতৌশুম ভৌনা তপ্পপ তরেং শাংলিবা
নীংথিবা লৈনম্না থম্মোই শুম্মাংলিবা ।
করি লৈনো যুবরাজ
"মজাইবেম্মা । হায়নৈ মসে যাতিপুষ্প কৌই
য়েংউ ঐহাক লৈরাং চরোংসে হেল্লকে ।

\+ + × ×

য়েংলুখিসি করি লৈবগে ?"
"ঐগী থন্নাই ! খুদোং থিবা থোকহন্নীংদে
হন্নসিবা কৈদৌগে "
"অহুবু ঐগী থম্মোই ! যম্নগী শুরনদি চিংশিল্লি
খোঙসিনা অমুক হন্দোকপা পামজে—
করিস্নু ত্তোরোই চান্নবী
লাও—অমুক্তদি য়েংলুখিসি ।"

থিন্দনা উ ন্নানা থন্না মন্না হৌরবা লোকচপ লানশিনখ্রে ! মন্নুংদা লৈরম্মী ফজরবা লৈতেম মান্নরবা থেল অমা । থেল অসিগী ময়ায়দা ফজরবা কুঞ্জবন অমা লৈ । কুঞ্জবনগী মনাক্তগী ঈফূং অমদগী ঈশিংনা ত্রোং ত্রোং লাউনা চেন্থরি । কুঞ্জবনসিদা মথল কয়াগী হৈ লৈ হৌরি : হৌন্নিবা হৈপাল লৈপাল খুদোংমক মতম নাইদনা হৈ লৈ পাল্লি শাংলি । ভপ্নবা মালঙবনা লিন্নি হুমলি ; ন্নুংশিরবা হৈনম লৈনম্না থম্মোয় হা-ন্নি । থাস্নু থোক্তে স্নুমিংস্নু থোক্ত—থাউমৈস্নু থান্দে—অহুবু কুঞ্জবন অহু অশংবা মণিনা থানবগুম শংবাননা-লংনা ঙাল্লি । ময়ায়দা অশংবা গালিচা মানবা নাপীথক্না থম্বাল অত্তাঙবগী লৈয়োং য়েকপা ফন্নাংজি থক্তা ত্তোরবা কিঙ্গৌ থারি —মহুদা কমলি ফজরবা পাখঙ অমগা নীংথিন্নবী লৈশাবী অমগা চৌনর শান্নরি । কুচ্ শংবানববা চেংলবা খ্বাংদা সনা ফীগে থোনবা থম্বাল মিত্তা তাবা ফজরবা পাখঙ অহু মিংফম হোংবা য়াদনা ফজ । কচনা সনা ফদোংবগুম মীরজিবী ; ফজরবী—থৌকপা ফম্না ত্তোঙ্গানবা হেন্নবী ; চেংলবী খ্বাংদা অশংবা ফীগে

থোল্লিবী—শক্তি মিত্তা হুমজবী নীংতু তাবা নীংথিবী অয়েংববু মিহৌহনবী অতু য়েংলুবা কনাগী মিংফম হোংহন্দবীনি। মখোয়নিমক রা মচেং অমত্তা ভাঙদনা পুক্নীং চঙনা থৌরং শান্নরি। মনাক্তা লৈরিবা যন্ত্রপুম্বা বিণা তুম্বুক বাশি সিতার, এসরাজ ঢোলক মৃদঙ্গনচিংবা পুম্বতু মথন-মথনত্তা অমুক খোংলুবা য়ৈরুবা য়াওদনা মাগী মাগী মখোল থোকলি শুর চানা। মফম অসিনি শুরগী হৌরকফম।

নিংথৌগী মচা যুবরাজ—মজাইবেম্মা রাজকন্যা
কাইদ-ঈপোম-নাইদনা কুঞ্জবনতু য়ৌরক্লে।
উজারে নীংথিবা নীংথিবী অনিতু।
কুঞ্জবন্দা খোঙ নামা কানশিন যুবরাজ হংজে
নোল্লুক্না—হায়বীয়, হে নীংথিবা নীংথিবী
নখোয় অনিবু কনানো?

করিস্ত থুম্নকপা ভৌদে—অতক শান্নত্না লৈ—করিস্ত পৌশাদে।
"চান্নবা! মতুদা চঙলুরগু—চংলসি, হল্লসি"
"চান্নবী! পুক্নীংগী খওনীংবসে অমুক্তদি কোকহনখিদে;
হায়বীয়—হে মীথোই মীচেনবা! হে নীংথিবী তাকপীয় নখোয়বু কনা কনানো?"

থুম্নকপা লৈতে—হন্ন-ফাও য়েংলক্তে অতুম্নক শান্নত্না লৈ। খোয়শাওরবা যুবরাজ য়াক্লপ তৌবা খোলনা কল্লপা হংলকই—"হায়র মখোয় অনি কনা কনানো?"

শাউরবা পাখঙ অজনা অমরুং শাওনা মমিং তক্লনা থেংনকপদা যুবরাজ মশা লেঙ ওৎপা ঙমখিদ্রে—নুংগী মুক্তিমণ্ডপ লেপগ্রে

"সে চৈসে লানশিল্লকন্নুকো !"

"কৈ-কান্নবা, সে চৈসে লংথোকখ্রগে ?"

"য়াদে য়াদে"

"কৈগু কান্নদবদা—সে চৈসে—"

হাইমা ওকপীরেদা—থেংলকন্নুকো !"

"কৈদৌগে ?"

"নুঙাইতেয়ে ।"

"সে কৈদৌগে—"

"সে থুংককা পায়বীরকন্নু—"

"ইবেম্মা ঐখোয়দি হৈক্তদেয়ে প্রমান পাম্বকা—হা চান্নবী, থম্বাল মানবী মুংশিবী লোয়্নবীকা হায়বা। সে হায়রো অশেংবা রা ?

"হাইমা ভৌ-ভম্বারেদা ?"

"অতু ওইদি ঐ চংলো হায়রি-রা ?"

"নওয়ে ।"

"অতুদি হায়রো..... ছায়রোবা ।"

"কিজেয়ে নথোয় মুপা হায়বা জাংসি ।"

"করিগী ?"

"লৌরমদাইদদি—হা—তেংনা মানবী খায়নরমদাইদদি—হা—য়োংমানবী হায়বীয়ে—কিজেয়ে ।"

"সত্য ঐঙোন্দদি অ্যয়কা হায়নুকো—ঐখোয়দিনে-মুংশিরপা তরং তরং মুংশিবা জাংনি ; থাজেলেংবনিএরা,—হায়তুনা কান্নপোং নতেসে—মত্তে, ঐবু হৌগিক কাণ্ড-খণ্ডজিবরা ?"

"সিইঃ করম খঙদৌরিবা—ঙসি মরি মঙানিত্তা ঙায়রি উনবা।"

"ইবেম্মা ! মীগীদি উনবত্তা ঙায়রি, নহান্না রা লোইনখ্রে।

"অহু ওইরম্ন ইঙো ?"

"অহুবু য়ানীংজবাইমী"

"অহুম্ন নত্তেয়ে......অহুদা......"

"অহুদাইবু কৈনো ?"

"সে..... থেংলক-লাক্লকম্ন।"

"কৈদোগে ?"

"মুঙাইত্তেয়ে, শিবুং শিবুং লাওয়ে।"

"সিইঃ"

"মুঙাইত্তেইমক্তদা, ঐ হৌগত্তুনা হেক চেনখিনিকো।"

"হোয়নে-হোয়নে ;—সে করিমত্তা তৌজরোই শোকচরোই... য়েংঙো চুম্না রা ঙাওনসেইবা।"

"হোয়নে—অহুম্না মরম ওকউদনা—"

"করিনো—হায়রো তারগে"

"হায়ররোই—"

"হায়রো সে হায়রো!"

"ইবেম্মা। নিংথৌকোনগী শানৌ ! রাজরবা পাখঙনি, নঙগী রাখলদা লম্‌মাঙনরবা ঐহাক্কী; ঙসিদি অরেপ্পা রা অমত্তদি—

"ইঙো ! লমলানকায়গী খোয়রোয়ও ! অরেপ্পা রাসিবু হয়েংমুক মপোক্কা য়ারোইত্রা ?"

"অঙইবনি—ঙসিদি অরেপ্পা রা অমত্তদি"

"হাইমা, চাননা ককা হায়জিন্নকইসে ।"

"নত্তে—কাগী নত্তে পুম্পা !"

"অওইবরা ?"

"মানি,—অওইবনি ।"

হোয়নে হোয়নে—

তাঞ্জা অসিদা শগোলতোংবা মুপা অমা মায়কৈ অদোমদা শিবউদ্যান উমং তম্না শগোল খুরুপ থোরকই । শগোল অদু উমংলোমদা থৌজিনখ্রে- অদুগা মখোয় অনিনা লৈরিবা মফমদগী পওলাপ লাপ্তুনা মোংশোংলক্তা উরক্তা চপ লেপখ্রে । অচিকপা অহিং অদুদা শগোল তোংবদুনা শগোলদগী কুমথখিবগী খোঞ্জেল তাবা ফংই—অন্দাজদা মখোয়না লৈরিবা তোমাল মখোওদগী গজ ২০মুক লাপ্পা মফম অদুবাইদা ওইবা য়াই । মখোয় অনিমক হৌজিক তোমাল পান্বী মরুমদা চেকমোক লাউদনা তুমিন্না য়ৈশিন্দুনা লৈখ্রে

মিকুপ থরদংগী তুংদা অংতোপ্পা শগোলতোংবা মুপা অছুমথক অমনা মাও থারদুনা পুখ্রি মপানগী লম্বী অদোমদা মখোয়না লৈরিবা মফমদগী পওলাপ লাপ্তবা মফমদগী শিবউদ্যান উমংলোমদা থৌজিনখি অদুগা অহানবা শগোলতোংবা মুপা অদুনা লেপখিবা মফম অদুরাইমক্তদা শগোল অছুম অদু লেপখি । তোংলিবা মুপা অছুম অদুসু শগোলথক্তগী কুমথখি ! চৌরবা অহিং অদুদা শুক্রবা উমংদা করি রা তান্নরিবা ! লোম্না—চেক মোক লাউদনা তুমিন্না থুপচিন্দুনা লৈরিবা, না-শাংদোক্নুনা তারিবা অনি অদুনা মিকুপ থরদংগী মনুংদা মুংশিংনা পুরকপা খোঞ্জেলদো শেংফাত্তনা তারকলে ।

"মন্ত্রিপুত্র ! করম তৌরে।"

"য়েক্লবা অহু কাবে ; মহাক হৌজিক কৈশুমশঙদা লৈ।'

"মহাকপু থেংনবা মকমদা লোইথোক্লনি হায়রম্বদাই—করম্না কৈশুমশঙদা ?"

"চুমই মরূপ ! মহাকপু লোইথোক্লগে হায়তুনা থাঙ অসি হেক থাঙংলকপমক্তদা মহারাজনা হংলকখি—"কনা কনানো ?" "ঐনা খুমখি—"য়েক্লবনি।" মহারাজনা য়াথং পীখি—"কৈশুমশঙদা" মহারাজগী য়াথং ফংলবদা হাৎপা য়াদ্রবনিনা মাবু কৈশুমশঙদা থমখিবনি। হৌজিক অহিংগী অহুমশুবা য়ুথক হৌখ্রে—মরিশুবা য়ুথক্তা মঙাইরে—নোঙানগদবা পুং খরতম্না মঙায়রে। ফারবা য়েক্লবগী রাজদণ্ডদি প্রাণদণ্ডনি। য়েংউ মরূপ : চাউথোক্লবী নিংথৌ মচানুপীতু হয়েংদি মীয়াম—মাঙদা খুঙ্গোয়নগে !

"অহুবু মন্ত্রিপুত্র ! নিংথৌগী মচানুপী অহুদি খঙত্রিবরা ?"

"কদায়দগী খঙগনি ! অপঙবী অহুদি ম্নঙাইনা ইশি-শিনা তুম্লমগনি

"অহুম ওইনমক মন্ত্রিপুত্র ! নিংথৌগী মচানুপীতু য়াম্না হৈশিংবৌনি, মপা নিংথৌনম্ন য়াম্না চানবনিকো মানা করিগুম্বা খঙত্রবদি নঙগী য়েক্লবদো কৈশুমশঙদগী থাদোকচখিনি— নত্রগা মানা মপা নিংথৌদা কপ-লাউনা হায়জতুনা ঈরায় লায়না নোঙানদ্রিদৈদা থাদোকখিবা য়াইকো ?"

"মরূপ ঐবু অহুপ পঙবরা ?

কৈশুমশঙ ঙাকপা নিংথৌগী সন্ত্রি পুম্বা লৌথোক্লনা ঐগী ইনাই অচানবা ঙাক্না সন্ত্রি ওইনা থনম্লনি। ঐগী য়াথং নত্তনা নিংথৌমক্না য়াথং পীরবম্ন কৈশুমথোঙ হাংদোক্লোইদৌরিবনি। থোইদোক্না

নিঙায়বা লৈতনা ঈশি শিনা তুমহনা লৈগ্রবা মানা নোঙাম্রিভেদা কয়ম্না তাগনি—কয়ম্না খঙগনি কনানা মঙোন্দা তম্নগনি ।”

“মন্ত্রি পুত্র ! নঙগী নচন পুম্পা অদু নিংথৌগী মচাম্নুপীবু য়াম্না লুনা তৌবনি—করিগুম্বা মানা তাখ্রবদি—”

“কয়ম্না তাগনি মরুপ । ঐনা য়ুমদগী থোরক্ত্রিভেদা—মাদি ঙশাইনা তুমহৌরনি । অদুগা ঐগী ইচনমক্না ঐঙোন্দা অকায়বা ঐগী ফত্তনবা তৌরকত্রনে ?”

“:ফরে—মন্ত্রিপুত্র ! মত্তু ওইবা ওইসনু ।”

“মরুপ ! ঐহাক হৌজিক মুঙোইবনা লোইরে ; হরাওবনা থম্মোইসে থল্লে । নঙ ঐ ঙরাঙতগী মরুপ নত্তে—গুরু অমত্তগী শিষ্যনি । অদুভে ঐথোয় অনিনা হরাও-মথোই কারগা করি তৌই ? লাউ মরুপ ! ঐগী প্রমোদ উদ্যান্দা অহিংগী অরোইবা শরুকসি লেল্লুসি হরাউনা অমুত খুজোক খুজোক থক্তুনা মুল্লবা অঙ্গুরদগী শেম্লবা থুম্লবা হাউরবা অরা-অনা পুম্বা কোকহনবা অমুত চক্ষু চক্ষু ঐগী চাম্নবীশিংনা শেমহনা লৈহৌরে—চৎসি লাও ঐগীদা ।”

“মন্ত্রিপুত্র ! নঙাক্না মুঙাইবসি উরগা ঐনা শরুক চামা হেল্লা হরাওরে—মুঙাইরে । ঐহাক আশ্রমদা অমুক্তা চৎলুখিগে । ঐগী মরুপত্তু কোয়খিবদগী হল্লকহৌদে, মহাক হল্লকপরা অমুক্তা য়েংলুখিগে । হল্লক্লম্লবদি মঙোন্দা ভাক্লম্লগা নঙগী ননাক্তা লাকে ।” অসি হায়নরবা তুংদা শগোলভোংবা মরিদো তোঙান তোঙান থৌনখ্রে মায়কৈ ফাংনা । পাখঙ লৈশাবী অনি অতুম্ব থুংলৈ থুনা ইপাম নাইদনা—তোমাল মাগোন্দ পাম্দাক্ষনা তৃমিন চৎখ্রে ভুংথ-মাঙথ—থাঙ্গপাংকী চুথেক তম্না ।

# (৬)

## নোংঙাল্লবদা

কুস্তমপুর কোন্নুংগী মোঙামবুং লৈরম্লে । অশৈবনা য়াকাইরোল শকপা লোইরকলে । অয়ুক ভম্না হৌবী শিব—মহাদেবগী লৈরাংবী মালিনী অহু মথুম্তা য়েন্দাই পারত্না লৈ হেক্লনবগীদমক গৌরীউদ্যানদা ভম্না স্না—লমজাও শোরোকভা থোরকলে । মতম অহু নোংপোক থংবা অভিরাদা অহুমগুবা চৌংথৈকিহুপ হুন্নকপা মতমনি অমমঅঙান হেক শিন্নবা মতমননী । মতম অসিমক্তদা শগোল তোংবগী কিজেৎ শেংলবী—মশাদা খুজু-খুৎলাই শুনা লৈতেংবী—থাপতক্লা য়েংবদা শুম্ভ—নিশুম্ভ হাৎকে থোরক্লবী দুর্গাগুম্বী মুপী অমা মথা পাংনা শগোল কম্না থৌথি । লৈরাংবী মালিনী অঙকপগা লোয়ননা য়েংহনা লৈহৌই । শগোলতোংবী মুপী অহুগী শাওং শাদা নিংথৌগী মচা মজাইবেম্মম মানগুম তৌই । অহুবু মিং থক্লা ফজবী অহুগী কিজেৎ—লাকচেং মওং মতৌ অমদি লেপুনা কম্না থৌথিবা অহুনা মমলিবা অয়ুক অহুদা কনা ওইরিদগে চপচানা লাকশিনবদি ওমহৌদে ।

লৈরাংবী মালিনী ভক্লা তপ্পা চংথিহনা শিব-মন্দিরগী থা-নোং—পোক্লা লৈরিবা পাক—চাউরবা মথল—মথেল লৈ—শুনা খল্লা হৌরবা গৌরীউদ্যান লৈকোম্দা চণ্ডখ্রে । মবুঙো শিব—মহাদেবদা কৎমনবা অথল্লবা লৈ হেকপা তৌখ্রে ।

পাক—চাউরবা ফজরবা লৈকোন অসে থারবা থারদবা নাইদনা মথল শুমা লৈ হৌরি. মতম নাইদনা শাৎলি । লৈগী মথল কয়ানি মচি অমনা পাবল নাইদনা তৌরি. শাৎলি অঙৌবা অঙাংবা নাপু মেমানবা গুলাপ মচুনাচংবা মথল কয়াগী অাতর গোলাপ ।

নাকল অমদনা সূর্য্যমুখি চন্দ্রমুখি—হুমিংলৈ সনারৈ থাবলৈ চবুন চবুন হৌরি শাংলি। অতোপ্পা মায়গৈদা যাত্তি যুত্তি মাধবী উরিরৈ—চিনিচম্পা লৈহাও লৈরেন—অগ্নি—নাগেশ্বর—শিংগারৈ কুশুমলৈ—থাগী লৈহাও-শীংথাহনা লোইবা ওমলোই—। য়েংবদা ফজবা লৈ কয়া, মথল কয়াগী লৈনম্না থল্লবা লৈ কয়া ; চয়োং ওইনা শাংপা, পয়েং ওইনা শাংপা, নাইতোম শাংপা—মথল মথেল মচুগী উরৈ কয়া—অসিদমু নত্তনা লৈকংদা শাংপা থয়ো-থম্বাল ঈশিংদা শাংপা থয়ো-থম্বাল—মনাত্তগী লৈ কয়া—শংলেন লৈশং খিকরাইবা, শংব্রৈ—অরাংপা লৈতনা হৌরি শাংলি, মত্তমনি মত্তম নত্তে থন্দনা। য়েংখিবদা মিংফম হোংবা য়াদে। স্বর্গগী নন্দন-কানন হায়বহুবু—অসিমূক ফজরিব্রা ? মফম মফমদা লৈগুনা কোয়শিনবা কুঞ্জবন কয়া কয়া লৈ পূক্লীং হুরবা ; শম্না হায়রবদা—য়েংবদা গুল্লা ফজরবা, অরাং—অপা লৈত্রবা চাউরবা লৈকোন অমনি। হায়নবা লৈ—লৈকোন অসি উমা-পার্ব্বতীগী পেম্ন-নবগী-দমক নিলকণ্ঠ মহাদেব মশামক্লা শেমখিবনি।

লৈরাংবী মালিনী লৈকোম্নুংদা ময়েক য়াওদবা ঈশৈ ঙংনা মবুঙো মহাদেবদা কংনবা অথল্লবা লৈ হেকলি। লৈকোনগী ফজবা উবদা—নামিবা লিরি হুম্বদা হৈনম লৈনম্না থল্লবা কুঞ্জবন লৈকোন অহুদা লৈরাংবী ইশুম শুঙ্গাংগ্রে। হৌখ্রবা মাগী পুন্সিদা—ঈনথংলকপা, মীয়ায় চল্লকপদা—থেংনখিবা চান্নবা কয়া মথং মথং নীংশিংলকংসে। অশাংপা লৈ মথল অমমম ফেল্লুবদা চান্নবা অমমম লৈবোই নীংলুরে—অওইবনি লৈ মথল থুদোংনা মাগী ভোঙান

তোঙান চান্নবশিংবু নীংশিঙহল্লি। অরোইবদা মাগী চান্নথোইবা মবুঙো মহাদেব উরকলে—। তাঙ্গা অসিদা শগোল থুরুপ খোঙেল তারকই। মালিনী লৈইনা য়েংথোরকপদা উখি—শিব মন্দির আশ্রমদগী শগোল তোংবা অহুমথক য়াম্না থুনা থৌদোরকপা। মথোয় অহুমগী মরক্তা অমদি মুপী মাল্লি। মতম অদু চীংথৈ 'কিহুপ হুনবা লোইখিদুনা নোংপোক চীংদোন্দা মুমিংকী মঙাল খর খর ফাওরক্লে—অদুবু থাপ্পা উবনা মশক লাকপদি ঙমহৌদে। আশ্রমদা মীরৈবাক্তগী লাকপা পাখঙ অহুম লৈ—অমদি শক্ত-চুদা হে-ল্লবা নিংথৌরেনগী মচানি- মজাইবেম্মগী চান্নবনি মিংলৈ নারৈ শিংলবী লৈরাংবী লোইনা খঙবনি। ঙসি আশ্রমদগী শগোল থৌরকপদা পাখঙ অহুমগা লক্লা অমদি মুপা মাল্লিবা—লৈরাংবী ঙক্তক তৌই। ঙশায় উখিবা শগোলতোংবা মখাপাংনা থৌখিবীদু কনানো? ঙসি উরিবসিবু করিনো? অশুম্না ঙকচাননা মিকুপ খরদং মুংবঙননা লৈরিবৈদা মতুংলেমদা শ্রোং শ্রোং লাওবা মখোল অমা তারক্লে। কিবোই-খংবোই য়েংথোকখিবদা—উরে, উরী উনাগী কুঞ্জবন অমদগী খুজু খুংলাই শুনা পায়রবা মুপা পাখঙ অমা তপ্পা তপ্পা থোরক্লুনা লৈকোনগী লম্বীদা শিব-মন্দিরগী আশ্রম তাম্না চংখিরম্মী। লৈরাংবী মালিনী তশেং তশেং খঙই—মহাক আশ্রমদা লৈবা পাখঙ অহুমগী মরক্তা অমনি। পাখঙ অদু অহিং শুক্লুম তুমলক্রমাল্লে—য়েংবদা ভুম্নীংবনা মশাদু মুল্লে—মখোঙ খাংবদা হাইরং হাইরংলে। মহাক য়াম্না তপ্পা মখোঙ হাইরং ফৈরপ থাংনা থাংনা আশ্রম তাম্না চংখি। মালিনী হৌজিক চানশমক্লা ঙকলে।

থোকপ্রিবা থৌদোক পুম্বা মিকুপ খুরবংগী মচুনবনি—লৈরাংবীগী রাখলদা মিকুপ খুরদং চমম্রবনি—অছুবু থাজৈশেংবদি ফল-কুইনা ওন্নবনি। হুন্নরকপদা মুমিৎ নোংপোক অতিয়াদা লীরং মখায় অমা কাখৎলম্রে। মালিনী মবুঙোগী ধুপ-আরতি নংলরোই খন্না প্রপপ্রপ লৈকোন্দগী থোরকলে। শিব-মন্দিরগী থাদা পাকচাওরবা মাওবকী শঙতপ বৈথকী অরাং নোংপোক চিদাইদা ফমচুনা লৈরাংবী মালিনী—য়েন্দায়দগী লৈ অমমমতা খন্দুনা মচন চানা মবুঙোগীদমক লৈ পরেং লেংলি—নাচোম শেম্লি। মচিন্দা ওত্তনা শোল্লি—মবুঙো উমাপতী শিবশঙ্করগী নাম। অচুম ওইনমক মরক মরক্তা খন্দবা ওমলমদে—"কনা করি ওইরিদগে ওসিগীচু ?"

লৈরাংবী মালিনী লৈ-লেংবা নাচোম শেম্বা লোইচুনা মবুঙো মহাদেবগী ধুপ-আরতি নংনবা লৈপরেং অমদি অখন্নবা লৈশিংচু শিবশঙ্করগী খুয়াখাদা কৎশিঙরে-মবুঙোনা থোনখ্রে লৈরাংবীগী ফজরবা লৈপরেং-নাচোম। মালিনী মমিৎ পেন্না মবুঙো শিব-শঙ্কর দর্শন তৌজে—হংজে—মবুঙোদা-"ওসি উখিবশিংচুবু করিনো ?"

মবুঙোনা তাকপীরকলে। ধুপ আরতি লোইরকপদা কুশুমপুরগী কোতরাল অচু লাম্মী কুনগা লোয়ননা শগোল থৌজিল্লকুনা শিব-মন্দিরগী আশ্রমচু কোয়শিনখ্রে। আশ্রমগী কোঠি অমদা মীরৈ-বাকী পাখঙ অচু নিঙায়বা লৈতনা ইশি শিনা তুম্লম্মী। মাগী ফমুং মনাক্তা অইবা চিঠি অমা মচীন থুপ্না লৈরম্মী। কোতরালনা চিঠি পারম্মী—

""ঐখোয় য়াম্না কুইনা ঙাইরম্বনি। নহাক্না হল্লকমগ্রবা অচুদা থেঙখিবা তারে হায়চুনা ঐখোয় চৎপা হৌরবনি। ঐখোয়না

হায়নখিবা অহানবা পোথাকমদা ঙাইহনা লৈরমগে হেক হল্লকপগা পম্বা তৌদনা লাকউ।"

কোতৱালনা চিঠিহু পায়শিল্লে অহুগা তুম্লিবা পাখঙ অহুবু হৌদোকলম্মী। তুমশিং ফাদ্রবা পাখঙ অহু মমিং ফাক্লি ফাক্লি হৌগৎলম্মী। কোতৱালগী য়াথংনা পাখঙ অহু রা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাঙবা নংদ্রিবৈদা মথুৎ তুংবুল্লনা পুন্দুনা শগোল অমগী মথক্তা থাঙ্গতুনা ফমহল্লম্মী। লাম্মী অমনা শগোলহুগী চুপপী পায়হুনা চিংবা হৌরক্লম্মী—কোম্নুংগী লম্বীদা লোয়শঙ তম্না। আশ্রমগী মহশুনা হংখি—

"কব্রি মরমগীনো কোতৱাল ?"

"মহারাজগী সনা য়াথং।"

লৈরাংবী মালিনীনা উখি—ফারিবা পাখঙদো—মহাক্না ঙসাই অয়ুক গৌরীউদ্যান কুঞ্জবন্দা উখিবহুনি।

\+ + + +

ঙসি হায়বা নুমিৎসি কুশুমপুর কোম্নুংদা য়াম্না চৱাংনবা নুমিৎনি। নিংথৌশেনবা পূম্নমক ইপা-পাখৎলি-ইথক থক্কৎলি—থবক অমত্তা চনিঙ তানা ভৌবা ঙমদে। মরমদি—নিংথেম মথৱাই নুঙাইত্তে শাউই, ৱারৌই। নোংপোক অভিয়াদা অয়ুক্কী মেঙলবা মঙালগা লোয়ননা কুশুমপুর নগর য়েঙ্গে থোরকপা কোরৌহনবা নিংথেমগী খোয়রাং খোয়শাওবা উবদা মহাকসু খোয়শাওনরে। খর খর থেঙজিল্লকপগা লোয়ননা কৌরৌহনবগী মৈশাসু কনখৎলক্নে। নিংথেমগী শাউবসু অসুম অসুম হেনগৎলক্নে।

অয়ুক কৌরৌহনবনা অঙনবা অতিয়া স্নন্দায় নোংপোক চীংদোন্দা লেপ্তুনা লৈইখোঙ নোংখোঙ লম্বীদা কুস্তুমপুর নগর লাম্না চংনবা যাত্রা তৌরকপদা উখি—শগোল তোংবা কাঙলুপ কাঙলুপ নগরগী থা অরাং, নোংপোক নোংচুপ থোঙ লাম্না লৈবাক্কী সিমানা লোইথম ফাওবা নিংথৌগী স্নায়াথং পুত্নুনা কম্না কম্না থৌনখি। সিমানা লোইথম ঙাকপশিংদা নিংথেমগী স্নায়াথং থঙ-হনখি। "অনৌবা য়াথং ফংজ্রিবা ফাওবা লৈবাক অসিদগী মী অমত্তা সিমানা লান্থোকহনখিবা য়াদে।" নিংথৌগী স্না য়াথং ফংলবদা সিমানা লোইথম ঙাকপশিংনা সিমানা লোইথমগী লম্বী পূম্বা থোঙ থিংখ্রে। নিংথৌগী য়াথং স্না মূতোর নম্বা চে পায়বা নত্তনা কনাস্থ লান্থোকপা য়াহনখিদ্রে।

কুস্তুমপুর নগরগী থোঙ পূম্বস্ত থিংখ্রে। নিংথেমগী য়াথংনা নগর ঙাকপনা নিংথৌগী য়াথং নত্তনা কনাস্থ মপান থোকহনখিদ্রে। খুৎলাই পায়বা লাম্মী শগোল তোংবা লাম্মীনা নগরগী লম্বী পূম্বা থনখ্রে—হঙ্গংহন্দা চত্তুনা মীতিনফম কৈথেল—লাইশঙ—লাইখুরুম-ফম—হরা-চাফম্নচিংবা মচি মচিদা লাঞ্জাহনা লৈখ্রে। অত্তবু নগরগী লল্লোন-ইত্তিক চাংথোক-চংশিন নোংমগী থবক্তা অপনবদি করিস্থ পীরমদে। অতুম-ওইনমক স্নমিং অতৈগা মান্নদবা থৌরমপরেং অত্থ উবদা মী পূম্বা ঙকনৈ.—অমনা অমদা হংনৈ—করিগীনো,—কনাস্থ অওইবা অচুম্বা মরমদি অমত্তা থঙদে।

শিব-মন্দিরদগী লৈরাংবী মালিনী শিব-মহাদেবনা থোল্লুবা লৈরাং পরেং, নাচোম শিন্দুর নির্ম্মল্য অমদি চরণামৃত অমস্থং

প্রসাদি লোয়ননা সনাকোন্নুং তান্না পরপ পরপ চৎলম্মী। নিংথেম লেঙখৎলম্লগনি; মজাইবেম্মা য়াকাযরম্লগনি—থেঙাংগ্রে হায়না খোঙকাপ লাওনা থুনা চৎলি। নিত্তিগী হৌনশানি—মালিনীনা চঙথোক চঙশিন তৌবদা কনাসু লিংবা খোংপা লৈতে। থীন্দনা মালিনী নিংথেমগী মঙুংগী মথোঙ লানশিনগ্রে সনা শঙ্গায় য়োংগ্রে কুমিৎ থুদীংগীদি নিংথেম মা সঙ্গাই মাঙ্গোলদা কমত্নুনা মালিনীবু ঙাই-রম্বনি—শিব মহাদেবগী নির্ম্মল্য লৈরাং পরেংতু নিংথেমগী ঙকশমদা মথুংমক্লা হুকচবনি—লাইবক্তা সিন্দুর মথুংমক্লা নমজবনি—মবুঙোগী প্রাসাদি মথুংমক্লা পীজজবনি। ঙসিদি নিংথেম সনা সঙ্গাই মাঙ্গোলদা লৈরমদে।

সঙ্গাইশঙবনা হায়রকই—

"মালিনী ঙসিদি নিংথেম উনবা য়াদ্রে, নিংথেমগী সনা য়াথংনি—লাইগী নির্ম্মল্য প্রসাদি মাগী শেম্পক্তা থনম্মু।"

মালিনী থরাই মুঙাইত-পুক্নীং মুংনাংবগা লোয়ননা নিংথেমগী মাসঙ্গাই থেঙ্গাল-লাম্না থোরক্রে—মজাইবেম্মগী সঙ্গাই মচা তম্না। মুমিৎচুপ্পা লংনা কেনা মোনা—নোকখেনা লাঙনা—মীংথিনা শুজ্জৎন-লৈবা শঙ্গাইমচা ঙসিদি মালিনীগী থম্মোইদা মুংশুক মুংজাননা উই। চেক-মোক লাউদে, সঙ্গাইশঙবী মজাইবেম্মগী লোয়নবী কয়া—চিবোন চিবোন মচি মচিদা তুনিন তুমিন্না লৈ—লাঙদে নোকখেদে।

সঙ্গাই মচাগী মথোঙ যোরকপদা থোঙশঙবনা থামথি—

"মালিনী! ঙসিদি মজাইবেম্মা উনবা য়াররোই শঙ্গায় মচাদা চঙবা য়াদ্রে—নিংথেমগী মা য়াথংনি।"

সঙ্গাইশঙবী থোরক্লুনা লাইগী নিম্মল্য নাচোম সিন্দুর চরণামৃত লৌশিনগ্রে। সঙ্গাইশঙবী রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদে—মমিত্তা

মপি ঈরা চেল্লি। মালিনী মথরায় য়াম্না মুঙাইতনা ময়ুম মায়কৈ পাংখ্রে—মবুঙো মহাদেবগী কোলোই শোল্ল-শোল্লদুনা। পুরুংদা খনখি—হংজখি মবুঙোদা "করি ওইরিবগে?" কোমুংগী লম্বীদা থেংনখি—পাখংপগা লোয়নবা খোঙথাঙ লাওনা থুনা লাকলিবা মস্ত্রি অমদি কৈশুমশঙ হঞ্জবা।

\+ × × +

অয়ুক্কী অহানবা য়ুথক্তা মুতিগী হৌনশা কৈশুমশঙ য়েংশিনবা চৎলুই হঞ্জবা। অথাপ্পদগী উখি—থোঙাকপা অনিতু লেঙদনা লেপ্তুনা লৈবা। হঞ্জবনা মখোয়গী মনাক নক্লবা ফাওবা থোঙাকপা অনিতু তুমিন্না লেপ্তনা লৈ লেঙ-লাক্তে—হৌনবী থৌগল্লোল ব্যবহার উত্তে। হঞ্জবা শাউরপা ওক্তক তৌই—বা-লান ওাঙদে—মানা হংবসু খুমলক্তে। চঙশিন্দুনা—কল্লিগীনো য়েংলুবদা—মশা অত্তু হেক থেংলুবদা লৈবাক্তা বোম-বোম তুখি,—মশা পুম্বা ঈন পুমতৈ তৈরম্মী—মনঙন্দা শুরী অমমম লেংহুনা লৈবা উরম্মী—মশাদা মিহুল হুল্লমত্রে; হঞ্জবা ওকপনা থেংখ্রে।

চাউরবা রায়থু শোনা কৈশুমশঙ খোঙ লোল্লি—থোঙাকপগী মশাদা শোজৈ য়াওদে। হঞ্জবা অমুক থিম্বা তৌদনা থোঙাকপা শৈশিন য়ারেকশঙ তম্লকলে! য়ারেকশঙ মপান্দগী শো চেংনা লোল্লম্মী। মুতিগী হৌনশা নত্তে—চিংনবগা লোয়নবা হঞ্জবা লাউনা হংই—

"মমুংদা নখোয় কনা কনা লৈ।" কনাসু খুমলক্তে, অশাওবগা লোয়নবা খোঙদা দ্রং দ্রং থীল্লি—কনাসু চেক মোক লাউরক্তে।

খুৎলৈ থ.না হুঞ্জবা কৈশুমশঙ পাম্লবগী কা য়ৌগ্রে.—কা অদু থোঙ লোল্লমদে ; মপান্দগী হংই—"কনা কনা লৈ ।" কনাম্তু খুমলক্তে । অমুক পন্থবা ভৌদনা হুঞ্জবা ইমুংদা চঙলকলে—ইমুং অদুদা ভৌরমলিবদু উবদা হুঞ্জবা ঙকপনা থেংখ্রে—।

ৱাং-চাউরবা কন-থৌরবা কৈশুমশঙ পাম্লবদু মাগী ফমুংথক্তা কাংথোনগা পাম্লনা মখোঙ—মখুং—মশা পুম্বা থৌরীনা চেৎনা পুল্লগা ময়াদা ফীবুল নমদুনা লৈরম্মী । মাগী কাদু ইচাই চাইরম্মী মনাই-মশল ইমুংগী মী অমত্তা লৈরমদে । কৈশুমশঙ-পাম্লবদু মিছুলদি ছুল্লি মুংশাখ্বরম্তু ছোল্লি ; হুঞ্জবা থুৎলৈ থুনা হুমাং অনপ্পা কারবা কৈশুমশঙ পাম্লবগী ময়াদগী ফীবুল লৌথোকসে—পুল্লিবা পুম্বা থাদোকলে । ঙাইহাক লৈরবা তুংদা—কৈশুমশঙ পাম্লবা স্বর চনীং তারকলে । হুঞ্জবনা হংখি—"করিনো করম ভৌরমলিবনো ?" কৈশুমশঙ পাম্লবা ভপ্পা ভপ্পা খুমলকই—"ইঙো হুঞ্জবা—মঙশুম্বনি । অহিংগী অহুমশুবা য়ুথক লোইরমদাইদা ঐহাক কৈশুমশঙ য়েংলুই । থোঙাকপা শৈশিন শীল্লম্নগা য়ুমদা হুল্লক্লমই । অহিং মমৈ ওইরক্লবদা ঐহাক ফমুংদা হিপথরম্মী—ইকুই কুইদনা তুমথরম্মী । তুমলিঙেদা খঙহৌদনা খোঙ-খুৎ হুকচাং পুম্বা কাংথোনগা পাম্লনা থৌরীনা পুনশিল্লক্লবদা মিকপ থোক্লম্মী - লাউগেতা খল্লকপদা য়াদা ফীবুল—গতি লৈখিদে ; ঐনা উখি—মখোয় মরি-মঙানি ফীমু শেংলি মমিং খুম্মী, খদাঙচেৎ লাকই । মতম অদু অহিংগী মরিশুবা য়ুথকী ময়ায় চম্লকপা ওইগনি—ইঙো হুঞ্জবা পুম্নমক মঙ ওইনা থোকখ্রে । "মখোয়দু

কনা কনানো খঙবা য়াওব্রা ?" "মশক লোৎপা কাঙবুনি—রাম্ব মচেৎ অমত্তা ভাঙদে—কনা কনা ওইরিগদগে খঙবা ভমদে হঞ্জবা !" মুংশা মপী হোন্দোকই - খিন্দনা মখোয়নিমক কৈশুমশঙ তান্না চৎখ্রে ।

কৈশুমশঙ য়ৌরবদা থোঙ মনাক্তা তুহ্নুনা লৈরিবা অশিবা থোঙাকপা অনিহু মুন্না য়েংলগা কৈশুমশঙ পান্নবনা হায়রকই—"ইভো হঞ্জবা থোঙাকপা অনিমক ঐখোয়গী লোয়শঙগী লোয়শঙ-মচা অমত্তা নত্তে ।"

"ছিঃ অহুদি করিনো ? মখোয়বু শোক্লুরম্ব লেঙদনা থম্মো !" থুনা য়াংনা মখোয় অনি থংনবদা লৈবা থোঙাক শৈশিন য়ারেকশঙ তম্না প্রেপ প্রেপ চৎলম্মী লোল্লিবা শোহু থুদেক্লনা য়রেকশঙ থোঙ হাংদোক্লম্মী । থোঙ হাংদোকপমক্তদা করি উথি—

"ইস ! মখোয় পূম্বা লোইনা হাংলমলেদনা ।" তূম্না তূম্না লোইনা শিরমলে—কনানা মঙক্কা মশাগা তোঙান তোঙান—কনানা মবুক্তা তানা লেং অহিংবা অমা ফাওবা য়াওরমদ্রে ; লোইনা চপ তীংলম্রে । ফমজিল্লবা ঈখেঙনা লৈমায় ইচোৎ চোৎ শাহিং মীহিংনা কাহু থম্লে । কৈশুমশঙ পান্নবনা মীকোক থীবদা অমা ফাওরা রাৎতরে—কৈশুম থোঙাক লোইনা শিরে । মানা মুংদাং মিৎয়েং চঙলুবদা কৈশুমথোঙ শঙহৌবা অনিহুসু মখোঙ-মথুৎ তুংবুম্ননা—তানা থিনগায়রবা হোগায়রবা মবুক্তগী ঈঙাংনা মশাপুম্বা পুমচোৎ চোৎনা উপ্পা উপ্পা তাহুনা য়ারেকশঙগী অশিবলক্তা লৈরম্মী । হঞ্জবা অমুক পম্বা তৌদনা নিংথেমদা হঙ্গৎনবা চেনখিরম্মী ।

× × × × ×

নোঙ্ঙানবুং য়ৈরকপগা লোয়নননা নিংথেম মিকপ থোকলে। যাকৈরোল শকপা অংশবা পোথাজবা কংজরে। মন্নুঙো মনিংথৌ নিংথেম্বু থুরুমজরগা স্না য়াথং লৌতুনা অশৈবা লোয়শঙ্দা পোথ্থাজখ্রে। মিকপ থোক্লকপদগী তৌন নিংথেম সুংশুক সুংজানৈ। ফমথক্কুগী লেঙথনবা কোরৌহনববু শকমজরবা মতুং ফাওবা অমদি অঙনবা অয়ুক্কী শেংলবা অঙ্গংবা মুংশিংনা হকচাং তেকখৎহল্লবা ফাওবা নিংথেম ইহৈ হৈনীংদে। তমথিরবা সুঙাইতবা মঙ অমা মঙবগী সুঙাইতবা হৈনীংদবা মিকপ থোক্লবা আ-মতুং ফাওবা অত্থম লেঙদনা লৈরম্মী— থাঙ্গশেংনা মঙহু মঙফাওনরবরা ?

নোংঙাল্লমদাইদা মঙখিবা! মঙনি মিকপ থোক্লকপদা নোংঙা-ল্লম্লবনি। মঙলানচান্দা নিংথেম শক্তি তানবা মৃগয়া চৎলম্মী। মঙ্গাইবেম্মা বসুমতীসু মপাবুং মহারাজগা লোয়নননা শিকার চৎলম্মী। নিংথেম লাঙ্গোইথক্তা মনাইশিংনা থৌগন্দুনা লেঙলম্মী। থুত্তা লিরুং নমদা তেন্দোং প্রাঙ্গ-তা লোয়নরবী মজাইবেম্মসু লাঙ্গোই খোঙনেংনত্থুনা মপাবুং পোগল ইল্লম্মী। শক্তি তানবা নিংথেমগী কাঙবু শিবউদ্যান ফাওত্থুনা চৎলম্মী। শিবউদ্যান্দগী ক্রোশ অনিদং চৎলগা চাউরবা উমং মোংশোংনা থল্লবা চীংজাও পাক্লবা লনহাঙ মরক মরক্তা পাং তুরেম্ম থল্লবা উমং মথং মথং শন্দোকখ্রে। মফম অসি শক্তি শঙাই অমদি উমংগী শা-উচেক্না থন্না লৈবা মফমনি। মজাইবেম্মগা লোয়নননা নিংথেম থরাই সুঙাইনা মনাইশিংনা থৌগল তৌত্থুনা লাংগোই খোঙনেংনত্থুনা—থুত্থম চেৎনা লীরুং পায় লীরিদা তেঙ্গা থোংত্থুনা থরাইনা তাবা শক্তি থিবা লেঙলক্লী—

পুংখায়মুক্তী লম থৌরক্রবা তুংদা থাপতক্না মাঙদা উবা চীংনা-পোম অমগী চীংখোঙদা নিংথেমগী খোয়দাবা শজি অমা উয়ে হৈগ্রু ঙাহুনা লৈরম্বা। নিংথেম লাঙ্গোই থৌজিনখিহুনা নিশান ভৌরবা তেন্দু কাপখি। মরাইবক ফবনা শজি অহু শম্না মফে অমত্তুদা নাম্বোকখি। শজি চীংয়াং থক্তা চেনখৎখ্রে নিংথেম লাঙ্গোই থুরুপ থৌগৎখ্রে। শজি চীংয়াংদগী লোকচপ লোমদা চেন্থখ্রে। নিংথেম থৌগল-লাঙ্গল য়াঙদনা শজি মতুং ইন্নখ্রে। থৌগলগা লোয়নরিবী মজাইবেম্মা চীংয়াং অম্না হাইগত্তুনা মপাবুং কদাইদা লৈখ্রে য়েংলি।

থরায়না তাবা শজিহু তান্নবদা নিংথেম লোক-তায় জঙ্গল-মোংশোং শমহুনা থাপ্না চঙশিনখ্রে। মজাইবেম্মবু থাপ্না হুন্দোক্লমলে চীংগোল অমা লানখ্রে। নিংথেমগী লাঙ্গোইহু খর খর নকশিন্নক্লে চেনবদা রারবা চেনফম খঙলক্রবা শজিহু—মাবু তান্নরিবহু কদাইদা লৈহৌরবগে—হন্না মমায় লৈহুনা য়েংলকলম্মী। খূদক অহুমক্কদা খুদোং চাবা মফমদগী নিশান ভৌহুনা কাপ্পলকবা নিংথেমগী লৗরুং-দগী পাইথোরকপা শাফু-কল্লবা শোয়ফত্রবা তেন্না মমায়দা পিশুম অনিগী কারক্তা ফাঙরেং লেংনা পান্দুনা মিকুপতা শজি অহু হাৎলে। মায়পাকপগী নোংশাগী লাললাউগা লোয়নন চঙশিনখিহুনা হুরাঙরবা নিংথেম হাৎলবা শিরবা শজিহু লাঙ্গোই শায়াঙথক্তা থাঙ্গত্তুনা হন্নগে হায়না লাঙ্গোই শামায় ওল্লকপা মক্কদা খাপ্না উখি চীংয়াংদা—

করি উখি ?

দস্যু অহুমথক্কা মজাইবেম্মবু ফাহুনা লাঙোইথক্তা মথুং তুংবুম্মনা পুন্দুনা দস্যু অমনা শগোল চুপলী পায়রুনা চিংহুনা পুগদবগী শেম শারম্বা উখি ।

"কদায়দা লৈখ্রে ঐগী অহুক যাম্বা ইনাইশিং ? কদাইদা লৈথ্রে নিংথৌ শেনবদি, কনা অমত্তনা ঐগী ইচাবু কনব ঙমদ্রবা "? শাউরবা নিংথেম পাখংপগা লোয়ননা চীংয়াং তম্না মনা খুনেংশা থোগংলকসে । তাংথক-নাইদনা নুংশিংকী মমাঙ থানা থোরকলি শাজেগী মমিত্তা উবদা ক্রং--ক্রং চোংনা চেল্লিবা লাঙোই খুনেংশা-নিংথেম কোরি শাজে কারক--লাক চীংয়াং ঙম্না থোগংলকপা-চেন্না চোংনা পাহখংলবোই খনবনি--অদুবু মজাইবেম্মগা লাঙোই চুপ্লী পায়হুনা চিংলিবা দস্যু অহুম অহুম্সু হেন্না হেন্না লাপথোকখি । নুংশিংকী মমাঙ থানা পাইনা চেল্লিবা খুনেংশা চেন্দবঙমখ্রে মঙম ইশান শান্দে । য়েংনা য়েংনা তাম্ন-তাম্ননা মজাইবেম্মা মশাম মনা ইফা--ফা হেন্না হেন্না লাপথোকখি । অশাওবা, নুংশা থীবগা লোয়ননা নিংথোরেন খুহুম চেংনা পায়রিবা লিরুংদগী শোয়কদ্রবা তেন--লীরী নাখোং ফংনা চিংহুনা কাপখ্রে--"থাউ" হায়না ।

ওহঃ দস্যু অমদি তেংদুনা পান্দুনা শগোলথক্তগী ওন্থখ্রে--অহুবু মজাইবেম্মা পুল্লিবা শগোলহুদি হেন্না হেন্না লাপখ্রে--নিংথেম্না কৌবা লাউবা তাখিদ্রে । লেমহৌরিবা দস্যু অনি অহুম্সু মায়কৈ ফাংনা চেনখ্রে । কনাদনো হন্দক তেনগী নিশান তোগদবা ? লোক--তায় জঙ্গল উমং ফাওনা--লাম্না মজাইবেম্মবু কৌরম্মী

খোম্থাংতমক হল্লকই--য়েংনা য়েংনা, উনা উনা লাঙ্গোই অতু লাপথোকখ্রে ; তান্না তান্না—ফংবা অমুক লেখিদ্রে । নিংথেম নৌহৌনা অকনবা শাফুগা লোয়ননা খুনেংশা থৌগংখি—অতুবু ওন্থোকপনি ব্রাবনা থুনাম শোয়রবা হুমাংনা পুমচোং চোংলবা মুং-শাস্বর ফিঃ ফিঃ কাম্নবা খুনেংশা—খঙহৌদনা নিংথেমগা লোয়ননা লোকচপ অমদা ওন্থখে—খুনেংশা অমুক হৌগংলকখিদ্রে । মতম অসিমক্তদা নিংথেম মকপ খংথোক থোকখি ।

মতম অতু লোং তাল্লতুনা কোরৌহনবগী মশেক্না নোংপোক চাংদোন্দগী লিংশংলম্লে । নিংথেম চিনকুপ্পা লোইরতুনা মন্নুংচনবা কা মচাদা মখনতা ফমতুনা হৌখিবা অহিংগী মতদো করিনো খল্লন্মী । মতম অসিদা নিংথৌগী অরোনবা মনাই চুরাম্থাবা চঙলক্তনা শাহং থোকখিবা থৌদোক্কী পাউপুম্বা নিংথেমদা হঙ্গচখি । নিংথেমগী মূ য়াথং লৌজতুনা মরানয়াইদা পোম্থাজখি ।

নিংথেম সঙ্গায় মাঙ্গান্দা লেঙথোক্লে । অকা-মচা থাতুনা মন্ত্রি অমদি লানভৌং পুরেন্দা মূা য়াথংনা অওনবা দরবারগী পাউজেল থাখি । কোতরাল নগর ডাকপা সিমানা ডাকপা মাগী মাগী মথো পাঙথোক্লবা অওনবা কয়ুক্তা খোঙরেন মশা পাইবগুম হোৎনখি ।

মতমদা নিংথেম চাইথফমদা লেঙশিন্দুনা অশেংবা অরূবা ঈশিংনা লোগন তোতুনা চাইশবা লোইখ্রে । অশেংবা ফীজোন শেতুনা নিংথেম নৌংজবা ইষ্ট দেবতা পুজা লোইরে । মতম অতুদা মুংশি-জরবী মজাহবেম্মবু উদবদা চুরাংথাবগী পাউনা মঙফাওনরবা নিংথেম নুংশুক গুংজানরক্লে । খঙলবমক্তদা—তা-রবমক্তদা,—

তা—রিবা খঙলিবা অত্তু ম্মরানবা ওইরম্বা য়াই পল্দুনা নিংথৌ থৌগন মচা অমত্তুংগা লোয়ননা মজাইরেম্মগী সঙ্গায় মচাদা চৎলুই। মজাইরেম্বা লৈরমচ্রবদা মঙফাওনরবা নিংথৌ শাঙলবা সঙ্গায় মচাতু অমুক্কং লেইনা য়েংশিল্লগা শাড়না খোঙথাং থুনা সনা সঙ্গায় তম্না হল্লকখি। থৌন্দনা দরবার লোয়শঙ তম্না চৎনবা মনাইশিংদা সনা য়াথং পীখি।

* * * *

কুশুমপুরগী রাজদরবার লোয়শঙনি চাউরবা নুংঙোগী দলাম্নি। মতম অত্তুগী পৃথিৱীগী অফাওব খুংগং লৈবা কয়ানা মতম চঙনা চেকশিম্না শাখিবনি। অঙাঙবা অশংবা মেমানবা নাপু অমুবা মচু কয়াগী নুংনা হত্তুনা মখল কয়াগী লৈরোং হংখ্রবা ... মনা মণি মুক্তা পোহালনা থাম্নবা ফজরবা দলান্দো কোরোইনবা। মশেক্না য়েবদা ঈরং লংনা ফজরি। দরবার লোযশঙগী অকোয়বা চাংমান্নবা কক্লবা অশংবা তিংথৌনা ফরাংজি অশংবা থাবক্তম ফজববা লম্পাক্নী। মরক মরক্তা মখল কয়াগী লৈ শুগী কুঞ্জবন মচা মচানা নীংথিরি। মথা থংবা নাকন্দা থবো-থাবিকগা থম্বালনা মতম নাইদনা শাংলবা লুরবা লাইজনা থনবা পুখ্রিনি। থবো থম্বাল থম্না-রক্তা লুরবা লাইজদা দরবার লোযশঙগী মমি তারি—কনাগুম্বনা খন্দবা ওমদে—ঈযাযদা থম্না-থম্বাল্লক্তস্তু নিংথেমগী দরবার লোযশঙ অমস্তু লৈবরা? দরবার লোয়শঙ চঙনবা অশংবা তিংথৌগী লম্পাক ফাওনা অঙাঙবা নুংনা থারবা লঙ্গীনি—থোই-দোক্না পূক্নীং হূবনি।

ঙসিদি দরবার ছুমিৎনি। লৈবাক্কী থবক পৃবিবা অঙম্বা পুম্বা তুমিন তুমিন মাগী মাগী মথৌ তৌরি। দরবার লোয়শঙ তক্ত তক্ত শিক্তোক-নাক্তোক্লে। লোয়শঙগী মাঙদা রা'লবা ম্নাগী চৈথো ক্লা কুশুমপুবগী ফিরাল্লা পাইবি। লোয়শঙগী কা-পুম্বা থুংনা গালিচা ফিদ' থাথরে। লোয়শঙগী থোঙক্তিন ংক্তো, নিংথেম্না শা-লান্দা ফারকপা খূংলাই কয়' থাঙ তা নোংমৈনচিংবা কয়া থেংলি—মফম চা-না। লোয়শঙ মমুং অদু আঙৌবা ফিজ্জঙ শল্লি। লোয়শঙমুংদা হিরা মণি মুক্তানা মফম চানা চানা থাম্লবা লীক্লাই য়ুম্বী অমদি দেবানগীরীগী লৈনানা মুংশিংনা থেংবদা লেংলি-লেংলি তগুপ তরেং ঈরং ঈবং মিং-থক্লা ফজ্জরি। হোজংদগী দরবার লোয়শঙ য়োবা অঙাঙবা ফরাংজী থক্তা অঙৌবা ফিদক্লা থোরী লীশাং তাবগুম লদীং তারি—মদু লোয়শঙ য়ায়দা নিংথেমগী মণিরত্নগী সিংহাসন কাফম ফাওবা শন্দোকখি।

সনাগী থাক ১০৮ গী মথক্তা নিংথেমগী হিরা-মণি-রত্ননা হক্লবা ফজ্জরবা সনাগী সিংহাসন থারি। অঙাঙবা অশংবা মণিগী লৈ লৈনানা য়েকখোংলবা হিরাগী য়ুম্বীথক্তা মোতিগী লৈনানা কুপ্লবা নিংথেমগী সিংহাসনগী মাঙদা য়েং ওইদা ম্নাগী-থাক্কী অরোইবদগী মথং মনাও পরেং নাইনা অঙম-অথৌ ফম্না'বশিংগী রত্ন আসন থারি। নিংথেমগী সিংহাসনগা থংননা য়েক্তা থারি মণি অশংবগী সিংহাসন—মদু লৈবাক্কী যুবরাজ মজাইবেম্মগীনি। ওয়দা থারি অচম্বা কুশগী আসন—মদু নিংথেমগী রাজগুরুগীনি।

নিংথেমগী য়াগংনা লোয়শঙ কাবক্লবা লৈবাক্কী অঙম-অথৌ পুন্নমক—কমদৌ ৬৪ থানা—অকল অথৌ ফম্নাইবা ৩৬৪ মথং

মনাও নাইনা মাগী মাগী আসন্দা ফম্মখ্রে—লৈবাক্ প্রজা চোম্না তিল্লে। হাঙলিবসে মজাইরেম্মগী সিংহাসনতমক মঙায়রে।

কৌরৌহনবনা লীরুং অহুমলোম কারকপা মতমদা অকা-মচা অঙম অথৌ নিংথৌ শেনবনা মাঙ-তুং য়েং ওইদা চুং-তা লম্বু য়েখাং ওইখাং, নাকন্দা চোঙ্পে খান্দুনা ফিরান পাযবনা মাঙদা থা, লমইন পেনা তুংদা-ইন নিংথেম কাইদ চঙলকখি- দরবার লোয়শঙনুংদা। নিংথেম্ন লেঙশিল্লকপা মক্তদা মোইবুং খোংলি, যন্ত্র পীল্লি সলামী তাপ কাপলী বাঝায় বেঙ্গুন খোংলি। নিংথৌ শেনবনা খোঙ্গেল তৌনা লাউরকখি --

"হুইয়েন কৈরেন লাপ্তোবা, চীংবুরোই তম্বুরোই, মালেমগী নিংথৌ খিবিঙ্কৈ কোকণক্লী মণি, কুশুমপুরেশ্বর মহারাজ ধিরাজ শ্রীল শ্রী শ্রী শ্রী শ্রী শ্রীযুক্ত বসুসেন ছত্রপতি নিংথৌরেন য়াইফরেন য়াইফ-পোইবা—স্না খোঙ লেঙলকলে।"

নিংথেম্না লোযশঙনুংদা হেক লেঙশিল্লকপমক্তদা অঙম-অথৌ ফম্নাই-ফানাইবা পুম্বা মাগী মাগী ফমফম লাংদগী কুমথহুনা খুরু-খুদক কুন্না—মগুং লৈইদা ভানা চপ মান্নবা খুরুমজখি। নিংথেম্না সিংহসন্দা লেঙশিন্দুনা ফমখ্রবা তুংদা মথোয় পুম্বা হৌগতুনা মাগী মাগী ফম ফনদা ফম্নখি। মোতিগী থাকল অমদি স্না মণি রত্ননা ঈরং লং, অভোবা য়ুখলনা লৈতেংবা লোয়শঙ ফমদৌ ৬৪ থানা ফম্নাই ফনাইবশিংগী মখল মচুগী ফিজেং লৈতেংনা কয়াগী মত্তিক ফজরে। নিংথেমগী য়েং-ওইদা কাঙহায চামর থৌগল্লি য়েং-ওই তুংদা নিংথৌ শেনবনা খুংনাই পায়হুনা নিংথেম কদায়দা

শোয়খিগদগে থৌগল্লি—তুংদা লমইন পেনা শৈহেন্‌ী। মাললঙনস্থ লিরি লিরি হুমলি। অংকী মেঙলবা মঙান্দা লোয়শঙ চনুং অহু ভোন্না মণি রত্ন লিক্লাই য়ুম্বীনা ঈরং লংলি;—দেৱানগীরী মুংশিংনা য়ৈবদা তপ্পা তপ্পা হাই হুম্লকপা খুদিংদা ঈরং ঈবং লং গিং থক্লা ফজরি। অথৌবা কয়াগী কোয়েৎথক্কী পজেং ফিরান মুংশিংকী ইপোমদা হাই হুমলি -য়েংউবা খুদীংদা মিৎফম হোংব। য়াদনা ফজরি।

নিংথেম্না সিংহাসন্দা লেঙশিনখ্রবা তুংদা মিকুপমুক্তং লোয়শঙ অহু চেক মোক লাউথিদ্রে যন্ত্র ধবনি লেপখ্রে। মথংদা অশৈবনা পেনাগী চৈজিংদা ভৈরব রাগদা নীংথিবা শুরনা নিংথেমগী মতীক মগুণ শক্রবা তুংদা নিংথেম হৌগতুনা সভা য়েংনা লমনা মচাক চেন্দনা স্না য়াথং তাউথরকই—

"ইপু মন্ত্রি নোংথোন বড় সেনাপতি লৈবাক্কী অঙম অথৌ খমতোং যাইতোং পুম্বা তাবীয়ু। হন্দক মরক ঐহাক্না ভরত-পুরদা ইতাও নিংথৌ কুলধবজ উনবা চৎখ্রিদৈদা ঐগী কোন্নুং কুশুমপুরদা মওং চাদবা থৌদোক খর থোকখিমাল্লে নীংজে। ঐহাক ইতাও নিংথৌগী লৈবাক্তগী ঙরাংতা হঞ্জরকই। লৈবাক্না খঙবীরিবহুনি—করিকুম্বা কান্দা অহিংদা অস্নুম কোয়থোকপসি ঐগী হৌনশানি। অস্নুম্না ঙরাং মুংদা অহিংগী অহুমশুবা য়ুথক হৌগৎলকপদা কোন্নুংগী থাঙপাৎ মপান্দা অস্নুম কোয়থোক্লম্মী ঐহাক্না হৈনৌগী কুঞ্জবন রৌবকপদা খৎলাই পাযবা মুপা থবনা পাখঙ অমবু কোয়শিন্দুনা লৈরম্বা থেংনরুই। খুংলাই য়াওদ্রবা

পাখঙ অহুবু হাৎকদবগী থৌরাং তৌরম্বা মতম অহুমক্কদনি ।

ঐনা হংখি—

"নথোয় কনা কনানো ?"

মতম অহুমক্কদা ঐগী খোঞ্জেল খঙলবা মন্ত্রি পুত্রনা খুমলকখি-

"য়েক্লবনি মহারাজ"

"য়েক্লবা ওৎরদি কেশুমশঙদা ।"

হায়না মান্ত্রপুত্রদা য়াথং পীখি । মন্ত্রিপুত্রনা খুৎলাই পায়বা কাঙবু অমগা ঐগী কোন্নুংগী হৈনৌবন্দা লৈরম্বড়ু ঐহাক ঙক্কক তৌই য়েক্লবা পাখঙ অহু হৌজিক কৈশুমশঙদা লৈরমগনি । হৌজিক মাগী বিচার তৌগদবনি সভা মমাঙদা ইপু মন্ত্রি, নোংথোন পুখ্রম্বা বড় সেনাপতিনা বিচারগী থবক হৌনবী মথং চৎথবিগনি ।"

নিংথেম সিংহাসন্দা ফমথখ্রে । মতমসিদা মন্ত্রিনা নিংথেমদা হঙৎখি—

"লাক্লাই ইবুঙো ! ননাইবু লোইবা ইনিংথৌ ! লৈকোয় মপুগী সনা য়াথং লৈবাক তাফদে । অহুমহিক্তি ওইরবদা ননাই হপুনা রা অমত্তদি সনা খুয়াখাদা হঙচচগে । নিংথেম ! হন্দক্লা বিচার মাস ননাই ইপুগী ইচামক্কা মরি লৈনরেদো অহুনা ননাই ইপুদি য়াওজররোই । ননাই পুখ্রম্বা নোংথোনবা বড় সেনাপতি ননাই অহুম্না পাঙথোকপা স্না নোংদম তম্বীয় ।"

"ফরে ফরে ! ইপুনা য়াওনাংদ্রবদি ইপু পুখ্রম—নোংথোন অমদি বড় সেনাপতিনা হৌনবী চৎথবীরো ।"

পুখ্রম-নোংথোন বড় সেনাপতি অহুম্না নিংথেমদা হঙ্গৈচে—

“লীক্লাই ইবুঙো লৈকোয় মপূ য়াইফবা সনা য়াথং ফিগাও শানা য়াজরি। ননাই নপু ঐখোয়না লংলা লংজিন থিজবা অয়েং অকায় য়াওদবা সনা নোংদম তম্বীয়ু।

“ইপু ননীং তমজো।”

দরবার লোয়শঙ অহু উন য়াইমুক চীকখ্রে। নোংথোনবনা হায়রকই—

“অকামচা কনা লৈ চংলু মন্ত্রিপুত্র কৌরুচো। নখোয় অনিনা কোতয়ালবু কৈশুমশঙদগী বন্দি অহু লৌরু হায়য়ু।”

অকামচা অান অনি দোলাইপাবগা লোয়নন লোয়শঙদগী মপান থোকখ্রে। মিকুপ খরদং তুমিন তুমিন লৈরম্মী।

মতম অসিমক্তদা পাখংপগা লোয়ননা চেল্লকপা কৈশুমশঙ হঞ্জবা দরবার লোয়শঙগী থোঙজিন য়ৌরক্লে। সনা য়াথং ফংলবদা দরবার লোয়শঙমুংদা চঙলক্না খুকউ লৈতানা নিংথেমদা খুরুমজে।

নিংথেমগী য়াথংনা বড়মন্ত্রিনা হংলকই—

“য়াম্বা হঞ্জবা! করি হায়নীংবা, সনা খুয়া খাদা হঙ্গংলু।”

“লিক্লাই ইবুঙো য়াইফরেন য়াইফথোক্নবা; ননাইবু লোইবা লৈমাবা! ঙসি অহিং ননাইগী লোয়শঙদা অঙকপা উপদ্রব থোক্লমলে, ননাই ঐহাক ঙকপনা হঙ্গংকম খঙজদরে।”

“য়াম্বা হঞ্জবা। ফিংগংকনু, থোকখিবা থোদোক পুম্বা অমম্বা চিংথদনা সনা খুয়া খাদা হঙ্গংলু।”

"লিক্লাই ইবুঙো । ননাইনা ঙসি অয়ুক নিত্তি হৌনশা কৈশুম শঙ শেংবা চৎচরুই । অহানবদা ননাই থোঙশঙবা অনিছু মনঙন্দা ছ্রৌনা লেংহুনা শিহুনা লৈরম্বা থেংনরুই । মতুংদা ননাইনা কৈশুমশঙ পান্নবা থিরুবদা—মহাকস্তু ময়ুমদা ফমুংদা মথোঙ মথুং পুন ময়াদা ফিবুন নম শিবা য়ানা জ্ঞান তাদনা লৈরম্মী । ননাইবু পুল্লিবহু থাদোক্লগা ননাই ঐখোয় অনি থোঙশঙ শৈশিনশঙ তম্না পরপ পরপ চত্তুনা য়েংলুবদা—ননাইশিং থোঙশঙবা পূম্বা লোইনা শিনা লৈরমলে-কনানা মবুক্তা তানা লেং কনানা মঙকা মকোক্কা তোঙান তা—অহিংবা অমাফাও য়াওরমদ্রে । লিক্লাই ইবুঙো ননাইদি থনকম থঙজদে । কৈশুমশঙদস্তু চাওরবা রাইথুশো অমনা লোল্লম্মী, মহু মহৌশাগী শো নত্তে—শোজৈ লৈতে । ননাইনা হংজবদা ননাই কৈশুমশঙ পান্নবনা থুম্লকখি অহিংগী মরিশুবা যুথকী ময়ায় ওইরকপদা—ফীমু শেৎপা থদাঙচেৎ লাকপা ঙাঙবু অমনা মাবু তুমলিঙৈদা পুন্দুনা থম্বীরম্মী । কাঙবু অহু রা মচেৎ অমত্তা তাল্লে—অহুনা কনা ওইরমগদগে হায়বা ঙমদে । অহুগা অঙকপা অমনা লায়নিংথৌ—ননাইনা অহানবা থেংনবা অশিবা থোঙাকপা অনিছু ননাই ঐখোয়গী লোয়শঙগী মী নত্তে । ননাইনা রা পূম্বসে লোয়শঙ মপূদা হঙ্গচগে লাকপদা সনা য়াথংনা দরবার কাখ্রে তাক্লহুনা লিক্লাই ইবুঙোগী স্না থুরা থাদা হঙ্গচগে লাকচবনি ।"

হৃল্লবগী অওকপা থৌদোক্কী রা তাবদা রাজসভা অছু ইওক ওক্লা তুমিন তুমিন লৈনৈ। নিংথেমগী য়াথং লৌছুনা নোংথোননা হায়রকই—

"হৃঞ্জবা নহাক্লা হায়ববু থোওশওবা অনিছু নওগী লোয়শঙ মচা নত্তে হায়বা নত্রা ?

"মছুমক্কী অজ্ঞা মখোয় অনিছু ঐগী লোয়শঙ মচা নত্তে।"

"মছুদি—মখোয়দো কনানো, করি লমগী মীনো খওবরা ?"

মছুমক্কী খওজদরে অজ্ঞা অছুবু অসুম য়েংজবদদি মন্ত্রিপুত্রগী লোয়নবা মনাই মাল্লি।"

তাঞ্জা অসিদা অকামচা অনি দোলাইপাবগা লোয়ননা মন্ত্রি মচাগী য়ুমদগী হল্লক্কুন স্না-খুয়াখাদা খুরুমজৈ—থৌগন পাউ হঙ্গংলি। "লিক্লাই ইবুঙো ইনিংথৌ! মন্ত্রিপুত্র হেমচন্দ্র ময়ুমদা লৈরমদ্রে; কনা অমত্তনা কদায়দা লৈগ্রবগে হায়বা ওমদে।"

"করি হায়বা দোলাইপাবা। হেমচন্দ্রবু য়ুমদা লৈরমদে হায়বা।

"হোয় ইপু মন্ত্রি। অছুগা অতোপ্পা পাউ অমনা অজ্ঞা মন্ত্রি পুত্রগী প্রমোদ উদ্যান্দা মবুক্তা ছূরীনা লেংলবা অশিবা মশা অনি অমস্থ লৈহৌই। মখোয় অনি অছু মন্ত্রিপুত্রগী চান্নবা মরুপ ওাক্তনি। মখোয় অনি অমনা অমদা ছূরীনা থিল্লবা মাল্লি।"

পাউ অসি তাবদা হুমাং অনপ্পা কা-রবা মন্ত্রি—"ইস" হায়না মরায়বক্তা মখুৎনা খল্লা—লেপ্পা ওমদনা মাগী ফমফমদা মরু লুক্লা ফমথখি।

মন্ত্রিগী মতৌ উবদা চিংনরবা নিংথেম্না তপ্না তপ্না চীংলেম্না হায়রকই---

"তপথবীয়, ইপু মন্ত্রি । ফিংগৎপীগনু ।"

"অজ্ঞা ইনিংথৌ ।"

"ইপু নোংথোন পুখ্রম্বা । লংলা-লংজীন ফজনা থিবীয় ।

"লিক্লাই ইবুঙো !"

"তাবিয় বড় সেনাপতি । মন্ত্রিপুত্র কদায়দা লৈখ্রে থিনবা হোৎনবীয় ।"

"অজ্ঞা ইনিংথৌ ।"

তাঙ্গা অসিদা সঙ্গাইশেনবা তঙ্গবা দরবার লোয়শঙদা চঙলক্না খ্কউ লয়দা-তানা থুরুমতুনা—লিক্লাই ইবুঙোদা পত্র অমত্তং কচচরৈ । মতু পারবা তুংদা নিংথেম হৌগত্তুনা হায়রকই-তাবীয় ইপু মন্ত্রি নোংথোন-পুখ্রম্বা অমদি অঙম অথৌ পুম্ব । অথুবা -মরম অমগীদমক ঐহাক ঙাইহাক্তুং সঙ্গায়দ যৌদবা য়াদ্রে । চৎথরিবা বিচার কায়দনা চথবীয় । মরাল লৈবা মীবু মতিক চাবা চৈরাক পীবিয় । ইপুথোয়না তাবা বিচারগী রাষ্ট্রেপ অতু ঐঙোন্দা খঙহনবীয় । ঐহাক আম্কুঞ্জদা লৈজগনি ।

নিংথেম সিংহাসন্দগী কুমথরকলে— লোয়িন থমইম্না নাক-য়েৎ তুংদা ইন নিংথেম কাইদ-কাইদ দরবার লোয়শঙদগী মপান থোকখ্রে, সনরুপ্না দলাই তোংদুনা সজায় মচা পাংথরে ।

× × + × ×

মুমিৎ চায়থরকালে। দরবার লোয়শঙদগী অঙম্বা পুম্বা মাগী মাগী থৌগনশিংগা লোয়ননা থোরক্লুনা ময়ুম মায়গৈ-পাংনরকলে অঙকপা থৌদোক্লি— মথোয় মশেল অমগা অমগা ঙাঙনখি।

"ইঙো সেলুংবা অঙকপনিকো।"

"মানি হঞ্জবা। ঙসি তৌরিবা মতৌসি অঙকপনি।"

"কদায়--নিংথেম্মা হায়ববু—মুংদাং কোম্নুং মম্নুংদা লৈরম্বা য়েক্লবা মন্ত্রি মচানা ফাম্বুনা কৈশুমশঙদা থমখি নত্র?"

"মানি।"

"অদুগা ঙসাই দরবার লোয়শঙদা পুথোরকপদি—অম্বাকমদা পুন্দুনা লৈরম্বাদো--মন্ত্রি মচা ওইরবকো।"

"হোয়নে—ঐথোয়পুম্বা লোইনা ঙকপনিকো হঞ্জবা।"

"ইস মম্নুদা ইপু মন্ত্রিনা শাউবদো?"

'ইঃ করিগী শাউরোই—য়েক্লবা মকোক্তি মচা মুপানা ওইর-ম্নবদবো করি হায়গে শেলুংবা।"

"চুম্মীনে হঞ্জবা শিরবা থোঙাকপা অনিতুম্নু মন্ত্রি মচাগী মীনিকো'

"য়াম্ম ঙক্লিবদি থোঙশঙবা শৈশিন পুম্বা অমত্তা থাক্তনা হাংলম্বা. কৈশুমশঙ পান্নববু পুন্দুনা থমম্বা কৈশুমশঙ, থোঙশঙবা শৈশিনশঙ পুম্বা চাওরবা বায়থুশোনা লোম্লম্বা— কনানা তৌবা ওইরিগদগে ইঙো শেলুংবা।'

"চাউরবা রাইথুশো অনিতুগী শোক্লেদো মন্ত্রি মচাগী মথাদা ফংবা, অশিবা থোঙাকপা অনিতুম্নু মন্ত্রি মচাগী মনাই ঙাক্তা মুম্না থম্নবদি পুম্নমকসে মন্ত্রি মচাগী থুক্তিন মানগ্রে হঞ্জবা।"

"ইঙো শেলুংবা ! ননাই মন্ত্রিগী মচানা হায়বহুবু ?

"হেরা--হঞ্জবা । অসিনি মানা হায়বদি—য়েক্লবা মুপা অহু মশাঅক্পা কা-ছুনা কৈশুমশঙদা থনম্বনি । কৈশুমশঙ পাম্নবস্নু খঙবনি । অহুদগী হল্লক্লুনা মাগী প্রমোদ উদ্যান্দা মধু-পান তৌরিঙৈদা খঙহৌদনা তুংলোমদগী মখোয় খর লাক্লুনা মাবু পুনখি—মমিং মমায় খুমজিন্দুনা পুখি । মহাকনা জ্ঞান তারকপদা কৈশুমশঙদা লৈরমলে ।"

"ইঙো শেলুংবা ।কৈশুমশঙ পাম্নবনদি করি হায়খি ?"

"মানা হায়খিবদি—য়েক্লবনি হায়তুনা মমিং মমায় খুমজিল্লবা মথুং তুংবুম্নবা পুল্লবা পাখঙ অমা--মন্ত্রি মচানা মনাই খরগা থারক্লুনা কৈশুমশঙদা পুন্দুনা থমখি । মন্ত্রিমচা মশামক্তি লাকখিদে

"অহুনদি ইঙো শেলুংবা মানা ফায় হায়ম্বিবা য়েক্লবহুবু কনবা লাকপা কাঙবুমা ওইবা তাই ।"

"অহুদা ভক্লীবদি হঞ্জবা ! করম্না মন্ত্রি মচাগী মনাই অনিনা কৈশুমশঙ থোঙাকপা ওটরম্মীবা অহুগা শোগী শোজৈ অনিমক মন্ত্রি মচাগী মশাদা ফংলিবা—"

"হোয়নে ইঙো শেলুংবা ! থোক্লীবা থোদোকসে মী খরতগী থৌশিল নত্তে অমনা মমুংগী মী—কৈবাক অসিগী মী য়াওদনা মপানগী য়েক্লচা খরতনা খঙকম থোক্লবা লম্বী—অরোনবা মকম লোয়শঙ কমদৌমা খঙগনি !

"হোযনে হঞ্জবা ! য়েকবা লাকপগী খুদমস্ন থেংনদে—অদুগা হন্দক মরক অসিদি মন্ত্রি মপা মচা অসি হায়া কা-হেনগৎলক

পগুমসু ভৌই। লৈবাক অসি মখোয়না ইগুপ গুমগুম ভৌশিল্লকপা হায়নিম্না ।"

"ইভো শেলুংবা! য়েংবীয়ু আ-দা মন্ত্রি মচা অসে শগোল ভোংবা সান্মী ভেঙ্গোল অমগা লোয়ননা মুংশিংকী মমাঙ থানা থৌরি—মাগী মনাক্তা শগোল থৌরিবা পাখঙ অসে-ঙসি অয়ুক কোতবালনা শিব-মন্দিরদগী ফ'বা পাখঙহুনি—কদায়দনো মখোয়না চৎলিবসে"

"মশক্তা ফজরিবা চাউ-শাংলিবা কম্মোরবা শক্তমনি—মহাক করি লমদগীনি হায়বগে?"

"ঙসাই হেমচন্দ্রনা হায়বদি মহাক অসি মাগী মরুপনি, বিজয় নগর লৈবাকী মন্ত্রিগী মচানি মমিং ধরমসিংহ কৌই—মাগা-মমান্নবা অনি—বিজয় নগরগী যুবরাজ অমদি সেনাপতিগী মচাগা মখোয় অহুম দেশ কোয়বা লম য়েংবা লাকপনি—হায়।"

"মাগী মরুপ অনিহুদি কদায়দা চৎপ্রে।"

"মহুদি ঐস্যু খঙদে। ঙসায় কোতবালনা হায়বদি—পাখঙ অসিগী মরুপ অনিহুনা ইরম্বা চিঠী কংলে—মখোয় চৎপ্রে।"

"মখোয়না হৌজিক চৎখ্রিবা অসে মখোয়বু থিবা ওইবা ভাই।"

"খঙত্রেদা ইভো শেলুংবা। হুন্দক্তী থৌদোকসে অঙকপগী অঙকপা ঙাক্তা চিংননিংঙাইগী চিংননিংঙাই মক্তা।"

"হঞ্জবা ঙসাই লোয়শঙদা পাখঙ অসি পুখোরকপদা মন্ত্রিনা শাউবদো—য়েক্লবদি মহাক্কী—মহাক্তা মরাল কয়া অসি লৎজখুবনি মহাকপু প্রাণ দণ্ড পীসি হায়না-কন্না য়েংপহু।"

"অওইবমক হেমচন্দ্র লৈরমগ্রবদি মহাক শোয়দনা লফুং কাম্নমগমি। থজিক্তা ঙাম্নরম্মী শঙলিংবা কৌরমগদবা"

"নিংথেমগী য়াথংকাও ঙাইদনা মন্ত্রিনা অচুক থুজিল্লকলিবা করিগীনো ?

"ঐনা থনবদি মন্ত্রিসে মাগী শক্তি হেম্না শিজিন্নরমাল্লে খল্লি।"

"ঐনা ঙসাইনা হায়খ্রে—হন্দক মরকসি মথোই মপা মচাসে কা হেনগৎলক্লবনি ইশুপ শুপচিল্লকপগুম ত্তৌবনি।"

"অচুবুদি হেমচন্দ্র অসিবু—মমাক ইবুঙো ওইগদৌরে হায়নৈ অচুনরা ?

"মুপীনদি ইয়া য়াত্রিমাল্লেদা"

"ঙসি মজাইবেম্মবু লোয়শঙদা উদে—মীনা মুশুক মুশুক ভাঙববু সঙ্গায়মচাদম্লু লৈতে হায়নৈ।"

"কনাদগী তায়।"

"মনাই লৈরেংবী মালিনীনা হায় হায়নে।"

খঙদেনে—ঙসি অয়ুক্তগী লাম্মীনা মখে লাংলিবা—অচং-অওক য়েংশিল্লিবা নিংথেমম্লু মথম্নাই ইন্নুং মুঙাইজনা উই। খঙদ্রে করি থোক্লগবা !"

"নিংথেম হৌজিক কদায়দা লেঙখ্রে।"

"আম্ কুণ্ডদগী শিব-মন্দিরদা উমা শঙ্কর পুজাগী লেঙশি-নখি হায়—চেকশিম্না লৈয়ুকো হঞ্জবা—হন্দকী থোদোকসি মতামনি'

# লম্বীদা

কুশুমপুর কোম্নংদগী মখা পাংনা চুমদ্রিং চুম্না চংখ্রিবা লম্বী অতুদা ভসি অয়ুক তু উরকপদা থুংলাই শুনা পায়রবী শুম্ভনিশুম্ভ হাংকে হায়না লাঙ্গংখিবী হৈমবতী দুর্গা শাইওনবী মজাইবেম্মা বসুমতী লাঙ্গোই খুরুপ থৌরক্লী !
কোম্নংদগী ক্রোস তরামুক থাপ্না মফমদা লমলোঙ মঙা ফাংবা মফম অতুগী ময়ায় মক্তদা চাট্রবা খোংনাংবোট পাম্বী অমা হৌরি। খোংনাংবোট পাম্বীগী য়েংঙইদা নোংপোক—নোংচুপ পাংনা চুমদ্রিং চুম্না লম্বী অনি হাইদোকখ্রি।

থা—নোংচুপলোমদসু চুম্লবা লম্বী মশা অমা লৈখ্রি। বোট পাম্বীগী মশা কয়া অতু মায়কৈ শীনবা থুংনা শন্দোকখ্রি। থা-নোংচুপতা চংখ্রিবা লম্বীসে—বিস্ময়-নগর তাবা লম্বীনি।

মজাইবেম্মা বসুমতী লমলোঙ মঙা ফাংবতু য়ৌরকলে। শগোল থক্তগী নাকন্দগী থাঙ শত্তুনা থাওয়ান অমুক্তদা নোংচুপ ওনবা বোট মশা অমা ককথংলে—নোংচুপ ওন্না তাহল্লে—অতুগা নোং-পোকলে.মদা চংখিবা লম্বীদা লাংগোই খুরুপ থৌখরে। ক্রোস মথায় অমা কল্লপ থৌরক্লগা লাংগোই থক্তগী কুমথতুনা লম্বীগী ওইথংবা নাকন্দা লৈরিবা চেকপন্না কোয়শিনবা মন্দিরতু তম্না চঙশিনখি মন্দির নাক্তা লৈরিবা মরাক ময়ুং মাম্নরবা পুখ্রি নাক্তা হৌরিবা বকুল পাম্বীদা লাংগোই চুপলি পুনশিল্লে। পুখ্রিদা কুমথতুনা লুরবা লাইজ খুজোক থক্লে। মায় মিং তাথো-ক্লে থুং-শা শেংদোকলে। পুখ্রি মপান্দা হৌরিবা জাতি মালিকা

মধুমতি স্থলকমল থর মখুৎমক্লা হেকচরে। নাকন্দা হৌরিবা লকুদগী লাতোন অমা হেক্তুনা লৈশিংহু হাপচরগা লাইশঙগী থোঙ হাংহুনা -মজাইবেম্মা- লাইমুং চঙলগা ভগবতী বৈষ্ণবীগী খুয়াখাদা লৈ-খুজোক কচচথি। থম্মোয় শেংনা ভগবতী বৈষ্ণবী খুরুমজরবা তুংদা কাইদ-কাইদ থোরক্লুনা অমুক লাঙ্গোইথক্লা কাখৎখ্রে। মুংশিংকী মমাঙ থানা লাঙ্গোই কাক্ল নোংচুপ মায়কৈ পাংন খুরুপ থৌখ্রে। দগু অমগী লম্বী থোরক্লবা তুংদা বসুমতী শগোলদগী কুমথহুনা লম্বীগী য়েংথংবা নাকন্দা লৈরিবা লিবরা ভৈরব মহাদেবগী মন্দিরমুংদা চঙখ্রে। শিবশঙ্কর ভৈরব মহাদেবগী চরণদা হৈ-লৈ কত্তুনা খুরুমজরে। মন্দির মুংদগী থোরক্লগা মন্দিরগী য়েংলোমদা হৌরিবা উনা পুংলবা বট পাম্বী খাদা হকচিক লাংনা অরাবা পোথোক্লম্মী মখোয়বু ঙাইহুনা।

ঙাইবা হায়বসে রাগ্রবা থবকনি। অথাঙকনবগী গুণ লৈতবা য়াদবনি। লাঙতক্লবগা লোয়ননা ঙাইরিবা মুপা নক্লগা মুপী অহুগী মফমদদি মানা ঙাইরিবা অহুনা হায়নবা মতমদগী মিকুপ অমত্তং থেংথরকপা ফাওবদা য়োরক্লবদি—হেল্লকপা থেঙওরকপা মিকুপ অহু য়াম্না শাংলবা মতমনি যুগ হেল্লে হায়না খন্দবা ঙমদে। হেন্দোরকপ মিকুপ খুদীংগী থোইনা হেম্না থম্মোয় ওলাঙ-ওনশাওবা লাওতক্লবা, রাথল থম্মোয় খোয়রাং খোয়শাওবা অসুম অসুম হেনগংলকই ঙাইরিবা মীগী মফমদদি তেল্লবা পুনসিগী মসুংদা তেনথ্রবা মিকুপ অমা ফাওবা য়াম্না

মিকুপ খরদংগী মমুংদা শগোল খুরুপ খোঞ্জেল অহু খর খর অস্নম অস্নম নকশিল্লকলে—মুংশা থিবস্ন চেনগৎলকলি । মতম খরদংগী তুংদা খোঞ্জেল অহু অমুক তাখিদ্রে—অহুবু থোইনা লাপতবা মফমদগী শগোলনা খোংবগী খোঞ্জেল তায়—ওইরম্বা য়াং খোঞ্জেল অহু লম্নী ময়ায় হৌবী খোংনাং বট মখোঙদগী । তাইহাক পুঙ্গোই লৈরগা থংন-থংননা য়াম্নবা শগোল খুরুপ খোঞ্জেল অনিথক তাখি—বম্ননা থঙখি—শগোলনি অহু খোংনা বট ময়ায় হৌবী য়ৌরকপদা কাঙলুপ অনি থোক্না খাইদাঙ্না কাঙব অমনা নোংপোকলোমদা কাঙবু অমনা মখা পান্ননা থৌখ্রে । বম্ননা লাপ্না উথি মখা পাংনা থৌখিবা শগোলশিংগী খুরুপ তুংইম্না পাইখৎলকপা উফুলনা ততিয়া তম্না চাইথৎলকপহু । মুংশাম্বর চনিঙ থিত্তুংদি তাই অহুবু লাওতরুবদি হন্থরমদে মথন্তা লাউনা রাখল খনখি—'করি থোক্লমগবা ?'

খোয়রাঙ খোয়শাঙ লাওতক্লনা ওাইরবা দও মখায়মুক্কী তুংদা শগোল নাইতোম খুরুপ খোঞ্জেল তারকলে—বম্ন নিংদোন পীং পীং চোংই । থিন্দনা শগোল অহু নকশিল্লকলে—লৈইনা য়েংথোক-খিবদা উরে—মোমোন নোক্না খুরুপ মচা থোরকলিবা রাঙ্গোন নিংথৌ জয়সিংহ লৈবাক্তম্না অখাঙ কনবী থৌহু কুংগুম থাম্মোয় কনবী লাওতক্লনা ওাইবগী চৈনা লায়না খাঙখিবী মজাইবেম্মা বম্নমতী, রানা ওাইরবা মাবু উজবমক্তদা পেৎথরকলে—মথম্তা লেপচবা য়োনা হন্নক্তে । তুখিবা তারে পাখৎনা রাঙ্গোন নিংথৌ লাঙ্গোই শায়াং পক্তগী চোংথহুনা পরপ পরপ চেনশিনখিহুনা

মজাইরেম্মবু পাঙ্গোম ভাক্রৌ থানা কোনখৎচথ্রে । হেক য়ৌরকপগা মতম চানা লাক্কবগী মরম মাবু রা না ভাইহনবগী রায়োল হঙ্গে কৈফিয়ৎ তানগে খল্লথী মজাইরেম্মা হংগে হায়গে খল্লম্বা রা পুম্বা লোইনা কাউথোকখিত্রুনা—মাবু মুন্না য়েংলগা হায়খি —'য়ৌরকলবরা ?'

অম্মুম্না মখোয় অনি চেক মোক লাউদনা মিকুপ খরদং চিংনয়েংনা লৈখি । থিন্দনা শগোল থুরুপ মচা অনিস্তু নকশিল্লকলে-মখোয়গী মনাক য়ৌরকলে ।

অমক পন্থবা তৌদনা শগোল মরিমক মমায় নোংচুপ ওন্না—রারী শানা শানা লাঙ্গোই থুক্কর্জী থাখরে ।

মখোয় মরিমক চৎথ্রবা তুংদা ভৈরব মহাদেবগী মন্দির নাক্তগী অরোনবা শুরুং থোড়দগী থারকখি লৈভাং ফিজোন শেৎপা সন্ন্যাসী যোগী অম যোগী—লম্বীথক্তা লেপ্পী—মায়কৈ মরি ওন্না য়েংই—মখোয় মরিনা চৎখিবা মায়কৈ মুম্না য়েংলগা—অশম্বা লম্বীদা জঙ্গল উমং ফাওনা তপ্না তপ্না চৎখি ।

× × × ×

মিকুপ খরদংগী মমাঙদা উন রাইমুক চৌরুম্বা খোংনাংবট মথোঙ অত্তু ঈনিল নিল্লে । মীদি লায়রত্রুনা থরায় পানবা জিব অমা ফাওবা উবমদবা মফমত্তু শগোল লাম্মীনা পুমথন থনখ্রে ।

"কদোমদা চৎলমগনি ?"

"শগোল খোঙ্গুল লংইন্না নোংপোক ওমথৈ য়ৌরুরে—কনাস্তু থেংনদে—ওমথৈ লাকপনা করি হায়রকই খওবরা ?"

"করি পাউদম্নকই ?"

"কনাস্নু লাক্লে—উদে—"

"অওইবমকস্নু ক্রোস অনিরোমগী তুংদা শগোল খোঙ্গুল মাঙখ্রে।"

"নওনা খঙলিবহু মঙায়—ঐস্নু শগোল খোঙ্গুল তুংইম্না থা-ঙমখৈ য়ৌরে—কনাস্নু খেংনজ্রে—ঙমখৈ লাকপনস্নু কনাস্নু লাক্কে হায়রক্লে।

"অহুদগী কমদৌরে ?"

"হায়নবা মতুংইম্না অমুক হন্নক্লীবসিনি।"

"লম্বী অদোমদস্নু শগোল খোঙ্গুলদি খর উথি।"

"অওইবনি-খা ঙমখৈ য়ৌদৌবা ক্রোস অনিরোমতা ঙারবা কাও—খোঙ্গুলহু তারম্মী। অহুদগী শগোল খোঙ্গুল মাঙখ্রে—নাক য়েত্তা হাইথহুনা য়েংবদা শগোল খোঙ্গুল মুংখ্রে—অমুক হনখিবগী খুদমস্নু ফংদে—শারোমদা অহুম থৌথরে।"

"অহুদগী কমদৌরে।"

"খা-ঙমখৈ য়ৌরে—ঙমখৈ লাকপনা—মহাকস্নু 'শগোল খুরুপ খোঙ্গেলদি তাখি—অহুবু ঙমখৈদদি কনাস্নু লাকখিদে'—হায়"—

"অহুদগী হায়নবা মতুংইম্না উনফমসিদা হন্নকলিবসিনি—অমুক পম্বা তৌদনা।"

"করম্বা লম্বীদা চংলমগনি ?"

"কদোমদা ওইরমগনি ?"

শগোল লুচিংবা অনিহু নাপচিক্লা ম্নারী শারম্মী। অহিংগী অনিগুম্বা য়ুথক্কা কাঙবু অনি অহু মায়গৈ অনিদগী লাক্লরগা খোংনাংবট মখোঙ অহুদা উনখি।

শগোল লুচিংবা অমনা উশাশিংহু উরগা—

"মখোয় মক্‌ম অসিদা য়োৌরক্লম্রে ।"

"করম্না খঙবা"

"য়েংউ বটকী অককপা উশাশিংসে । ঙসায় অঙনবদা ঐখোয়না অসি য়োৌরকপদা অমথক্তা ভায়হৌবনি, হৌজিক্তি মরি শুরমলে !"

"অদুনদি মখোয় মরি নোংচুপ মায়গৈদা চৎলমগত্রা ?"

অদোমদদি শগোল খোঙ্‌ঙুলদি অমত্তশু উদে "

"অদুবু লম্বীদু বিজয় মগর ভাবনি ।"

"অদুম ওইনমক লম্বীদি য়াম্না ফত্তবনি ! ক্রোস তরারোমগী তুংদগী শগোল ভোংবা য়াত্রবনি ।"

"লম্বীসু য়াম্না খুদোংথিবনি ।"

"দস্যুশিংনা য়াম্না উৎপাত তৌবা মায়কৈনি । অদোমদা চৎলমগনি থাজদে ।"

"অদুদি কদোমদা ওইরমগনি ।"

"মন্ত্রি কুমার ধরমসিং কদায়দা লৈহৌরে ?"

"খা ঙমখৈদগী মহাক নোংচুপ ঙমখৈ পাংখ্রে ।"

"করিগীনো ?"

"মাগী মরুপ দস্যু নিংথৌ উনবনি । অদুগা চেনখ্রিবা কাঙবুদু থৎনবনি ।"

"মহাক্না করি হায়রম্মী ।"

মন্ত্রিপুত্রবু নোংচুপ পাংনা ভান্নরকউ নাকল অনিদগী লান্দাসি হায়রম্মী !

"ফরে অহুদি—

অয়ুক তূ উরকপদা মায়কৈ অদোমদা চৎলসি।

+ + + +

"লম্বী অসি ঙমখ্রেদা ? খোঙ থাংবা থোকলক্রে"

নুংশা মপী ফুয়নঃ হোল্লি বস্থ পুস্পা নুংশিজবা মনাক য়োরবদা নোংজরক্লে মখোয় অনিমক মনাক্তা লৈক্তরবদুদদি মখোয়-নিমক খোঙ্গম মেলৈনি, স্থলকমলনি। পাম্বে থিরকলে য়েৎচফম ঙাকলৌনফম। নুংশিজরবাগী মমাঙদা শামু-লমশা লিশাংগী পাঙ্গল হেনগৎলবা চরাম্নরবা নোংশাঙ্গুম্বা অনিহুস্থ চাক্তবী অহু খুৎসম ঙাকলৌননা ঙ-মুবা চাংহু কারক্লী

ঙ-মুবা চৌংনী—শুক্লব জঙ্গলনি; খুনাঙ চাদ্রিবা উমংলক্তা মখোয় মরি মোংশোং হাইদং হাইদং- লম্বী শেমুা শেমুা হাইগৎ-লকলি। চৌক্লবা মফমহু অমুক্তা হেম্না চৌক্লবনি উচেক রায়া ফাওবগী খোঞ্জেল তাদ্রে, কৌজেং হারৌ ফাওবগী খোম্থাং য়োৌদ্রে, নুংশিং শিত্তে নুংশা মঙাল চঙদে। মরক মরক্তা উশা-রাশা পেকপগী হাইদংপগী খোঞ্জেল নত্তনা চেক মেক ল উদ্রব। মফমহুদঃ কাঙবু অহু রা অমত্তা ঙাঙনদনা অঙম্বা চাং নাপোমহুদা তপ্পা তপনা খোঙথাং লেপতনা কারি। উ রা উরি রারীনা কুপশিন্দুনা নুংশা মঙাল চঙদ্রবা—নুংশিং ফাওবা য়োৌদ্রবা উমং মোংশোংলক্তা চৎল-বস্থ অঙম্বা কা—বনা কাওবু অহু মশা পুম্বা হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলম্মী।

ঙ-ম্রবা চৌংগী নাপোম্বনি,—নাকল অনিদা অকিবা ফংনা ঙ-ম্রবা লোকচপ করিগুম্বা থুনাম নাম্বোক্তুনা ঙম্মুবদি—অঃ-ইচিন অসিনা পম্লীংদে ! অদুনত্তবা অত্তোম্বা চৎফমস্থু লৈতে । তঙাই ফদনা কাদবা চঙবা য়াম্রবা লম্বী, চৌংগী নাপোম অদুদা অয়ুক চাকচমাঙদগী কারকপনা মুমিৎ চুপ্পা কাব্বা জুংদা মম্লেদা চৌংদোন য়োরে—মুমিৎ মশক উরে—অশেংবা মুংশিৎনা য়েবদা হকচাং তেকথৎলে । মতম অদু মুমিৎ তাগদবা লীরুং অনি-রোমত্তা ঙায়রমলে । চৌংদান অদু অশংবা নাপীনা কুপ্পা অহাঙ-বা থেল অমনি—ফজরবা নাগেশ্বর পাম্বী অনি অদুম হৌরি অরাংথংবা নাকন্দা খা-থংবা নাকন্দা চান্ডররা মুংগায় অমা অরি-লৈ । লৈশাংতম্রবা নাগেশ্বরগী লৈনম্বা চৌংদোন্দু হা রশ্মী-উত্তোনথক্তা উচেক লাংমৈদোং জুরা জুরা পাইরি—মরক মরক্তা নাগেশ্বর পাম্বীদা তোং চীল্লোক্লরি । অস্তুম্বা য়েংনা য়েংনা চৌংগী চৌংদোন অদুদা হৌবা নাগেশ্বর পাম্বী অমগী মথোঙদা নোংচুপ ওম্রা ফমদুনা অরা-পোথারম্মী—য়েংলম্মী ফজবা দৃশ্য—খুদোনবী থিন্না তাক্লরম্মী—মথোয়না চৎকদবা লম্বী ।

হৌজিক অমুক কুমথগদবত্তা মঙায়রে । রারী শানা শানা পোথারিঙৈ—কোয়োহনবা নোংচুপ শুন্দায় য়ৌগদবা থুবোম অমত্তা মঙায়রমলে—থৌন্দনা মুমিৎ তাগ্রগনি । মুমিৎ তাগ্রবদি অগম্বা অহিংদা লম থঙত্রবা শুক্রবা চৌংগী উমংমুংদা চৎপা—য়াম্না থুদোং থৌনিঙাইহনি । অদুনা অহিং অদুমদি চৌংদোন্দা অদুম লেনবা হায়না লেপনরে । মুমিৎ খজিক্রুং লৈরিঙৈদা হৈশিংলবা সেনাপতি

পুত্র অহুনা থুনরক উখোঙহূদা উনাগী থাংপোকমচা অমা শেমহুনা—মনুংদা উনাগী ফমুং মরিখক থাখ্রে। চৈরক অসিদা য়াঙ্গোন-নিংথৌনা উহৈ-য়াহৈ থর থিরুহুনা মখোয় মরিমক চামিন্নরে। সেনাপতি পুত্র অমদি য়াঙ্গোন নিংথৌ অনিনা মীশেং সৈশিন তৌনহুনা অহিংহুমা লেনখি।

অহিংগী অহানবা য়ুথক্তা উনাগী ফমুং অমদা য়াঙ্গোন নিংথৌ নিঙায়বা লৈতনা তুমলি। অতোপ্পা ফমুং অনিদা বসু—পুষ্পা ফম্না ফম্না য়ারী শারী—থাবল ফরবা চৌংগী চৌংদোম অহুদা। অভি—মীশেং থাঙলি—সন্ত্রি তৌরি মথুক্তা থাঙ পায়না।

"ঐখোয়না লাকপসে নুমিৎ কয়ানি শুরে ?"

"ঙসিগা থানা থা অমা নুমিৎ তরামঙানি শুরে মজাইবেস্মা।

"নীংশিংলিবরা পুষ্পা অহিং অহু নহাক্না হৌদোক্লমত্রবদি পুন্নমক মাঙ্লমগনিদো।"

"শিব—মহাদেবনা চানবীবনি মজাইবেস্মা। নুমিত্তুদা শিবউদ্যান্দা চৎলমত্রবদি করম থঙলমগনি ?"

"নখোয়গী য়াম্নুংদা ঐখোয়না তৌরম্বদো নহাক শাউনীংবরা ?"

"করিগী শাউনীংলুনি, ঐগী ইবুং ওইরবসু মহাক মহাপাপীনি পাপকী মতিকচাবা মহৈয় ফংজবতনি।"

"অয়্ক অহু কয়া লাঙতক্লখ্রবা ? অহুবু ঐখোয় লোইনা উনরবহূদদি কয়া নুঙাইখ্রবা ? নহাক নীংশিংলিবরা হনুবীদো! জঙ্গল ময়াদা লৈরম্বা য়ুমদো ? নুমিৎ চায়থরক্লবদা অরাম খৌরাংবনা য়ারবা চোকথরবা ঐখোয় য়ুমহু য়ৌরকপদা কয়াদা

মুঙাইখিবা ! হন্নুবীত্থনা তরাম তরাম তৌরম্বদো ।”

“অত্থবু মাগী মমিস্তো—ঐদি কয়া হৈনদে ।’

“হোয়নে হেক উবদা চিংনবা অমদি পোকই, হন্নুবীদো অশাবা হন্নুবী মাস্রনে ।”

“অমানবা অমদি নৈ —মঙ্গাইবেম্মা ! নীংশিংবদি থোক্ত্রে— মমাংহৈদা উথ্রমান্নে খল্লি ।”

“ঐখোয়না চেঙ হব্রাই থয়দং পীয়্ হায়রুবদা মানা পীরকপদো-।”

‘চেঙগা য়াম্নরবা হব্রাই – ম্নুং মকুপনা থনবা চেঙ ।”

“ম্নুং মকুপ অত্থ থন্দুনা নৈরম্নবদি ঐখোয় লোইনা শিরমগনি ।”

“ম্নুং মকুপত্থু থর থনবা হৌগৎলকপদা ব্রাত্থনা ঙাইহাক্তং হৌগত্তনা মপান থোক্ক্ই—ইসঃ য়েন্নথাদা য়াল্লম্বা মী মকোক ময়ামদো ! মত্থ উরুবদা ঐহাক থুক লাউখ্রে ।”

অত্থগা হন্নুবীত্থনা করি তৌরম্মী খঙবরা ?

“হন্নুবীত্থ মিংশেল কাঙলোন্না পাউ থারম্মী ।”

“নঙস্থ উবোইরে– ”

“অত্থদদি পম্থবা য়াদ্রে হায়ত্থনা চৎলসি হায়না তকপনিদো ।”

অঙইবনি পম্থরম্নবদি ঐখোয় খুদোংথিবা থোক্রম্ব য়াই ।

“ঐখোয়না লীরুং লিশীং অমরোম শগোল থৌদোরক্লবা অত্থ-ব্রাইদা নত্রা য়ুম অত্থ মৈনা চাক্রকপত্থ ?”

“মৈ চাকলবা য়ুমত্থ তম্না খিন্দনা শগোল তোংবা থর থুরুপ অচৌবা থৌজিনখি ।”

ঐখোয়না হয়া য়েংলমদনা খৌবকপনা তাপতী খোঙবান য়ৌরে-তুরেল খোঙহুংদা কুমহুনা লুয়বা লাইজ-খুজোক থকলে—

মতমহুদা ইনক নক্না শগোল খুরুপ খোঙ্জেল তাখি ।

থওহৌদনা মায়কৈ অহুমদগী ঐখোয়গী ঈথক্তা তেন মনম মনম কাপশিল্লকলম্মী—লোয়ননা শক্তোকলবা থাঙশাং হাইর হাইরহুনা শগোল লাম্মী কুনমুকনা খুরুপ অচৌবা থা-হুনা ঐখোয় তম্না কুজন্নকলম্মী ।"

ঐখোয়গী শোয়কত্রবা তেনগী তেঙ্জিন্দা শগোল লাম্মী মখি মখি থুংকাপ অনিরক্তা লৌথখি ।

"মখোয়না লকক তৌরিডৈদা খুদোংচাবা মফম তুরেলগী তুথুপ তম্না শগোল থৌগে তৌরকপদা থওহৌদনা রাজোন নিংথৌগা অভিগগী শগোলহু তেম্না পান্দুনা শিন্দ্রেদো ।"

মখোয় অনিনা ঐখোয় অনিগী শগোলদা চোংথংলক্তুনা তেন অহু ওাকন—ওাকনা তুরেল খোঙবান তান্না শগোল থৌরম্মী—তুংদা ইম্নরক্নী লেমহৌরিবা শগোল লাম্মী ।

চাউরাক্না লীরুং চনিরোম থৌরকলবা তুংদা তুরেল তোরৈ তুথুপ য়ৌরে । য়ৌরপদা উরে—মাঙদা লীরুং চাম-য়োমগী লমদা শক্তোক্লবা থাঙশাং পায়রবা শগোল লাম্মী কুম্থ্রামক ঐখোয়গী ইথক্তা লান্দাগদবগী শেম—শাহুনা লৈরম্মী ।

মাঙ তুং—য়েকনবনা লাঙ্গোই চনখ্রে—চেনবগী অমুক কাম্নবা লৈত্রে—চেনকম লৈত্রেদো ।

অরোইবা লানফমগী শেম-শারে ঐখোয়-চপ লেপ্না খুংলায় পায়খ্রা ।

ওইথংবা নাকন লুরবা তুরেলগী ঈরেল্লী—য়েংথংবা মায়কৈ ওম্লবা লৈরায়নি, ।

"মাওদা তুংদা য়েকনবশিংনি—লীরুং চামা চামগী মুংদা ।"

মাওদা লৈবা য়েকনবগী লুচিংবনা লাউরকখি—"নথরায় ছিংনীং-লবদি হৌজিকমক খুৎলায় থাদোকউ !'

খোল্লাও অসিগা লোল্লন-লোয়ননা নাকল অনিমক্কগী য়েকনব-শিংহু থর-থর অসুম অসুম চণ্ডশিল্লকলম্মী ।

য়েকনবগী খুত্তা লানফা ওইবদগী শিখিবনা হেল্ল ফৈ থন্দুনা ঐখোয় মরিমক শিবা নত্রগা হিংবা-অরোইবা লানফমগীদমক শেম শারেদো ।

নওগা অভিগনা তুংদা তাল্লরকলিবা য়েকনবরোমদা রাঙ্গোন নিংথৌগা ঐগনা মাওদা চণ্ডশিল্লকলিবা য়েকনবা তম্না তেন মনম মনম কাপলেদো ।

থিন্দনা য়েকনবনা মায়কৈ মরিমক কোয়শিল্লকলে । ওাকপা ওমহৈদবা য়েকনবগী তেন্না পান্বোমদা ফৈগন্দা মহাদা পান্দুনা ইকচাং পুমলুপ লুপ্নমথৈ ঈ শিন্থরি ।

ঐখোয়গী শোয়ফত্রবা তেনগী তেপ্লিন্দা য়েকনবা কয়া শগোল কয়া মথরায় থাগ্রে—য়েকনবা কয়ানা তেন্না ফাওরেং লেংহুনা শগোল থক্কগী ওন্থহুনা মথরায় মাঙখ্রে—ছিংহৌরিবা শাথৌবা য়াওজেবা শগোলশিংনা কাংতু—কারন চেল্লকলে ।

অসুম্না পুং অমবোম পেংনবা লানফমদা লুচিংবা থানা শগোল-তোংবা য়েকনবা তরেংতা মঙায়রে ।

তুংদস্থ মখোয় তরক্তা মশুায়রে ।

ঐখোয়গী খুত্তা লীরু তেন পায়রিভৈদা মখোয়-কনা অমত্তা লীরুং কুন কুম্থ্যাদগী হেল্লা নকশিনবা ওম্লমদে । খশুহৌদনা য়েক্লবগী তেল্লা পান্দুনা ঐখোয়গী শগোল অনিচুস্থ ঐখোয়গী ইমাশুমক্তদা তুহ্নদা লৈরেদো ।

মতম অসিমক্তদা ঐখোয়গী লাইবক থীবনা ঐখোয়গী তেন্দোং পুম্বা হাওলেদো কাপ্পবা তেন অমত্তা লৈত্রে ।

কাপ্পবা তেন লৈত্রবদা লীরুং হুন্দোক্লুনা ঐখোয়গী শগোল-গী নাকথংদা ম্বাল্লিবা তা-অচু শত্তুনা ঐখোয় মরি তা-অমমম পায়চুনা মিৎ—না কুপতনা য়েক্লবগা হাকথেংনবা লানগীদমক লেপতুনা লৈরম্মী ।

ঐখোয়গী খুত্তা তেন লৈত্রে খশুলবদা য়েক্লবশিং খরনা শত্তোক্লবা থাওশাং হাইর-হাইরচুনা খরনা তা চীংলচুনা—শগোল খুরুপ-থা-না ঐখোয়রোমদা থৌজিল্লকলে ।

ঐনা উথি—ঐখোয় মরিমক চোংচিল্লক্লিবা য়েক্লবশিং তম্না তা অচু লংখি ।

রাজোন নিংথৌগী শোয়কত্রবা নিশান—মাও থানা থাও হাইনা থৌজিল্লক্লিবা লুচিংবা তানা কাওরেং লেংচুনা শগোলথক্তা উপনা হাইথখি । মাগী শিংলবা শগোল খংলেপ লেপখি— । ঐগী শোয়কত্রবা তানা মাগী য়েৎথংবা নাকন্দা থৌরকপা য়েক্লবচু লেংচুনা হাংখি ।

ঐগা অভিগা ঐখোয় অনিনা লংখিবা তানা মাওজিন থংবা শগোল তোংবা য়েরুবা অনিথক হাংখি ।”

ঐখোয় থাও চুলোই পায়হুন হোৎচিন্নকলিবা শগোল তোংবা য়েরুবশিংগা হাকথেংনবা অকনবা লান থেংনরে ।

ঐনা উখি শগোল তোংবা য়েরুবা অমদি তা-না লেংলবা লুচিংবহু শগোলগা কোম্ননা লানফমদগী পুহুনা তপনা চংখি—তোর্ব্বানগী জঙ্গল তম্না । ঐশু উখি—ঐগী তানা লেংলবা য়েরুবা অমনা মাগী শগোলথক্তা হাপতুনা লানফমদগী পুথোকখিবা । ঐখোয় মরিনা লৈমায়দনি – মখোয়না শগোল শয়াওথক্তনি । মুমিং চায়থরকপদগী মুমিং তারমদাই ফাওবা দও তরা হেন্না হাকথেংননা অকনবা লান য়াম্লম্মী—মিং-না চোইবা য়ারমদে—মুংশা মপী ফুয়না ফুয়না হোম্নৈ ।

ঐখোয়গী হকচাং পুম্বা হুমাংগা লোয়ননা—হকচাংগী মফম কয়াদা থাওদোন তাদোম্না থিনবনা—থুংলাইনা শোকপগী অতৎপা লৈতনা শিম্বরকপা ঈতনা পুংলুপ লুপ্পনি ।

ঐহাক্না মায়োক্নরিবা য়েকনবহু হাংলগা য়েংথোকখিবদা উখি - যুবরাজনে অভিনে মখোয় অনিমক মায়োকনবা য়েকনবশিংদো লাল্লুম চোমায় লৌরম্নগা- লানফমহুদা বোম বোম তুখি । মতম অহুদা ঐহাক রাবনা লেপ্পমকপু ওম্নমদে—থুদক অহুদা ঐগী নাকথংদা করিনো অমনা থিনখি—অহুদগী ঐহাক লৈবাক্তা তুথখি—থিন্দনা মিতগী মওাল অহু মাওখি—মতুংদা করি থোকখ্রবগে ঐহাক হারবা ওমজ্রে ।

নহাক্না শাথীনা শোক্লহুনা লৈমায়দা হাইথখিবা মতম অহু-মক্তদা ঐগাক ইমাণ্ডদা লাম্হেংনরম্বা য়েকনবা অহুমী লম্লুম চোমায় লৌবতা ভায়রী। ঐহাক্না য়েক্নবা হাংলগা মায় লৈথোর-কপা মতম অহুমক্তদা নহাকপু তানা খিল্লম্লগা শগোলতোংবা য়েক্লবহু ঈ-তৈরবা তাহু চীংহুনা ঐঙোল্লোমদা শগোল খুরুপ থৌজিল্লক্লম্মী। থীন্দনা মাগা মায়োক্নুনা হাকথেংননা অকনবা লান পারে। দণ্ড অমরোম অম্থুম্না থেংনরবা তুংদা লাইমী নোং-দমদগী মাগী তাগা কোম্লনা শগোল চুপলী ককথৎলে শগোলদগী চোংথহুনা য়েকনবহু থাঙ চুঙোই পায়হুনা হোংচিল্লক্লম্মী। হাক-থেংননা থাজা থাজা চুংগা থেংননা অকনবা লাম্হেংনরে। খিন্দনা মহাকী চুঙোইহু খুং-পায়কমদা ককথৎলে মাগী থাঙস্থু খুহুমথক্তা য়ৈথৎলে—মথঙগী মিকুপতা ঐগী থাঙচাই অমুক্তা য়েকনবহুগী লাম্লুম চোমায় লৌরে- নঙগী লমন শিংলে।

য়েকনবহু হাংলবা তুংদা মাঙদা অতোম্বা য়েকনবা অমা অমুম উদ্রে। হকচাংগী মকম কয়াদা খুংলাইমা শোকখিবদগী অতৈপা লৈতনা শিহরকপা ঈনা—অমদি য়েকন্দবা কয়াগা হাকথেংননা য়াম্লরকপনা হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলবা—হকচাং কায়াৎ পুম্বা চোকথরবা—চুম্না লেপ্লমকপু ঙমদনা তুরোই ভারোই লেপাদৈ-খঙহৌদনা ইনক নকপদগী তুংলোমদগী থোজিল্লকলিবা শগোলদগী হুল্লকপা থৌরী কোজোই অমনা থাঙ হাইগৎপা নংঞ্জিহৈদা পাম্বোম এনিম্বক্না লোয়ননা ক্রক পুনশিনখি লোয়ন—লোয়ননা থৌন্নিবা শগোলনা লীরুং কুনমুক চেন্দুনা পুরামী।

ঐহাক জ্ঞানদি মাঙলমদে। অদুবু নাম্থোক্লবা উপায়দি করিমত্তা লৈরমদে। করম্না নাম্থোকসিগে তত্তনা খল্লম্মী।

লৌরুং কুনমুক চেন্দূনা পুরবা তুংদা শগোল অদু খঙলেপ লেপ্লম্মী। শগোল তোংবা য়েক্লবদু শগোল শয়াঙথক্তগী কুমথরক্লম্মী—অদুগা ইনাক্তা চঙশিল্লক্লগা ঙাইহাক্তং ঐবু মুম্না শংত্রিক য়েংলম্মী—ঐগী খুত্তগী থাঙদু মুনখ্রে, মতম অদু ফাওবা ঐহাক লেঙ-ঙৎপা ঙম্লমদে। ঐঙোন্দগী থাঙদু মুল্লবা মতুংদা ঐগী পাম্বোমদা পুল্লম্বা থৌরৌদি লৌথোক্লে অদুবু খ্বাংদা চেংনা কোঙ্গোই হুক্লা পুল্লগা থৌরী মঙোন অমদু মাগী শগোলগী পুক্কদা চেংনা পুল্লম্মী—পুম্না পুম্না হায়রকই—

"অঙকপনি রাজকন্যা নহাক্কী খোনা। নংগুম্না লান্দা হৈশিংবা মুপী হৌজিক ফাওবা উদ্রি।"

ঐহাক য়াম্ন রানা থুৎনা শৌগত্তুনা ফম্মী—মঙোন্দা হংখি—"অথৌবা মহাক কনানো?"

"ঐহাক দস্যু নিংথৌ প্রতিপনি। মন্ত্রিগী মচা হেমচন্দ্র অমদি ধরমশিং ঐগী চান্নবা মরুপ ঙাক্তনি। ঐদি মখোয়গী মতেঙ পাংবনি।"

"মখোয়দি হৌজিক কদায়দা লৈ?"

"নখোয়না কুশুমপুর থাদোকখ্রবদা মন্ত্রি মচা হেমচন্দ্র, ধরমসিং অনিনা শাগাল-লাম্মী কয়াম্না লোয়ননা থা-নোংপোক—নোংচুপ লোয়থম ফাওবা নখোয়বু থিখি---ফংলক্রুবদা ধরমসিংনা ঐগী নাক্তা লাক্তুনা নখোয়বু থিদুনা নখোয়না চৎকদবা লম্বীদা থত্তুনা থম্মবা হায়রৈ। ঐগী গুপ্তচর অমগী পাউদগী নখোয় লম্বী অসোমদা

চৎখ্রে হায়বা তাহুনা ঐখোয় লম্বী চাইথোক্তুনা থিনবনি। লাইগী নোংদমদগী ঐনা পোখারিবা লৌতাংশংহুদা নখোয় লাকথি। মকম অহুদা ঐখোয় পুম্বা অমুক পুনগদবনি। নখোয়গী লাইবক ফবনা, মখোয়না হল্লকদবা পুংখায়মুক রাংলিউৈদা নখোয় চেনখ্রেদো— অহুদগী ঐখোয়গী খঙনবা অথুবা পাউ-য়ুম অহু মৈ থাদোক্লবদা— মৈ চাকপগী মৈরি উবদা মখোয় পুম্বা থুনা হল্লক্তুনা নখোয়বু ভোর্ব্বান্দা খংলিবহুনি।

অঙকপনি নখোয়গী থৌনা।

নখোয়গী শোয়কত্রবা তেম্না পান্দুনা হেমচন্দ্র, ধরমসিং অমসুং ঐগী লাম্বী অয়াম্বা তুমখ্রে। ঐখোয় লুচিংবা খরতমা ভায়হৌরবনি।

নখোয়গী তেন্দোংদা তেন লৈত্রে খঙলবদা হাকথেংনবা লানফমদা মায়থিবা পীরগা রাজকন্যা নহাকপু ফাগে হায়বগীদমক ঐখোয় লাঙংলকপনি।

অহানবা লাঞ্জং অহুমক্তদা নহাকী তানা পান্দুনা হেমচন্দ্র শিখ্রে। মাগী অশিবা মশাহু কুশুমপুর থা-থিনবা শীনখ্রে। মন্ত্রিগী মচা ধরমশিংদি য়ুবরাজ জয়সিংহগী তানা লেংবনি। ঐমা মাবু পুহুনা লানফমদগী হন্দোকপনি - মহাক্তি শিত্রি। ঐগী লানশঙদা লায়েংহুনা লৈরি। নহাক্না অকোনবা থেংনবা, নহাক্না লাল্লুম চোমায় লৌবহুনা ঐগী সেনাপতিনি। অওইবমক রাজকন্যা, নহাকী থৌনা লান্দা হৈশিংবা অঙকপনি।

রাজকন্যা লেঙলসি ঐগী কোমুংদা; নহাক্না ঐগীদা --নত্রগা কুশুমপুরদা চংনৌংলবসু ঐনা থিনগনি।

মহাক্না ঐভোন্দা চাগদবগুম য়েংলম্মী—অদুবু অখা-বা মিংয়েংদি নত্তে—। অদুগা খর থোংনা মেওনা শেংলম-শেংফাত্তনা হায়রকই—

"ঐহাক হৌজিক ফাওবা লুহোঙ্ড্রি ঐগী লৈবাক্কী মীনা লৈমা অমত্তং থিরিবনি। ঐখোয় দস্যুগীদি ফম্বাল তোংনবগীদমক লৈমা অমা থিবা তাই—নহাক্না মদু ওইবিরবদি ঐগী লাইবক ফবনি।"

মাগী মমিং অদু য়েংবদা চিংননিঙাই মিংয়েংনি। খুত্তা খুৎলাই য়াওদ্রবা চাকথরবা খ্বাঙদা থৌবীনা পুল্লিবা ফিভমদা মঙোন্দগী নাম্বোকপা ওইথোক্তে। ঐগী করি উপায়নো? হৌজিক—নুপী ওইবীশিংগী অঙকপা, য়েক্লবা শুক্নংঙম্বা খুৎলাই—মিৎচিগী তেন—নত্তনা অতে অমা লৈত্রে। তীংতীগুম লৌওন্ন—খরাগুম ভৌশিন্ন (য়া-ওন্না)—মঙোন্দগী নাম্বোক্লবা হোৎনবা তাই।

মহাক অসে ঐহাক নীংশিংলকলে—ওসাই ঐখোয়না জঙ্গলগী মচীন্দা থেংনবা শা-শিন্নবা হুনুবীহুনি—হৈশিংবা মরৈ মরা চাওরবা মীনি। মহাক্না ভকশিন্নম্মী—

"রাজকন্যা লেঙলসি।"

"অথৌবা! ঐহাক ঐগী ইত্তা, অভি অমদি যুবরাজ জয়সিং অমুক্তা য়েংজরমখিগে?"

"শিগ্রবশিংবু অমুক য়েংলুবগী করি কান্নবা লৈবগে? নুমিৎ তাখিদৌরে—লম্বী য়াম্না শাংই—চৎলসি ঐগী শগোলদা তোংহুনা।"

"দস্যু নিংথৌ ঙাইথো! ঐহাক খুমিৎচুম্না লান তোক্লবগী ঈ-নাই তৈরবা হকচাংসে তুরেলগী লাইজদা অমুক্তং চানথোকখিগে—

নহাকস্থ শেংনা ঈরুজথোকখো। মশুগী নমথিরবা হকচাংগা নক্লা ঐনা কয়ম শগোল তোংমিন্নগনি।"

"ফরে ঐস্থ ওমচান্নরে—তুরেলগী লুরবা ঈশিংদা অমুক্তং ঈরুজথোকগিগে।"

ঐহাক তুরেলগী ঈশিংদা থুকউ ফাওবা কুমহুনা থুংশা হামদোক্লে—মিৎ-মায় তারে। লুরবা লাইজ খুজোক থকলে। হকচাং খর তেকথৎলে- করম্না নাম্বোকসিগে খনবদি লেপ্লে।

মতম অহুদা দম্ন্যানিংথৌ প্রতিপস্থ ঈশিংদা চোংথহুনা ঈরুজখ্রে। অরুবা ঈশিংদা ভাইহাক ঈরোইহুনা শান্নরুরগা ঈরুখুনা ঐগী খোঙনাক তম্না চঙশিল্লকলম্মী। তুরেলগী ঈশিংনা য়াম্না লুবনা মানা চঙশিল্লকপহু উরম্মী। লমন খুমগী চপ চারবা তাঞ্জানি। ঐহাক কোয়য়েং য়েংলম্মী—ইনাক্তা নুংহুমগুম্ব তাবরা? খংনীং নীংশিংলক্লে ঐগী ফিসুংদা লোম্না হাপথিবা ঐগী ছুরি অহু। মাদি মহু খঙদবনা ঐগী খুকগী থাঙ মুনবা মতমদা মহুদি য়াও-খিদে ঐনা ছুরীহু পায়দুনা মানা ঈশিংদগী ফাওগৎলকপা ভাইরম্মী। থিন্দনা দম্ন্যানিংথৌ প্রতিপ্না ঐগী খোঙয়াদা হেক ফাওগৎলকপা—ঈশিংদগী মকোক হেক লিংখংলকপা মক্তদা ঐগী ছুরি অহুনা মকোক লয়াই-লেম্ফ থুম্না লিনভিক্লগা পায়খরম্মী। অকি-অথং-অশোক অনাগী খোল্লাওগা লোয়নবা ঈতাং পাকেক্কা ঈশিং মসুংদা মহাক অহুম লুপখ্রে।

ভাইহাক্তংদি ঐহাক হুমাং অনপ্পা কায়। হৌজিক য়েরুবহু হাংজবা তুংদা ঐগী খাঙদা পুম্নিংনা থৌরাংহু ককথৎলে। চামথোক্লবা

ছুরিহ্—থাঙথুমদা হাপচিনখ্রে। তুরেলদগী কাখত্তুনা য়েক্লবগী শগোলছ্ অনকপদা লৈবা উ অমদা পুনশিল্লে। ঐগী খুৎলাই থাঙশাং অসিসু লৌশিল্লে হৌজিক মকম অছ্ উনব্রাইমুক পূমচাক চাকখ্রে। য়েক্লবগা লান তৌরিঙৈ য়েক্লবা হাৎনবা হোৎনরিঙৈ রাথল পুক্নীং লান্দা লুপখিহ্ননা অৱৈ অমা শক্লমদে। হৌজিক্তি পূমহাঙ হাঙলবা পূমচাক চাক্লবদদি অহাঙবা অচাকপা অসিনা মথল-মথেল্ রাথল পোকহন্দুনা থম্মোইবু তত্তুনা ওৎপা হৌরক্লে।

থিন্দনা ঐহাক—যুবরাজ, অভি অমদি নহাক্না তাহুনা লৈরিবা মকংদা চণ্ডশিন্দুনা নখোয়বু য়েংলম্মী—নশা পায়হুনা লো-মহুনা হন্না হন্না নখোয়বু কৌরম্মী খোঙ্গেল তাবা মথৈ। নখোয় পূম্বা খুৎলাইনা শাথীনা শোক্লে—অতৎপা লৈত্তনা অশোকপা মফমদগী ঈথেং শিন্থরি। ওন্থোকপা থম্মোয় কায়নিঙাই শক্তমনি। শেং লবা ফিদগী মচেৎ মচেৎ শেত্তুনা তুরেলগী ঈশিংদা লূপ্লুরগা নখোয় অহুম্মক্কী অশোকপশিংহ চামথোক্তুনা ঈ য়াম্না তাবা খুৎলাই মথুন্দা ফিনা নমশিন্দুনা ঈ থকপা য়ানবা হোৎনৈ—অহুবু ঈদি থকপা ঙম্বা লৈখিদ্রে। কৌবা লাকপ করিমত্তা তাখিদ্রে। কংলবা য়াংলবা লংলানা নাতোনময়াদা থম্বদগী সুংশাশ্বর খজিক খজিক হোল্লি হায়বদি থঙই—নখোয় অহুম্মক্কী মিহুলদি লৈরি—হৌজিক কাওবদি হিংলি। অহুবু থকপা লৈত্রবা ঈনা অতৎপা লৈত্তনা শিন্থরবদা কয়া কুইনা হিংখিগনি। ঐহাক তৌফম থঙদে খনফম থোক্তে চময়নৈ—করি তৌনি হৌজিক নখোয় খুদীংমক য়েংন-য়েংন শ্বর পিংকশিল্লকই- অশোকপা মফমদগী অয়েক্পা লৈত্তনা ঈ শিন্থরী।

তাও, ইপাগী ইবেম্মা চিংনগন্থু—ঐসে নঙগী পাবুং মহারাজগা গুরু অমত্তদা ইহৈ তম্মিন্নরকপা, আশ্রম অমত্তদা লৈমিন্নরকপা, লুনা চান্না তিন্নবা মরুপনি। তুরেল অসিগী মাংমদা ঐগী আশ্রম লৈ।... ... ... ঐহাক অথাম্মা দেশ অমদা যজ্ঞ অমা য়াও-রুবদগী হল্লকপদা ঙায়ম্মি। হেক য়ৌরকপগা সন্ধ্যা তর্পণ তৌনন-বগী ন্মক তুরেলসিদা কুমথরকপ-মক্তদা নঙগী খাঙ্জেল তাখি। হেক তাব-মক্তদা ঙম্বা মথৈ থুনা চেম্থরকপনি। লাও, ইপাগী ইবেম্মা করি তৌবে শেংনা তম্মু করিমক্ত থুপকন্থু। এঃ—অসিদা শাথীনা শোক্তুনা লৈরিবশিংসি কনা কনানো ?

'মহাক অসিনা বিজয় নগর যুবরাজ জয়সিং, মাগী মরুপ সেনাপতি মচা অভিরাম, অসিমনা ঐগী চান্নবী মন্ত্রি মচা পুস্পানি। ঐখোয় কুশুমপুরদগী বিজয় নগর চৎপনি। লম্বীদা দাকু কাঙবু থেংনন্থনা লান থেংনখি। ডাকুশিংবু ঐখোয়না অমত্তা থাক্তনা হাৎলে—অহুবু মখোয় অহুমদি শাথিনা শোকলে—শোয়দনা শির-গনি। হিংলরোই। মখোয়না শিরবদা ঐগী যুবরাজনা শিরবদা ঐনা হিংলুবগী করি কান্ননি।

ইপা ইবুংঙো—হে যোগী অথোইবা নচা মুপীবু অমুক থাম্বীরগন্থু।"

যোগী অহু মমায় লৈথোক্লগা মমিত্তগী মপি তৈথোকই—অমুক এঙোল্লোমদা ওনশিল্লক্তুনা হায়রকই—

"ইপাগী ইবেম্মা। তপথৌ! নঙগুম্বী থৌনা ফবী নিংথৌগী মচা মুপীনা ইপা পাথৎপা হৌনদে। শিব হিংবা ঈশ্বরগী খুজিলনি।

করিমত্তা রাগনু—মখোয় হৌজিক কনাসু শিত্রি—শাথীনা শোতুনা ঐ থম হেন্না চৎখিবতনি। মখোয়বু আশ্রমদা পুরগা লাইয়েংগনি।'

থিন্দনা যোগী অহু তোর্ব্বান্দা লেপুনা—মাগী আশ্রমদা ওন্দুনা কৌখি—মচিন্দা মথুৎ অনিনা খন্দুনা অমু ... ... গৌতম ... ... । অমু ... .... গৌতম .... ... । অথাপ্পদগী তুরেল রাংমদগী থুমকই "গুরুদেব।"

আশ্রমগী পাখণ্ড অনিহু তুরেল লান্না চেন্নকলে। গুরুদেবগী মাথং মতুং ইন্না মখোয় অনিনা যুবরাজ অমসুং অভিবু নম্বো পোরে, পুষ্পাবুনা দস্যু নিংথৌগী শগোলথক্তা হাপকতুনা ঐনা শেন্নহুনা—যোগী অথোক্তবনা মাও থানা তুরেল লান্দুনা ওয়া তপ্পা আশ্রম তান্না চৎলম্মী।

তুরেলগী খোংনুংদগী লীরুং ৫০ মুক কাখৎলবা তুংদা লৈত্তেম মান্নবা তোর্ব্বান য়োরে অহুদগী ওপ্পা তপ্পা লীরুং চামওায়োম চৎলবা তুংদা যোগীরাজগী আশ্রম য়োরে। আশ্রম অহু অওইবমক শান্তিগী তুংনফম ওইবা ফজরবা লাইনীংফমনি। আশ্রমগী অরাংথংবা মন্নায় ওইবা মফম তাপ্তী নদীনা মায়কৈ অহুম কোয়শিনবা মফমদা শ্রীশ্রীসিদ্ধেশ্বর মহাদেবগী লাইশঙ লৈ। যোগীনা হায়—

"রাজকন্যা লিরবা লাইশঙ, আশ্রম অসি শিবপুরান্দা শীংথা-রিবা বেদগী মতমদগী লৈরক্লবা লিরবা আখরানি। মফম অসিদা দেবাদেব মহেশ্বর শিব মহাদেবনা সর্ব্বমেধ যজ্ঞ তৌখি।"

আশ্রম য়োরবদা অথোইবা যোগীহুনা ঐখোয়বু উনাগী থাং-পোক অমদা পুশিন্নে—অশোকপা নখোয় অহুমু পয়েং শানা

উপাক্কী ফমুং অমমনঙা হিপহল্লে। গৌতম অমস্থুং অমুনা অশাবা ঈশিংনা নখোয়গী নশাদগী-অশোক অপম অমোং-অকায় পুব্রা চামথোক্লে। মথংদা যোগীনা মাগী ঝুলীদগী উনা, উকু, অকংবা উহৈ খর পুথোরকই। উনাশিংত্থু অশাবা ঈশিংদা মুন্না ফুংলগা নখোয়গী নশাদা শোক্লীবা মফম পুম্বদা অমুক তৈরে—চামথোক্লে। অতুগী তুংদা উকু ঊকু উগৈ অকংবত্থু তোঙান তোঙান তক্লগা কুপ্পা থুগায়রগা অতকপা অমদি মকুপশিং অত্থু থল ওন্দুনা য়ান-শিন্নরগা শেম্নবা হিদাক অত্থু থুংজাইনা শাথিনা শোক্রবা মফমশিংত্থুদা, থুংলাই মথুনশিংদা তৈইরে থোমলে। অঙকপা যোগীগী হিদাক্কী—ঈ হাথরম্বা পুম্বা থুদক্পা লেপখ্রে—অশোকপা পুম্বা তাইশিন্নবগুম তোরে। দগু মথায়মুক্কী তুংদা নখোয় অহুম্মক মুংশাথর শাংনা শাংনা চোল্লকলে। ঐহাক, গৌতম অমস্থুং অমু ঐখোয় অহুম্না যোগীরাজনা তাকপা মতুংইন্না ঈশিং অশাবা অঙীংবনা থংন-থংমনা হিগা মৈরেবা হিদাক তক্লগা তৈইবা—অকংবা হিদাক মৈঙ্গা থাম্রগা মৈথুত্থবু মনম নমহনবা—মথং মথং তোরম্মী। দগু অমর্রোমগী তুংদা নখোয় অহুম্মক চপ মান্ননা তুম্মুবদগী মিকপ থোরকপগুম শারাও লাল্লাওগা লোয়ননা নমিং পাঙথোক্লে। মপুং ফা-না পুমক্ক-ফবা নংথ্রিবনা নখোয় অহুম লেঙদনা পোত্থাক্লুনা লৈনবা ঐখোয়না অনাবা চৈনাখোন ফাওদনবা হিদাক মথল কয়ামুক তৈইরবা তুংদা নখোয় অহুম্মক তুমথখ্রে।

নখোয়না অমুক তুমথখ্রবদা যোগীরাজ অমস্থুং মাগী শিষ্য অমি অত্থু সন্ধ্যা তর্পণ তোনবা অমদি সিদ্ধেশ্বর মহাদেবগী সন্ধ্যা

আরতী কৎননবা চৎখ্রে। ঐহাক্না নখোয়বু য়েংহুনা মীশেঙ খাঙহুনা লৈহৌরে। খাংপোকশঙ অহু উন রাইমুক চীকখ্রে—মরক মরক্তা নখোয়গী মুংশাশ্বর মপী. অমুক অমুক হোল্লকপহুনা অচীকপহু হেক হেক থুগাইরম্মী। মতমহুদা মুংশা থীরবা ঐহাক্না ননাক ননাক্তা চঙশিন্দুনা হেক হেক য়েংই। করি তৌরকদগে? লাঙতক্লবগা লোয়ননা লৈরি ইথম্তা শাংলবা দঙ অনিরোম।

সন্ধ্যা তর্পণ - আরতি লোইরবা তুংদা যোগীরাজ মাগী শিষ্য অনিগা অমুক হল্লক্লে। নখোয় অহুম্তু মুন্না য়েংলে—ঙাইহাক য়েংলগা খুদোং থীনিঙাই লৈত্রে, রারগম্ন মুপীমচা. নঙস্থ মুঙাইনা পোথানবা তৌরো। হয়েং অয়ুক্তদি সিদ্ধেশ্বরগী থৌজালনা মখোয় অহুমক হান্নগুম্না কল্লগনি—ফরগনি।

গৌতম অমু! চৎলু নচন মুপীগী চানবা থর পুরকউ।

থিন্দুনা মখোয় অনিনা যজোম লফোই অরাথবা অমম্মুং অতৈ অতৈ হাউর-হাউরবা উহৈ কয়া লৌক্লরে।

"ইপাগী ইবেম্মা! চাও, যজোম অহু থকউ। ভগবান সিদ্ধেশ্বরগী প্রসাদি মক্তনি, মহু চার-থক্লগা নশা তেকথৎকনি, অরা-অনা পূথা কোকনি।

প্রসাদি থর অমনা মখোয় অহুমগী থম্মু। অয়ুক অঙনবদা মখোয় মিকপ থোরক্তনি, মতমহুদা মখোয়দা পীজ পীথকউ, হিদাক-সিম্থ থকহল্লু। মখোয় হান্নদগী হেন্না মপাঙ্গল মথৌনা লৈরগদবনি।

গৌতম অমু নচনগী তুম্নবা মকম শেথীরম্মু—অহুগা নখোয়স্থ পোথাক্লরো—ইপাগী ইবেম্মা নঙস্থ পোথারো—ভগবান সিদ্ধেশ্বর

মহাদেবনা নখোয়বু চানবীরে। অয়ুক ঙঙনবদা ঐখোয় অমুক উনসি।

অসি হায়রম্লগা গুরু শিষ্য চৎখ্রে।

ভগবান সিদ্ধেশ্বরগী প্রসাদি অহু অমৃতনি। হুমিৎচুম্না শা-লান তৌরুবগী য়ারবা চোকথরবা অরাম-খোরাংলবা হকচাং অহু—মতম অমুক কুইনা চানীং থকনীংলমদে অরাম-খোরাংবা লৈরমদে। নখোয়না ঈংনা মুংশা থীনিঙাই লৈতনা পোত্থাখ্রবদা চোকথরবা হকচাং লায়বা পূক অহু শকক-চাম হেন্না চোকথরে শরুক চাম হেন্না থঙলাম লাম্নকলে। হাউরবা মহা-প্রসাদি অহুনা অরাম খোরাং পুম্বা লোইনা কোকহনখ্রে।

উনাগী শাংপোক অহুনা উনাগী কমুংথক্তা শক্তিমউন থারে—মহুদা হকচাং অসি তিংথোক্তুনা গুসি অমুক্কগী খোকথিবা থৌদোক-পুম্বা নীংশিং নীংশিং পোত্থারি—মপান্দগী মুংশিংনা পুরকলি মন্দিরদগী ভগবানগী লাইশোল—তাম্বি য়াম্না শেংনা চিক্লবা অহিংহুদা।

ওঁ হর হর হর মহাদেব

জয় শিব ওঁকার হর শিব ওঁকার

ঐসু শোল্লি চিন্দা—ভগবানগী লাইশেংল শোম্না শোম্না লো-থরবা হকচাং অহু তুমইল্লিবী লাইরেম্বগী মতম্বাক্তা ঈংনা পোত্থাখ্রে।

---

# দালীহা মালিনী

## ১

কুশুমপুরদগী বিজয়নগর লম্বীদা বিন্ধ্য চীংজাও লাল্লগা—বিদর্ভ য়োল্লমদাই নর্ম্মদা মপান্দ দালিহা মালিনীগী ময়ুমনি । মমিং চৎপী মহাক্কী, খ্বাইনা শোম্নরিবীনি । মমিং চৎলবা তীর্থ সহস্র-ধারা য়েৎ-ওইননা নর্ম্মদা তুরেল খোংবান্দা পূক্লীং হুনা ফজরবা হৈকোন লৈকোন য়ায়দা তক তরু লৈরিবী দালিহা মালিনীগী য়ুম মতমত্তুদা ভারত্তা ফজবদ মশীং থাবা য়াওরিবা—ফজবা য়েংনীংবা কনানা তঙাইফদনা য়োদনা তোকফত্রবা জাগানি ।

ফজবা মশক থঙগে—ন্তুশিবা মতৌ উগে—নীংথিবা ঈশৈ তাগে—পূকনৌবা শাথেক য়েংগে—পূক্লীং শুম্মৎলবা হৈনম লৈনম ফংগে—খোয়থুম্নবা খোয়নৌবা খোম্হাক কদায়দা লৈবগে থঙগে হায়রবদি, শম্মা হায়রবদা "চাক্রনা ওমচাক্লরবা খোয়রাং খোয়শাও-রবা থম্মোয়বু ইংথহনগে. চোকপরবা রাখল হকচাংবু তেকথৎ-হনগে হায়রবদি দালিহা মালিনীগী য়ুমদা চৎলু—মালিনীগা উনৌ—মাগী ঈশৈ তারু -ফজনা শাথেক য়েংউ—মাগা রারী শারু হায়নৈ" মতমত্তুদা ।

দালিহানা শেম্বা নাচোম, দালিহানা লেংবা লৈপরেং ফজবদা হায়নরিবনি— মতম অত্তুগী লৈবাক কয়াগী নিংথৌ. নিং-থৌরেন—মন্ত্রি যুবরাজ সেনাপতি কয়ানা মমল তাওনা লৈনরিবনি, থিনরিবনি । ইনাকথুনবা কল্লোনবা তৌবা ওম্বা কনানা দালিহা মালিনীগী লৈপরেং অমওং শিজবা কংজবা, নাচোম অমত্তং পায়জবা

কংলবদি পোকপগী মহৈয় য়াংল্লে খল্লবিবনি। শম্মা হায়রবদা মাগী নাচোম অমত্তং পায়জয়বা চিনজয়বা, লৈপরেং অমত্তং ওকশমদা শিজবা কংলবা মীহু চাওরে কল্লে—ইনাকথুল্লে, তৌবা, ওমলে খওনয়ম্মী।

অরাং-অপা লৈত্রবী দালিহা মালিনী—লৈপরেং লেংবা, নাচোম শেম্বা, লৈগী ফমুং, লৈগী দোল শাবা শেম্বদা হৈশিংবা ফজবতা নত্তনা—মশক মতৌ য়েৌনা ফজবী, হকচাং কায়রাৎপুম্বা মপুং কারবী খোম্মীৎ কানা ফজরবী শক্তমনি,—তনৌবী খোঙ্গেল খোল্লৌবী মীনা তানীংবী মখোঙ্গেলনি; ঈশৈ নোংমাইগী লমদা গুর-গী শকলোন ওইবীনি। কলাবিদ্যা জগোইগী শাগেক্তা মমিং লৈবী—অপ্সরাগী উর্ব্বসি মেনকা রম্ভাদগী হেল্লবোই খল্লবী মহাক্নী লাইয়েকপা লোনবা খোৎপদা—উষাগী চান্নবী চিত্রলেখাগুম মমিং চৎলিবী মহাক্নী। শমনা হায়রবদা মুংঙাইবা ফজবা মুংশিবা থিরিবা কনাদা হিরম খুদিওদা মুংঙাইবা পীবা ওম্বী থবক ওম্বী মহাক্নী।

অকে-অমৌ কলা-বিদ্যা-শথেক-শাওং রাঙাং-শাঙাং-ফিজেং লৈতেং পুম্বদা মচন চানা চং-ফংনা হৈরবী, ফজবা নীংথিবতা নত্তনা মীপুম খুদীংগী রাথল থম্মোয় চিওশিনবী—মাবু উরুবা খুদীংবু পাওনা পাওনা মও মওহনবী দালীহা-নীংথ্রবা থবক্তা হন্দবী অনম কনবীনি। মাগী অপাম্বহু ফংনবা হোৎনবদা পাপ-পুন্য হোনবা হৌনজবা, ইকাই ইকি পুম্বা লাম্থোকপা ওম্বী—হাল্লিবা পাম্মীবা পোৎশক্তু কংত্রিবা কাওবা হন্দবী—ফংনবা হোৎনবদা পাম্মুবা

খণ্ডদবী—নীংহল্লবা লৈতবী মহাক্পী। অদুম ওইনমক মহাক অসে ফজবগী মনাইনি।

মহাক্পা লৈরিবা ফজরবা য়ুম দলান অদুস্মু মুণ্ডাইবগী-ফজবগী কোল্লুংনি। মপূগী পুক্পীং থুংনবা শেমগ্রবা—অরাং অপা। লৈত্তবা—নীংগুকপদা অপাম্বা পুম্বা হেক্কা ফংহনবা য়ুমনি, দলান্নীঃ লৈফমনি—হিপকম চাফমনি-পোখাফমনি;- মুংগুাইনফমনি—পুক্পীং ইংথজনফমনি;- শম্না হায়রবদা দালীহানা লৈবদা মভীক চারবী মফমনি। থোইদোক্পা চেকশিন্না শেমথিবা শাখিবনা য়েক্লবনা হাইজনবা চণ্ডশিনবা ভমদবা মফমনি—অদুবু চান্নবগীদি মরুদ্যান্নী।

য়ুমগী অকোয়বদা ঈংখোলদা মফম চানা—মওং তোগুান তোগুান্না মথল থুদাংগী লৈ - পৃথীগী মফম পুম্বদগী পুরকপা—য়েংবদা ফজবা—মনম্না পুক শুক্ষংপা পুল্লপ পুল্লপ হৌরি। অশংবা উরী উনাগী ফজরবা কুঞ্জবন মফম চানা চানা মরক মরক্কা লৈরি। ঈংখোলগী অকোয়বদা লৈরিবা মুংভৌগী চেকপন মুমীৎকী মণ্ডালনা য়ৈবদা হিরাগুম্না লংই, নোংদারগুম্না ভৌই, মিংথকই; মমুংদগী য়েংলকপদা মমুং ফাওনা উবা ভমই—অদুবু অণ্ডকপদি মপান্দগী য়েংলকপদদি কনাস্মু এমুংগী অমত্তা উবা ফংদে।

মালিনীগী য়ুমগী অকোয়বদা লৈরিবা অশংবা উরী-উনাগী কুঞ্জবন অনগা হেক থ.নবা চাউরব.· লুরবা ঈশিংনা থল্লবা পারুবা পুখ্রি অমস্মু লৈরি। লুরবা ঈশিং থক্কা ভাউরি মীংশিনা য়েক-খোংসবা—ফম্ফ নিংথিনা শেল্লবা ফজরবা হি' পুখ্রিদা হৌরি মথল থুদিংগী ঈশিংগী লৈ—থম্বাল থরো থাম্নিকথা—করি অমুক হায়রগনি দালিহাগী পুক্পীংগা চানবা শেঙনি;—মাগী

য়াকাবুংনি—প্রমোদ-কুঞ্জবননি। মানা পামজবা কনাগী পেলহন্নবা পুক্লীং থুংহন্নবা শেমগ্রবা অৱাংপা লৈতনা পুক্লীং হুৱবা কুঞ্জবননি।

প্রমোদ কুঞ্জবন্দগী খোঙকাপ চামরোম্ ঊরি-উনানা কোয়শিনবা য়োমশিনবা অতৈনা পাক খণ্ডবা উদবা মন্নুং চনবা লৈকোনগী লম্বী ফাওতুনা চংলগা মালিনীগী য়ুম্‌গী কা অমা কংই—মতু দালিহা মালিনীগী মন্নুংচনবা ঈরুজক্মনি! কা অমা মিংশেলনা কোয়শিল্লি—হকচাং কায়াৎ পুম্বা মায়ৈক খুদীংদগী উবা ফংই। আতরগুলাবকী ঈশিং পেরে—ষংঙ্গাম অনৌবগী পেরে কাপলি মণিমুক্তা থাম্নবা ঈরুজফমদা! মখল কয়াগী চন্দন অতকপা লৈরিক হকচাং তৈননবা, মখল কয়াগী শম খুজিন হকচাং তৈনবা খাউ-মনম হুংশিন্নবা পোৎচং কুয়া মখল মথেল—পরেং নাইনা থমলি। দালিহা মালিনীনা কা অসিদা ঈরুজরগা হকচাংদা অতকপা চন্দন লৈরিক তৈইরগা—শম খুজিন হকচাং কায়াৎ পুম্বা ফিজেৎ লৈত্তেংজরগা মশাগী ফজবনু য়েংতুনা মোমোন মোমোন নোকচরি,- মরক ময়ক্তা মযেক য়াওদবা ইশৈ শুংজন্নি। মতম অতুদা মপান্দগী খোঙ টক টক থিল্লক্লম্বী।—

"কনানো?"

"ঐনি বাসন্তীনি,"

"করি হায়বগে?"

"হবেম্মা দলাই অতু য়ৌরক্লে।"

"করো মথক থংবা কাদা পোথাহন্নম্মু—ঐমু লাকলে।''

২

মুমিৎনা নোংচুপ সুন্দায় য়োৌগদবা লীরুং অমরোম রাৎলিঙৈদা মী মরিনা পুবা চুম্বং লৈনানা কুপশিল্লবা দলাই অমা দালিহা মালিনীগী মপাম্বংবা হোজংদা থুংলে। দলাই অতুগী মমুংদা কনা য়াওরি—কনাসু খঙদে। দলাই অতুগী মতুং ইন্নরকপা শত্তোক্লবা থাঙ পায়বা শগোলতোংবা লুচিংবা অমগা লোয়ননা খুৎলাই পায়বা মী তরানা মাঙ-তুং নাক-য়েৎ ঙাকশেন্দুনা দলাই অতু য়ৌরকখি।

হোজংদা দলাই থারে,—দলাইরেংশিং পোখারে। দলাই ঙাকপা লুচিংবতুনা সনাগী মুমিংলৈ য়েকপা খুদোপ অতু উৎলম্মী। মতু উবদা থোঙাকপা অতুনা মখোয় পুম্বা মনুং থোঙ য়ৌনা পুশিনখ্রে। লুচিংবনা পীবা চিঠি পুরতুনা থোঙ পুরম্বা থোঙাকপা পাউচৎপা অমনা খিন্দনা মালিনীগী খুত্তা য়ৌহনখি। ঙাইহাক লৈরগা অয়াবা য়াথং পুরক্তুনা মথোঙদা হল্লকলে। য়াথং ফংলবদা দলাই অতু থোঙনুংদা পুশিনখ্রে। মথং মথং চঙখিদুনা দলাই অতু চাউরবা দলান অতুগী সিড়িথাক মনাক্তা থারুরে। দলাই মনুংদগী শাথিনা শোক্লবা মুপা অমা তপ্না তপ্না হিপ্লবা ফমুং মচা অমদা হিপহন্দুনা মথং মথং সিড়ি কাখত্তুনা মথক্কী কা অমদা পুশিনখি অদুগা নীংথিনা শেম শারবা তরু তরুবা ফমুংথক্তা হিপহন্দুনা পোখাহনখ্রে। দলাইরেং দলাই ঙাকপা পুম্বা মবুক থম্মা পিজ পিথরবা তুংদা মনুং মথোঙময়াগী য়ারেকফমদা অহিংতুনা লৈমনবা শিনখ্রে।

অশোক অনাগী চৈনা খাওহনা ফমুংথক্কা মথস্তা তুমিন্না লৈরি অশোকপা নুপাহু। ওাইহাক লৈরগা কা অহু ইওান ওান্না থাংমৈ থাঙ্গৎলকলে। নুংশিরবা অচাকপা ধূপকী মনম্মা কাহু থল্লে। মিনাইনুবী অমনা হিদাক লাংথক পুশিল্লক্কুনা অশোকপহুগী ফমুং মনাক্তা থনম্মী। ওাইহাক লৈরগা খুজি-নাচি পায়লগী শ্‌ং শ্‌ং —লমহেন্না ফজরবী ফজবা ফীজোল শেৎলবী নুপী অমা মথুত্তা অশাবা যঙ্গোম গ্লাস অমা পায়রহনা কা অহুদা তপ্না তপ্না চওশিল্লক্লগা ফমুং মনাক্তা লেপ্লম্মী—অনাবা অহুদা অশাবা যঙ্গোম গ্লাস অহু লানশিল্লগা অশোকপহু মুম্না য়েংহনা লৈরম্মী। ফজরবী নুপীহুগী খুত্তগী যঙ্গোমহু থক্লা থক্লা "নহাক লাক্লবরা? ফম্মু ঐগী নাক্তা।" থোইনা হেন্না হে-ল্লবী নীংথিরবী নুপী অহুনা মাগী মনাক্তা ফমুং অহুমক্তদা ফমলম্মী। অশোকপা অহু মুম্না য়েংলগা য়াম্না থৱায় শোক্লা হায়রম্মী—

"ওঃ ওস্তোক্লা থীনা শোক্লেদা? অহুবু হৌজিক্কি করিম্নু নুংশা থীনিওাই লৈত্রে।" হৈশিংলবী থোৎনা নৌবীহুনা অশোকপা অনাবা অহুগী মশাদা নাল্ল-নাল্লহুনা অশোকপহু য়েংলম্মী। চাম্নবীগী খুৎনা নানবদা অমৃত চাইরবদা শিরম-নারম্বা পূম্বা হিংগৎলকপ গুম অশোকপা পাথও অহুগী মশাহু তগৎ তগৎ তেকথৎলকলে।

য়েংবদা থম্মোয় শুম্মাংনা নীংথিবী অহু সেবা লাংবাদস্নু মপা লৈতনা হৈবীনি। থোংন-নৌবী মহাক্লা অশোকপা মফম মফমদা য়েৎলকলিবা পুল্লিবা পূম্বা তপ্না তপ্না মথং মথং লৌথোক্লে—অশেংবা হিদাক হাপ্লবা অশাবা ঈশিংনা অশোকপা অনাবা মফম

পুম্বা তরু তরু চামথোক্লে—অদুগা অমোনবা ফিদা হিদাক লুপ্ল-লুপ্লগা অশোকপা অনাবা মকমদা তৈইরে। অনৌবা হিদাক তৈইর-তৈইরদুনা অনৌবা অশেংবা ফিনা পুনশিল্লে নীংথিনা, অদুগা তপনা তপনা হিপথহল্লে—নীংথনা শেম-শারবা ফমুংদুদা। ফজরবী অদুনা মকোক্তা নাল্ল-নাল্লদুনা শিক্কনা মুংশিরবা খোঞ্জেলনা তপ্পা—মুংশিনা হংলকখি—

"করম্না অশুক থীনা শোকখ্রিবা?"

শকহেনবীগী খোংন-মেওল—খুৎন শোকপদা অশোক অনাগী চৈনা পুম্বা মাঙখ্রবা মহাক্না চিংনা মুন্না য়েংলগা হায়খি—

"চান্নবী! তাউ, ঐগী ইকমদা লৌরং শীংখোঙ ওইরিবা জয়সিংহ"—

মিং অদুত্তা পনবদা শাউথিবনা মশা থক থক নিকই, হুমাং অনপ্পা কায়—য়াম্না শাউনা ময়া ক্রক ক্রক চীক্লা-হায়—

"মতাক হৌজিক ফাওবা হিংলিবরা?"

ফজরবী মুপীদুনা তপ্পা তপ্পা নাল্লি, ফিজিনা হুমাই হুম্মী; তপনা মখা শমথরকই—

"নওতগী নত্তে; ঐগীসু লমন খুম্বদা মতিক চারবা য়েক্নবনি।"

"চান্নবী নীংশিংলিবরা?—

ঐগী ইপাবু লালহৌই হায়জিন্দুনা—হায়জিনবা মন্নালগীদমক কৈশুমশঙদা থমখিবা! ইপা অদু কৈশুনশঙদা নোংমা নোংমা মচেৎ মচেৎ শিহন্দুনা শীগং কংদুনা অদুম শিহনখ্রবনি। ঐবুনা পীক্লীতৈদগী মচাগী মনাই........"

"মহাক হৌজিক কাওবা হিংলি ?"

"কুশুমপুর নিংথৌ মচানুপীছুদি কমদৌগ্রে ?"

"নওগী নপাগী য়েক্লবগী মচাদো ঐগী য়েক্লবগী চান্নবী ওইগ্রে।"

"হৌজিক মখোয় কদায়দা লৈ ?"

"মখোয়বু হাংন-নবা শরৌ কয়া শীনখি। মন্ত্রিমচা হেম-চন্দ্রগী মতেঙনা—কুশুমপুর কারাগাড়দা থম্লুরবনি। মখোয় অনি করম্না মাঙ্হোকখিবা থঙদে। কারাগাড়দগী নাস্থাকখ্রে—হেমচন্দ্রগী মচন নুপীগা কুশুমপুর নিংথৌ মচা নুপীমচা মাঙখ্রে। অঙকপনি কারাগাড়দা মন্ত্রিমচা হেমচন্দ্রত্তুম লৈরম্বনি।"

"অতুদগী কমদৌরে ?"

"কুশুমপুর শীনবা থুংনা নিংথৌনা মখোয়বু থিবনি—অদুবু ফংখিদ্রে। মন্ত্রিমচা, ঐ অতক্তায় ওইনা থি মতুদসু ফংখিদে—করম্না নাঙ্হোকখিবা! ঐনা মন্ত্রিমচাগা ভা-মহুনা দস্যু নিংথৌ প্রতিপ উনরে—অদুগা মাগী মতেঙনা মখোয়গী খোঙ্গুল লীবনি। মমৈদা ভাপ্তী তোর্ব্বান্দা মখোয়গা থেংনখি। দস্যু নিংথৌ, মাগী লাম্নী, ঐ, মন্ত্রিমচা হেমচন্দ্র, মাগী লাম্নী—পূম্না মখোয়বু থংখি—লান্দাখি হাংনবা হোৎনখি।

লান অতু শকিবগী মশকনি। অয়োইবা লাম্নদা হেমচন্দ্র তুগ্রে, ঐনা ঐগী য়েক্লবগী তানা শাখিনা শোক্তুনা রাম্বখি। দস্যু নিংথৌগী লানশঙদা লায়কম্লখি। হুমিৎ চায়থবক্লবদা ঐনা তাখি ঐগী য়েক্লবগা লোয়নমা মখোয় অহুম শিগ্রে, কুশুমপুর নিংথৌ মচানুপীসু প্রতিপনা কারে। ঐবু পুহম্নখি দস্যু নিংথৌ কোমুংদা,

লেমহৌরিবা দস্যু লাক্নী পুম্বসু চৎখি দস্যু নিংথৌ য়াথংনা। হেমচন্দ্রগী অশিবা মশাক্তনা কুসুমপুরদা থিনখ্রে।"

"ইস! হেমচন্দ্র শিখ্রবা!"

অসি হায়না মখায় লৈথোক্লগা দালিহা মালিনী ফিজিনা মপি ভৈথোকখি।

"তাও চায়রবী! ঐহাক দস্যু নিংথৌ প্রতিপক্ষী কোয়ুংদা মমিং তারেংনি চুপনা লাইয়েংখি। মতম অদু ফাওবা ইতাও দস্যু নিংথৌ হল্লকখিদে। দস্যু লাক্নী থাগ্নখ্রুনা য়েংলুবদা তাপ্পী তোর্ব্বাকী লাম্বকমদা অশিবা অহুমতু লৈরক্লোদে। নিংথৌ প্রতিপ অমদি কুসুমপুর নিংথৌ মচানুপীসু থেংনখ্রে পাউদমলৈ।"

"অদুক্তি কদাইদা লৈখ্রবা! কন্নি খোকখ্রবা?"

"মথত তরেংখিখ্রবগী অয়ুক্তা দস্যু অমনা তাপ্পী তুরেলদা প্রতিপক্ষী অশিবা মশা থেংনখি। হৌজিক মখোয় ময়াম চাই-থোক্লগা অজল পুম্বা শাম্না—মখোয়গী খোঙ্গুল লৌখি।

ঐসু নত্তোন্দা পাউ থাখ্রবা তুংদা ননাক্না লাকলিবসিনি। ঐগী থাজরবা ইনাই অমদগী অথি লম্বীদা—মখোয় শোয়দনা লম্বী অসোঅদা লাক্কমি—নওগীসিদা শোয়দনা য়োরকনি।"

"ঐগীনিদা য়োরক্লবদি লোম-মা থক থাক্লোই।"

"মানি, মখোয়সু থক নাম্থোকহল্লোইদবনি। ফাহুনা থমগ-দবনি। নওগী মাগুণ ঐনা থওই-নহাক্না ঐগী য়েক্লবদো নাম্থোক-হল্লোইদবনি। ফাহুনা থমগদবনি ... ...।"

"মহাক য়ায়: চোকথরে..... হৌজিক পোথাবিরো।

ধরমসিং মোমোন নোক্লা থুম্লকই—

"নহাক্লা ইনাক্তা লৈরবদা অনাবা পূম্বা কিদুনা লোইনা চেনগ্রে।"

"ঐসিবু হেক য়েংবদা অহু য়ৌনা কিবা-মথৈ থীবরমে।"

নোকফেং নোককেং হংলকই।

"থীবগী রা নত্তে, নশক্তী রাদি নঙগুম্না ফজবী মালেমদা কনা লৈ—ঐনা হায়বদি নঙগী চৈরাকপু হায়বনেই।"

"ঐসিবু চৈরাক য়াম্না কনবী হোন-খঙদবীরা ?

"কল্লি, কল্লি—চৈরাক য়াম্না কল্লি ইবেম্মা।'

"ঐনা করি ত্তৌরত্তনা।"

"হায়য়ুরা ! নঙনা তৌবা ফত্তনা থবক পূম্বত্থ হায়য়ুরা ?"

"হায়য়ু-হায়য়ু, ঐনা করি ফত্তবা তৌরদনা।" শাওরংননা থুম্লকই। নীংথিবী অহুগী শাওরপ তৌবা মায়থোঙদা— ঈ থাংলবা, মিং শুরুক তৌবা শক্তমহ্নু ধরমসিংগী থম্মোই শুক্ষৎনিঙাইহনি। নোকমী-নোকমী ধরমসিংনা হায়রকই···

"হায়গে তাওকো—

অহানবদা—অয়ুক ঙম্নানা ঐবু হৌদোকহল্লি নঙনা, ঐনা হুঙাইনা হুমজবহু থুগাইবী।

অনিশুবদা— নঙগী য়াথংনা অঈংবা ঈশিংনা মিং-মায় তাহল্লি চিন য়া শেংহল্লি। কয়াদা শাউনীংগ্রবা !

অহুমশুবদা - ঐনা অমুক থক্লোংগ্রবা অশাবা যক্তোমহ্নু—মিং মায় তাবা লোইত্রিবা চিন-য়া শেংবা লোইত্রিকাও মহাক্লা শাক-শিন্দুনা থম্মী—কয়াদা শাউনীংগ্রবা ?

মরিগুবদা—নহাক্না ঐগী খুৎ শম্নহনা অয়ুক্কী অঙৈবা মুংশিং-লক্তা হৈনম লৈনম চুরবা মুংশিংকা হাকথেংননা ফজনা শেমহনা থম্নবা নাপীগী শম্পাক্তা—নগুগী ফম্বা লৈকোন ফাওনা ঐবু ভত্তনা পুহনা চংলি মুমিং খুদৌংগী। ঐনা ভনবনা ফমুংদগী কুমথ-নীংঙ্গবম্ নগুবু উবদা কিবনা কুমথদবা ওমদে —কয়াদি শাওনীংঙ্গে।

মগাগুবদা--নগনা মতম নাইনা ঐগী অশোক অপন পুম্বা য়েংশিল্লি মতম নাইনা হিদাক তৌই। পিজ-পিথক তৌই—ঐনা থক্লীংঙ্গবা হিদাকসু নগনা নমহনা পীধকই—। অতুদদি ঐহাকসে হকচাং কনথংলকলে—অনাবা অশোকপা লৈবম্বা পুম্বদো নগুবু কিহনা লোইনা চেনখ্রে।

থরমসিংনা হায়রকই লোক্না—

"হৌজিক অনাবা ফরক্লবনিনা নগুবু তোয়না উবা ফংলক্রে। ইনা-কুদা লৈহম্নীংবা নগসে-নোংমা নোংমা থর থর থাপ্তোকপা তৌরক্রে।"

"সিই! ননাক্তদা লৈরিবা ঐসিবু, তোবা ওম্নীরেদা!"

"অওইবনে—অনাবা ফরকপগা লোয়ন-লোয়ননা মিকুপ খুদৌং পুংজা খুদৌং নগুবু উজবা পাম্বা ঐহাকসে নগুবু মুমিংচুপ্পা অমা উদবা মুমিংসু লৈখি। 'ঐনা ফংখো, ওাইহাক্তা লৈখো হায়র-ফাওদসু—থবক অহু য়েংদবা য়াদে, মীহু উনদবা য়াদে হেক্তা মাওখি। নগুবু কিবনা থাম্বসু ওমজদে।"

"হোয় হোয় ইবুংঙো মীগুম্বা!
ননাক্তগী গুকচংপু চথোকচররোই
মথোয় অনি নোকলি।

ভাঙ্গা অসিদা মপান্দগী থোঙ থীল্লকই ।

দালিহামা হংই—

"কনানো ?"

"ঐনি বাসন্তিনি ।"

"করি পাউ ?"

অথাপ্লদগী ঈবন্মবু উনবা মী অনি লাকলি ।

"ঐ লাকলে ।"

দালিহা মপান থোকখ্রে ।

৪

চৎনা চৎনা বাসন্তিনা হায়খি—

"ইবেম্মা ! চয়োল অমগী মমাঙদা সহস্রধারাদা থেংনখিবা মরিহুগী মরক্তা অনিদি য়োম্নক্লে ।"

"অতোপ্পা অনিহুনা কদায়দা লৈরি ।"

"হৌজিকমক্তি খঙত্রি, পাউপুবশিংহু য়োম্নক্ত্রে ।"

"মশক্তি খঙলবরা ?"

"চপ চানা শেংনদি খঙত্রি, অহুবু হায়ন্নরিবহু ওইরম্বা য়াই ।"

"পুম্নমক শেম শারবরা ?"

"শেমজারে ।"

কুসুম্না ঋারী শানা শানা দালিহা বাসন্তি মথক থংবা কাদগী কুমথরকলে । মথং মথং চৎখিহুনা মালিনী ঋাগী মরুওইবা

মীওক-কাদা চঙংগ্রে। নীংথিনা শেম-শারবা কানি—দালিহানা মরুওইবা অংচৌ অশাং উনফম কানি। মকম চানা ফজবা অচম্বা পুক্নীং-রাখল নৌহনবা লৈতেং থরনা কা অহু ফজহল্লি। কাঙ্লা ফমথিবদা মালিনী মশেক মওান রাওবা পুক্নাং শুম্বাংলি—ফিজেং লৈতেং শীংথানিঙাই লৈতনা ফজৈ। মালিনী ফমলি ফজরবা ওক ওরুবা আসন্দা; মপান্দা মাগী কুঞ্জবনদা ইংথোলদা য়ুমদা—তৌরিবা পুম্বা উহনবা যন্ত্রহু থাদোকুন য়েংলি—কাদায় য়োরক্লে মথোয় অনিহু। মহাক্না উথি—পাখঙ অনি অহু মাগী থোঙ্গাল লানশিল্লক্লুনা চৌং-লেম্না লাবা থোওকাপ লাওবা কান, চঙশিল্লকলি কুঞ্জবনগী লম্বী ফাওহুনা।

চৌং লেম্না, ফজরবা চাউদম শাংদম থম্মোয় শুম্বাংন-ফজৈ পাখঙ অমদি অচম্বা মী নত্তে; উবমক্তদা দালিহা থম্মোয় মথুম মরাঙ হৌই। অত্তোপ্পা অমহুক্ত চুং ফিরান চানা ফজবা মুপা ওইবগী চৌং লেম্বা করিমত্তা রাত্তে। লান কয়া থেংনরক্লবগী থুংলাই মকম্না থল্লবা হকচাং কায়াৎ উবদা শানিমক ক্ষেত্রী মচানি থত্তজে। নিঙায়বা লৈতনা চঙলকলিবা পাখঙ অনিহু মালিনীগী জাকজমক অহুদা হাইফেৎ ওক্না থুঙাইবহু পোক্না উই। মপুক্নীং রাখল, মায়থোংদা কেংদোকপহু উরবদি—পাখঙ অনিহুগী পুশীংদা অমুক য়াম্বসিগী মবেশহু কনা ওইরমগদগে—কয়ামুক ফজরমগদগে হায়বা থঙনীংবা পোকই হায়বসে খঙবা ঙমই।

পাখঙ অনিহুনা শিঙ্গি কাথংলকপদা মালিনীগী মনাই মুপী অমনা ওরায়া ওক্লুনা মাঙ থানা লমজাংহুনা দালিহানা ফমজিবা

কাদা পুশিল্লকখি , মখোয় অনিনা কাতুদা চঙলকপনক্তদা মালিনীনা ফমফমদগী হৌগত্তুনা তরাম তরাম ওক্লম্মী- হায়রকই খোয়থুম্লবা খোঞ্জেলনা—

"লেঙশিনবীয়ু তাঙবলত্তুদা।"

ফজরবী মালিনীগী পিগুমগী ইঙ্গিতকা লোয়নরবী খোয়-থুম্লবা খোঞ্জেল তাবদা মখোয় অানিমক শুক্সাংলে থর থর পঙথবা হৌরক্লে। থোংনা নৌবা মেঙলবা শুক্সাং খোঞ্জেলনা মালিনীনা মখা তারকই—

"লেঙশিনবীরকপা ঐগী লাইবক ফবনি। করিনা সেবা তৌজনি।"

লকক লকক তৌনা পঙথবা নমহত্তুনা অভিনা খুম্লকই—

"তরাম তরাম তৌবিরম্বা ঐখোয়গী লাইবক ফবনি।"

"করম্বা গোজাল তাকপীস।'

"ঐখোয় চংফে চংপনি; লমশাঙ চংলকপনা যাম্না চোকথরে—নুমিংসু তাশিল্লকলে। ঙসি অহিংদং ইরেম্মগীসিদা পঞ্জখিগে। ইরেম্মগী গুণ তাজত্তুনা লাকচবনি হয়েং অয়ুক অঙনবদা ঐখোয় অতুম চংচখিগে।'

"ঐগীদি লাইবক ফবনি। করি লমদা লেঙবীগদবনো মী কয়া লোয়নবীরকপগে ?"

"ঐখোয় মরিতনি, বিজয়নগর য়োগদবনি।"

"লাইবক ফরবী ঐহাক্কী—ঐগীসিদা লৈনীংবা অদুকী মথৈ লৈবিয়ু।"

'চানবীরবনিনা মীথুংশঙ থোঙ হাংহনবীরো।"

"লমশাঙশিংনা লাকপানি ঙাইহাক্কুং পোত্থাবিথো, ঐগী মতিক চাদ্রবা অচম্বা থুদোল হৈ-হৈ হৌনবী সেবা লৌবিথো।"

মঙাঙসিদা বাসন্তিনা ফজরবা লৈপরেং পুক্লীং হুরব নাচোম য়াওবা সনাগী পাত্র অমগা চান-থরুবা হৈ-রা য়াওবা সনাগী পাত্র অমগা পুশিল্লক্কুনা অতিঠি অনিগী মমাঙদা থম্লম্মী। বাসন্তিনা মিংকী ইঙ্গিত পিশুম মংঙেং অমম্বুং খুৎকি খুদমনা রা ইঙাং ঙাঙদনা থরম্বসিংনা হায়রকপা- 'মখোয় অতু থিরিবা মাহুনি নাম্বোকহনখিবা য়াদে" হায়বা পাউদু মবেম্মদা খঙহনখ্রে।"

"উইহে রাইহে থরদং অসি হাবীমু অহাওবদি নত্তে রারোবীমু।"

হায়না হায়না হৈনৌ অরাথবী - লফোই থোক্কুনা লানশিল্লি-মাম্বু মচেৎ অমমম চারম্মী। পাথঙ অনিদুম্বু থর চারবদা অরাম থৌরাংবা কোকলে হকচাং তেকথংলে কনথংলে ময়ায় কারকলে। মঙমহুদা দালিহানা হায়রকই মিংচি ফল্লপ ফল্লপ য়েংনা শুম্মাং শক্কমনা—

"ঐদি মাঙ্গিনীনি - লৈশেম্বী লৈরাংবীনি ঐনা লেংজবা লৈপরেং ঐনা শেমজবা নাচোম অদোমনা শিবী চিনবীরগা ঐগী পেঞ্জবনি; ঐগী অতিঠি সেবানি লৎনবীগনু।"

অসি হায়না হায়না দালিহানা লৈ পরেং অমা লৌথক্কুনা জয়সিংহগী ঙকশমদা বাসন্তিনা লৈপরেং অমা অভিগী ঙকশমদা হুকখি। পুক্লীং হুনা ফজরবা লৈপরেং অহুনা পুনখ্রবা অনিদো নুংগী লাইশুম লেঙ ওৎপা তৌদনা লৈখ্রে। মথংদা দালিহা

বাসন্তি অনিনা ফত্তরবা নাচোম অনিদো জয় অভি থুম্বা লান শিনখি নূংগী লাইগুম পণ্ডথরবা লেঙ ওংখিত্রবা অনিচু - নাচোম অনিচুদা মমিং কুপ্তনা য়েংখি—

"ওচ্চোক্না ফজথরেদা ।"

হায়রবা থাগং থাগৎনা মনাত্তোন ময়াদা থমচুনা মনম নমখি।

নাচোম অচু হায়ফম থগুদনা অশুক্কী মতিক মনাম মুংশিখ্রে—অচুগুম্বা মুংশিবা মনম মফন কৈদম্ভ নমখিত্রি ; মখোয় অনিমক মশাপুম্বা মথুম মরাং তৌখি, পঙথরকখি— নুঙাইরবা ঈরাংদা লূপথরকই। নাচোম অচু অশুক্কী মতীক ফজখ্রে—মখোয় অনি নাচোমচুদা মিংফম হোংদনা য়েংখি—নাচোমমুংদা শিন্ন শিন্ন উন্নকলে দালিহা-বাসন্তি, বসুমতী পুম্পা। মিং পাঙনপাঙনা পণ্ডথরক্লম্মী—জ্ঞান থম থর মাঙবা হৌমক্লম্মী—মশেন মরাং উখি—দালিহানা ইঙ্গিত তৌখি—বাসন্তিনা ফল্লাংদা মফম অমদা পায়খি—অচুগা লোয়ন-লোয়ননা মখোয়না ফমলিবা ভাঙবল অনিচু থর থর অম্বুম অম্বুম নেমথরকই—পাইথবগুম ভরি—খিন্দনা অমম্বা মফম অমা য়ৌরকখি—মমখিললকখি। মফম অচুদা ফল্লবা মক্রক মক্রক লাউবা খুং থরনা মখোয়বু মখোঙ মখুৎ পুনশিল্লিরুই অমম্বচুদা মশেন মরাং উখি— মখোয়চু থীরবা য়েংবদা অকিবা পোক্রবা মকোয় মরাং চোসঃ মুরবা ঙাক্কনি। মখোয় অনি মশা কঞ্জনবা কন্না হোৎনগে খল্লি অচুবু লেঙওৎপা ঙমদে— মঙম শান্নে হৈপঙ-পঙথরকই। মখোয় মশেন মরাং মঙওই হা-এই থঙখি—মখোয় অনিবু অমম্বা লম্বী অমদা পুহুনা চৎলি

মমৈদা হি অমদা থাঙ্গংখি। হিগী হিবান্দা ঈশিংনা জপ জপ য়ৈবা, নৌনা গোক গোক থেংবহু ভাবগুম তৌই। ভাঙ্গাসিদা মখোয় অনিনা শেংলম শেংঙ্কাত্তনা ভাবগুম তৌই—

সুপাগী খোঞ্জেল—

করম তৌজো হায়বগে ?

সুপীগী খোঞ্জেল—

"মখোয় অনিমক নর্ম্মদা ঈয়ায়দা হুম্বখো।"

অতোপ্পা সুপাগী খোঞ্জেল—

"নত্তে হৌজক। মখোয়বু কৈশুমশগুদা থম্মু ঐগী য়েক্লবদো ইথুৎমক্লা হাংকে।"

মখোয় অনি জ্ঞান মাগুশিল্লকলে হি অত্থ তপ্পা তপ্পা হোন্দোরকলে ইথক্লা ঙিদা জপ জপ য়ৈরি নৌনা হিদা গপ গপ থেংলি - মখোয় অনিমক মিং পাগুন-পাগুনা করিমক্তা উখিদ্রে-ভাখিদ্রে।

৫

নুমিং থরমিগী তুংদা ধরমসিং মশা পুষ্ফ-ফরে। ঙসি থবান থাগী পূর্ণিমা নুমিংনি। নুমিং অসিগী অযুক্তা যন্ত্রনা হোনবা হি অমা তোংলত্থনা নর্ম্মদা তুরেলদা দালিহা ধরমসিং মথা পাংনা হাইখি। মনাই মশলনা থম্না য়াওরবা হিত্থু অচা - অথক মক্কাঙ-কায়না

হাপ্তুনা পূমনিন নিম্না লূরবা নর্ম্মদা লাইজথক্তা তাউথরী। তপ্না খোংবা বিণাগী খোঞ্জেলনা নর্ম্মদা তোর্ব্বান কাওবা নিম্না পুক্নীং শুম্নাংনা চংলি বিণা খোংলিবী দালিহা, নাক্তা থরমসিং ফমলি।

মী চীক্লবা জাগা য়ৌরক্লবদা দালিহ'—বিণা অদু থক্লগা থরমসিংদা ওনশিন্দুনা চিকপক্লা ৱাবী শারি—

"নহাক্তী য়েক্লবদি কারে, ঐগী য়েক্লবদি নাম্বোকখ্রেদো!"

"করম্না? হৌজিক কাওবা ঐঙোন্দা তাক্লি!"

"হৌজিকসু হোংনবা লেপাত্ৰ, যংলগা পাউদমগে তৌবনি।"

"করম্না নাম্বোকখিবা পাউদু তম্মু।"

"তারো তম্লগে—

নহাক্তা পরপ পরপ চঙলক্লগা হংলম্মী—

"মী অনি লাক্লম্বরা?"

"নহাক্লা করি থুমখি?"

"লাক্কে, চঙলক্কে।"

"অদুদগী কমদৌরে?"

"চঙখিদা লাক্কবরনে—অমুক হায়রকই। ঐহাক্লা—লাক্কে চঙলক্কে - হায়রবদা মানা হায়খি - অদু ওত্তবদি ঐহাক চংচরগে। ঐনা—ভাইহাক্কং ভাইবিখো পোথাবখো অহাও অথুম থরদং হাবিখো—লমশাঙ চংপগী অরা পোথাবীখো—হায়রবদা মানা শুকয়া য়াখিদে। মানা করি থুমখি—তম্মুরা?"

"তম্মু করি থুমখি?"

"ঐহাক ব্রত অমত্তং তৌজরি য়ারোৌবীনু ।"

"ঐঙ্গীদা লাক্লবদি সেবা তৌদনা হুন্দহঙ্গদে—ঐনা শেমজবা নাচোমলিভদি লৌবীখো—অহুদম্ব মহাক্লা হায়রকই—

'ঐঙ্গি হুপীনা পীবা মাচোম লৌজদে য়ারোৌবীহু ।' অসি হায়রক্লগা পন্দনা থুনা য়াঙনা থোকখ্রে । ঐহাক ইম্বু ইকায় শাউজু শাওনীংই ঐহাক ফমকমদগী হৌগত্তুনা শাউরদগী নাচোমহু পায়হুনা মঙোন্দা লংলম্মী-- শোয়হুনা থোঙদা পান্দুনা নাচোম অহু ইচাই চাইরে ঐহাক খোভকাপ অমা অনি থাংদোক্লগা অহুম তুরমাল্লে । ইনা জ্ঞান তারকপদা ফন-রাম্না থেংজনলে । মী থাহুনা হুই থাদোক্লুনা থিহনবদা কংথিজ্র কদায় য়ৌখ্রবনো খঙদে—থিব অহুম খঙখিদ্রে । অঙকপানি ' তৌঙঙ্ব শকলোংপীহু ইরায় লায়না নংোকখ্রে ।"

"মশক খঙলবদি খুদক্কুদা ময়াম চঙহুনা ফাবা য়াদবরা ? হাম্না চেকশিন্না নাম্বোক্তনবা শীনবা য়াদ্রা ? ঐঙোন্দা তাক্লক্রিবা করিগীনো ?"

"অহানবদদি খঙদবনি । মহাক্নদি হুপামচা অমা ওইনা লাক্লেদো কোম্বংদা চংখ্রবা তুংদা খঙলকপনি ।'

"করম্না খঙলকই ?"

"মহাক্লা শাউরপ তৌনা য়েংবা মিংয়েং পিশুম উক্লবদা পুক্লীংদা থনথি—মাসে মশক লোংপী নুপী ওইরমগনি ; অমনা মঙনা খঙলিবহুনি করম্বা মুপানা দালিহাগী নাচোম পামদবা য়াওবগে ? এম্বু নাপন অমদি তৌজরিবনি ।"

"অঙকপনি ! তৌঙম্বীদু ওম্হোক্লা লায়না নাম্হোকখ্রেদা !"

"ঐহাক হৌজিকসু মাবু থিরি ; ঐগী মী মায়কৈ শুনা থাদোক্কুনা থিরি, লেম্না খক থাদোকলোই—অশুক লাকচখ্রবদা।"

অম্মুম্না রারৌ শারিঙৈদা হিদু কল্লবা নর্মদা ঈচেলদা শেম্বাং পাইবগুম চুমজ্রিং পাইথরকলে। দণ্ড ৬ লোম থৌরকলে। মী চীক্লবা মফম য়োরকলে। য়েংথংবা নাকন্দা তুরেলগী তোর্ব্বান্দগী ঙ-ম্নবা রাংলবা সাতপুরা চীংজাও লৈখি—ওইরোমদা পাক্লবা কূংলবা জঙ্গল লৈখ্রি জঙ্গল অদু ফাওনা চেল্লকলিবা তুরেল মচা অমা নর্ম্মদাদা তাররি।

দালিহাগী হিদু তুরেল মচাদুগী ঈরমদা—ঈচেলগা লান্থেংনদুনা হোনগংখ্রে। চাউরাক্লা ক্রোশ তরেৎ নিপান হোনগংলবা তুংদা মী চীক্লবা জঙ্গল য়ায়দা চেল্লিবা তুরেলদুগী য়েংথংবা তোর্ব্বান্দা হি থাংলে। ধরমসিং দালিহা তোর্ব্বান্দা কাখৎখরে। তুমিন তুমিন রা-লান ঙাঙনদনা জঙ্গল য়ায়দা চৎলিবা খোঙলম্বী তুংইন্না চৎখ্রে। দণ্ড অনিরোম চৎলবা তুংদা অহাঙবা নাপী হৌবা লম অমা থেংনরে। অহাঙবা লমসি ফাওদুনা চৎলিবা লম্বীদু ইন্দুনা দণ্ড অমরোম চৎলবা তুংদা চেকপন খা-রবা চাউরবা লৈকোন অদু য়োরে। মবেম্মা দালিহা উবদা লৈকোন-শঙবনা হোজংগী থোঙ হাংদুনা—ধরমসিং দালিহা লৈকোন্নুংদা চঙখ্রে। মতম অদু নুমিৎ চায়থরকলে।

থাঙ্গৈমক শেংনা লৈকোন অদু ফজবদা স্বর্গগী অমরাপুরগী নন্দন কানন হায়বদুরা হংনৈ। কনাগুম্বনা নন্দন কানন হায়বা অদু উবিরুগ্রবদি- দালিহাগী লৈকোনসে মতুদগী কল্পিমত্তা হম্বরম্মোই;

লঙ্কাগী রাবণ নিংথৌগী মধুবন উহৌরবদি দালিহাগী হৈকোন মধুবনদগী হন্থদে হায়গনি।

দালিহাগী লৈকোন হৈকোন্দা মথল মথেল কয়াগী হৈ লৈ থারি হৌরি, মওং শুনা মথেল নাইনা, য়েংবদা পুক্নীং শুম্মৎনা। মরক মরক্তা ফজনা কক্লবা অশংবা নাপীগী লম্পাক্লি; মফম চানা ফমফম পোত্থাফম লৈগী হৈগী কুঞ্জবন শীংথাদুনা লোইবা নত্তে। ঋতু ঋতুগী মতম নাইনা শাৎপা লৈ, পানবা হৈ; ঋতু থুদীংমক্তা শাৎপা লৈ, ঋতু থুদীংমক্তা পানবা হৈ; মতম নাইদনা চহি চুপ্পা ঋতুনি ঋতু নত্তে থন্দনা শাৎপা লৈ পানবা হৈ অরাৎপা লৈতনা হৌরি! হায়নৈ দালিহাগী লৈকোন্দা হৌরি মনমত্তা নমলুবদা, হেক চিল্লুবদা নহা ওইথোকপা, অহল ওইহনবা, মুত্তাইহনবা, রাম্থহনবা, অরা অনা কাউহনবা, পৃথ্বী পুম্বা শুম্মৎপা—অচুগুম্বা তাঙলবা লৈ কয়া। মাগী হৈকোলদা পাল্লি—হেক্লা চারুবদা অহলনা নহা ওইবা, নহানা অহল ওলহনবা, শকথিববুনা শক ফজহনবা ফজববুনা থিহনবা; হেক চারুবদা মুত্তাইদনা হায়ফম থওদবা মী পুম্নবু শুম্মৎপা—থুদক্তা জ্ঞান মাঙহনবা কয়া কয়া অমত্তা রাত্তনা হৌরি,—পাল্লি। হায়নৈ স্বর্গগী পারিজাততগী হৌনা মর্ত্ত্য পাতালগী নাতোনচাবী নাওইতোং ফাওবা শাৎলি হৌরি পাল্লি।

হৈপাল থুদীং লৈপাল থুদীং সেবা তৌননবা মী অমমম লৈ। কনানা নাপী ফোয়রী কনানা লৈবাক তৌবি, কনানা ঈশিং চাইরি—কনানা উনা উশা ককলি ফজনবা শেমলি। মথোয়বু পাম্নবা দফাদার কযানি—মথোয়না য়েংলি কনা কনা থবক শুদে

নোমন্নদে—থবক লেপ্পা অমত্তং উবদা দফানা চৈ পাহুন্না থবক লেপহন্দে। ওসিদি মবেম্মা লেঙলকলে হায়হুনা ছুটি পীহুনা পোখাহনখ্রে।

মুমিদাংঙাইরমগী সনা অঙিংবা মচু মাঙবা মেওথরক্লবা মুমিংকী মঙালনা য়ৈবদা—শাংলিবা কৈ পৃম্বা পাল্লিবা অমুনবা মন্দবা হৈ—অশংবা উনা-ঙানা; নাপী-শাংবী পৃম্বা মতা অমা ওইনা ফজরে। তাঞ্জা অসিদা ধরমসিং দাল্লিহা ঙৈকোন-লৈকেনগী মফম থুদোং চত্তুনা ফজবা অদু পূক্লীং পেল্লা য়েংলুরে। হৈনম লৈনম পুরবা মালওনা লিরি শিংপা কুঞ্জবনদা ফমহুনা অম্নবা উহৈ চাহুনা ঙারী-ঙাওই শাঙহুনা লেল্লুরে। মুমিং জাগ্রহুনা নোংপোক অতিয়াদা পুর্ণিমা থাজনা তরং তরং থোরক্তুনা লৈরং অনি অহুম কারকপা ফাওবা হৈকোন লৈকোন কুঞ্জবনদুদা কৈরবগা মখোয় অনি নোঙ্গা নোঙ্গা মনাঙ্কা লৈরিবা নূংগী য়ুমহুদা চত্তলকলে।

চাউরবা নূংগী য়ুম অদু অচৌবা কা অমা নত্তনা অতৈদি কা মচা কয়ামরুম থোক্লি খায়দোক্তই কা মচ শিং অদু য়োংকী থোঙ পাল্লি—মপান্দা চেকশিন্না শো লোল্লী—কা মচাশিং অদুদগী কা অচৌবদু য়োংবা য়ুমনায়দ, শন্দী অমত্তংলে। য়ুম অদুদগী থোকফম কা অচৌবা অদুগী থোঙ অদু নত্তনা অতৈ লৈতে। য়ুম অদু ওাকশেনবা কয়ানা চাকশিন মাইনা চেকশিন্না ওাকই—য়েংউ। থাঙৈশেংবদি চাউরবা নূংগী য়ুম অদু চাউরবা কৈশুমশঙ অমনি। দাল্লিহাগী লৈকোন্দা থবক শুরিবা পৃম্বদু—মাগী বন্দী ঙাক্তনি; বন্দীশিং অদুগী অহম্বা অনত্তঃ নত্তে—নিংথৌ, নিংথৌমচা মন্ত্রি সেনাপতি

অমম্বুং মখোয়গী মচামচা মশিনি। মখোয় খোইনবা ধরমসিংগী জায়দা থুরবনি—দালিহান মাগী থুৎন্নাইনি।

নুংগী য়ুমথংগী অচৌবা কাথুদা কচ্ছনা য়েক্কখোঙলবা অরাংবা তাংবল অনিদা মখোয় অনি চঙথুনা ফমখ্রে। কা অথুগী কোচিন মরিদা পাল্লিবা মৈরলনা তনিক তনিক ইভান ভাল্লি। ভাইথাক লৈরগা মখোয় অনিগী মমাঙদা বন্দীশিং অথু ভাকশেনবশিংগা লোয়ননা অমমমত ওইনা পুশিল্লক্লম্মী। বন্দীশিং অথু মথু ইপোন পোল্লি। মখোয় অদোংমক দালিহা ধরমসিং অনিবু থুরুম থুরুমলম্লগা মপান্দা পুথোক্খি মখোয় থুদোংমক্তা দালিহানা লৈ অমমম পী। মথু পুথুনা হরাও হরাও থোকখিং। শেন্নবশিংনা মখোয়বু মশা মশাগী কা তাম্না পুখি।

১০৬ শুবা বন্দী অথু পুশিল্লকলে। মহাক লম্মথুনবা বন্দীনি হায়থুনা শেন্নবশিংনা মখং তুংবুন্ননা পুশিল্লকখি। মখোয় অনীগী মাঙ য়ৌরক্লবদা বন্দী অথু দালিহাদা য়েংই—করেম্লনা মোমোন নোকই অথুগা ধরমসিংবু উবদা ওক্না থানা য়েংথুনা লৈ রা ভাংদে। শেন্নবশিংনা মঙোন্দা হায়—

"থুরম্মু।"

বন্দী লেঙদনা হান্নগুন্না থানা য়েংথুনা লৈ। ধরমসিং তুমিন্না লৈবা ভমলক্রে; ড়ংলথুনা হায়রক্কই—

"কবিগীদ হৈংলি অদুম্না! নক লুক থুরুমজো নথরাই হিৎপোইংজবদি।"

"নওবো! ধরমসিং নওবু থুরুম্বা! নও ভাওজবরা?"

চোইরবা মিং অহুনা অতোপ্পা মুপী অমা উখ্রে। মাগী মিংয়েং নায়েংনা মহাক মুপী অহুদা খোয়দাখ্রে হায়বা খঙলে। অহুবু মুপী অহু অতে কনা নত্তে—মাগী লোম্নবী মমানা পোকপা মনাও মুপীনি।

মুপীনা খাঙবা ওমদবা চৈমাখোল কয়াগী-লক্তা মানা মুংশিবা থুপানা মাবু থুংশিবীদ্রে চানবীদ্রে—অতোপ্প মুপীদা নিংয়েং তাখ্রে হায়বসিনি। কনাগুম্বী মুপীদি মাবু মুংশিবিদ্রবস্থ মানা অহুম মুংশিহুনা লৈ,—মুংশিজরিবা অহুদা লৈনবা শাড়জবা ওমজদে, লমন খুম্বগী রাখলস্থ লৈজদে—হোৎস হোৎনদে। অহুবু দালিহা-গুম্বী নাপন চাউবী মুপীদদি—লমন খুম্বগী রাখল পোক্কবা নত্তে' দালিহা হৌজিক ধরমসিংগী মথক্তা চপ৮না লমন করম্না খুমগদগে—মহুস্থ চপ মান্নবা থুজোইনা খুমগে থল্লকলে। মমাওমক্তদা অতোপ্পা মুপা অমদা মাগী মুংশিবহু হৈথরগে থল্লকলে। কনা ওইরিদগে মরাইবক ফবা থুপাদো?

থৌদোক অহু অহুক য়াম্না হকাহিল্লখোইদবনি—করিগুম্বা ধরমসিংনা দালিহাদা শেংমা হায়দোক্লম্লবদি। অমরোমদা ধরম-সিংনা খিজুং চেকশিল্লম্লবদি অহুস্থ থেংনরখোইদবনি!

মুমিং অহুগী অথেঙবা অহিংদা ধরমসিংগী মরূ ওইবা পাউ অমা য়ৌরকখি দালিহাদা। পাউ অহুগী অশঙ্বদি মহাক্না হায়বা মতু' ইম্না হৌনদবা থবক অমা পাঙথোক্কবা থাখিবা অহু থবক পাঙলহুনা হল্লকলে। খিন্দনা লৈবাক অহুগী মাঙতাক্লগী মশক ওইরবা থৌদোক অহু থোক্লরগনি। ধরমসিংগী জাল অহু মপূং

ফারে—লৌংথোক্লীংঙাই লৈত্রে। মুঙাইরবা পাউসি মশামক্না তমগে হায়না ধরমসিংগী কাদা চৎলুই। দালিহানা থোঙ থীন্দুনা কয়ারক কৌই—খুমলক্লে, থোঙস্থ হাংদোরক্লে। চিংনবনা থম্লবী দালিহা তম্না হল্লকুনা মাগী কাদা চঙখ্রে। অমুক পম্বা তৌদনা মাগী কা খুদোংমক উবা যম্লম্থ পানথত্নুনা য়েংলম্মী মহুদা উরিবা দৃশ্যহু মমঙদা ফাওবা উররোইদবা দৃশ্যনি।

শাউবনা লুতোন কারবী দালিহা—থল্লিবা রাথল মচিন্দা পল্লকলে—

"ইস! করম্না পুরকলিবা? কনাগী য়াথংনা কৈশুমশঙ থোঙ হাংদোকলিবা? ঐ ইশাতা নঙনা মন্ত্রিগী মচা ইনাউ য়াউনা ধরমসিংগী লাংদা থুরবা? মহুস্থ ঐগী য়ুমমক্তদা? জ্ঞান য়াওত্রবী লাইধিবীগুম্বী ইনাও......খর থিনথরবদি নুপীগী ইজ্জৎ মাঙবা তারবা... . কনা কন লৈ ঐগী ইতু ইল্লকউ।"

অসি হায়রত্নুনা শাউবনা হুমাং অনম্না কা-রবা পীগুম শুক্রবী দালিহা লমন খুম্নীংবা রাথলনা লমজীংতুনা মখোঙনা চেল্লকলে মনাইশিংগা লোয়ননা ধরমসিংগী কা তম্না কম্না কম্না থীল্লবা ফাওবদা থোঙহু হাংদোক্লমদে। মমৈদা দালিহাগী য়াথংনা মনাই-শিংনা থোঙপাক্লা কাওথায়ত্নুনা থোঙহু হাংদোক্লে—

থোঙ হাংদোকলে—

"ধরমসিংদি কদায়?"

মহাক লৈরমদরে। জ্ঞান মাঙসবী মফি-মরোল শেগাই-বীরবী হুপীমচা অতুতা লৈমায়দা তাত্নুনা লৈরম্মী।

দালিহা পাখৎপগা লোয়ননা মুপ্পীমচা অদুবু ক্যোনখৎখি। মফি-ময়োল শেমজিন শাজিন্না শাওরবা খোনফমনা—কি ক্রি কামনা লাউরকখি—

"হৌজিকমক খিরুচো—মী মচা! হৌন-খণ্ডবা! থাজবা মাণ্ডহনবা বিশ্বাসঘাটক ধরমসিং।"

মনাইশিং চৎখ্রে—মায়কৈ ফাংনা খিনখ্রে। অদুবু য়ুমগী করিণ্ডন্না মফমদা ধরমসিংবু উখিদ্রে। থাপুক্লা শগোল খুরুপ মখোল অমত্তং তাখি।

*                *                *                *

৭

মথংগী নুমিৎ খরনিগী তুং নুংদাং অমগী অনিগুবা য়ুথক হৌখ্রে। মহাক্না দালিহাগা উনখিবা হায়গী কাহুদনি—জয়সিং তাণ্ডবল মথক্তা ফমলি,—মনম নুংশিরবা ফজরবা নাচোমহুমক অহুম পায়রী। নুংশিরবা মিৎয়েংনা মখোণ্ড পায়না তুমিন্না ফমলিবী ফজরবী মালিনীবু য়েংলি। মালিনীগী মোল্লবা খুৎনা মখোণ্ডগী খুদোন্দু নোইহনা পায়হনা নীব্রকপদগী জ্ঞান তারকপদা ঙায়রি। মপুক্লুংদা খল্লি অণ্ডকপা থৌদোক্লি পুম্নমকসি মণ্ডলা? লাঙ্গৈশেংবন্নু মণ্ডোন্দদি মণ্ডগুন্বনি।

তশেং তশেংনা নীংশিংলি—মমাণ্ডগী নুমিত্তা মহাক্না বন্দী-শণ্ডহুদা ধরমসিংগী মমায়দা থৌবোম থন্নবা তিন শীৎচিনখিবা।

নীংশিংলি কৈশুমশঙ পান্নবশিংনা মাবু ফুখিবা, মখোঙ মখুৎ যোহ্লোং থাংনা পুনখিবা ওৎখিবা—কৈশুমশঙন্নুংদা জ্ঞান মাঙহুনা লোংনা তাখিবা। শেংলম-শেংকাহুনা মশেং মরাং ওইনা নীংশিংলি-অংগেংবা অহিংদা ভাব তাবোই তাদবোই লৈরিভৈদা মী থবনা মাবু পুন্দুনা পুথোরকখি মমবা কাহুদগী। থলি—মহাকপু হি অমদা হাপ্লগা তুরেলগী খোংন্নুংদা হিহু হোল্লকখি। মহাক তশেং তশেংনা নীংশিংলি--হিগী হিবান্দা ঈথক্কা জপ জপ য়েবা, নৌনা হিবান্দা গোং গোং থেংবা

হি অহু তপ্পা তপ্পা হোশ্লিল্লকখি থাবল করবা অহিংহুদা লৈকোন কয়া ফাওরকই হৈনম লৈনম্লা থল্লবা। মমৈদা পাক্লবা থয়ো থম্বালনা থম্লা শাৎলবা পাং অমা শমহুনা পাৎয়াই মক্তদা লাকখি: মমৈদা হিহু নাকল অনিদা লৈ-শু উরী ব্রারীনা থম্লা হৌরবা শুক্লবা চৌক্লবা খোংলম অমা ইম্লা হোল্লকখি। মমৈদা হিহু থুংখি—য়ুম অমগী মনাক্তা লৈবা নুংঙৌগী শিড়ি অমদা। শিড়িহুদা হিহু থাংলে মী মরিথক্লা মাবু হিদগী থাংথরগা শিড়িথক্তা থম্লম্মী। মাবু পুল্লিবা পুম্বা লৌথোকলে—অহুবু মশা লেংঙম শাঙমদে। মংমহুদা শিড়ি মনাক্তা পাল্লিবা খোঙহু হাংদোরকই, মন্নুংদগী থোরকখি ফজরবী নীংথিনা ফিজেৎ লৈতেংলবী নহা ওইরিবী মুপী মরিথক। মখোয়না ইকোয় কোয়না ওমশিন্দুনা ইনবোই থাংবোই য়ুন্নুংদা পুশিনখি। মাগী মশাহু মখোয়না পায়বদা লুক্রাকমুক য়াংবঙম তৌই। ফজরবী মরি অহুনা মাবু নীংথিনা লৈতেংলবা ঈক্লফম কা অমদা পুশিল্লক্লে।

মনম মুংশিরবা অঙ্গংবা ঈশিংনা মাবু তনৌরবী ফজবীশিংন্থনা তরু তরু ঈরুঙ্ঝথোকপীরে। অমোনবা অঙৌবা লুরবা ফিনা তপ্পা তপ্পা নান্ন তৈথোকপীরে—মশমদা মনম মুংশিরবা থাউ মশাদা মনম মুংশিরবা চন্দন তৈবীরে নানবীরে। মাগী মশম মনা হাত্তোকপীরে মফি মরোল শেৎচিনবীরে শামায় হাপ্পীরে অত্থুগী তুংদা ফজরবীশিং অতুনা মাবু থাংবোই করিওই—মখোংনা চৎপোই করিওই তৌনা মচু কয়াগী মৈ ঙান্না থাল্লবা গুরুং অমদা পুরম্মী। ফন-শাংনা চংলবা তুংদা নুংঙৌগী থাক থাক কাখৎলকলে—মমৈদা ফজরবা কা অমা য়োৌরে। নীংথিনা লৈতেংলবা ফজরবা তাঙবল অমদা মাবু ফমহল্লে। অত্থুদগী ফজরবী তানৌরবী লৈশাবী মরিমক্তু মাঙাখ্রে। মিকুপ খরদংগী মমুংদা ফজরবী মালিনী বাসন্তিনা তুং ইন্দুনা কা অত্থুগী নাকল অমদগী থোরকখি। মঙোন্দা লৈপরেং অত্থু লুককখি। অত্থুগা নাচোম অহুস্ত মথুত্তা পীরম্মী। মুংশিরবা নাচোমগী মনম ঙহুনা ঙাইহাক উইথবগুম তৌখি। ইকুই কুইদনা জ্ঞান তারকপদদি—মহাক কা অত্থুমক্তদা অহানবা লাকপদা দালিহাগা উনখিবা মফমত্থুমক্তদা ফমহনা লৈরম্মে। মমাঙদা ফম্লম্মী ফজরবী মালিনী। জয়সিংনা খল্লি—"ঐবু মঙলা তাই-বঙলা? জ্ঞান গাঙলবরা হায়দুনা মথন্তা মশাদা খুজিন্না শীকই—অনাবা ফাওই—মঙদি নত্তমাল্লে—মহাক তশেং তশেংনা তারে—

"ইবুঙো চান্নবা! ননাই মুপীবু ওক্তবীনি হায়বীগু। ঐসি নঙবু নীংজবী অমনী। অহানবা উজবমক্তদা নঙোন্দা থরাই হকচাং কংখ্রবীনি ঐবু চানবীয়ু—ননাই মুপীবু থোজানবীয়ু।"

“মিত্তা ফজবী। নঙনা ঐবু য়াম্না চানবীরে অদুবু ঐসি নঙনা মুংশিবীবা চানবীবদা মতিক চাবা মী নত্তে। ঐসে ওক্তবনি—মিৎ-য়াম্বনি--নঙ খঙত্রা ঐসে পাখঙ নত্তে মুপী লৈরবনি।”

“মুংশিবা! ঐসে মাগুম্না,--নঙগী চান্নবীগুম্না ফজরমদবা য়াই অদুবু ঐনা নঙবু মুংশিজবদি মঙোন্দগীদি তারম্মোই। নঙগী মুপীবু, লৈরবস্ু লৈত্রবস্ু, ঐনা মুংশিজবদা করি কায়বগে—নঙনবু মুংশিবিরদি চানবীরবদি।

“তীংদা-য়াঙদা ফজবী! নঙনা ঐবু মুংশিবিবদি ঐগী লাইবক ফবনি। অদুবু অমুক্তা শেংনা হায়য়ু—ঐসিবু মঙ মঙলিবরা?”

“ঐনা মুংশিজববু মঙনি খনবীরবদি নহাক্তী মুংশিহৈতবা অমনি। খম্মোয় হুবা চীংলেম্বা ইবুংঙো! খঙবীত্রা; মুপীগী অথোইবা লন ইকাইথীবনি অদুবু মুংশিজবা পামজবদুগী মফম-দদি ইকায় ইকি লৈজদে। নিংথৌগী মচা শক ফজবা ইবুঙো—ঐ নহাকপু কয়ামুক মুংশিজবগে নহাক হৌজিকফাও খঙবিত্রিবরা?”

“খাজ মানবী! নহাকপু ঐনা করম্না খাজরোইদৌরিবা? হায়য়ু অভিদি কদায়?”

“নহাক্তী রাখল হৌজিক খনবীরুখিনু মহাক মুঙাইনা লৈরি পোত্থাকমদা। থরায়গী মবুঙো ঐবু চানবীয়ু ওসি নোংমতদি ঐবু মুংশিবীয়ু।”

“শাবান ফজবী! ঐসে হৌজিক নঙগী বন্দীনি। বন্দীনবু মবেম্মগী য়াথং ঙাক্তবা ওম্বরা?”

"নিংথৌগী মচা শকহেনবা ! নঙদি ঐগী থরায়গী মবুঙোনি। নঙবু করম্না ঐগী বন্দী ওইগদগে ?"

"রাণি-লৈবী। ঐসে নঙগী শুম্মাংলাংদা থুরবা বন্দীনি। ঐবু লাংৎসিদ্রগী লৌথোকউ—নমিথুম মতুং কায়ইন ইন্দুনা লৈরগে।"

চায়থোইবা নঙবু, ঐনা পুনবা ঙম্বরা ? নহাক্না ননীং তম্না তৌনিংবা চৎনিংবা চানিংবা শক্নীংবা পুম্নমক কনানা থিংবা ঙমগনি।"

"য়াম্না-ফজবী ! নঙবু উদনা লৈংমদ্রবা ঐনি নহনা পুনিংবা মকমদা পুরো- হায়রো নঙগী য়াথং।"

অসি হায়না জয়সিংহ মালিনীগী মখুং নানা পাযরগা ফজববা য়ায়থোংহ য়েংহুনা মিং কুপ্তুনা য়া ঙাঙদনা মিকুপ থবদং লৈরম্মী। মালিনীসু য়েংলি মমিং কুপ্তুন—থল্লি "ওংোক্লম্ম ফজখ্রেদা"

মুংশ্রিরম্ন প্রপ প্রপ হেক্তিল্লকই--র -ঙাঙবা থোকশিল্লক্রে। মিংচিনা কুল্লপ কুল্লপ য়েংন মালিনী হৌগৎলকলে - ইঙ্গিত পীরবা মিৎয়েংনা জয়গী মায়থোং য়েংলগা- মশুৎ পায়হুনা চিংবথুম মপান্দা থোকখ্রে জযসু মতুং ইল্লকলি।

পুর্ণিমা মতুং নিনু কোনবগী থেংতক তৌরবা থাজহুনা মুনা শুংলবা অত্তিয়াদা তরং তরং থোকলি মথোয় অনি তপ্না তপ্না চৎখিহুনা সেরতী গুলাপ কুঞ্জবন্দা হান্না শেমহুনা থম্নবা লৈমক্তনা শারবা, শেম্নবা লৈগী ফমুং থক্তা কম্মিন্নৈ,—নাপচিন্না রারী শাই—মতম থরদি থা-থরানমিচাক শাংকায়রবা লৈ, কুঞ্জবন পুম্নমক কাউখ্রে উথিত্রে।

অম্মুম্না অহিংম্থ্র হৌগ্রে। অয়ুক অঙনবদা কজরবা শগোল মরিনা চিংলবা দলাই অমা দালিহাগী য়ুম মমাঙদা থাররে। থিন্দনা দলাই অত্থুদা দালিহা-বাসন্তি, জয়সিংহ-অভিরাম তোংলজুনা অয়ুকী মেঙলবা মুমিংকী মঙাললক্তা কাইদ-কাইদ থৌখি বিদর্ভ কোম্নুং তম্না।

নর্ম্মদা তোর্ব্বান্দা না'ইতোম শগোলথক্তা থরমসিং দালিহাগী দলাই থাপ্না উথি।

## ( ৭ )

# বসুমান যুবরাজ

১

উমং-রামং পাং-ভুরেল শমহুনা. মুংথিল মুংথিল উমংদা লোত্তুনা অহিং অহিং চেল্লকপনা ঙসিগা থানা মুমিং তরেংনি শুরে। চাউরবা হুয়জাওহ কণ্ডাওননবা লম থাইহুনা চেল্লথিবনা মাগী অমত্তা ঙায়রবী লোয়নবী অহুস্থু কদায় য়ৌগ্রে—থঙথিগ্রে। মুমিং নিনি চুপ্পা হায়নবা মফমদা ঙাইরবা ফাওবা থেংনথিগ্রে,—করি থোক্লমগবা? নিংদোন পোম্না উমংদা অফংবা উহৈ-রাহৈ চাহুনা মুমিং তরেংনি লেল্লকলে। মাবু ভাম্নবা কাওবু য়াম্না থাপহৌরে থল্লি। মুংশাথীব হাইকেং ফরকপদা মশা অহু চোকথবা হেনগংলকই---বিদর্ভ তাবা লম্বীদা তপনা চংপা হৌরকপদা ঙায়রি। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদা চৌংলম্বীদগী হেক হাইথরমদাই লমলোং অহুম ফাংবদা য়ৌরকই। চৌংগী নাপোম নাপোমদা য়েং ওইদা অচৌবা লম্বী অনি চংথি—মাঙলোমদা ভম্প্রাকলোমদা চাউরবা লম্বী অমস্থু চংথি। কররুনা বিদর্ভ য়ৌগদবনো অরেপ্পা থঙদে—মীমু অমত্তা চত্তে।

মহাক চৌংয়াগী লম্বী ময়াদা হৌবা অশুকপা উমংগা তাইনবা মনা পূংলবা উপাম্বী অমগী মথক্তা কাখংখ্রে। উনা পূংলবা মীনা উত্রবা উশা অনি তাইনবা মফমদা তোংহুনা মুংথিলহুমা লেম্লনবা তুমিন্না ফমলি। দশু অনয়োমগী তুংদা খুংলাই পায়বা মুপা অনিথক লাকুনা উহুগী উখোওদা পোত্থারম্মী। মুপা অনিহু লাউনা লাউনা য়ায়ৌ শায়ৌ। উথক্তা মহাক্না নাশোন পীক্না লেওদনা ফমহুনা তারি মখোয়গী য়ায়ৌহু।

অহানবা মুপা—মুমিং কয়ানি শুরে ঐখোয়না খিন্নিবসে?

অনিশুবা মুপা—তরেংনি শুরে।

অহানবা—লায়না মাঙখ্রেদা—খোঙ্গুলফাও মাঙখরে।

অনিশুবা—হোয়নে ঐখোয় চান চঙহুনা খিববু, হৌজিক ফাওবা করিমত্তা হেক কান্নদেদা

অহানবা—হৈশিংখ্রেদা মহুগী মুপা মচাহু শরিং শরানা হৈরিবা। অঙকপনি মানা নাম্নোকখিবহু! থাঙ শক্তুনা ঐখোয় তরানা কোয়শিনবনি; মানা হাইবা থাঙহাইদা ঐখোয় মী মরি অমুক্তদা হাইদত্তুনা—ইন্নায় লায়না নাম্নোকখি-কদাইদা লোৎখিবা কনাম্না খঙদে। হুয়জাওহু থাদোক্তুনা খিবনি।

অনিশুবা—হুয়হু অমুক্তং খোংখিবশুম তৌই—চঙশিন্দুনা য়েংলুবদা মকোকা মশাগা তোঙান তোঙান তাহুনা লৈরম্মী, অঙকপনি করম্না হাংখিবা! খোঙ্গুল অমত্তম্না তারনদে—শোংপেক লাউখিদে কদাইদা লৈখিবা কনাম্না খঙদে।

অহানবা—নখোয় উ কাহুনা য়েংবদাই
অনিগুবা—য়েংই, অহুবু উরিসু উদে। উথকপু থেংনদে। মুমিং অহুমক্তদগী ঐখোয় সুপা চামা চাইখোক্তুনা মাবু থিবনি। য়াম্না মুন্না খিপ্রবনি। অউপ্পা উনা লোং, অরোংবা উনা উপ খিপ্রবা মকমদা অমুক হন্জিন থি—অহুম ফংখিত্রে ভসি ফাও থিরি—করিগুবা বিদর্ভ লম্বীদা চৎলম্বা য়াই থন্দুনা ঐখোয় অসোয়বদা লাকপনি—অহুবু কদায় মাগী থোঙ্গুল! অতগা সুপা মচা অমহুদি কমদোগ্রে ফারবরা ?
অহানবা—মাদি ফারে হায়।
অনিগুবা—কমদোনা কায়
অহানবা—ঐখোয়না হুয়জাওহু থাদোকপা কান্দা মখোয় অনি তোথাই তোথাই চেনখিদনা ঐখোয়না মাগী মহুং ইন্না ভান্নখি; নখোয়না সুপামচা অমহু ভাইদনা।
অনিগুবা—উম।
অহানবা—অমহুসু হৈত-লাক্তবা নত্তে। মাগী মথুক্ত—ভাম্নকবা ঐখোয় মী ৬|৭ অশোক অপন নংখ্রবনি। ফাবা ভমহৌত্রবনি ঐখোয় থিফম থভত্রবনি।
অনিগুবা—অহুদি কনানা করম্না ফায় ?
অহানবা—লাইবক ফহুনা ফাবনি।! ঐখোয়না কাদি ভমপোং নত্তে।
অনিগুবা—করম্না ফারিবা !

অঙ্গাঙবা—নর্ম্মদা ঘাটতা বাসন্তিগী যুমদু খঙ্গইদ্রা ?
অনিশুবা—খঙই ।

"মদুদা ফারিবা"
"কনানা"
"বাসন্তিনা"
"করম্না"
"বাসন্তিগী যুমদুদা হৈন্না য়াম্না হৌই-পাল্লিদনা।"
"উম"

"সুমিৎ নিনিগী তুংদা সুপা মচাদু য়ারমদে—মদুদা চঙদুনা হৈ অমুনবা অমা চারুবদা মক্যোক ভাওদুনা লেঙওৎপা ঙমদনা লৈরম্মী । মতমদুদা বাসন্তি ঘাটতা ঈরুব্রবা লাকপদা থেংনদুনা মানা অদুম পুখ্রে হায়। পাউদু হেক ফংবগা ঐখোয়বু নখোইরোমদা থারকপনি । অদু অঙকপা রা অমা তারবরা ?"

"করি য়ানো ?"
"সুপা মচাদো সুপা মচা ওইরমদ্রে সুপ্পীমচা লৈশাবী ওইরম্মে হায়নে ।"
"অওইবরা ? ঐদি হায়দগী অদুম চিংনরবনি । ঐখোয়না ফাজরম্লদি ফগদবনি "
"করিগী ?"
"লুহোংগনিদ্রা—ঐগী সুপী লৈত্রি ।"
"নঙনা লৌবদি কৈদৈ য়াগদগে ?"
"অদুদি নঙ লৌগে হায়রিবরা ?"

"লৌদবদে। নবুঙো ঐনা লৌদনা নঙগুম্বা শকখিবা নঙনা লৌবা য়াব্রা ?"

"অদুম্বকা হায়ম্লু—থাঙ চানি।"

"য়েংনসি হায়রিবরা ?"

"নরিল লৈরগা থোরকউদনা।"

মখোয় অনি মাগী মাগী থাঙ শৎনদুনা থাঙগী বাক ভৌন-রকপা মতমদুমক্তা মায়ৈগে অদোমদা শগোল তোংবা মুপা অমা লাকখি—মানা লাউরকই—

"ঙাইখো।"

মখোয় অনিমক চপ কেপ্পী।

"করি তৌরে—করি মরমগীনো ?"

মখোয় অনিমক—মানা মচিন থীরিবা!

শগোলতোংবা—নখোয় অদুম্বা শৎনবা মতম নত্তে। কদায় নখোয়না তাম্নখিবদুগী গোঙ্গুল ফংলব্রা ?

অনিমক—ফংদ্রি।

শগোলতোংবা—অদুদি নখোয় অনি ওইরোম থংবা লম্বী-সিদা চৎখ্রো—ঐনা নোংলামদা চংগ্রগে। ফংদ্রিবা ফাওবা তাম্ন-গদবনি।

মখোয় নাকল অমমমদা হাইদোক্তুনা চৎনখ্রে।

বসুমতীনা মুম্না উহৌই—শগোলতোংবা মুপাদু থরম-সিংহনি।

২

নর্ম্মদা মপান্দগী ক্রোস অনিরোম ওইরোমদা চৎলগা শুক্লবা জঙ্গল অমা লৈ। জঙ্গল অসি বিদর্ভ লৈবাক্কী অরাং লোইথম মক্তা লৈবনি। মী চঙবদা কিনরবা জাগানি। মফমসিদা লমগী শা কয়া কাতু-কারল চত্তুন লৈ। অতুম ওইনমক মীনা কিন-রিবসি—শাহিং চাবা লমগী শাশিং অত্তুবু নত্তে। মফম অসে কজ্রবা মী কাঙবু অমগী য়াকাফমনি। ফজ্রবশিং অসি হিংচা য়াইত্তবনি—মশা-মশাগী কান্নবগীদমক মখোয়না তৌদবা থবক লৈরে। মখোয়গী মফমদা ধর্ম্ম, ধর্ম্ম নত্তবা, অচোপ অরেম চৎনবী ব্যবহার অফ-ফত্ত সমাজ লৈবাক নিংথৌ মীনুংশি খঙবা খঙদবা করিমত্তা লৈত্তে। মশাগী কান্নবা তৌবনা মখোয়গীদি নিত্তিনি ধর্ম্মনি, অচুম্বনি। মখোয় পূম্বা মশাগী কান্ননি হায়রবদি মী হাৎলি, পুল্লি, শেন-মুল্লি মুপী নহা ওৎ-নৈ; অচৌ অশাংগী মচা মগু ফারগা শম্নীং হল্লী; শম্না হায়রবদা—মী অহিংববু চোপ চোপ চায় হায়বা য়াই মখোয়গী মশাদা ইকাইবা, ইজ্জৎ থৌনা হৌনবা তৌনদবা করিমত্তা লৈত্তে। মশাগীবু কান্নি হায়না থল্লবদি মীখোঙ পায়দুনা হায়জবদগীনা মীবু থাঙনা চোপ চোপ য়াল্দুনা হাৎপা ফাওবা ঙমই। মখোয়না মতু শোনববু তুহৎলি মমাম্নবা মখোয়গা থেংনবা ওম্বগী মফমদা চীরোন তৌই, মখোঙ নোই—মত্তুদা হঙ্গোইবা হালেংবা লৈত্তে। অসিগুম্বা কাঙবু অসিগী লুচিংবদি ধরমসিংহনি। মাগী মখাদা মাগুম্বা, রাখল

মাস্নবা মী লিশিং অমা হেন্না পুন্না লৈন্থনা মকম অসিদা উৎ-পাংকী থবক ভৌরম্মী।

তাগ্নী খোঙবালগী লাম্দা শাখীনা শোক্কুনা মালিন্নীগী য়ুমদা লাইয়েংলবা মতুং থা অনিগী তুংদা ওসি—মহাক মশা অহু চপ চানা করুখরা—হাম্নগী শাঙ্গল হুজিলবরা—অনৌবা থবক অমুক পায়থংপা ওম্নগত্রা—মতুগী চাংয়েং ভৌননবা জজন অসিদা শেম-শারম্মী। মখোয় ময়াম তেন কাপ্পা তা-লংবা—খুৎচুম্বা অমস্নুং শাম্না চংপা ভাম্নরম্মী। থরমসিং মশামক শগোল তোংহুনা কমা থৌবা শগোল ভোংনা তোংনা তেন কাপ্পা তা হুনবা থাঙ হাইহুনা য়েরুবগী মুর্ত্তি শারিবা অতুদা য়ানবা থিনবা অসিমচিংবা কয়া অভ্যাস ভৌরম্মী। মুমিৎ য়ুংলক্লবদা মখোয় লোইনা উনা পূংলবা উগী মরুমদা পোথারম্মী থরনসিংস্নু উনা পূংলবা খোংনাং অমগী মখোঙদা নাশীথক্তা ফম্নহুনা অশাবা যঙ্গোম্নচিংবা থকলি, উহৈ-রাহৈ চায়—মশা ভেকথংহল্লি। ডাইহাক পোথাবদা মখোয় মশেল বাম্নী শারি—কনানা ঈশৈ শকলি।

থরমসিং মশা মথক্তা হাম্নগী মপাঙ্গল হৈশিংবা পুম্ন অমুক হুজিলে—মপূং ফানা অনাম্না ফরে থম্দুনা মুডাইরি মক্তাং অসিদা শগোল ভোংবা অমা শগোল থোংজিল্লকই। শগোলদগী কুমথরগা মনাক্তা চঙ্গলকুনা মডোন্দা থুরুম্মী।

"রিরসিং—করি পাউ?"

"নমাই ঐহাক কুন্তুমপুরদগী লাকচবনি। মন্ত্রিনা হাম্নরকই মহাক ইঙ্গোরা হাম্নবা মতুং ইম্না শেম-শাজ্ননা লৈজরে। লাম্নী

তেঙ্গোল পুন্থনা বিদর্ভ তম্না থোঙ শাম্নকনি—মুক্তিং কুম্নগী মনুংদা য়ৌরকনি।"

"মচাকী লাম্মী কয়ানো?"

"শগোল শামু দলাই থোঙমী থাম্নগা লিশীং তম্নাগী মথক্তি। ইঙোদা হায়জকই—ইচা হাৎখিবগী লমন শিংদবা য়াদে।"

"কুশুমপুর নিংথৌগী পাউদি করি?

"কুশুমপুর মহারাজ আম্রকুঞ্জগী শিব-মন্দির মুংদা উমা শঙ্কর পুন্দা লেঙশিনখিবদগী অদুম থোরকখিত্রে। কদাইদা লৈবগে থঙদে হায়। লৈবাক্ত নিনফুং নিনফুং ভাগুনবদি মন্ত্রিনা মাবু লোম্না হাৎখ্রে হায়নৈ। কুশুমপুরদি হৌজিক মন্ত্রিগী খুত্তা লৈ।"

"য়াম্না ফত্রে ঐখোয় শেম শাদুনা লৈগদবনি ভসিদগী কুম্মী হেক শুবা মুমিত্তা বিদর্ভ লান্দাগদবনি চৎলো চৎলো নহাক পোত্থাজরুরো।"

ভাইহাক লৈরগা—দণ্ড মথায় অমরোম পোত্থারবা তুংদা অমুক—মখোয় পূম্বা অয়ুক চাকচমাওগী লৈরিবা দণ্ডত্থমা থুংলাই অভ্যাস তৌরম্মী। মুমং য়ুংবা মতুং দণ্ড অনি হৌত্রবদা মখোয় পূম্বা লানশঙদা চঙলক্তুনা অয়ুক্কী চাকলেন চাননবা শেম শারম্মী। ধরমসিংনা মাগী লানশঙদা চঙলকপা মতম অতুমক্তদা অরানবা ফিজেৎ শেৎপা লাম্মী অমা চঙলক্তুনা মঙোন্দা থুরুমলম্মী।

"ছত্রসিং করি পাউ—সেনাপতি উনরক্লবরা"

"উনজরকলে ইঙোনা হায়বা পূম্বা মহাক য়াহৌরে। ইঙোনা লানফম হেক য়ৌরকপগা—লাম্মী পূম্বগা মহাক ঐখোইরোমদা চঙজরকনি।"

"মন্ত্রিনদি করি হায়রকই।"

"মহাকস্থ য়াদি য়াহৌই—অদুবু মনাই মশলনা শেন্নহুনা লৈবা নিংথৌবু লোম্না লমনখুম্বা অরুবা থবকনি হায়হৌই। মখোয়না পীরকপা চিঠিশিংস্থ য়েংবীয়ু।"

''ফরে ওসিদগী কুম্নীশুবা সুমিত্তা ঐংখোয় বিদর্ভদা লান্দাগদবনি নংস্থ পোথাক্নরে।

''মশাইগোন্দা চঙজকম নিরয়বা মপাবু য়েক্নবগী খুত্তা পীথোকখিবা বিদর্ভ নিংথৌ হন্দক্তি লিংকম লৈত্রেদো।" থম্না থন্না মথরাই মুঙাইনা চিঠিশিং অদু পানা পানা থরমসিং মাগী চাফম কাদা চঙহুনা চাকলুক্তা কন্না মতম অতুমক্তদা শগোল তোংবা ময়াম শগোল খুরুপ থৌবগী মখোল তাখি—মানা লৈরিবা য়ুম অদুমক্তদা মৈগী তেন অমস্থ পাল্লি—ময়াম রা রা লাউনরক্লি শঙ খর মৈ চাক্লকলে মী খর খুংলাইনা পানবগী—অশোক অনা খোঞ্জেল তারকলে ; লাউনরকলে "বস্থমান যুবরাজ বস্থমান যুবরাজ" মনাই অমা লাক্তুনা মঙোন্দা হঙংলৈ—বস্থমান যুবরাজনা লান্দারকলে। খুংলৈ থুনা থরমসিং খুংলাই শুনা পায়হুনা মপান থোকখ্রে। শগোল শাজে থাদুনা কম্না থৌত্রে।

৩

বিদর্ভ লৈবাক্কী রাজপথনি ! চীংলেম্না কজরবা নিংথৌগী সনা সজাইগী নোংপোক থোঙ মরাদা চুমজ্রীং চুম্না খা-রাং ইম্না

চৎখ্রি হৈরেকোন লৈরেকোন কয়া ফাওনা। নুংনা ঈংগ্রী শিংলবা পাক-চাউরবা লম্বীনি। লম্বীগী নাকন্দা পরেং পরেং হৌরি উনা পূ্ংলবা চুম্লবা মখল মচুগী লৈ শাংলবা উ পাম্বী কয়া; লম্বীগী ময়ায়দা নাকল্দা মরক মরক্তা মখল মচু কয়াগী লৈশাংলবা লৈ পাম্বী কয়া হৌরি—লৈগী কুঞ্জবন কয়া লৈরি য়েংবদা পূক্নীং হুরি। ঙসিদি লম্বী অসিদা নীংথিনা ফিরেং লৈতেংবা ফজনা শেং-চারবা মী কয়া -সুপা সুপী পাখং লৈশা অঙাং কয়া হরাউনা নোকখেত্নুনা চৎলি। মখোয় পূম্বা বিদর্ভ কোন্নুংদগী পরেং পরেং থোরকলি। কোন্নুংদা চঙ্খিবস্থু কোঙ্গাইনি। ঙসিদি বিদর্ভ কোন্নুংগী সখোঙ পূম্বা লাংনা হাংদুনা অশিংবা লৈ তনা প্রজা কয়া চাখোক চৎশিন তৌরি। কোন্নুংদগী থোরকলিবা পূম্বা অমমম অনি অনি নত্রগা কাওবু কাওবু মাইনা নোকখেনা লাওনা রারী রাস্তায় শানা চৎলি, অথাম্বনা হায়নৈ—"ওস্থোকপা লুহোংবনি।"

কোন্নুংদগী থোরকলিবা পূম্বা ফিরোন অচা-অংক সনা-লুপা দক্ষিণা য়াম্না পুত্নুনা হরাউনা ময়ুম ময়ুমদা চম্লরকলি। মতম অহু সুমিৎ তাগদবা লৈরুং অমা অনিতা ঙায়শিল্লকলে। মতম অসিদা বিদর্ভ কোন্নুংগী নোংপোক থোঙলোমদা অঙম্বা অনি রারী শানা শানা থোরকলি—মখোয় অনমক থরায় য়াম্না নুঙাইনা উই—

"ঙসিগী লুহোংবসি অঙকপা লুহোংবনিকো।"

"মাম্নি চম্বনা হেক্তা ঙকখ্রে। ঐখোয়গী মঙ্গাইবেম্মা ভদ্রানা কজরিবা। কয়িগীনো যুবরাজনা মশানক লুহোংফাস কম্মত্রিবা? মরম খঙব্রা?

"মুন্নদি খওদে। ঐনা তাবদি মাগী রাশক অমা থুংত্রি হায়। অহুনা মাগী থাও অহুনা মাগী মহুৎ শিন্দুনা বড় ওইবানি হায়।"

"অহুদা মাগী থাও অহুদা লৈ-হুকপহুদি—অরিং অরাং ভারেদো!"

"অহুনবু হায়বনি লুহোংবসি অওকপা লুহোংবনি।"

"মজাইবেম্মা ভত্রাবু যুবরাজগা লৈমিন্নরোইত্রা?"

"কদায়দগী লৈমিন্নগদগে? যুবরাজগী রাশক লোইত্রিবা ফাওবা তোঙান তোঙান লৈগদবনি।"

"কয়া কুইনি হায়বগে রাশক লোইগদবা?"

"থা অমা রাংলি হায়।"

"লুহোংবসি মতম খর য়ৈথোকপদি য়াদবরা?"

"মহারাজনা পাঞ্জি শওলাকপগা তান্নবদা ওসিগী মুমিৎসিদগী হেন্দোকপ্রবদি মজাইবেম্মগী লুহোংফাল লৈত্রে হায়।"

"শওলাকপনা হায়বসু হায়বনি, ঐথোয়গী মহারাজসু হন্দকী লান্দা যুবরাজনা তৌখিবহু কাউবা য়াপোৎ নত্তে। মজাইবেম্মা থাজহুনা মহুগী লমন শিংগে হায়বসি মহারাজগী আশানি।

"অহুগা থা অমগী তুংদদি দক্ষিণায়নসু হৌত্রে, লৈবাকী চংনবী মতুং ইন্না লুহোং-খোংদোংবসু য়াদ্রেদো।"

"অহুনা ওইবা তাই অশুক থুনা হোওখ্রিবসি।"

"অহুগা যুবরাজগী মথোনা লান্দা হৈশিংবা অওকপনিকো।"

"অওইবনি। অওকপা থৌনানি—অওকপা লাম্হোং মশীন্নী

ঐখোয়গী যুবরাজ মপন্থনা লম্মী খজিক্তনা, অতুক চাউশ্রবা যামশ্রবা কুসুমপুরগী লাম্মী পুম্বা মায়থিবা পীবতা নতুনা মখোয়গী লুচিংবা মন্ত্রিহু ফাহুনা কৈশুমশঙদা বন্দী থমলিদো হৌজিক।"

"অতুদসু নত্তে. ঐখোয়গী লৈবাক্তা কিনরবা য়েক্লবা ধরমসিংগী দাকু মকোন্দো থুগাইবতা নত্তনা—য়েক্লবগী মতেঙ পাংবা লাকপা ধরমসিং অমদি দস্যু সরদার অতুবুসু ফাকথেনবা লানকমদা মায়থিবা পীশ্রবনি। যুবরাজগী মথুত্তা দস্যু সরদার মথরায় থাশ্রবনি। ধরমসিং মশামক শাথিনা শোক্তুনা লানকমদগী মথরাই পুহুনা চেনখিবনি।"

"মহাক কদাইদা চেনখ্রে ?"

"কনানা খঙনি, জঙ্গলদা মকোন অমা লৈরম্বসু য়াই।"

"লান হেক মমাঙদা যুবরাজনা ঐখোয়গী সেনাপতিবু ফাহুনা কৈশুমশঙদা থমখিবদো করিগীনো খঙবরা ?"

"ধরমসিংগা মাগা লোতুনরম্মী হায়নে।"

"করম্না ?"

"লান হেক হৌবগা লানকমদা মহাক্না ঐখোয়গী লাম্মী পুম্বগা য়েক্লবা ধরমসিংগী মীচঙ ওইহুনা ঐখোয়রোমদা ওনশিন্দুনা মহারাজগী মথক্তা লান্দানবা শীল্লম্মীবনি।"

"অতুম তৌরম্লবদি ঐখোয়গী মহারাজ করি থোক্লমগবা ! অতুগা অশুক কশ্রবা সেনাপতিদা করম্না অশুক কল্লবা নরাল শীরিবা !"

"ইস মহাকপু ফারগা কৈশুমশঙদা থম্বদা অচৌবা কাণ্ড অমা থোকশ্রবনি। মতুস্নু লান চংকদবা নোংমতা ওায়রবদনি।"

"ঐখোয়গী মহারাজনদি করি হায় ?"

"করি ত্তৌনি মাদি—যুবরাজনবু হায়রবদি য়াদবা ওমদবনি।"

"প্রমাণবু লৈ হায়বরা ?"

"অদুবুদি বিচার মতমদা থঙনিদনা। ঐনা তাবদি—ধরমসিংনা মঙোন্দা ইরকপা চিঠি অমদি সেনাপতিনা ধরমসিংদা ইরম্বা চিঠি অনিমক যুবরাজনা ফংলে; চিঠি পুরম্বা লাম্মীহুম্ব ফাহুনা কৈশুমশঙদা লৈরি হায়।"

"ইস! ত্তৌবা ওম্নমলেদা ?"

"শউন্না থুম্বা পুকপু কনানা খঙবা ওম্বা ?"

"ইসিগী লুহোংবসদা মন্ত্রি মকোক উদে—মাবু কদায়দা চংশ্রবগে ?"

"এঃ তান্ত্রিলোইরে মীপুম্বা রা মা লাউনরবসিবু মাম্নু ফাহুনা কৈশুমশঙদা লৈ"

"করিগীনি হায়বগে ?"

"মহারাজবু লোম্না হাৎননবা হোৎনরম্মী হায়নে।"

"ইস: মন্ত্রি মকোক্নরো! কনানা খঙলকই!"

"কনানা ওইপদগে যুবরাজনিদনা ?"

"করম্না থেংনরকই হায়বগে ?"

"ঐম্না তারকপদি—মন্ত্রি মকোক অসি লোম্না মহারাজগী তুম্ফম কাদা য়ুখল মরুমদা লোত্তুনা লৈরম্মী হায়। মহারাজনা নেপথ্রবদা কোম্না খোরক্তুম্না ছুরিনা চিক্নুনা হাংবে হায়রনা ছুরী অহু হেক থাঙংলকপমক্তদা যুবরাজ চোংশিল্লক্তুম্না মখুত্তগী ছুরীহু

মৈথংখি। মতমত্তুদা মিকপ থোক্লবা মহারাজনা উখি চেনগে ভৌরম্নবা মন্ত্রিহু যুবরাজনা চোংশিন্দুনা ফখি। চেনবা নম্ভহৌত্রবা মন্ত্রি মকোক গণ্ডি লৈত্তুনা মহারাজদা চঙজখি- মাগী মরাল অহু য়াঙখি মহারাজগী মায়াখংনা মহাক ভৌজিক কৈশুমশঙদা লৈরি।"

"যুবরাজদি মসিগী রাদি করম্না খঙলিবা?"

"নঙন্থু য়াওইদনা ধরমসিংগী মকোন থুগাইবদো?"

"কোয় ঐখোয়গী যুবরাজগী পৌনাদো।

"তান্থাং শীনবনা থৌরবা মথুংনা চুমলিবা, শাইরক লৌশিংনা খিংজিবা মতম অমুক কুইবা সেনাপতি মন্ত্রি মকোক্লা কয়ারক হম্না লান্দাকুনগু থুগাইবা শংকতম ওমজ্রবা- হম্না হম্না ধরমসিংগী মথুঙা মায়থীদুনভা হল্লক্লবা—মহারাজ মশামক কাওবা মায়থীবা কংত্রবা—অহুক চাউবা- কল্লবা লানকম্না কোয়শিন্দবা ধরমসিংগী মকোন্দো—ঐখোয়গী যুবরাজগী থৌনা অমদি কৈশিংবনা লাম্মী থজিজ্জগা লোম্নননা ঊরায় লায়ন থুগাইখি মখোয় দাকু ময়াম তাকতক তেনা হাংখি। লেমজৌবা দাকু থরদং পুম্বনা ধরমসিং হাথু-হাথু লোম্ন চেনখিবনি মাগী লানশঙ থুগাইবদা মন্ত্রি মকোক্লা ইরকপা চিঠি অমা কংখি হায়। অহুদগী যুবরাজনা চিন্নবগা জোয়ননা মাবু শেল্লকংনি! চুমিং অহু মহারাজ চেপকম কয়দা ওম্না লেংশিনখি। মন্ত্রি মকোক্লা লৈবাকী অকবা পাউ হঙংকনি হায়জিন্দুনা নিংথেমম্না চেপকম কান্দা অহিংগী অনিশুবা মুক্কলা চঙখিবনি; অহুদগী শিংথেমগী খিদায় লৌহুনা

থোকখিবা শাতুনা চংশ্রুগা চখ্রি চত্তুনা য়ুখল মরুমদা লৈইশিন্দুনা মতম ঙাইহ্নুনা লৈখিবনি। পাউ অদু ফংদুনা যুবরাজনা অহুমশুবা য়ুথক হৌগৎলকপদা নিংথেমগী মঙ্গাইন্নুংদা চঙলকপমক্তদা থোকখিবা থৌদোক্কী। খক্তিক্কং খীল্বরম্লবদি মহারাজ নোঙ্গারম্মগদবনি।"

"করিগীনো অদুক করম্বা মন্ত্রী মকোক্না অসিগুম্বা হৌনখঙদ্রবা শাক্কং চৎলকলিবসে ?"

"খঙদেনে;—ঐনা থাজবা মরম অমদি লৈ। নঙ খঙইদনা মঙ্গাইবেম্মা ভদ্রাসি মচানুপাগী হায়নৈদনা—মঙ্গাইবেম্মনদি য়াদেদনা অদুবু মহারাজদি য়ানিং য়ানিং তৌরবনি। মাদি আশা তৌজরক্রবনি—ঐথোয়গী মহারাজগী তুংদা মচা নুপানা লৈবাকী মপু ওইবা শোয়দ্রে। অদুদগীদি ঐখোয়গী যুবরাজ লাকলেদনা—মাগী থবক থৌরম্না মহারাজনা মানা হায়বমথৈ য়ারকলে, লোইনা শুপচিন্নকপেদো—অদুদগীদি কল্লকপনা পল্লকুনা নিংথৌ হাৎপগী মরালদু যুবরাজদা থৈইজিনগে, মাবু মাঙহনগে অদুগা মচানা নিংথৌ ওইহন্নবা হায়দুনা সেনাপতিগা ব্রা তান্নবনি মদুগী খুদোংচাবদু থোক্লবা শীল্লিবনা ধরমসিংনি।"

"ধরমসিংগী অপাম্বদি করিনো ?"

"ধরমসিংগা মন্ত্রিগী মচাগা মমাইংদা য়াম্না লুনা তিন্নবনি। অদুগা ঐনা অসুম লিনফুং নিনফুং তাবদি যুবরাজ অসে ধরমসিংগী য়াম্না শাথীনা য়েক্লবা অমনি হায়। মাবু মাঙহন্নবা মানা তৌরোইদবা থবক লৈতে হায়।

"কুশুমপুরগী মন্ত্রিনা লান্দারকপগী মরম খঙবরা ?"

"মহাক্ত থরমসিংগী থৌশিল্লি হায়। অদুগা ঐখোয়গী যুবরাজ বসুমান অসিমক্তি লান্দি হৈকো।"

"হোয়নে,—মশক্না ফজরিবা, থৌনানা করিবা, লান-না হৈরিবা, লাম্হোং শীনবনা হৈরিবা মানা শীক্লিন্নবা খণ্ডদ-হৈত্তবা থুংলাই অমত্তা লৈতে। হন্নক্কী লান অদুদা মানা কাপখিবা তেন লংখিবা তা, হুনখিবা গদা, থুংলাই অমত্তা লেপ্পা মাঙদে, যেক্লবগী মথরাই লৌদবা য়াওদে। মানা শগোল তোংদুনা থাঙ হাইদুনা হোৎচিনখিবা—য়েক্লবা অমত্তা মমাঙদা লেপ্পা ঙমদে— ঙম্না য়েন্দেম থারাম শোইরগুম শোইদুনা হাৎপনি; লানকম অদুগী মকম শীস্লুনা মাবু উই; মাগী য়াথং মীপুম থুদীং খঙই মকম থুদীংদা তায় মানা লুচিংলবদ: লান জয় ওইরোইদবা লৈতে।"

"মতম খজিক্কী মনুঙসিদা মানা ঐখোয়গী লৈবাক্কী কান্নবা কয়া য়ান্না তৌরবা, শীংখাদুনা লোইবা নত্তে।"

"মহাক লৈরমক্রবাদ লৈবাক অসি অমুকতোইনা কাংথোং চাইরমগদবনি।"

নিংথেম্নগা অহল ওইশিল্লকপা, মচান্নুপা লৈত্তবনা পানা থোক্লা মাগী মত্তেঙ পাংবিনিঙ্গাই লৈত্তবা—মন্ত্রি সেনাপতিনা মনীং-মথা তম্নকপা, মশাগীতা য়েংলকপা, মীরৈবাক্কী য়েক্লবনা মিংয়েং চঙশিল্লকপা—প্রজা ঐখোয় অমুক্তোইনা অরাবনা লৈফম খঙলম্মোইদবনি; অরাবগী ঙমখৈ লৈরমলোই। কাঙবু কাঙবু মহৈ-মহৈ য়ান্নদুনা—নিংথো পান্নবা লৈবাকুম প্রজা ঐখোয়

তৌফম খণ্ডদনা চমমমহুনা হায়নিঙাই লৈতনা য়ায়রগনি, শুফম চাফম লৈফম খণ্ডদনা অৱাবগী ঙমখৈ লৈরমলোই ।

"ইসঃ কৱিবু হায়রনি ! নিংথৌ পান্দবা লেবাক ওইহুনা প্রজা ঐখোয় ভণ্ড তাদনা করি থোক্লগদগে—শিগত্রা-হিংগত্রা—চাবা ফংগত্রা ফংলোইত্রা খণ্ডদনা কয়া য়ারমগদবা ?"

"ঈশ্বরনা মক্তম চানা যুবরাজ অসিনু ঐখোয়গী লৈবাক্তা থাবীরক্লবনি ।"

"যুবরাজ লাক্লিকৈদা ঐখোয়গী নিংথেম কয়া মথৱাই য়ারমবা । মশানদি শোক্লিক—মজাইবেম্মনাদ মহুং শিনবা য়াদ, অচানবা মনাইশিংনা বিশ্বাসঘাট তৌশিল্লক—মথৱাই য়ানা তৌফম খণ্ডদনা লৈরিবৈদনিকো যুবরাজ বসুমায়া লাকখিবদো ।"

"মহাক্কা লাকপা সুমিং অত্তু ঐখোয় রাজদরবারদা অরুবা য়া খন্নরম্মী । লাঞ্জাবা হুতকী মচিন্দগী দস্যু নিংথৌ অমদি কুশুমপুর মন্ত্রি লান্দাবা লাকপত্তু সিমানা নকশিল্লকলে হায়বা পাউ তাখি—নিংথৌ মশামকসু সুমিং অত্ত ধরমসিংগী দাকু মকোন্দগী শাথীনা মায়থীহুনা হল্লকপা সুমিংনি—মাগী লাগী পুম্নসু ধরমসিংগী মথুক্তা তুমহৌরবনি মথৱাইতা হিংহুনা লাকখিবনি । নীংবা কায়বগী পোৎলুম কোকথোঙনহুনা নিংথেম য়ানা লৈরিবৈ—মজাইবেম্মনা সুপা ওইহল্লবদিকো—ইকাইবসিগী অমন থুম্নমগদবনিকো খন্না থৱাই য়ায়া য়ানা লাওত্তক্লনা লৈরিবৈ তাঞ্জাদনি যুবরাজনা চুংলখিবদো ।"

"মানা থুংলবা মতমদা ঐহাক স্নখোঙদা লৈরম্মী। ইহান হানবা · সিংহদ্বারদা—"বিদর্ভ লৈবাক্কী সিংহদ্বার পুবা কনা কনা লৈবগে থোক অমুক্তা হাংদোকপীয়ু—" হায়না মপান্দগী হংলকপা মতমদা—ঐখোয় পুম্বা থমখি · "ওম্হোক্তা মুংশিগ্রেদা খোঙ্গেলসে—কনাগুম্বী অরাবা তারবী মুপীমচা অমা ওইরম্বা তাই। ঐখোয়না থোক গে হাংদোকপদা বসুমান যুবরাজ লৈরম্মী—ফিজেৎ-লাকচেং, হৌরিবা কোই—মথুত্তা থাক তা লাকুংতেন শাগোম্নবত্থু উবদা মুপীনি হায়বস্থু ঙমখিদ্রে। ঐখোয়না মাগী পরিচয় হংবদা মহাক্না হায়খি—

"ঐসি কুশুমপুরগী যুবরাজনি-লংফে কোয়রকপনি ইমিং বসুমান কোই, বিদর্ভ নিংথৌরেন রূপা নিংথৌগী চান্নবা মরুপনি অমুক্তা উনজগে।"

ঐখোয়না মহারাজদা চেনশিন্দুনা পাউজ্ঞ হঙ্গংলুই। মহারাজগী য়াথংনা যুবরাজ দরবারদা কৌশিন্‌শ।"

দরবারদা মহারাজনা যুবরাজ য়েংহুনা হায়খি- "কুশুমপুরগী ইতাও নিংথৌগী মচানুপী বসুমতী কৌবী মশক মতৌ ফজরবী ইচানুপী অমা পোকখি—মহাক ঐগী ইচানুপী ভদ্রাগী লেঙ্গানি। ঐগী ইতাও নিংথৌনা মচানুপা অমা পোকই হায়বদি তাখিদে—"

যুবরাজনা খুমখি—"মজাইরেম্মা বসুমতী ঐগী ইচেমসি ইবেম্মনি। মাগী মথংদা ঐহাক পোকপনি—অতৈ কনাস্থ পোকখিদ্রে—পাবুং মহারাজনা কুশুমপুরদা লাকখিদহুনা থঙবিদবান।"

নিংথেম্না হায়খি—"চুমগনি। ঐহাক কুশুমপুর দা চৎখিদবা য়াম্না কুইগ্রে। ইতাও নিংথৌশু বিদর্ভদা শুক্লাক লাকখিদ্রে পাউশু অমত্তা ভানখিদ্রে। হৌজিক্তি ইচা লাক্লবাসিনা য়াম্না নুঙাইয়ে; ননীংঙৌনা ঐগী কোন্নুংদা মশুনা হেক লৈনীংঙৌ অথে লৈয়ু। বড়মন্ত্রি ইচাগী লৈফম্নচিংবা শীল্লু।"

যুবরাজনা নিংথেম্বু মুম্না য়েংলগা হঙ্গৎখি—পাবুং মহারাজ নচানা য়েংজবদা পাবুংগী স্না মায়খোং থেশুম মুই। নুঙাইভবা মমি অমা ভাবশুম উজে। স্না পূক্নীং নুঙাইভবা করি লৈবগে নচানা শুম্লবদি খরদং কোক্লবা হোংনজগে সনা য়াথং তাকপীয়ু।

নিংথেমনা খুমখি—কৈদৌদেদা ইচাসিদি কৈন্থু খল্লুম নুঙাই-নহুম লৈথোকউ।

নুমিৎ অহুদগী যুবরাজ হরাউনা লৈখি অহুবু মন্ত্রিগী মচিন্দগী ব্রারম পুম্বা তাখি। যুবরাজনা তুমিন তুমিন ধরমসিংগী মথক্তা লমন খুম্নবা শীনখি।

থিন্দনা লাম্নী তোজোল অমা পুহুনা মৃগয়াঙৌগে হায়হুনা চৎপ্রগা ধরমসিংগী দাকু মকোন থুগাইখিবনিদো মহুদা নওস্থু য়াওবদাই--

"মহুদা যুবরাজনা উৎখিবা থৌনা হৈশিংবা নওস্থু উরিবহুনি।"

"অওইবনি! হৈশ্রেদা থৌশ্রেদা। মাগুম্বা অমা ভসিকাও উদ্রি।"

"অহুদগী মন্ত্রিগী থুত্তগী মহারাজবু কল্লেদো--অহুগা লোয়ন-লোয়ননা—লান্দারকপা য়েক্লববু মায়থীবা পীহুনা য়েক্লবগী লুচিংবা কারেদো। ঐথোয়গী নিংথেমগী পেনবা মুঙাইবা হায়নিঙাই লৈত্রেদো।"

"অঙ্গনা অমুক পল্লবা ভৌদনা মজাইবেশ্মা ভত্রা পাক্তবনিদো।

"অদুবু ঐদি হৌজিকস্থ ওকলি কন্নিগীনো য়ুবরাজনা মাগী থাওদা লৈ হুকচন্দুনা হোওলিবসিবু।"

"ঐনা হায়খিবদুনি—ব্রত অমা কৎলি হায়—লোইগদবা থা অমা ৱাৎলি। থা সিমা চুপ্পা শিব পূজা তৌগদৌরি—মদুগা লোয়ন-লোয়ননা চাউরবা মেশা অমস্থ তৌদৌরি—হয়েংদগী মেলা হৌগনি।

"মুমিৎস্থ তাত্রি—মেলাগী শেম শানদু য়েংলুসি।"

৪

কোমুংগী অরাংদা পাক্লবা লৈতেম মান্নবা লম্পাকনি। লম্পাক অসিদা বস্লুমান য়ুবরাজগী থা অমগী মেলা ওসি হৌরে। বিদর্ভ লৈবাকী মশীং লাকওমত্রবা প্রজা কয়া মুপা মুপী অওাং পাথত লৈশাবী অমত্তা চিৎথদনা মুমিৎ খুদোংগী অতং অথম লৈতনা লাকলি, য়েংলি, পরায় তানা অওকপা মেলাদু। বিদর্ভ লৈবাক্তা নত্তনা থৎনবা লৈবাক—অয়াপ্পা অনকপা লৈবাক কয়াদগী মীরৈবাক মচা কয়াস্থ মশীং থীওমদনা তিল্লরি য়েংলরি; নোংমা নোংমগী মী কয়া কয়া মশীং থীওমদনা তিল্লি,—য়েংলি—চংথি—রা রা য়া য়া নিল্লি। অওকপনি. য়েংথি-য়েংথিবা মান্নকৈদা মিৎকম হোংবা য়াদে। অদুক য়াম্না তিন্নখিবা পূমদু খুদোংথিবা খোক্লনবা বস্লুমান য়ুবরাজগী য়াথংনা লৈবাকী কওজামনা মক্কম

মক্ষমদা মতিক চানা মী থমজুনা ঙাকশেল্লি। লমজিংবা কয়ানা খঙদবা অয়েংবা কয়াবু লমজিংলি। ঈংনা ফজনা চথরি মেলা।

মেলা-লম্পাক্কী ময়ায়মক্তদা পাক-চাউরবা পুখ্রি অমগী মনাক্তা লিরবা শিবগী মন্দির অমা লৈ। ওক্লা ফজরবা মন্দির অসি নোংপোক ওল্লি—তাঙলবা অরংবা মশাগী মঙাল লৈবা নূঙজনা শাবা ফজরবা লিরবা মন্দিরনি। হায়নবা লৈ—মন্দির অসি ত্রেতা যুগ্তা উমা শঙ্করগী পেল্লনবা লাইরৈবাক্কী থুংহৈবা বিশ্ব-কর্ম্মানা শাখিবনি। লাইগী লনগৈ পাম্নবা কুবেরগী লনগৈদগী মণিমুক্তা হিরা কয়া লৌরুজুনা বিশ্বকর্ম্মানা মক্ষম চানা থেজুনা থামজুনা মন্দির অসি অঙকপা কংনা ফজনা শাখি। শঙ্কর মহাদেবনা ত্রেতা যুগ হৌরকপদা বিদর্ভ রাজকন্যা অহুপীদমক্তা কৈলাস থাদোক্তুনা মক্ষমসিদা লাকখিবনি। ত্রেতা যুগ লোই-রক্দাইদা শ্রীভগবানগী অবতার শ্রীরামচন্দ্রনা মপাগী রাশক ঙাক্লনবা চহি তরামরি বন্দা চংপা মতমদা মন্দির অসি য়ৌরকখি। শঙ্কর পুজা তৌখি। রাম-সিতা অনিমক মন্দির-নাক্কী পাক্লবা পুখ্রিদা কুমজুনা স্নান তৌখি—শান্নখি।

মুমিং পুদিংগী মন্দির অসিদা অয়ুক মুংথিল, মুংদাং সন্ধ্যা অহুম্মক্তা বশুমান যুবরাজ শঙ্কর পুজা তৌই যজ্ঞগা লোয়ননা, মবুঙোবু থুরুমজৈ। সন্ধ্যা অহুমক্তা চীংলেম্না যন্ত্র মখল কয়া য়ৈ-থোংজুনা শঙ্কর মহাদেবগী আরতি কংলি—লাইনিংবা যোগী ঋষি লম্বোইবা কয়া মবুঙোগী আরতি দর্শন তৌই, মবুঙোগী নাম শক শোল্লি।

নোং হেক ঙানবদগী নোঙানবা অমা কাওবা মন্দির নাক্তা লৈরিবা চাউরবা নীংথিনা লৈতেংলবা মথল মচুগী থাউমৈন। ইঙান ঙাম্না থাল্লবা মাঙবত্তা মতম অত্তুগী লৈবাক কয়াদগী লাকপী কাওরবী মশক ফজবী মখোল মুংশিরবী ঈশৈ হৈবী কয়ানা শ্রীশ্রী শঙ্কর মহাদেব পেন্নবা শঙ্কলি শোল্লি। মরক মরক্তা কাওরবী জগোয় হৈবী কয়ানা মবুঙো পেন্নবা থরায় য়াওনা জগোয় থুংথেক কচ্চে। লাই খুরুম্বা লাকপা ভক্ত যোগী ঋষি পুম্বা ঈশৈ ভাবদা জগোয় য়েংবদাময়া কানা তানৈ, য়েংনৈ।

চয়োল অমগী মনুংদা নোংমাইজিং মুমিত্তা অফাও অফাওবা শরুইবা অভিনেতা-অভিনেত্রীশিংনা শঙ্কর মহাদেব থাগৎপা অভিনয় উৎলি—মবুঙোগী পেন্নবা।

নোংমাইজিং খুদীংগী মুংদাংদা মায়কৈ মরি ইকোয় কোয়না থাওমৈ থাল্লবা পাক-চাউরবা লূরবা লাইজনা থল্লবা মন্দিরগী নোংচুপ্তা লৈবা পুখ্রিদা শঙ্কর মহাদেব তি তোংতুনা শাম্নে, নীংথিনা লৈতেংলবা পাক চাউরবা ঙিগী ফম্বাক অত্তু মায়কৈ মরিমক্তা. ঙাম্না মথল-মচুগী মৈ থাল্লে—মায়কৈ মরিমক্তা ফিরাম্না হাই-হুমলি। শঙ্কর মহাদেব ঙিম্নুংদা লেঙথরে। পুং-ঝাল মাঙ্গং কোর্দ্রাল মোইবুং শিঙ্গা ধোল য়ে-খোংতুনা মবুঙো লেঙথরকই। মবুঙো মহাদেব পেন্নবা ভক্ত কয়ানা লীলা পালা ঈশৈ-নোংমাই জগোয় থৌগল তৌজৈ ঙিথঙা। হি অত্তু পান্নবা পুখ্রিত্তু থুংনা হঙ্গং হন্দা হোন্দুনা শঙ্কর মহাদেবনা মনাই পুম্বদা দর্শন পীরি। অমুম্না শাম্নরগা নোংয়াই চবুক্তা মনাইশিংনা কচ্চবা আরত্তি

ওল্লগা ছিক্ষকৃগী লেঙখঙ্‌না মন্দির মুংদা লেংশিনখি। বসুমান য়ুবরাজ মবুঙোনা ছিদা লেঙথবা ছিদগী লেঙখৎপা মতমদা মবুঙো দর্শন পেন্না তৌজে—অরাকপা ভক্ত পুন্নমক্তা সনা লুপা কিয়োন-চান-থক্লবা অচাপোৎ দান তৌই মবুঙো পেন্নবা।

চয়োলগী মুমিং অক্লেদা পাক্লবা পুখ্রি অসিদা তাওরিবা নীংথিনা লৈতেংলবা হি কয়া অঙ্ক্রা মেলা য়েংবা লাকপা পাথঙ লৈশা অঙাং হন্নবা হন্নবী লুপা লুপী কয়া তোংহ্নবা শাম্লে। পুখ্রি মপান্দা অশংবা নাপী থক্ত। কয়া অমা ফমলি, পোথারি,—য়েংলি কোয়না হোম্লিবা হি কয়া। কনানা য়োল্লরিবা হৈ মহি শর্ব্বত লৈহন্না থক্লী অক্লোনবা কয়ানা কোয়রাও লাউরি য়োল্লি। কনা কনানা ময়ুমদগী পুরকপা চয়োম থোক্লনা চাহনা পোথারি। কনানা মন্দিরদগী প্রসাদি পুরক্লনা পুখ্রি মপান্দা ফমহ্না চারি। পুন্নমক পুখ্রি লান্না শিংলকপা অঙৈংব মুংশিংনা য়ৈবদা মথোয় পুম্বা মশা ইতেক তেকথংলে।

শিব মন্দিরগী অকোয়বদা লৈরিব পাক্লবা লম্প্যাক থল্লা মখল মখলগী কুম্মৈ মেলা তৌরি। নোংপোক থংবা মায়কৈগী মতমদুগী লমজেন য়াঙবদা কাওরবা শগোল কয়াগী শগোল লমজেন তাম্লরি। মী মশীং নাইদনা য়েংলি, শেন থানরি। নাকল অদোমদা শগোল লমজেন্তা নত্তে, দলাই লমজেন শামু লমজেন যণ, হুই হামেং য়াও লমজেন্তা নত্তনা, য়েন কাওনবা থুরু তুনবা—মখল কয়া চথরি মীনা থন্না য়েংলি। অতোপ্পা নাকল অমদা মতম অহুগী মালেমগী কাওরবা শায়রোই কয়াগী লমজেন য়াঙবা

ভাম্বা শুক নূং ভালংবা শামকা ভাম্রবা চেন কাপ্পদা খুৎচুম্বা ভামবনচিংবা চৎখ্রি। মালেমগী মকোক থোংবা উপাধিগীদমক অমসি যুবরাজ হনুমানগী মথুক্তগী ফংগদৌরিবা মমল য়াম্রবা মনা মঙ্গুবগীদমক। অসিদগী নত্তনা কাওব-কাওরবা মল কয়াগী মল তৌনরি। অয়েংবা পুম্বগী পুক্নীং চিংশিল্লি। অতোপ্পা নাকন্দা মুক্না কাণ্ডকেগী কুম্মৈ, শগোল কাংজৈ কানবী চৎথরী। অয়েংবা পুম্বা ময়াদা হয়িং চঙবা থঙনদ্রি।

মথা থংবা নাকন্দা অঙাংশিংগী অচেনবা গাড়ী লৈইনা চেনবা শগোল মথক মথা চঙ্গৎ হন্দা কাথৎ-কুমথ তৌবা তোং-ননবা চৌকি—মরৈনা চংহনবা শাম্নপোৎ কয়া লৈরি—অঙাং মুপা মচা কয়া মুপীমচা কয়া নোক্না লাঙনা শান্নরি। মমা-মপানা হুরাউনা য়েংজরি।

মফম অমদনা নাট্য নৃত্যগী কুম্মৈ পুক্নীং শুম্নৎপা ঈশৈ—য়েংনরা অয়েকপা অশাবা লাইগী পরেং পরেং মিৎফম হোংবা য়াবা নত্তে। মফম মফমদা দুকান পরেং পরেং থাওমৈনা ঙাম্না তঙপ অরেং থান্দুনা ফিরোন—সনা-লুপাগী লৈতেং শাম্নপোৎকী পরেং ফিদা-গালিচা মথল মথল লাইরিক্কী দুকান কয়া কয়া—মুমিৎ কয়ানিমুক চুপ্পা যেংহুনসু দুকান অমা য়েংবা লোইররোইদবা কয়ানা অয়েংবা অরৈবা কয়াগী পুক্নীং হুরি। অমুম্মা অরাৎপা লৈত্রবা কুম্মৈ য়েংনবা মায়গৈ কয়াদগী মী লাকখি—য়েংখি। ঙসিদি অয়েংবশিংগী লক্না দালিহা-জয়সিং, বাসন্তি-অভিরাম য়াওম্নি।

মেলা লোইগদবা ঙসি হুমিং নিনিত্তা ঙায়রে ! মিকুপ নাহুমশিংনা হোৎনরিবা থৱাই হকচাং কৎনা শিব-পুজা কচ্চরিবা বস্নুমান যুবরাজ ঙসি ফাওবা মান! নীংজবা—তাপ্পবা অতু ফংবগী মমি ফাওবা উত্রি। থৱায় ৱারবা যুবরাজ ঙসি অয়ুক্কগী সংকল্পগা লোয়ননা যজ্ঞ তৌহনা ফমলি—মবুঙো মহাদেবদা তত্তনা হুংলি—লাংতক্কনা—কৈদৌঙৈ উনগনি: ৱাকচরি অমুক উনররোইদ্রা—মবুঙোদা অরেপ্পা ৱারেপ কচ্চরি—"হে দেব ননাইবু মীমাঙ ফমহনবিরবদি—ননাইদি সংসারদগী বিদায়—।" মবুঙোনা মাবু চানবীররোইদ্রা খল্লা খল্লা—মবুঙো মহাদেব থৃরুম্নকলে—

"হে থৌজালগী তুংনফম ওইবা মনাইবু চানবীহৈবা—মনাইগী নীংবা থুংনবা নঙনা তৌদবা লৈতবা উমাগী মবুঙো ! পোকপা শিবা নাইদবা—হে লাই পুন্নমক্কগী অথোইবা—মহাদেব নিলকণ্ঠ ননাইনা থৃরুমজরি হে পেনবীহৈবশিংগী মরক্তা অথোইবা, অচৌবা অরোইবা লৈতবা- মিৎয়া অহুম্না লৈতেংবা ত্রিশুল পায়বা মহাদেব পিনাক লৗরুং পায়রিবা ! হে দেব-দেব মহাদেব—মহেশ্বর ভুতনাথ—নঙগী নগুণবু কনানা থাবা ঙম্বগে? ননাইবু চানবীয়ু অয়োল-অরাল ঙাকপীয়ু ননাইবু নুংশিবীয়ু।"

থৱায়-হকচাং পুন্না অমত্তা-ওইবা ৱাখলনা মবুঙোবু থৃরুমজৈ য়েংজৈ মবুঙো মায়থোং ঙাইজৈ মাগী থৌজাল লাঙতক্করবা যুবরাজ বস্নুমান। মনাইগী অৱাবা উরবা থৌজালহৈবা মহেশ্বর শঙ্কর মহাদেব বস্নুমান্দা মোমোন নোক্না য়েংলি—হায়বঙম তৌরি—

"রারম্ন বম্ন! নঙনা নীংবা থুংলনি—ঙসিগী হুমিত্তা তারগনি অরেম্না পাউ - অরাবা পুম্বা কোক্লনি"

পুক্নীং নুঙাইনা বম্লমান মন্দিরদগী থোরক্লে—মেলা লোইং-ত্রিখৈঙদা শোয়দনা উনরগনি হায়বগী থাজবগা লোয়ননা যজ্ঞ মাগুবতা চঙহুনা হোম পীক্লরে। অনিশুবা সন্ধ্যা পূজা লোই-রকপদা যজ্ঞশালাদগী বম্লমান যুবরাজ ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব যোগী ঋষি কয়াবু পীজ পীথক তৌরিব। মফমদা লেঙশিল্লক্কুনা অরাং অপা য়েংলরে। যুবরাজ বম্লমান যোগীশিংগী লক্তা অখোইবা যোগী অম উখি। অখোইবা যোগী অহুনম্লু বম্লমান যুবরাজবু খঙখি। তরাম তরাম তৌনা কৌরকখি—"তারিবরা যুবরাজ! ইনাক্ত লাউ।" বম্লমান চঙশিন্দুনা যোগীদা খুরুম্মী—যোগীনা হায়রকই তপ্না তপ্না - করিমত্তু রারগন্নু যুবরাজ শঙ্কর মহাদেবনা থৌজানবীরে নঙবু. নঙনা নীংবা পুম্বা খুংলগনি। ঙসি হুমি-দাংরাইরমদ শোয়দনা থেংনগনি। খিয়ু-মন্দিরগী অকোয়বদা নঙনা পামলিবা পাউ অহু। রারগন্নু যুবরাজ—নঙগী অরাবা মতম লোইরে। ভগবান শঙ্করনা পেনবীরবনি।" যুবরাজনা হায়খি—হে যোগী অখোইবা নঙনা খঙদবা উদবা লৈবরা? হায়বীয়ু ঐগী ইরৈবাক কুণ্ডমপুরগী অয়াবা মতম লোইগদবা কয়াম রাংলিবগে? যোগীনা হায়খি—"যুবরাজ! হুমিৎ খরনিগী তুংদা পুন্নমক মঙ্গল ওইরগনি। নঙনা নীংলিবা পুম্বহু খুংলগনি। নঙগী আশা মপুং ফাবা হুমিতুদা ঐগা অমুক উনগনি চৎলু চৎলু, কুঙাইনা মিকুপ নাছুম শিংনা লৈরু।"

যুবরাজনা হায়খি—নহাকী থৌজাননি শঙ্কর মহাদেবগী কৃপানি। যোগী থুরমনলগ বসুমান হয়াউনা অনৌবা হৈনিংবা লমগা লোয়ননা ময়ামগী সেবা-লাংবা য়াওখি। মতুগী তুংদা শগোল খরিনা চিংবা রথ অমা তোংলহুনা মাঙ তুং ল্যাক য়েত্তা মনাই-মগল চাকথেনবা লাম্মী লোয়ননা পেরে শিঙ্গা খোংহুনা মেলাগী মফম থুদীং চত্তুনা চক্রবা মেলাহু ওইহ্যাক য়েংলি।

দালিহা বাসন্তি জয়-অভিরাম দল্যাইথকুগী কুমথরে। মকুরবা মেলাগী কুম্মে মথং মথং য়েংলকলে। অসুম অসুম য়েংলকপনা শগোল লমজেন তাম্নরিবা মফম হু য়োরে। মফমহুগী দালিহা লেঙথিরে। দালিহাগী অপাম্বা কয়ামুক লৈ—মতুগী মফুংদা শগোল লমজেন য়েংবা মহুদা শেন থানবা মানা খ্বাইদগী হেন্না পাম্বা অমনি। দালিহা বাসন্তি থরাই তানা শগোল লমজেন য়েংলি, শেন চাউনা চাউনা থারি। মতম ফন-য়াম্না হৌথ্রবা ফাওবা মফম অহুদগী চথোকপগী আশা লৈরমদে। শগোল লমজেন্দা অপাম্বা কয়া লৈতবা জয়-অভি—মতম খর লৈরম্নগা মেলাগী মফম অতৈ অতৈ চত্তুনা য়েংবা হৌরক্লে। অসুম অসুম য়েংনা য়েংনা চৎলকপনা অহুমশুবা সন্ধ্যা য়ৌরকপদা মখোয় অনি শিব-মন্দির য়ৌরকলে। মতমসিদা বসুমান যুবরাজ পুক্কীং হুকচাং লুপ্না সন্ধ্যা পুজা তৌরম্মী। বসুমান উবনকুদা জয়সিংহ মশাগী মিহুল ভীং ভীং চোংই—নীংশীংলকথি—অশুক কুইনা কাউথ্রবী মাগী চান্নবী নিংথৌগী মচানুপী বসুমতী। বসুমান উনহুনা রা অমা অনিতা হংগে থন্না মতম খর ওাইরম্মী লাওতরুনা। অহুব

পুজা লোইদবনা মরম ওইদুনা উনবগী খুদোংচাবা অদু ফংলমদে।

পুজা লোইরকপা মতম অদুমক্তদা অসোমদা দালিহানা মখোয়বু থিরকলে। দালিহানা হেক্তা নীংশিংলকপমক্তদা জয়-অ,ভ মন্দিরদা ডাইহাক্তা ফাওবা পন্থনীংলক্লে—অওকপা দালিহাগী শক্তিনি। দালিহাগী নাক্তা চৎনীংবনা খ্রো খ্রো লাউরকলে—মখোও থাংবা হৌরক্লে—অদুবু থগ্নোয়নদি ডাইহাক্তং ডাইনিংলি—নূং অনিগী লক্তা হা ওইরে জয়সিংহ। যুবরাজ বসুমান মন্দির মুংদগী থোকপা হৌরকলে—অদুবু দালিহাগী লীচীংনা হেঙ্গিল্লকুনা অমুক পন্থবা ওয়ক্লে—মখুত্তা অভৌবা হুমু মচেং অমা পায়না—মন্দিরগী ফক্লাংদা চৎমা চৎনা ইরম্মী—"থবাইগী বসুমতী কদায়দা লৈগ্রবগে নওবু ? রাবরা জ্ঞান য়াওরবা ঐখোয় অনিদি দালিহা মালিনীগী লৈকোনগী য়ুমদা ওম্বোক্তা রানা লৈরেদা"—মথ ইথবা ভমলক্লে। মখোও অনিদু চেনবা হৌরক্লে। দালিহাগী চিংলিবা লীচীংনা হেন্ন: কন্না চিংলকলে—থাওলহদি মহাক শোয়দনা তুর-গনি। মখোও থাংনা থাংনা চৎনা—"জয়সিং" হায়রা মিংশিদং ফৈরেং তুরেং ইরম্নগা পাথৎপগা লোয়ননা মখোয় অনি কন্না চেনশ্রে - শগোল লংজেন তায়কম ভান্না। শাউরবী দালিহাগী মীচে ভানা ভামা মাগী দলাইদা তোংদুনা মখোয় পুম্বা অহিংগী অহমবা য়ুথক্তা নর্মদা তোর্বান পাংথরে।

---

# ( ১০ )

## ধরমসিংগী রাখল

### ১

বিদর্ভ লানফমদা শাথিনা শোক্লবা ধরমসিং মাগী শিংলবা শগোলনা মাবু লানফমদগী থৈদোকখি । শিংলবা শগোলত্থনা জ্ঞান তাদনা লৈরবা মাবু অত্থুম পুরক্তুনা তোর্ব্বান অচৌকপা মফমদা থম্লগা মনাক্বা চৌরিবা নাপী হিদাক মনা মশীং কয়া শগোলত্থনা শায়রত্থনা মবুঙোগী অশোকপা মফমশিংত্থদা কামাশিল্লম্মী—মরৈনা লেক্লম্মী । অঙকপা হিদাক্কী মগুণনি শিংলবা শগোলগী সেবানি—তপনা তপনা ধরমসিং জ্ঞান তারকলে—অশোক অনাগী চৈনাথোল অমত্তা লৈত্রে । তপ্না শোগত্তুনা ফম্লম্মী – মঙল মঙল থল্লম্মী ।

"ওচ্ছোকপানি ! ঐগী থৌরাং পুম্বা অরেম্বা তারে—শাগৎলূবা আশা পূম্বা লোইনা কায়খ্রে, বিদর্ভ সেনাপতি, বিদর্ভ মন্ত্রি মকোক মথোয় অনিমক লানফমদা উথিদে—মথোয়না ঐবু করিগী বিশ্বাসঘাট তৌরিবা ? অত্থক য়ামথ্রবা কুশুমপুরগী লাম্মী, থোনা ফরবা কুশুমপুর মন্ত্রি মকোক, লানফমদা মপা লৈত্তনা থোনা ফরবা দস্যা সেনাপতি. নীংথম্লত্রবা দস্যা

লাম্মী - ময়াম অহ্ করম তৌগ্রবা ? অহানবা লাঙ্গংদা বসুমান যুবরাজনা খুরক হাওদনা ঐগী হকচাং পুম্বা তেম্না থাখিবা অহুদা ঐহাক রাম্নহুনা লৈখ্রে, ঐহাক করম্না লানকমদগী নর্ম্মদা মপান য়ৌরকখিবা করিমত্তা থওখিদ্রে —ইনাক্তা কনাসু লৈত্তে - ওম্নমক তাকমাওগ্রবরা ?

বিদর্ভ সেনাপতিনা মাগী লাম্মী পুম্বা ঐখোয়রোমদা শোয়দনা য়াওহনগনি হায়বত্থ পাওথোকখিদ্রে । বিদর্ভ মন্ত্রি মকোক মঙোন্দা শিন্নখিবা থবক পাওথোকখিদ্রে । বিদর্ভ সেনাপতি হায়নখিবা রা তাকখিদ্রে । বিদর্ভ লাম্মীশিংনা বসুমান যুবরাজগী লুচিং মথাদা কয়া থৌনা ফনা লানশোরুগ্রব ? ঐগী য়েক্কবা বসুমান যুবরাজ— মাগী মথুত্তা হম্না হন্না মায়থীরে লমন থুম্বা ওমত্রি হৌজিক ফাওবা । বসুমান যুবরাজ কনানো ? ঐহাক মাবু উত্রে থম্নি কদায়দানো — কনা ওইরিগদগে ?"

অসুম্না থম্না থম্না লৈরিজেদা শগোলতোংবা লাম্মী অমা রুপ্পা তপনা চওশিল্লকনা থরমসিংদা থুরুম্মী । মুপা অহ্ খুংলাইনা শাথিনা শোকলে—মশাদা মফম থুদীংদা ঈ শিন্তরী ।

"কনানো ! ছত্রসিং - করি পাউ ?"

"ইত্তো ! ননাই ঐ লানকমদগীনি । যুবরাজ বসুমান মথুত্তা ঐখোয় শাথীনা মায়থীরে অহুক য়ামগ্রবা থৌনা ফরবা কুশুমপুর লাম্মী- বসুমান যুবরাজনা তাকতক হাংদ্রে অরেম্বনা লানফা ওইগ্রে । লানফম—ঈনা লৌখোং চেনগ্রে । কল্লবা কুশুমপুর মন্ত্রী মকোক বসুমান যুবরাজনা নমহুনা হিংবা হিংনা

ফাওরে। মাবু হেক ফাখিবগী লেমহৌবা লাম্মী কায়তুনা চেনখ্রে—অয়াম্বনা ফাখ্রে। অঙকপা লাননি; অঙকপা যুবরাজগী থৌনানি।"

"অকিবা খঙত্রবা দস্যু লাম্মী, থৌনা ফরবা দস্যু সেনাপতিদি?"

"থৌনা ফরবা লান্মা নীংহঙত্রবা দস্যু সেনাপতি খাঙগী হাকথেংনবা নাইত্তোম লান্দা বসুমান যুবরাজনা লাল্লুম চোমায় লৌখ্রে—মাগী দস্যু লাম্মী অমা ফাউবা হিংখিদ্রে।"

"ঐখোযগী মরিল থা-রবা লাম্মীশিংদি?"

"ঐখোয়গী লাম্মীস্মু ভাকতক হাংখ্রে। ইঙোনা লানফমদা শাথিনা শোক্কনা রাম্নুদ্রিবা ফাওবা এখায় হনবা লৈতনা থৌনা ফনা লান য়াম্নরম্মী। অতবু বসুমান যুবরাজগী মাঙদা কুইনা লেপ্পা ভমগদবসি কনানো—মতম খরতংগী মনুংদা ঐখোয়না ইঙোবু উখিদ্রবদা লেমহৌবা ঐখোয খরদংতু লানফম থা-হনা ইঙোবু থিরকপনি।"

"দেবীসিং কদায়দা লৈখ্রে? ঐখায হৌজিক কয়া লৈরি?"

"দেবীসিং লানফমদা মথবায় থাখ্রে; হৌজিক ইঙোগী তুংইনবা ঐখোয় ভরামঙা খক্তা মঙাইরে।"

"বর্দ্ধমান বসুমান! থৌনা ফরবা বসুমান যুবরাজ? বসুমান কনানো কদায়দগী লাকপনো? করিগীদমক ঐগী কাদা লৌয়িবং শীংখোঙ ওইররিবা? ঐগী য়েক্কবা বসুমান যুবরাজ কনানো? ঐহাক মাবু উংখ্রে খল্লি—কদায়দনো ফনা উইরিদগে?"

"মখোয়না হায়বদি ইঙো। মহাক্সি কুশুমপুরগী রাজকন্যা বসুমতীগী মৌপ্‌ানি হায়। লৈবাক কোয়রুবদগী হুন্নকপদা মপাগী মরুপ বিদর্ভ নিংথৌগী কোন্নুংদা মতম থরদং পল্লিবনি হায়।"

"বসুমতী।" বসুমতী পনবদা হুমাং অনপ্পা কায়—"মজা-ইবেম্মা বসুমতীগী মবুং নত্রগা মৌপ্‌া লৈ হায়বা ঐ থওদে—ফরে অ·বু ভুইরে অমবু ওইরে ঐখোয়—হকচাং থর ফগৎত্রিবা ফাও মফম অসিরাযদা অরোনবা লানশণ্ড অম্রদা মতম থরদং লেনখিসি। ৎশাক অনা থরা ফত্রিফাও লৈখিসি"

"ইঙো! ননাই ঐখোয়না মনা শেমজরে লেংওসি—পোথারুরসি।"

অস্থমা সুমিং কয়ালিমুক পোথারবা তুংদা ধরমসিং মশা মউ পূমক্ক ফরে। অনৌবা থবক পায়থংনবা মাগী খোঙলোই থরছুগা নম্মদা মপান মপান্দা লোন্না লোন্না লাকখি দালিহা মালিনীগী য়ুম তম্না। লম্বীদা উাথ শগোলনা চিংনা দলাই তোংলহুনা বাসন্তি মথোযনা লৌরব মায়গৈতম্না ইপা পাখংনা চঙশিল্লকই পরপ পরপ। ধরমসিং মনাক যৌরবদা মতীক চানা ইকায়-খুম্নবা উংলগা বাসন্তিনা হায়রকই--

"অথৌব! নঙগী নফমদা ঐহাক চঙজরি। ঐগী ইবেম্মা—দালিহা মালিনী, যুবরাজ বসুমানগী য়াথংনা ফাহুনা পুত্রে। মুখোয় হৌজিক কোন্নুং য়োগদবা খুরুতমা মঙায়রমুগনি খোঙলৈ থুনা চংশীহুনা অমুক্তা কনবীয়ু।"

"ইবেম্মা বাসন্তি! মখোয় কয়ানা মতুং ইন্নখি—খুৎলাই পায়বা কয়াম য়াওখি? কনানা লুচিংখি। কয়া কুইরে চৎখিবা?"

"তাবীয়ু অথোবা! মখোয় খুৎলাই পায়বা লাম্মী য়াওথৈমুন্নী। বিদর্ভ কোন্নুংগী দলাইপাবা মকোক—কতয়াননা লুচিংবনি। মাবু হেক ফা-খিবগা ঐহাক লাকপনি। দশু অনি হেনগ্রে।"

"ফরে চৎসি—খোঙলৈ থুনা। নখোয় পুম্বা শগোম তোং-থৎলো।" অসি হায়দুনা ধরমাসিং মাগী লোয়নবা থরদুগা বাসন্তিনা মাঙ খাদুনা খুৎলৈ থুনা শগোল থোক্নে বিদর্ভ কোন্নুং লম্বীদা।

২

অহিং নোংশোয়বা শগোলনা চিংবা দলাই-থক্তা লেপ্তুনা লাকপনা নোং ঙানফুং ঙানফুং তোরকপদা দালিহা মালিনী অমসুং মাগী কাঙবুদু নর্ম্মদা তোর্ব্বান্দা মাগী য়ুম য়োরক্লে। তপ্না তপ্না থোঙ্গাল লানশিন্দুনা য়ুম চঙলক্লম্মী—মাগী থোঙ্গাল হাংদুনা লৈরম্মী; থোঙশংবা অমত্তা থোরক্তুনা মাবু ওক্লমদে। থোঙ্গালদগী দালিহানা উখি—চুম্বং লৈনা চাপ্পবা ফজরবা মীনা পুবা দলাই অমা য়ুমগী মমাঙদা দান্নী মনাক্তা থাদুনা লৈরম্মী। অদুগা মাগী য়ুমগী মায়কৈ মরিমক-খা-য়াং নোংপোক-নোংচুপ—খুৎলাই পায়বা শগোল তোংবা লাম্মীনা চেকশিন্না ঙাক্লম্মী। নিঙাইবা লৈত্তনা দালিহা দলাইদগী কুমথদুনা মাগী য়ুমথুংদা চঙখি; মানা উখি—মাগী মা কয়কম কাদা কমদুনা লৈরম্মী—বিদর্ভগী দলাই পাবা

মকোক। দালিহানা ইমুংদা চঙলকপমক্তদা মহাক্কা মোল্লুক্কা হৌনবী ব্যবহার তৌরগা তপনা লুম্না—ময়েক শেংনা হায়রকই—

"ইবেম্মা মালিনী! মহারাজ স্নায়াথং বিদর্ভ কোল্লংদা লেঙবীরকউ তাকপীরকই—মজাইবুঙো বসুমান যুবরাজনা ইবেম্মগী তোংননবা দলাই অমত্তু থারকই—লেঙলসি।"

দালিহা ইপা-পাখংলি, ওকপনা থ'ল্লি—করিগীদমক মাবু নিংথেম্না কৌরিবা—করিগী মাবু কৌননবগীদমক্তা অশুক য়াম্বা খুং-লাই পায়বা দলাইপাবা থারকলিবা? মাগী পাখংপা পূম্বা লোংশিল্লগা মোমোন নোক্কা হংলকখি—

"কন্নিগীনি হায়বগে অঙম্বা! মরম খঙবীবরা"

কম্মাইবনা থুমখি—"খঙজদে—স্নায়াথংতনি পীবিরকপা; লেঙলসি।"

"করে—চংলসি! অত্তুবু কিরোল অমুক্তদি হোংদোকচখিগে?"

"ইবেম্মা মালিনী অমুক পম্বীরম্মু, স্নায়াথং অথুবনি, হেক্তা লেঙলসি।"

শাউরপ তৌবী দালিহা—অশাউবা পূম্বা লোংলগা মিংকী ইজিংবা বাসম্তিদা য়াথং পীরম্লগা মাগী শগোলনা চিংবা দলাইদা কাখংবে তৌরম্মী। মত্তু উবদা দলাই-পাবা মকোক্কা ব্যবহার কারদনা অকনবা হিক্তোকপা য়াদবা য়াথং খঙহনখি—

"নত্তে ইবেম্মা মালিনী, যুবরাজগী স্নায়াথংনি; ঐখোয়না পূরকপা দলাইসিদা লেংথংপীয়ু!"

"কৈ কৈ।"

অসি হায়রুনা দালিহা মালিনী চুম্বং লৈনা হাপ্পবা দলাইদা কাখৎখ্রে। মাঙ-তুং থুংলাই পায়বা দলাইপাবনা চপ—দালিহা বিদর্ভ কোন্নুং পাংলকলে।

অসুম অসুম লাকপনা মুখিং য়ুংবা মচুং দগু অনিয়োম তারকপা মতমদা অমুকুগী শুকলেপ লেপ্পনা দলাই পুরকপদা য়ারবা কাওবুরুস্ম পোথাংরবা অমদি ঙাক শেন্দিবা পুম্মস্ম হাই-হাক্কং অবা পোথোক্রবা লম্বীগী নাকন্দা নর্ম্মদা তোর্ব্বানগী লৈকেম মায়বা লম্প্যাক অমদা হৌরিবা চাউরবা খোংনাংবট অমগী মখোঙদা দলাই অতু থারম্মী। বিদর্ভ কোন্নুং য়োগদরসু ক্রোস অহমতা মঙায়রে। লম্বীগী য়েংথংবা নাকন্দু শুক্রা জঙ্গলগা শম্লপ্রি। মায়কৈ অহুম্মক্তা সম্রি থমলগা দলাইপাবা মকোক ঙাইহাক পোথারি। ময়াম পুম্নমক তুরেলদা কুমথুনা মমিং মমায় তানরি থরনা চয়োম থোক্কনা চানরি। মালিনীসু দলাইদগী কুমথুনা তুরেলগী লুররবা লাঙ্গজদা মমিং-মমায় তারি ; মওল মওল থরি—মহাক্না বাসস্তিদা পীরম্বা য়াথংতু থবক ওইনা পাঙথোক্লরিব্রা ? ওইনক্কম থোকপা ওইনরসু শাওনক্কম থোকপা শাওনরসু হায়জ-ররবদা য়াদক্কম থোকপরা ?

হায়নখিরা মক্কমতুমক্তা হায়নখিবা পুংফমদা থুংলয়ে। অসা তৌসা লাওডক্কনা শাইরি মালিনী। দলাইপাবগ মকোক্কা য়ারী শাহনা দগু অনি হেন্না পয়ে। হায়নখিবা মতমদগী দগু অমা হেন্নবা ফাওবা মখোয় লাকপগী করিগুম্বা থুদম অমত্তা ফংজরবদা

নীংবা কায়রবা দালিহা অমুক চংননবা দলাইদা মখোঙ নাম্বা থাজংলকপা, চংননবা ময়াম মরাঙ মরাঙ তৌরকপা—কতব্রালনা শগোল তোংখত্তুনা হুকুম তৌরিবৈ ভাঙ্গা অতুমক্তদা নর্ম্মদা তোর্ব্বানগী জঙ্গলদগী কাম্লকপা তেম্মা সন্ত্রি অহুম অহু হাংখ্রে—লংশিন্নকপা ভা অমনা পান্দুনা দলাইপাবা মকোক শগোলদগী ওন্থত্নুনা মথরায় থাগ্রে। খঙহৌদনা কতব্রান হাংখিবগী মরাং মরাং তৌনরিবৈ, খুংলাই পায়বা দলাই পাবশিংনা শেমশাবা নংব্রিবৈ ভাঙ্গা অত্নমক্তদা শগোলতোংবা লাম্মী থরনা মখুত্তা পায়বা শত্তোক্রবা থাঙ হাইর-হাইরহুনা শগোল খুরুপ শাকু কম্মা থৌজিল্লরুম্মী—শারাঙ-লাল্লাওগা লোয়ননা। দালিহা ঙাকশেল্লম্বা লুচিংবা য়াঙত্রবা চঙক্লরবা খুংলাই পাবা কয়া হাংখ্রে, কয়া অমনা চেনখ্রে—দলাই পুরম্বা পুম্বহুম্ন শমজি-থাইনা চেম্নখ্রে। ভাঙ্গা অসিদা লান্দারকলিবা শগোল লাম্মী লুচিংবহু শগোল থৌজিল্লক্তুনা দলাই কাগে তৌরম্বী মালিমীবু ফৈবম পম্মা শগোল শয়াঙখত্তা থাংগৎখ্রে। লান্দারকলিবা শগোল লাম্মীশিংহু লুচিংবগা লোয়ননা হুপীহু পুহুনা জঙ্গলগী লম্বীদা শগোল খুরুপ মৌখ্রে। চেল্লবা বিদর্ভগী দলাই পাবশিং, থুনা য়াঙনা কোম্নুং জাম্না চেনখিহুনা পুদোংথিবা পাউহু হুকংখ্রে। বিদর্ভ কোম্নুং খোইরেন মপা পাইবগুম লাঙলম্মী। অত্তাবা খুদোংথিবনা পাথবত্রবা বর্ত্তমান ঙুরাজ অথম্বা শগোল-লাল্লীগা লোয়ননা খোঙশানখ্রে লমন খুম্নবা অমুক পহবা তৌদনা।

৩

দালিহা—বাসন্তিনা মাঙ থানা থৌরিবা দলাই মতুংইন্না ধরমসিং অমসুং মাগী থুংলাই পায়বা তুংইনবশিং দগী ভরুকলোম শুকলেপ লেপ্লুনা লাক্লবা তুংদা শুক্লবা জঙ্গল য়োৎরকলে। দলাই হল্লোক্লমলে; মথোয় পূম্বা শুক্লবা জঙ্গলগী লম্বীদা শগোল তোংহুনা তপ্পা তপ্পা ঙা মচেং অমত্তা ঙাণ্ডনদনা চঙশিল্লক্লি। থৌন্দনা নর্ম্মদা তুরেলগী খুনীংথেক য়োৎরে। নর্ম্মদা খুনীংথেক্তা তাররিবা তুরেল খোঙলম তুংইন্না তোরবানগী লম্বীদা চংপা হৌরকলে। মতম অহু সুমিং তাগদবা দগী মরি-ব য়োমত' মঙায়রে। অসুক কুইরবগী তুংদা মথোয় ঙা ঙাওনরকলে—ঙাহং পাউহংনরকলে।

ধরমসিং দালিহা নাক্তা চঙশিল্লক্লুনা—“চায়বী মহাকপু করিগী ফাহুনা পুরিবা? কনাগী য়াথংনা নঙবু ফা-রিবা?”

“চায়থোইবা! ঐসু খঙদে করি মরমগীদমক ঐবু ফারিবা অয়ুক অহু বিদর্ভ কোন্নুংদা মেলা য়েংবা চংলুবদগী হল্লকপদা তাররি অহিং নোংশোইবা দলাই-থক্তা লেল্লকপগী হকচাং পূম্বা চোকথরম্মী। দলাইদগী কুমথহুনা য়ুমদা চঙলকপদা থুংলাই পায়বা লাম্বীনা ঐগী য়ুমহু শঙলম্মী দলাই অমসু শুমাংদা থারম্মী—ইমুংদা হেক চঙলুবদা দলাইপাবা মকোক ফম্নাইবহু ফমহুনা ঐবু ঙাক্তনা লৈরম্মী—মহাক্না ঐবু উবমক্তদা—বিদর্ভ নিংথৌগী য়াথংনি, কোন্নুংদা চংলসি ঐগীদমক বসুমান যুবরাজনা দলাই থারকই হায়রম্মী।”

"বস্নুমান, বস্নুমান, বস্নুমান যুবরাজ ! মিং অসি পল্লকপদা হকচাং পূম্বা অশাউবগী মৈনা চাক্লক* ;—মথা কমদৌবা তম্মু চাম্নবী—"

"চাম্নখোইবা ! তাবীয়ু--ঐনা মরম হংবদা দগাইপাবা মক্কোক্কনা খঙদে হায় ; ঐহাক কি অমুক্তা হোংদোকখিগে হায়বা কাওবা য়াদবনি—শাউনীংবনা খোয়দৌ প্রোক প্রোক চাক্লবনি, অতুগা ঐগী দগাইদস্তু তোংবা য়ারোই যুবরাজগী য়াথংনি,—মখোয়না পুন্নকপা দলাইদা চংসি, হায়রকপা অতুদা শাউনীংখিবনা খুজিন তন্না অসিনা মমায়দো খ্রো খ্রো খোংনীংবনি ।"

"বস্নুমান ! বস্নুমান ! বস্নুমান যুবরাজ । মফম পূম্বদা বস্নুমান যুবরাজ ।—খুং অসে মরেঙ মরেঙ চংলি ; ঐগী থাঙসে মসিনা মাবু মতুপ মতুপ কক্লবস্নু পেল্লরোই ।"

"ঐস্নু মিপাইবনা থল্লে। ঐবু ফা-রে খঙলবদা ঐনা বাসন্তিবু পাউ তম্মুনবা থাখিবনি ।"

"চাম্নবী, বাসন্তিনা পাউ হেক পীরবগা থীন্থবা তৌদনা ননাক্তা লাকলিবত্নুনি ।"

"চাম্নখোইবা হৌজিক্তি ননাক্তা লৈক্তরবনিনা অকিবা লৈত্রে ."

"রাক্লরগু হৌজিক নঙবু ইকাইবা পীরিবা বস্নুমান যুবরাজ ; ঐনা শোয়দনা শমন খুমগনি ।"

অস্নুম্না য়ারী শানা শানা নর্মদা তোর্বান্দগী অপীকপা খোঙলম ফুংইম্না অয়োনবা দালিহা লৈকোন তম্না লাক্লমী । সুমিং

চায়থরবকলে। তুরুবা জজাল কাওনা অমুক্রা উরুমলক্তা অমুক্রা মুংশালক্তা চংসি কাণ্ডবু অতু। উচেক রারাগী ঈশৈলক্তা চৈরুবা মফমতু অঙৌংবা শাল্তিগী মফম ওইরে অতুবু দালিহাগী থশ্বোইদি নিংকোক নিংকোক তৌরম্মী।

মমৈদা অরোনবা দালিহা লৈকোন য়ৌরকলে। মুমিংসু নোংচুপ মুন্দায় য়ৌগদবা লীরু অনিতমা মণ্ডায়রে। লৈকোনগী খোঙ কোম্বোং অতু লাওনা হাংতুনা লৈরম্মী। খোঙশঙবা অমা ফাওবা লৈরমদে। মখোয়বু ওকপা কনাসু থোরকলমদে। মনুংদা চঙশিল্লকলে—লৈকোন অতু উন য়াইমুক চীকই; কজবা মথল মচুগী লৈ কয়া মেণ্ডলবা মুংশা মণ্ডান্দা তগুপ–তরেং কজনা শাংলি, লৈনম পুরবা অত্তপ্পা মুংশিং তপ্পা শিংলি খোইমু অমা অনিসু ঙংলি—পুমচিক চিকখ্রে—অদুক য়াম্না লৈখ্রবা মীশিং অতু অমা ফাওবা উদে- মীখোল তাদে। কনাসু উজবদা থরমসিং মখোল হৌনা হন্না হন্না কৌরকই—

"পুরনসিং মনিকলাল ...কদায়দা লৈবগে নখোয়বু।"

কনাসু খুম্নক্তে : অচিকপা মফমতুদা থরমসিংগী খোম্থাং নত্তনা করিস্ন তাদে; মখোয়পুম্বা পুমণ্ডক ওকখি। থরমসিং খোয়দৌ শাউগংলকলে। তাপা তৌরকই লম্বীদা- লান তৌরবগী রারবা লমশাঙ চংলকপগী চোকথরবা মশা অতু লৈকোন য়োরগা অঙৌংবা মুংশিংলক্তা কুঞ্জবনদা মনাইশিংনা সেবা তৌদুনা অহাউ অথুম চা-থক্তুনা পোথাগনি। অমদি য়ুবরাজ বসুমানগী মথক্তা শাওরকপা পুম্বা বন্দিশিংদা তাইমগনি। তাপা পুখারাঙশিল্লকলে,

অম্নুম অম্নুম খোয়দৌ শাউগৎলকলে—চিংমবনস্থু থল্লকলে। হন্না হন্না কৌরবা কাওবদা কনাস্থু খোরক্রুবদা ধরমসিং দাসিহা মাসিনী লোয়ননা—কৈশুমশঙ লোয়শঙ কা খুদীং চঙহুনা থিরকলে।

অঙকপনি! কৈশুমশঙ কা-পূম্বা খোঙ লোইনা হাংহুমা লৈরমলে—অক্লুংদা লৈচৌবা বন্দী অমগুম্থু লৈরমগ্রে। মকম অদু উন-রাইমুক চীক্লমলে। লোইশঙগী খোঙ পূম্বা লোইনা হাংলম্মী—কনাস্থু লৈরমদে ন্নুমিৎ থরগী মমাঙদা নিনখোংলম্বা—থবক শুংগী, রায়ী শাবগী ঈশৈ-নোংমাই শকপগী মীগী মীনিন—পূম্নমক লোইনা মাঙখ্রে। মফম অদু শুস্তাক লানশিরবা মফমনি; কৈশুমশঙ পাম্নবমা কদায় অকামচাশিংনা কদোমদা খুংলাই পায়বা ঙাক-শেনবা অতুক য়াম্বা লাম্নীশিংহুনা কৈদা—থল্লুবদা ধরমসিং কোক চীকই। মহাক্কী রাশক—নিংথৌ নিংথৌমচা ১০৮ ফারগা ইমা ভদ্র কালিদা বলি ঙৌহুনা কংকে রাশকখিবা বসুমতী মহাক-থক্কীদমক—হৌজিক অরেম্বা ভারে. মতম কয়া চঙনা উপাই কয়া শীজিন্নহুনা বন্দী ১০৭ ফাহুনা থম্লম্বা শুপন্তগী অমত্তমা ঙায়রবা—মাগী পুনসিগী য়েক্লবা মাবু ফারগা মাগী মমাঙমক্তদা বলি ঙৌহুনা হাংলগা মাগী রাশক ঙাক্লগে থল্লকপ-মক্তদা—আশা-পূম্বা লোইমা কায়রে হিথুংঙমদাইদা হিরাকলে—পূম্নমক উত্তা থী হৈরে। ধরমসিং খোয়দৌ প্রোক প্রোক চাক্লকলে।

"কনানা ওইরিগবা?"

মথং মথং কোয়চং চত্তুনা শ্লেংলকপদা উবে লৈকোলগী অতোপ্পা নাকন অমদা অতেক অকায়বা থলবা হৌজিকসু অকনবা

লাঙ্গাও অমা খোকখিবগী খুদম। চিংন-চিংমনা অন্নুম কোয়না য়েংলকপদা লৈকোনগী চিলাইদা লৈবা সল্লি সৈশিন য়ারেকশঙ অতুদগী নাহেবগী খোঞ্জেল অমা তারকলে। ধরমসিং পরপ পরপ চঙশিনখিহুনা—লোনশিন্দুনা লৈরিবা খোঙহু কাওখায়হুনা য়েংলুবদা খুংলাইনা শাথিনা শোক্লবা পুরনসিং মখোঙ মখুৎ পুন্দুনা অশিবা, শিগদোরবা অশোকপা কয়াগী মরক্তা লৈরম্মী। শিগদবা কুইদরবা পুরনসিং উবদা নিঙমদনা শাঙনীংবনা থল্লবা ধরমসিং—পুল্লিবহু মখুৎমক্লা থাদোক থাদোক্লা হংলকই—

"পুরনসিং! করিনো তৌরিবসে মনিকলালদি কদায় চৎখ্রে?"

পুরনসিং স্বর মতেক মতেক হোম্না রাহৈ মতেক মতেক্লা হায়রকই

"তাবিয়ু ইঙো—পুম্নমকসে বস্নুমান যুবরাজনা"

"করম্না? অদুক য়াম্বা লাম্নীশিংনা কদাইদা?"

"তাবীয়ু অথৌবা! পুম্নমক অসে যুবরাজ বস্নুবানগী থৌ-শিলনি। ঙসি হুমিৎ চায়থরক্লবা মতুং অহুমশুবা দণ্ড হেল্লকপা অদুরাইদা খঙহৌদনা লাম্নী তেজোল অমগা লোয়ননা য়ৌরকখি। ইঙো অথৌবা নঙবু লৈবরা হংলকই—খিন্দনা ঐখোয় পুম্বা খুংলাই থাদোকউ হায়রকখি। ঐখোয়না য়াত্রবদা মতম থরদং অকনবা লান থেংনখি। মিংকুপ থরদংগী তুংদা ঐখোয়গী লাম্নী তাকতক হাংখ্রে—ঐহাকসু শাথীনা শোকুনা তুরে বস্নুমান যুবরাজগী মাঙদা কনানা কয়া কুইনা লেপ্পা ঙমগনি, লেমহৌবা মঙোন্দা চঙজগ্রবা লাম্নী থরহু কাহুনা মখুৎ তুংবুম্নরা পুন্দুনা পুখ্রে—মহুদা মনিকলালহু য়াওখ্রে বন্দি পুম্বহু থাদোক্লপা পুহুনা চৎখ্রে। বস্নী

ধনুককী লমজেনবা ১০৫ তমহুনা থঙহৌবনা হোৎচিন্নহুন্না ঐগী লেংথরো পুংদি করম্বং ফি অহুগা ঐখু কা অসিদা অশোক অনা অশিবা মরক্তা পুন্দুনা থনমলিবা অসিনি।" অসি হায়রগা পুরমসিং রাথচ্রে—লান অমুক অহনবকপি—অশিবকী লৈবাক তারা চপ্পন্ন।

খোয়দৌ থিংনা শাউরবা ধরমসিং ওংলহুনা হায়রকই— "বসুমান! যুবরাজ বসুমান! কদাইদনো—কদাইদা লৈ নহাক! থুক্তা পায়রিবা থাঙ অসিনা নঙবু মতুপ মতুপ করবস্থ পেন্নরোই—কদায়দনো! কদাইদনো বসুমান ...

মতম অহুদা শুক্লবা জঙলগী কোচিন অমদগী খোয়থুম্বনা মাক্লবা খোঙ্জেল অমা থোরকই—

"ধরমসিং! চেনগন্নু! ঐ নঙবু ঙাইহুনা লৈরি।"

অসি হায়না-হায়না শত্তোক্লবা থাঙ পায়রবা শগোল ভোংবা লাম্মী মপৈ অমা বসুমান যুবরাজনা লুচিংহুনা—"হাংলো হাংলো" হায়বা খোল্লাউগা লোয়ননা শাফু কয়া ধরমসিংগী কাঙবু তম্না হোৎচিন্নকখি। থঙহৌদনা মথক্তা লান্দারক্লবদা চেনবা য়াত্রহুনা ধরমসিং মতম থর অকনবা লান থেংনখি। মিকুপ থরমংগী লান্দা নীংথিনা শেম-শাহৌত্রবা ধরমসিংগী শগোল-লাম্মী মচা তাকখ্রে ভুম্না হাংখ্রে। বাসন্তি দাসিহা যুবরাজগী য়াথংনা কাহুনা থম্ম্রে। অথক্তা ওাম্নবা শোয়দনা মাঙখীবা তারবা ধরমসিং লান তৌমা তৌবা থনাখি—"অমুক পহুরবদি হিংবগী খাশা

উদে—শিগ্রবদি ঐগী রাশক ঙাকপা ঙমরোই—শিগ্রবদি অমুক নোংহোনা লাম্মী খোমছুনা য়েক্লবা বসুমানগী মথক্তা লমন খুম্বা ঙমগনি ।”

অসুম্মা থম্মা থম্মা লান শোক্ল-শোক্লনা থর থর হনখিছুনা থর থাপ্লক্লবদা চম্মা মমায় লৈছুনা কম্মা চেনখ্রে । মমাঙৈগী অক্তাম্ম ওইরবা য়েক্লবা ধরমসিংনা চেনখ্রবদা বসুমান যুবরাজ তায়রি মতুং ইন্না, হম্মা চম্মা লাউরি—“চেনগনু, চেনগনু পাণ্ডবা অম্মম্বা ।”

অসুম্মা নীংহম্মনা চেন্নকপদা মায়কৈ ওম্মখিছুনা ধরমসিং পাক্লবা লমথুংদবী লৈবা অদোমদা চেনশিনখরে । খঙহৌদনা মাগী শগোল ওকশম য়ৌনা পুখখরে । মহাক অমুক হন্দোকপগী আশা উদে অরেং অরেং পুথরকলি । শগোলদো লৈম্মুংদা চঙখ্রে । শগোল খক্তে অমুক্তং চোংছুনা লৈকং য়ৌবা ওম্রা য়েঙ্গে হায়রনা মমায় লৈথোরকপদা উখি—বসুমান যুবরাজনা তেন চীংছুনা লৈরম্বা । চেনবা য়াত্রবা অরোইবী ওমথৈ য়ৌরবদা ধরমসিং নাকন্দগী ছুরী শতুনা লংখিরম্মী মতম অছুমক্তদা বসুমান যুবরাজগী লীক্লংদগী কাপথোরকপা তেন্না মথুং য়েংওই অনিমক মপাম্বোম মক্লমক্তদা কতুনা থাদখি । মতম অছুদা মহাক মথ্নাং কাওবা পুথরকলে । মশা পূম্বা ঈন্না পূমঙাক ঙাঙনা তৈরে—লাম্হোকপগী আশা উত্রবা ধরমসিং থারবা মিংয়েংনা য়েংখিবদা উখি—মাগী ছুরীছুনা বসুমানগী কোয়েত্তা পান্দুনা কোয়েং নাম্হোকহনখি । কোয়েং য়াঙত্রবা চোইজাইনরবা বসুমানগী শমছু উক্লবদা নীংশিংলকখি—কুশুমপুর

কোম্নুংগী শিবমন্দির নাক্তা উথিবী নিংথৌগী মচান্নুপী বসুমতী—নিংঙমদবা মৈচান্না থল্লবা খোঞ্জেলনা লাউরকথি অঙাওগুম—

"খঙই, ঐ খঙই—নহাক বসুমতীনি। নহাকথক্তাদমকনি—ঐনা তৌথিবা হৌনবা হৌনদবা পুম্বা—"হায়না হায়না গত্তি কৈত্ত্রবা নিঙমদবা মিংয়েংনা য়েংনা য়েংনা অম্নুম অম্নুম পুথরক্তুনা ধরমসিং লমথুংদবী কৈখোয়্রংদা অত্থম চঙখ্রে।

# (৯১)

## অম্লুক উনবা

১

ওসি বিদর্ভ কোম্লংগী অওম অপো কয়া হুম্নরকপি । লৈবাক অসিগী ঈংগ্রৌ শিংলবা পাক্লবা লম্বী থম্লা হুম্নিং অসিগী হুমিদাংম্রাই— রমদা মখল কয়াগী মী চৎলি । অঙাংবা ওপনা শিংপা লুংশিংলক্তা শগোল তোংবা, দলাই তোংবা, খোঙনা চৎপা অওম্বা কয়া রাজ-সভাদগী মথং মথং রান্নী শানা শানা থোক্লরকপি । মখোয়গী মরক্তা অওম্বা অনিথক শগোল তোংলদুনা থুক্লপমচা থৌরদুনা দরবারদা থোকথিবা থৌদোক্ত খম্লদুনা ওপনা ওপনা চৎলম্মী ।

"অওকপা থৌনানিকো যুবরাজ বস্লুমান ।"

"মানি মানি অওকপনি ।"

"ঐথোয়গী লৈবাকমুংদা নর্ম্মদা তোর্ব্বানগী জললদা— অরোনবা লৈকোন কৈগুমশঙ ! অওকপনি !"

"যুবরাজনা মকমদু কয়রা খঙলুবা !"

"মৃগয়া চৎপদা থেংনরুবনি হায়— । লৈবাকী অরোনবা চুরাম্বাবা কয়া লৈ—অদুবু মসিগী পাউসি ঙনামত্তা নিংথৌ সনা নাকোং য়োৎহন্দবনিকো !"

"অদুবুদি লৈবাক পুরম্বা মন্ত্রি মকোক লাম্মী মকোক হড়াস-নাপতিনা নিংথৌগী মায়োক্না শিল্লয়বনিনা কনানদি খণ্ডনি।"

"কয়াদা হৈশিংখ্রবা, কয়াদা থৌগ্রবা! লাম্মী খজিক্কনা অদুক য়াম্বা লাম্মী মায়থীবা পীদুনা কায়রুপা ঐনা খরাইদগী হেন্না মুণ্ডাইজবদি—অথোইবা দাকু ধরমসিং হাংখিবসিনি।"

"মা লৈত্রগনিনা লৈবাকসি কন-য়াম্বা ঈংলনি—কয়াদনো-মানা ওং লৈরম্বদো।"

"অদুগা কাওরবী মালিনী দালিহা অসিনা কদোমদগী কররা য়াওরুরিবা।"

"দালিহাসে ধরমসিংগী অয়োনবী চায়বীনি হায়রে।"

"অদুগা নিংথৌগী মচা মন্ত্রিগী মচা কর্ণী ময়ামদো কদায় কদায়দগী কররা কাওরিবা?"

"পুরণবা ১০৭ নি—ভারতকী লৈবাক অরাপ্পা গুরে—। আঃ তাম্রলিপ্ত—কেরলদগী কুণ্ডিনপুর সুরাসেন অঙ্গ বঙ্গ মগধ গন্ধার দেশ কাওবা য়াওরে। মখোয়গী মরক্তা অমদি মুপীনি

"মদো কুণ্ডমপুরগী মন্ত্রি মকোকী মচা মুপী পুষ্পা হায়বীদুনি।"

"মন্দী ময়ামসি করিগীদমক কাবদি হায়রগে?"

"মহাকালী তৈরবীদা বলি তৌদুনা কংননবা মথবনি হায় 'অতকপনি ধরমসিংগী থৌরাং?"

"য়াম্না ওকপদি মথোয় ময়ামদু জ্ঞান গুক্তা তাদবা অদুগদা লৈবদুনি। ঐদি মখোয়দো লোয়না তাওরমাল্লে খল্লুরে।"

"অওকপা অমনা-মখোয়দো দালিহানা তাওহনবনি হায়রলে কররা খুদ্দাজনা খণ্ডলিবা!'

"দালিহা উবদা মখোয় লোইনা মমিৎ মনা ইতু তুথৈ—তুক্কক তুকাই চলি। শক কজবী দালিহানা থম্নবদবু ঙাওরোইদবা কনা লৈ? নঙস্থু ঐস্থু ঙাওবা য়াইনা।"

"দালিহানা খোয়থুমলবা খোজেলনা— মাদি করিস্নু খঙজদবনি হায়জরক্লবদা মহারাজনা মালিনী অচুগা মনাই মুপী বাসন্তিবু থাদোকখিনবা য়াথং পী নত্রা?"

"উম"

"অচুদা যুবরাজনা হায়খিবদো করি?"

"ঙাইহাক্কা ঙাইবীখো পাবুং মহারাজ! মাগী কাম্নবা খর লৈরি নত্রা?"

"মানি! অচুদগী যুবরাজনা দালিহাদা হায়বদো করি?"

"যুবরাজনা নোকমি নোকমি হায়খি—ইবেম্মা মালিনী! বন্দী অনিথক নঙনা লোৎলিবদো কদায়দা লৈহৌই—'

"মচু তাবদা সভাদা লৈরিবা পুম্বা পুমঙক ঙকপনি—। অচুদা মালিনীনা খুম্নকইদনা— যুবরাজ ননাই ঐদি করিস্নু খঙজদ্রবী লৈরেংবীনি—ঐনা কয়ম্না কয়ম্বা বন্দীবু লোৎকদগে? ঐদি খঙজদে—ঐ বন্দী কনাবুম্নু লোৎচদে ঐ শুকখঙ খঙজদে।"

"মচুদা যুবরাজনা নোক্না নোক্না হায়খিবদো— ইবেম্মা ভোগমুংমখোয়বু মুংশিবীয়ু—লোৎলিবা অনিতম্নু পুথোকপীরকউ।"

"মচু তা-বদা ঐখোয় পুম্বা ঙকখ্রবনি। মালিনীচুনা হন্না হন্না—"খঙদে উজদে; করিনো হায়বীরিবা তাকপীরিবা স্নায়াথংদো—ঐদি তোল্লবী করিস্নু খঙজদবী লৈলোংবী, লৈ শেমজবী

মুপীনি—ঐ কনাবুমু লোৎচদে—হায়না হন্না হন্না অহন্নক হায়রকাও-বমুমান যুবরাজনা শুকয়া য়াখিদে-অহোয়নহুম যুবরাজ মৈহৌনা শাউরকই নত্রা ?”

“মহারাজ য়াওনা ঐখোয় পুম্বা রারোরমই— ।”

“মানি, অদুবু যুবরাজনা শাউনা শাউনা—নোকমি নোকমি-কল্লপ্না হায়বদু- “ইবেন্দ” ! নওনা খওই হায়দুনা হন্না হন্না হায়বনি-নওনা লোৎলি খওনা খওনা হায়বনি—কজনা হায়বদা য়াত্রবদি রাঃনুকো নউন খোকপা তারেদো—”

অদুক যাম্বা অওম অথৌ অমদি মহারাজমক্না— “করিনো করিনো” হায়নরিঙৈমক্তদা যুবরাজ মশামক চওশিন্নক্নুনা নাকন্দগী চুরী শত্তুনা মালিনাগী নঙনদগী উনশা হেব লেনগে তৌরকপমক্তদা-মালিনী মিৎলৈ য়েং - মনাই মুপী বাসন্তিনা হায়রকপদু তাহৌত্রা ?

“তা-হৌই, মানা হায়খি ঙাকপীয়ু যুবরাজ ! ননাই ঐহাক অমুক্তা থিদুনা কংবরা য়েংজগে !”

অদুদগী যুবরাজগী য়াথংনা থুংলাই পায়বা লাম্নীনা চেকশিন্না ঙাক্তুনা মালিনীগী মনাইমুপী বাসন্তি মাগী ময়ুম নর্ম্মদা মপান তান্না পুথ্রেদো প্রহরি অনিগী মমুংদা মশক মতৌ কজরবা পাখও অনিথক রাজদরবারদা হন্নরক্নী । মদু উবদা দরবার অদু পূমওক ওরখি । পাখও অনিদুগী মরক্তা অমখক্তা য়াম্না লাওতকবা মুংশিবা মিৎয়েংগা লোয়ননা দালিহা মালিনীদা মিৎকুপ্তনা য়েংবদু নও উবরা ?”

“কবিনো মমিৎ কক্কা কুপখিত্রবনি । অদুবু মালিনীনা মমিৎ

শুকপাদা মখোয়হু মমিৎ-মনা ইতু-তুথবহুদি নত্তদি উবরা ?"

"করিগী উচনি। অহুগী যুবরাজনা হায়রকপদো—

"মুত্তাইরে ইবেম্মা মালিনী। হৌজিক্তি মখোয়শিংসে অমুক্তা জ্ঞান তাহল্ল, হাযেং-য়াও ওইরিবসি তোকহল্ল, অমুক্তা মী ওইহল্ল।"

"মহু তাবদা ঐদি পুমত্তক ত্তকাখ্র।"

"নত্তা নত্তে দরবারদা লৈরিবা ঐগোয় পুম্বা পুমত্তক ত্তকপনি।"

"মহুদা মালিনীনা খুমনকপহু যুবরাজ! মনাই করিম্ব খত্তজদবীদা স্বায়াথং পত্তাক তাকপীয়ে। মনাই লৈরেংবীনা করি খত্তগদগে ?"

"যুবরাজনা মহুদা নোক্না হায়খিবহু করি—"ইবেম্মা তৌগম্ল, মখোয়বু মুংশিবীয় নত্তনা খত্তই, নত্তনা ত্তম্মী খত্তমা হায়দ্বিবনি।"

"মহু কাওবদা মালিনীহু য়ানিংদে নত্রা ? মবৈদা শাওরবা যুবরাজনা অমুক হিংনা হিংমা মউন থোকে তৌরবদা মালিনীগী মিংলৈ তুংইম্মা মনাই মুপী বাসন্তীনা হায়খিবদো—"

"ওাইবীখো যুমরাজ! মনাই ঐহাক অমুক্তা হোৎমজগে।"

"তকখ্রেদা! বাসন্তি হায়বী মমাইহুগু মাগী থাউদগী লৈ মথল থর, লৈ ময়োল থর পুথোয়রগা অচৌবা মচোম অমা লোমলে অহুগা বন্দী পুম্ব মথং মথং মমম মমক্লে—অহুগী হৈ থর পুথোয়রগা মহৈং মচেং কক্কুনা বন্দী পুম্বহুদা য়েস্নোকই।"

"বন্দী পুম্বহু লৈ বাচোমগী মমম তাবদা—হৈ অহু চায়বদা—লোইনা মমিৎ মনা তশিং তশিং জ্ঞান তারকখি—মখোয় লোইনা হাযেং য়াও, ওইবা তোক্কুমা মী ওইয়ে নত্রা ?"

মচু উবদা মহারাজনা খুদক্তা দালিহা মালিনী মনাই মুপী বাসন্তিগী লোয়ননা কৈশুমশঙদা অচুম থমখ্রে ; মিয়াংককা মতম ককথিত্রে নত্রা ?

মতম অসিমক্তদা যোগীরাজ অথোইবা অমা নিংথৌগী দরবার সভাদা লাকখি—মাগী আসন থাবগা—হৈ হৈ অচাপোং কংলগা মহারাজ অমসুং বর্তমান যুবরাজ হৌগত্তুনা থুকমই ।

যোগী অহুনা আশীর্বাদ তৌরগা হংখি - "মহারাজ মুঙাই য়াইফরিদনা—য়েক-তিংথং লৈত্রেদনা ?"

মহারাজনা খুমখি—যোগী অথোইবা নঙগী আশীর্বাদনা য়েক তিংথং লৈত্রে নঙগী থৌজাল্লা ইচাকুপা বর্তমান যুবরাজনা য়েক পুম্বা লোইনা মাঙহল্লে ।

যোগী অহুনা বর্তমান যুবরাজদা ওনশিন্দুনা হংখি—"যুবরাজ ! নঙনা নীংজবা থংলেদনা ?

যুবরাজনা খুমখি—যোগী অথোইবা নঙগী আশীর্বাদনা ভৈরব মহাদেবগী থৌজাললনা হৌজিক ঐনা নীংজবচু থুংজরে । কুশুমপুরদা পাবুং মহারাজদা মঙ্গল পাও তম্বীরু ।

যোগী অথোইবা লেঙখ্রে । অহুগী তুংদা রাজ দরবারসু লোইশিল্লে । অহুনা ঐখোয় অনিনা মহারাজ অমসুং যুবরাজ থৌগন তৌহনা নিংথৌমচা ময়ামচু উনবা চহল্লেদনা ।"

কোক্লুংগী মচুংচনবা লৈকোল্দা তাঙবল কয়া থারি । মচুদা মন্ত্রিমচা নিংথৌমচা ময়ামচু কমলি । মশম মনা কাক্সা অক্কোইশয়াং

কোক্লবা তরু তরু ঈরু মায়থরুরগা অক্লবা ফিরোন-রাজবেষ শেৎলবা নিংথৌ মচা মন্ত্রি মচাশিং ভণ্ডপ-তয়েং নীংথিরি।

বসুমান যুবরাজ লোয়ননা মহারাজ মরু ওইবা অঙম অথৌ কয়াগা মজাইবেম্মা ভত্রা য়াওনা মখোয়গী লক্কা চণ্ডগ্রে—অমনা অমগী রা-পাউ রাহং পাউহংনরে। মখোয়গী মরক্কা থরদি চহি ৫।৬ কাহনা লৈরুরে হায়!

ঐখোয়না রারী রাজাই শানরিঙৈদা নিংথেমগী রালহৌশঙদগী মথল মথা অচা-অথক পুরক্নুা নিংথেমগা যুবরাজগা লোয়ননা নিংথৌ মন্ত্রি মচামশু পুয়মক্‌গা অচৌবা চাকলেন চামিয়রে।

"ঐখোয় অনিস্থ পুক পেনবা মথৈ চারেদো।"

"মখোয় পুয়মক্কা মথংগী নুমিত্তা মাগী মাগী দেশতা চৎলগে হায়রবদা যুবরাজ বসুমান্না মখোয় খুদীংদা খুদোলপোৎ কয়া পীরে—শগোল অমমমস্থ পীরেদো—মখোয় হয়াওবনা লোইরে।

"অহুগা নিংথৌগী মচা অমগা সেনাপতিগী মচা অমগা মুপী মচা অমগদি যুবরাজগী মরুপনি—মহাক্কা নুমিৎ থর লৈমিয়খিসি হায়না যুবরাজগী সঙ্গাইদা পুখিবহু কনা কনানে হায়বা?"

"নিংথৌগী মচাহু বিজয়নগরগী যুবরাজ জয়সিংহ সেনাপতিগী মচা মুপাহনা 'বিজয়নগর যুবরাজগী মরুপ অভিরাম অহুগা মুপী-মচাহনা অভিরামগী চাম্রবী কুসুমপুর মন্ত্রী মবোক্‌কী মচামুপী পুম্প্যানি হায়।"

"ফজৈদকো মখোয়হুস্থ।"

"ঐখোয়গী মজাইবেম্মা ভত্রানা যুবরাজ জয়সিংহদা য়েংবদা মমিৎ কুপথিত্রবনি।"

"নিংথৌগী মচা য়ুবরাজ জয়সিংহনা ঐথোয়গী য়ুবরাজবু হন্না হন্না য়েংহুনজা লৈবহুদি উত্রা ?"

"উইনে—অহুক মুন্না তোয়না য়েংলিবদো করিগী ওইরমগনি।"

"খণ্ডদেদা, ঐথোয়গী য়ুবরাজস্নু ফজে য়ুবরাজ জয়সিংহস্নু ফজে।"

"কুসুমপুরগী মন্ত্রি মচান্নপী পুষ্পাহুনা কয়া ফজরিবা ঐথোয়গী য়ুবরাজ বসুমানদি মঙোন্দজা য়েংহুনা লৈবরা থম্লিদো ঐদি।"

অমুম্না রারী শানা শানা লাকপনা খওয়া অনিদো ছোরোক লমথাই অমা য়ৌরে। মফমহুদা ঙাইহাক লেপ্লরগা লেংগোল্লনা— "কায়নরসি" হায়নরগা জোঙান জোঙানবা লম্বীদা মাগী মাগী ময়ুম ভঙ্গা শগোল থুরপ থৌনখ্রে।

২

বিদর্ভ য়ুবরাজগী সঙ্গাইনি, অনিশুবা নিংথৌগী কোম্নুংনি,— ফজবগী হায়নিঙাই লৈতে- নীংথিজহন্দা মপা লৈতে—থোইদোক্লা বসুমান য়ুবরাজগী পুক্লীংগী অপাম্বা মতুংইন্না শোমদোক্লবা লৈতেং থোক্তেংলবা ফজরবা সঙ্গাইনি—ফজবা নীংথিবা চীংলেম্বশিংগীলক্তা শীংথানরিবনি।

সঙ্গাই অসিগী খা থংবা নাকন্দা শাংকায়রবা থরো-লম্বাল থারিক পানা থল্লবা পুখ্রি মপানগী চাং মান্নরা করুবা নাপী হৌবা পাক্লবা প্রমোদ উদ্যান লমপাক্তা ফজরবা ভাণ্ডবল থারি।

মচু মখলগী পে খাল্লি মক্ষমসিদা সুমিৎনা চায়থরবদা নিংথৌমচা যুবরাজ জয়সিং, সেনাপতি মচা অভিরাম' মন্ত্রিগী মচানুপী পুস্পা রারী শানা কমলন্মী। বসুমান যুবরাজগী হৌনবা খঙলবী হৈশিংলবী মনাইশিংনা চান-থরুবা লত্থ বেরা তন-খা—হৈ মহী সর্ব্বত লচ্ছিন-চিংবা লানশিল্লি মহোয় নোকমি নোকমি রারী চিকপক্কা শারি। নক্কবা শঙ্গাইদগী সুংশিরবা বিণাগী শুর লাকলি। মনাক্ত লৈবা মালিকা গুলাব-মধুমতী যাত্তি পুস্পা। লৈকোল্লগী লৈনম শুনা পূরবা নামিবা লিরি- লিরি শিংলি। হৈনম লৈনম লক্তা মথুম মরাং হৌরবা মখোয়-মিং কল্পপ—কল্পপ য়েংনবা চিকপক চিকপক যারী শুরী। সুমিৎ চায়থরক্লবদা মজাইরেম্মা তন্ত্রাঙ্গ মনাইমুপী অনিগা লোয়মনা চুবং লৈনানা লৈক্তেংবা দলাইথক্তা তোংহনা যুবরাজ সঙ্গাই পাংল-কলে। নিংথৌগী মচা যুবরাজ সঙ্গাইদা মজাইরেম্মনা থোঙদাবা ওসিগী সিনা অহানবনি। বসুমান যুবরাজগী রাশক লোইগদবা হয়েংনি' কুশুমপুরগী মন্ত্রিমচা বিজয়নগর নিংথৌমচা সেনাপতি মচাবু তারাম তারাম ওক্লবা মবাইবুঙোনা পারকপনি। বসুমান যুবরাজনা মখোয়হ মাগী চাম্মবা মরূপ ওাক্তনি তায়রকপদগী দলাইদগী কুমথরক্লগা মজাইরেম্মা তন্ত্রা মনাই অচানবী অনিগা চংশিনথক্লনা কুশুমপুর মন্ত্রি মচানুপী পুস্পাগা কলিমাংথ্র অক-মুঙাইগী রা পাউ মংনরক্লা শক খঙনরক্লা তুংদা রারি-রাতাই কযা শারি। রারীলক্তা যাওরি কুশুমপুর বিদর্ভ ধরমসিং দালিতা, অরোইবদা শারি বসুমান যুবরাজগী রারী। মনাইশিংনা পুশিল্লকপা অচা-অথক চারি থকলি। যুবরাজ জয়সিংহ সেনাপতি মচা অভিরাম মখোয় অনিমু বসুমান যুবরাজগী মরমদা রারী শারি।

জয়সিংনা হায়রকই—ওহোক্লা লানথ্রেঙকো ঐগী বসুমতী।

পুষ্পা তিন য়োক্তুনা ৱাথল হাইফেৎ খল্লি। মতম অসি-মক্তদা বস্থুমান য়ুবরাজ শগোল থৌজিল্লকখি। মনাইশিংনা চৌনবী ব্যবহার তৌহুনা স্নথোং হাংদোকই—মথুৎ লোয়রহুনা লৈ। তাংথক নাইদনা শগোল থৌজিল্লকই—প্রমোদ উদ্যান লম্পাক য়ৌরকপদা শগোলথক্তগী কুমথৈ—মনাই শগোল শেমবা অমনা শগোল চুপলি ফাহুনা য়ুবরাজ খুত্তগী শগোল শাজৈগা কোয়না শগোল চুপ্পী লৌরগা শগোলশঙ তান্না শগোল অহু চিংশিনখি। য়ুবরাজ বস্থুমান তপ্পা তপ্প চীংলেম্না চঙশিনখি—মখোয়গী মনাক্ত। মখোয় পুম্বা কমকমদগী কুক-কুক হৌগত্তুনা য়ুবরাজবু ইকাই খুম্নে বস্থুমান য়ুবরাজনা জয়সিংহ অভিরামবু তরাম তরাম কৌই অহুগা অভিরামদা ওনশিন্দুনা হংখি—ননাই-শিংনা শীজরিবা অসিদা নীংবা থুংদবা করি য়াওবগে?"

অভিরাম—য়াম্না স্নুঙাইজরে পুম্নমক য়ুবরাজগী থৌজালনি। জয়সিংহ য়ুবরাজনা য়েংলি মমিৎ কুপ্তনা অহুবু বস্থুমান য়ুবরাজনা মঙোন্দা পুংয়ান চানা ওনশিন্দুনা অমুক্তা কাওবা য়েংলক্তে।

জয়সিংহ উরুবদা বস্থুমান মমিত্তা ঈন্না চেনগদৌরকই—হোৎচিন্দুনা মাবু চেজেৎ কোয়ৌংলকই। মহাক্কী মশাগী ওইরকলিবা ফিভমহু লোৎপা লুরক্তদৌরহুনা পুম্পাগী মনাক তন্না—"ইচেম্মা, ইচে ইবেম্মা পুম্পা" হায়না কৌর—কৌরহুনা পরপ পরপ চেনশিনখিহুনা লেপ্তুনা লৈরিবী কুশুমপুর মন্ত্রি মচাগ্নপী পুম্পা-বতীবু চেজেৎ কোনশিন্দুনা মথজাই অনিমক্তা ওন্না ওন্না মথোল হৌনা চুপ্নম্মী।

বসুমান য়ুবরাজগী অসিগুম্বা মথোঙ হুক্তব থৌরমসি উবদা জয় অঙি ভত্রা পুস্পা লোইনা পুমণক ওকখি। মজাইবেম্বা ভত্রা মমায় তাওনা শাউদুনা মমায় লৈথোক্নুনা, কেং লাউনা হাইদোক্নুনা মনাইমুপী অনিতুগা লোয়ননা প্রপ প্রপ চংখি দলাই তোংদুনা মাগী সজাই তম্বা। মবুক্লীংদা খনখি—“খঙনি হয়েং।”

অঙি শাউবনা লুত্তোন কায়—শাওনীংবগী পন্দোন লোম্লক্নুনা, কুক হৌগংকে তৌই থাঙশাং খুংপাইকমদা পায়দুনা। মদু উবদা জয়সিংহনা মখুৎ পায়না কমকমদা চিংথদুনা কমহল্লি। শাউনীংবগীদি শত্তোক্লবা থাভদুনা বসুমানবু থিন্দুনা খুদক অদুমক্রুদা লমন খুমনীংলবনি। অদুবু জয়সিংহনা থাম্বা অমদি -মাগী সেগাদা চঙকম কংলিবা—য়েক্রবগী খুত্তগী মথোয়বু কনবীরকপা অমদি শোয়দনা শিরগদবা তাংকমদগী মহাক্লা কনবীরকপনি থম্ব্রুবদা অশাউবা পুম্বা কা-থদুনা মুংশা মপী শাংনা হোনখি—মখুৎ অনিতু মথক্তা পায়শিঞ্জদুনা গুরু গুরু নোইদুনা খাওখি। অদুম ওইন-মক শাউনীংবা মমিং শুক্লোক্নুনা কম্লপ কম্লপ য়েংবদি তোকখিদে।

য়ুবরাজ জয়সিংহদি বসুমান য়ুবরাজনা তৌরিবা পুম্বা য়াম্বা ওক্লা হৈনীংনা মুঙাইনা য়েংলি; শাউনীংবা মুঙাইত্তবা, হৈনদবা অমত্তা পোক্কে; অদুবু কম্লক্রবদি নত্তে। মানা খনখি—“য়ুবরাজ বসুমাম্না মাবু অমুক্তং চেজেং কোম্লরবদি— নক্রগা মহাক মশামক্লা বসুমান য়ুবারাজবু চেজেং কোপ্রদুনা ওম্না ওম্না চুপচবা ফংলব-দিকো”—। থোইদোক্লা থোয়ম্বাং থোম্বশাউনরবী পুম্পাগী মায়থোং অদো পুক্লীং মকালাম্না য়েংনীংনা য়েংলি।

ইথঙ থংচৌরনা ঙৌথোক্লকপা অশিংবা মপোক হত্রুবা বসুমান যুবরাজগী থৌদা অমিদা খোঙ্গাঙ ঙোংলাইনরগী, পোইদোক্লা অয় অভিগী মাঙদা ইকাই সজোক আংলবী ওকলবা থল্লবী হৈনীংঙ্গবী পুষ্পা অহানবদা মমায় শাঙলপ উহনীংঙনা, মখোঙ খোঙবীনা লৈবাক্তা ক্রু ক্রু নৈহুনা থাডখি। যুবরাজনা মখোয়বু কনবীয়কপানি থঙ্গুবনা ফন-শাংত্রনীংলকপা অশান্তবা পুংবা ফাথহুনা থাডখি।

পুম্নমক উক্লিবা বন্নুনা—কৈস্ত খোশাদে মেংমোন মোমেংন নোকমি নোকমি—পুষ্পাবু চেংনা কোনশিল্লরগা মাগী মনাক্তোংদা লোয়া হায়খি—"ঐনি।" মহু তাংবদা ভাব তারবী পুষ্পা নোক্লীংবা পোক্লকলে। ওাঙলবা মায়খোংদো নোকমি নোকমি তৌরকলে। অহানবদা মমায় লুকথহুনা নোক্লীংবহু থাডখি। তৌজিক অভিবু লক্লনীংলহুনা নোককেং তৌরগা অভিগী এমাঙ-মক্তদা বসুমান যুবরাজবু চেংজেং কোনশিন্দুনা ওয়-ওয়া চুপখি। মহু উরবদা অভি অখোয়দো প্রোক প্রোক চাক্লুনা পুষ্পাবু খমথেংনা শাউরকলে—মটিম্না থোক্লা হায়রাক্ল—'অকিনো পুষ্পা নহাক্লা তৌরিবদো ?''

পুষ্পা অভিবু হেন্না হেন্না লঙনীংলহুনা মমাঙমক্তদা বসুমান যুবরাজবু চেংনা চেংনা কোন্দুনা হন্না হন্না চুবা অমিং চুপকলে—অদুগা হায়রক্কই—"কুইনা উশিত্রবা ইপানি ইপাগী মপান্না ঐখোয় অমুক হিংলকপানি। ইপা ইবুংঙা! যেংঙোই নঙগী নবাই অসে, শাউবনা লোইরেসে সে লে ঐবু থাজোকলো।"

"য়েঃ য়েঃ ঐদি খঙলুক্রেদনা ঐগী ইবাই-ককা লৈরবোই-য়েক্কো। ইবাই ইবুঙো নশেম্মা থুরমজরি।"

রাজ্ঞু ত্থাবদা অভি হুইঙক য়েংঙক চাহুনা লৈরি। শাউরম্বা, শাউনীংবা মুঙাইতবা কল্লকপা পুৰা লোইনা মাঙগ্রে—মথন্তা ইশিশিনা কাক কাক নোক্লকলে। পুস্পাম্নু নোকলি—জয়সিংহতদি চময়রি। বসুমান যুবরাজনা মখা তাথরকই—

"ইচে ইবেম্মা। নঙগী দি খঙলে—ঐগী ইবাইবুঙো অমম্নু লৈরমলে। ঐথোয়গী ইচেমসি ইবেম্মা বসুমতীদি করম তৌহৌরি? করম্না মাগা কায়নরগা মকম অসি য়ৌরকলিবনো?

"ইবুঙো! নচেমসি ইবেম্মবু হুন্দোরমগা ইথম্তা লাকপা য়াবরা? নচেমসি ইবেম্মগী রাদি নবাইসি ইবুঙো যুবরাজ জয়সিংহদা হংউ।

"থুরমজরি ইবাইসি ইবুঙো! ইচেমসি ইবেম্মা কদায়দা লৈহৌবগে অমুক্তা তাকপীয়ু; মতম য়াম্না কুইখ্রে ইচেমসি উদবা।"

রাজ্ঞু তাবদা মংবংনরবা জয়সিংহ যুবরাজ মজাইবেম্মা চায়রবী বসুমতীবু মমু খঙুরগা নিংঙমত্রবা মৈচাক্রা থোইনা হেম্মা চাকজক্লুনা রা মচেং অমত্তা ঙাঙথোকনম এমিত্তা মপি তক্ন তরুং চেম্মুনা ভুম্রিন—মরু লুকুথখি।

মচু হাইকেং নোক্লৌংই—রূপম্নু কপ্লৌংই হোংচিন্দুনা চেক্লেং হোল্লগা হায়নীংই—"ঐবু ঙাঙদ্রিবরা?"

যুবরাজ জয়সিংহী মত্তৌ উবদা নীংঙমত্রবা য়াক্রবা মন্ত্রি-সগী ইবা চেমা মুংশামগী শাংনা হোল্লগা হায়রকই—"ইকাইগী

ইবুঙো যুবরাজ তাবিয়ু নচেমসি ইবেম্মগী বা। নচেমসি ইবেম্ম-গুম্বী মুপীবু মালেমসিদা অমা লৈরমখিগত্রা ? ফজবী, নীংখিবী নৌজবী মাগুম্বীবু মকম কদায়দা লৈরমগদগে ? মমিংতা তাবদা মশাগী থম্মোইবু হুত্রবা যুবরাজ জয়সিংহ মহাকথকীদমক—মরৈবাক বিজয়নগর থা-হুনা, চৌং, পাং, তুরেল জঙল কয়া শমহুনা— লৈবাক কয়া লান্দুনা কুশুমপুর য়ৌখি। কুশুমপুর শিবমন্দির নাক্তা নচেমসি ইবেম্মবু উজবা—উনবতদা থম্মোই—থম্মোই শিন্ন-খিবনি।" শিব মন্দিরগী বা নীংশিংলুবদা বসু মতু চুংই। অভিনা মথা তাথরকই—

"নচেমসি ইবেম্মা! মজাইবেম্মা বসুমতী! ফজবা নৌজবা নীংখিজবা চৌংলেম্বদা মপা লৈতবতা নত্তনা লাইরিক হৈবী, খুজু খুৎলাই লোইনা হৈবা লৌশিং চাওবীনি লানফমদা খুৎলাই তরা পায়বী হেমগীরী মচানুপী দুর্গাগুম্বীনি। মেন্তনা ঈংবদা ক্ষিরোদ সাগরদগী থোরকপী লক্ষ্মীগুম্বীনি। লৌশিংদা সরস্বতীনি। মহাকী মরৌশিং মথোনানা ফত্রবা মাস্ত্রমচা হেমচন্দ্রগী খুত্তা অরাবা তারবা ঐথোয়বু ঈরায় লায়না কনখিবনি।

ঐথোয় যুবরাজ জয়সিং নচেমসি ইবেম্মা বসুমতী পুম্পা, ঐ—ঐথোয় পুম্বা শংগোম তোংহুনা চেন্নকপনি। বাতাংহৈবী নচেমসি ইবেম্মগা লোয়নবনা লম্বীগী অরাবা খত্তদবনি। তাউ, যুবরাজ নচেমসি ইবেম্মগী থৌনা, লৌশিং থৌরাং শীংথাবা গুম্বা নত্তে। লম্বীদা য়েক্নবা দাকু দস্যু নিংথৌনা ঐথোয় পুম্বা মায়থীবা

পীরবদা নচেমসি ইবেম্মনা ঐখোয়বু কল্লক্রবনি।" অভি মুংশা মপী হোল্লি; অদুগা মখা শমথরকই।

"ঐখোয় মথং মথং চীং তুরেল জঙ্গল লালক্নুনা নর্ম্মদা তোর্ব্বান য়েৌরকপদা দালিহা মালিনীগী থৃত্তা তাদুনা অরাবা কয়া নংখিবদুনি—মথংদি নহাক্না হেন্না খঙলিবদুনি—। ইবাইগী ইবুঙো-নঙনা ঐখোয়গী অরাবা পূম্বা কোকহন্দুনা ঐখোয়বু অমুক পোক-পীরবসিনিদো। অদুবু"

অভি মুংশা মপী ফূইনা ফূইনা হোল্লি—মমিত্তা পিগী ঈরা চেল্লি—অদুগা ফুনগংলবা ৱাহৈনা হায়রকই—"দালিহাগী লাংদা থৃবা মত্তমদা কাযনখিবদগী নচেমসি ইবেম্মবু অমুক উবা ফংত্রি।"

যুবরাজ জযসিংহ মুংশা মপী শাংনা শাংনা হোল্লি মমিত্তা ঈরা চেল্লি—হিক হিক লাউরবা খোঞ্জেল্লা মচিন্দা মথত্তা পঞ্জরকখি—"বস্নমত্তী বস্নমত্তী।"

মিং অসি পল্লকপদা চুম্না লেপ্পা রারবা বস্ন—মুংশা মপী শাংনা হোল্লি—ভথকপা রাথল তনিক তনিকপা রাঙাং পূম্বা তিন য়োখদুনা খাঙলগা তপ্না পুম্প্পাগী লেংবান্দা লাথদুনা ভাইহাক লৈরগা নাকোংদা তৌগদবা থৌবম পূম্বা শম্না রা অমা অনিদং লোম্না হায়রগা ফোংনা খোন শেমদুনা হাযরকই—

"ইচে ইবেম্মা—ইবাইসি ইবুঙোসি স্নাহকচাং য়াম্না ঙমদনা উরে—ইচেগা ইবাইগা থর য়েংশিনবীয়ু। ঐগী কাদা লেঙশিন-হন্দুনা পোত্থাহনবীয়ু। পুম্নমকসি তৌঙম্বী দালিহানা থোকহনবনি।

ঐহাক ইচেমসি ইবেম্মবু থিক্লথিগে। কদায় ঐগী থুংলাই ঐগী শগোল।"

থুদক অহুমক্তদা থাঙ-তা থুংলাই পুম্বা শুনা হাপ্লবা শগোল তোংহুনা বসুমান যুবরাজ থুরুপ পোহুনা চংথরে।

+ + + +

মুমিং অচুগী মুংদাংগী অহানবা য়ুথক্তা চুবং লৈনানা কোয়না য়াল্লনা মীনা পুবা দলাই অমা থুংলাই পায়বা লাম্মী কয়ানা ঙাক-শেন্দুনা বসুমান যুবরাজগী সঙ্গাইদা থুংলখি। লাম্মীগী মকোক অতুনা চাজুম নম্বা চিঠি অমা পুরকখি। যুবরাজ বসুমানগী থুদম য়াওবা অয়া-চে উবদা থোঙশংবশিংনা অথিংবা লৈত্তনা দলাই অহু সঙ্গাই তম্না পুশিন-হনখি।

চাজুম নম্বা চিঠি অদু কুশুমপুর মন্ত্রি মচাম্নপী পুস্পাদা পীখি—চিঠিগী মরোলদি—

"ঈচে ইবেম্মা, ইবাই ইবাইসি ইবুঙোদা থুরুমজখি। কৌতবী দালিহাগী থোরাং পুম্বা লোইনা থুপাইজরে। ঐ ইশামক ইবাইসি ইবুঙো উমবা লাকচনিঙনম্মি, অতুব কুশুমপুরদগী পাম্বং মহারাজগী অথুবা পাউ অমা লাকুনা চত্তবা য়াদতুনা ঐহাক কুশুমপুর তাম্না চংচরে, ময়াম পুম্নমক সিদ্ধেশ্বর মহাদেবনা মঙ্গল্ পীবিবা ওইসনু।"

৩

মজাইবেম্মা ভদ্রা শাউনীংথিবনা নুমিদাং অহু গুক্কুম তুম্বা য়ারমদে। অহিংগী অনিশুবা য়ুথক্তা মনাইনুপী অমনা তম্নশি "যুবরাজ সঙ্গাইদা চুপং লৈনা য়াম্নবা দলাই অমা চণ্ডখরে—" ভাইহাক লৈরগা অতোপ্পা পাউ অমসু য়ৌরকখি 'ফজরবী নুপী অমা দলাইনুদগী কুমথরগা কুশুমপুর মন্ত্রি মচানুপী পুস্পাগা লোয়ননা যুবরাজ শঙ্গাইনুংদা চণ্ডখি।" মিৎ কল্পা অমত্তা উইশিন্দনা অহিংদু হৌখরে অঙ্গুক অঙ্গনবা অহুদ। অনৌবা পাউ য়ৌরকখি— "যুবরাজদি ফজরবী নুপী অমনা সেবা তৌহনা লৈহৌই।"

"ছেঃ—ছেঃ অশিনা ওইরে; মানা থা অমা ব্রত তৌর—উনবা য়াগদ হায়বদি; অতোপ্পী নুপী অমা পুশিন্নবগীদমক ঐবু মমথাক তৌশিনখোইরে "থগুনি গুসিদি।"

রাম্না শাত্তুনা মমায় মঙ্গিৎ ইপোম পোম্না—মনাই মশক অমত্তা লোয়নদনা—মজাইবেম্মা ভদ্রা—অঙ্গুক অহুদা যুবরাজ সঙ্গাইতম্না মতোমতা মখোংমক্তা গম গম থাংহুনা পরপ পরপ লাকখি।

অঙ্গুক অঙ্গনবগী চুমিংথক্তী মেক্তাবা মগাৎনা যুবরাজগী সঙ্গাই য়াজৌদো সম অহিংথা মচুগুম ফজরি। যুবরাজ জয়সিংহ অঙ্গুক অঙ্গনবা অহুনা মশা লোহনোক্লগা মর্ম্মদাদা কুমহুনা য়ান-য়ান লোইরগা ফজরবা অপোংবা ফিজোল লোহলহুনা সঙ্গাই য়াজোলদা গালিচা-থক্তা থারিবা য়াগী তাণ্ডবলদা কমহুনা মজাইবেম্মা

বসুমতী মথুৎমক্লা শেম্বা হৈ মহি গিলাস অহু পায়হনা তপ্পা তপ্পা থক্লহনা মজাইবেম্মা বসুমতীগী রাখলদা উংহনা লৈরি—ঙাইরি মরুপ অভি-পুস্পা অনিবু ;—বিদর্ভ রাজকন্যা ভদ্রা চঙশিবা উহৌদে।

মজাইবেম্মা ভদ্রাসু শাউনীংখিবনা কমলিবহু কনানো মুন্না য়েংলমদে—"সিই: মুপীহনা শেম্বা হৈ মহিসু থক শারিয়ে—খঙনি মুপীহু লৈরমসমু।" হায়না ইমুংদা পরপ পরপ গম গম থাংহনা চঙশিনখি।

মজাইবেম্মা বসুমতী মিংশেলদা ওনশিন্দুনা চেংহী উতি লুজরুবগী চোৎলবা শাংলবা য়াম্লবা শময়ামহু ইচোই-চোইনা থা-দোক্লনা শমজেং হাৎনা হাৎনা শমশিংহু কংহন্দুনা লৈরম্মী। শময়ামহু উবদা মজাইবেম্মা ভদ্রা—"মশোক লাক্লনা হেক্কা হাইরগা লোইরে" হায়হনা থুনা য়াঙনা হেক্কা চঙশিল্লকলি। মতমহুদা মিংশেলদা তাবা ভদ্রাগী শাউরবা শকফমহু উবদা মজাইবেম্মা বসুমতী মমায় লৌথাক্লনা মোমোন নোক্লা মুংশিরবা খোয়থুম্লবা খোঙেলনা হায়রকই—

"ইচেগী ইবেম্মা ভদ্রা! লাউ, ইচে নঙবু ঙাইরম্লিবনি।"

বসুগী কজরবী মায়থোং, শুম্নাংনবী শকুম উবদা অমদি মচাক চেম্রবা খোয়থুম্লবা শুম্নাংলবা রাঙাং তাবদা মজাইবেম্মা ভদ্রা পুমণক ঙকখি, পৃংশুম শুম্নাংপ্রে—শাওরবা মুঙাইরমদবা পুম্বা লোইনা মাঙপ্রে—মবুক্লংবা থনখি "মশকনু মহাক্রী মখোলসু মহাক্রী—করিনো মঙলা?"

বসুমতীনা মথা তারকই—

"ইচেগী ইবেম্মা ! ঐসে নিংথৌগী মচা ওইরবসু মুপীনিদো। অদুনা মুপী অমা ওইনা পাঙথোকপা য়ারোইদবা থৌরম ওইবনা মুপা ওইনা নংখোয়গী পাবুং মহারাজদা চঙজখিবনি। ঐখোয়গী ইবুঙো বিজয়নগর যুবরাজ হিরম পুম্বদা মীথোই মীহেনবনি। মরম অসি লৈবনা ইনাও ইবেম্মা নঙবু লুহোংবা মতমদা মাগী থুংসু থাঙদা বড়মাল্য হুকহনখিবদুনি, থাঙশাঙ অদু বিজয়নগর যুবরাজগী থুংগু থাঙনি। মাগী মচুং শিন্দুনা থাঙ অদুনা লুহোংফালদা ফমখিবনি। মরম অদুনা ইনাওইবেম্মা নহাকসু ধর্মগী মোত মতুংইন্না ঐখোযগী ইবুঙো যুবরাজদা লুহোংলবনি। সে শাউরমু ইচিন ইনাও চঙদুনা মাগী সেবা তৌরসি. মুপী ওইবীগীবু অসিদগী হেনবা অতোপ্পা ধর্ম অমা লৈবরা ? —লাও; চৎসি ইবানি চঙদুনা পাবুং মহারাজদসু হঙ্গৎসি।

হৈশিংলবী মজাইবেম্মা বসুমতীগী মিংফম হোংনীংজবা শকফম উবদা অমদি শুম্মাং-য়াঙাং তাবদা পুংশুম শুম্মাংলবী ওক্রবী মজাইবেম্মা ভদ্রা অশাউবা মুঙাইতবা পুম্বা লোইনা মাঙখ্রে—লেপ্লম্বদগী—"ইচেমসি ইবেম্মা" হায়না বসুমতীগী মখোঙদা [illegible]খি। হরাউ-মুঙাইবনা পিগী ঈরা চেল্লবী মজাইবেম্মা বসুমতী

"ইনাউ ইবেম্মা"

হায়না মখোঙদা তুপরকলিবী মজাইবেম্মা ভদ্রাবু চেংনা কোনখি।

লোইরবা



# বসুমতী

শক্তিগী তূংনকম মুপীবু পাঙ্গল শোনবীনি কনানা হায়রিবনো ।

খোংনা নোনা লম য়োনা ফজবী গুম্মং শকম ওইবী পাঙ্গল শোনবীনি হায়নবী মুপীনা লৌশিং পাঙ্গল, খোনা, অথাগুকনবা, হৈশিংবা পাইরকী লৌশিং মিয়ুংশি, থাদোকপা অমদি মুংশিবা হায়বা গুনশিং অসিদা মুপাদগী কয়াম হেনবগে হায়বা এলাংবম সোনামনিগী বসুমতী হায়বা উপন্যাস অসিদা উবিগনি ।

পাঠক